ANOUBA MANIPURI SAHITYAGI SAHITYAKAR KHARA
[A collection of critical essays on
Manipuri Literature
by ***Roybala Heikrujam***
published by H. Sushila Devi
of Uchekon Jubaraj Palli]




অহানবা ফোঙবা : নবেম্বর, ২০০৬

ফোঙবা : ঐচ. সুশিলা দেবী
উচেকোন যুবরাজ পল্লি, ইম্ফাল

কপী মশীং : ৫০০/- (চামঙা)

মমল : লুপা ৮০/-



মখুম : বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স,
পোলোগ্রাউণ্ড রোড, ইম্ফাল।

**কচ্চবা ঃ**

লেপ্পা নাইদনা থৌনা পীবীরম্বী
হোৎননীংবগী ঈনোৎ তত্তনা হাপ্পীরম্বী
লাইওইখ্রবী ইমাগী নখুয়াদা
'কৎচরিকো নচানা'

# ৱাহৈ অনীদং

রিসার্চ মেথোদোলোজীগী পথাপ থাদুনা ওল্লকপা রোয়বালা হৈক্রুজমগী 'অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যাগী সাহিত্যকার খরা; মীৎয়েং অমা' হায়বা লাইরিক অসি মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী ইতিহাসতা অনৌবা মথেল অমনি। ইনাক খুল্লবা মণিপুরী সহিত্য লৈকোলদগী পুক্নীংনা পাম্বা সাহিত্য লৈরাং খরা হেক্তুনা মখোয়গী লৈশক, লৈচু, লৈনম, লৈরিক, লৈপাল মচা তানা-তানা নৈনদুনা পুথোরকপা লাইরিক অসিদা অইবীনা মণিপুরগী শক্লাইরবা সাহিত্যকার তরুকখক্কী 'খুৎইশিংদা য়াওরিবা তোপ - তোপ তাবা ৱাখল মীৎয়েংশিংবু' নৈনদুনা পুথোকলি।

সমালোচনা হায়বসিসু সাহিত্যগী বিধা অমনি। মসিগী অকুপ্পা নৈন-কাঙলোন কয়া লৈতবা নত্তে। অদুবু লুরিবদি মণিপুরী নৈনরোয়শিংনা নিয়ম কানুন কয়া অসিবু থৌশাকবা তৌদনা মহাক মহাক্লা হায়নীংবা ইনিংবা কয়াবু হায়দোক-ইথোকই। পংচৈ চৈদুনা ইবা কয়া, পংথা-থাগৎতুনা ইবা কয়া — মখল-মথেলগী মীওই থোরকই। বিধা অসি মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না তাঙনা থোক্লিবা মচল অমনি। নুপাদা নীলকান্ত, দামোদর, বাবু, দীনমনি, তোম্বী, শ্রী বীরেন, জয়চন্দ্র, ইবোহনবী, লনচেনবনচিংবা; নুপীদা অরুনা, মেমচৌবীনচীংবা খরা অসি মঙাইরি। লাইরিক ওইনা ফোঙবসু য়াওরে, ফোঙদবসু য়াওরি। ফোঙলিবা খরা অসিসু য়াম্নমক মপুঙ-মরৈ ফারে হায়বা য়াদ্রি, চঙশিন্নরকপদা ঙায়রি। লমথুংদি য়ৌরব্রা ? য়ৌদ্রি। লমথুংদি লায়রদনা লময়ায় ফাওবা য়ৌদ্রি, মতাইদা লেপ্লি। নৈনরোয়শিংগী নৈনরোলদা সবজেক্তিব ওইবা মীৎয়েং থেংনদবা নত্তে। করিগুম্বা লাইরিক অমগী অচুম্বা মমল লেপ্পদা নৈনরোয় অদুগী ওবজেক্তিব ওইবা মীৎয়েং চঙই । অশেংবা নৈনরোয় অমা ওইবা তারবদি মহাক মিনুংশি লৈবা অমদি থম্মোয় পানবা মীশক অমা ওইবা তাই। মীচং-মীথায় নাইদবা হায়বসিসু নৈনরোয় অমগী চঙদবা য়াদ্রবা মগুণনি। নৈনগদৌরিবা লাইরিক অদুগী মনুংদা য়াওরিবা অইবগী ৱাখল মীৎয়েং কয়াবু কুপশিন্না খঙবা মীওইতনা লাইরিক অমগী মরমদা অচুম্বা বিচার তৌবা ঙমগনি।

রোয়বালানা লৌখৎলিবা অইবশিংদি হিজম অঙাংহল, এম. কে. বিনোদিনী, এলাংবম নীলকান্ত, অরাম্বম সমরেন্দ্র, এলাংবম দীনমনি অমদি অরাম্বম বীরেন— তরুক অসিনি। ঙম্নমক মণিপুরী সাহিত্য- লৈকোলগী খুৎলোয়রবা লৈরাংবা ঙাক্তনি। অঙাংহলগী 'শিঙেঙল ইন্দু'দা য়াওরিবা তোঙান- তোঙানবা রসকী মশক, বিনোদিনীগী ৱারীমচাদা য়াওরিবা তোঙান- তোঙানবা পুক্নিংগী শক্তম, শক্তম অসিগী মনুংদা অমুক নুপীজা ওইবীগী থম্মোয়, নীলকান্তগী শৈরেংদা থেংনরিবা মীনা মীবু মী ওইনা খনবগী অমদি মরৈবাক

মরমদমবু নুংশিবগী ব্রাখল্লোন লোয়নননা কবি অসিনা য়েংলিবা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা মীৎয়েং, সমরেন্দ্রগী লীলা- দ্রামাদা উবা ফংলিবা নুপীগী মশক মওং অমদি নুপী-লিংজেল, দীনমনিগী ব্রারীমচাদা থেংনরিবা তোঙান-তোঙানবা নুপীগী শক্তম লোয়নননা ফাগী-ফরাংগী মশক অমদি বীরেনগী উপন্যাসতা উৎলিবা মুক্রবা — পুন্নমক অসি য়াম্না মচা তানা অমদি ময়েক শেংনা অইবীনা মহাক্কী নৈন-লাইরিক অসিদা তাক্লি। অইবীগী য়েংলিবা মীৎয়েং চুম্না য়েংবা মীৎয়েংনি, জুদিসিয়েল ক্রিটিসিজমগী মওংনি। অইবী অসি অরুবা খোঙফম অমদা লেপ্পুনা মথব্রায়না তাজবা সাহিত্যকার কয়াগী পোখোকশিংবু হেন্না মমুৎতানা, হেন্না মরীক-চুম্না মশক খঙগে থিরিবী মীশক অমনি। অইবী মশামক্রসু লাইরিক অসিগী ব্রাহৌদোক্তা হায়জে— "লাইরিক কয়া পাজরুবা, ওঝা-গুরু, অখঙ-অহৈশিংগা লোয়নজরুবা ব্রারী-ব্রাতাই শান্নজরুবা অমদি সেমিনার কয়া তাজরুবগা মণিপুরী সাহিত্যকারশিং অমদি মখোয়গী সাহিত্যগী পোখোকশিংবু হেন্না লুথনা খঙনীংলকপা থিনিংলকপা, করি য়াওরি, করম্না কান্নবা মচাকশিং অমদি মীৎয়েংশিং ফুমলি হায়বসি হন্দুনা থিনিংবগী ঈহুল অমা ফাওরকখি।" অইবীগী ঈহুল অসিমক্তা লাইরিক অসি পুথোরক্লবগী মরম ওইখিবনি। অইবীগী মশাদা হেন্না খঙনিং-উনিংবগী, হেন্না থিজিন্নীংবগী ময়াই অমা য়াওরি। অখং-অহৈ কয়া অমনা খুৎথারন্নবা বিষয়শিংদা মহাক পেপ্থোক্লুনা লৈবা ঙমদ্রি। শক্লাইরবা নৈনরোয়শিংগী নৈন-লাইরিকশিংদগী আইদিয়া কয়া লৌশিল্লগা মশাগী রিসার্চ ব্রার্কতগী ফংলকপা মচাক মথুম কয়ানা তেংবাংলগা বিষয়শিংবু হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা অমদি নৈন-কাঙলোনগী পাথাপ ঙাক্লা পুথোরক্লিবী রোয়বালাগী প্রয়াসপু থাগৎতবা ঙমদে। মণিপুরী সাহিত্যদা নৈন-লাইরিক মশীং য়ামদ্রি; খুৎ থেকপদা লায়না থোক্লি! নুপী নৈনরোয়শিংনা হেন্না তাঙনা থোকলি; অরুনা, মেমচৌবী অমা অনীসী মঙায়। মখোয়গী খুদুং লীদুনা লীক্লম অসিদা খোঙ থাংজিল্লকলিবী ইচঙ থৌবী অইবী অমনি রোয়বালা। মহাক্কী অহানবা ওইনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসিনা মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী লমদা লৈরিবা অব্রাংপা শরুক খরমথৈদি মেনশিনবা ঙল্লগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। ধন্যনি রোয়বালাগী থৌরাং! পুক্লিংগী পাঙ্গল, হকচাংগী পাঙ্গল লৈরিবী নৌরিবী অইবীসিনা তুংদসু পুথোক্লিবা লাইরিক অসিদগী হেন্না অব্রাংবা থাক্কী লাইরিক কয়া অমা পুথোরকপা ওইসনু, লোয়নননা মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্যগী জগৎতা মশাগী লেংদ্রবা ফিদা অমা ফংবা ওইসনু। পুথোরক্লিবা লাইরিক অসিখক্তনা মহাক মশাগী য়ুমলেপ চার তল্লবনি হায়বসিমদি শোয়দ্রবনি। ইনখৎলক্লিবী অইবী অসিগী মশাদা ইশ্বরনা থৌজালগী ঈরিক খিকপিসনু।

অরিবম কুমার শর্ম্মা

# ৱাহৌদোক

কাব্যকারশিংগী পুক্লিংদি অসুক্কী মতিক মনিং তম্বনি। মহাক্কী কল্পনাগী অকক্লবা ঙমখৈ লৈতে। অকক্লবা নৈন-কাংলোনগী ওইবা নীতি নিয়মা চেৎনা ফাজিন্দুনা অমদি জাতি বিজাতিগী খেন্নবা পলনা করিগুম্বদসু থৎপা ঙমদে। অসিগুম্বা মনীংতম্লবা থম্মোয়দগী থোরকপা কল্পনাগী খুৎশেম্মু অকক্লবা মীৎয়েং খরদা য়েংনবা হোৎনবা হায়বসি অৱাবা অমনি। সাহিত্যকারগী পুক্লিংদি মখল মচু লৈরাং কয়ানা তিল্লবা লৈকোলগী মশক্কি। মসিদা মশক মওং কয়াগী লৈনম লৈচু মান্নদবা লৈরাংশিংগুম, ভাব রস কয়ানা তীল্লিবনি ; তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং কয়া পুরিবনি অমদি খেন্নবা পান্দম কয়া থোক্লা চঙশিল্লিবনি। অসিগুম্বা সাহিত্যকারশিংগী পোৎথোকশিংবু নৈনবা, মীৎয়েং খরা ফোঙদোকপা হায়বসি লম অসিদা নৌনা চঙশিল্লক্লিবা অমা ওইনা অরুম্বা খোঙফম অমনি হায়না লৌজে। লাইরিক কয়া পাজরুম্বা, ওঝা-গুরু, অখঙ-অহৈশিংগা লোয়নজরুবা ৱারী-ৱাতাই শান্নজরুবা অমদি সেমিনার কয়া তাজরুবগা মণিপুরী সাহিত্যকারশিং অমদি মখোয়গী সাহিত্যগী পোৎখোকশিংবু হেন্না লুথনা খঙনীংলকপা থিনিংলকপা, করি য়াওরি, করম্বা কান্নবা মচাকশিং অমদি মীৎয়েংশিং ফংমলি হায়বসি হন্দুনা থিনিংবগী ঈহুল অমা ফাওরকখি। মসিনা মরম ওইরগা অসিগুম্বা থবক অসি পায়খৎচখিবনি। লাইরিক অসিদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা দান তৌবিদুনা লোন অসিগী সাহিত্যবু মশক থোকহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা সাহিত্যকার ভরুকখক লৌখৎচরগা মখোয়গী খুৎইশিংদা য়াওরিবা তোপ-তোপ তাবা ৱাখল মীৎয়েংশিংবু নৈননবা হোৎনজে। লৌখৎচরিবা সাহিত্যকারশিংগী খুৎই খুদিংমক কোনশিঙবা নত্তে। মখোয়গী খুৎইগী শরুক খবা খরা লৌখৎলগা মীৎয়েং অমা অনীদা নৈনজবনি। লাইরিক অসি ইজবগী পান্দমদি লৌখৎলিবা সাহিত্যকারশিংগী খুৎইশিংদা ঐগী মীৎয়েংনা উজরকপা, থেংনজবা অমদি পুক্লিংনা লৌশিল্লিবা মশক মওং অদু লোন অসিগী সাহিত্যবু মমুৎ তানা খঙনীংবা, থিজীন্নীংবশিংগা মহাও তংমিন্নবা, নৈনমীন্নবা পামলুবদগীনি। পুখৎলিবা মীৎয়েংশিং অসি সাহিত্যকারশিংগী পোখোক অমদি লমদমসিগী পুন্সি অনীবু তুনা য়েংজবদগী ফংবা মচাকশিংনি। নৈনজরিবা, থিজরিবা হিরমশিং অসিদা ঙমলিবা মখৈ য়ৌশিন্নবা হোৎনজখি অদুবু পোখোক অসি য়াম্নমক হক্লবা মশক অমা ওইরে হায়বদি ঙমজদে। মেনশিনবীরকপা, তাকপীরকপা, সজেসন পীবিরকপা পুম্নমক তরাম্না ওকচগনি।

*রোয়বালা হেক্রুজম*

# য়াওরিবা মচলঃ

# এম. কে. বিনোদিনীগী ৱারীমচাদা পুন্সিগী শক্তম

এম. কে. বিনোদিনী (১৯২২) মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী লমদা মায়পাক্লা খুৎথাঙ্খ্রবী অইবীনি। খুৎই মখল অসিদা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমা শাফু লৈনা শাগৎলকই। মহাক্কী খুৎইশিংদা পুন্সি অমদি থম্মোয়গী মৰী উৎপদা নুং য়ৌনা ফোঙদোকপা থেংনৈ। 'নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী' হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা অইবীনা পুন্সিগী তানফম কয়াদা থেংনবা চোইনা চোইনা তারবা ভাঙলবা পুন্সি কয়া লৌখত্তুনা মীৎয়েং কয়াদা অমদি শকওং কয়াদা উৎথোরকই। অপীকপা থৌদোকশিংবু অইবীগী নুং ফাওনা য়েংবা মীৎয়েংনা চঙশিন্দুনা মদুদগী মীওইবা অমসুং পুন্সিগী ওইবা অচুম্বা মশক অমমম চিংথোরক্তুনা উৎলি। মসিনা পুন্সিগী ওইবা শক্তম অমা অপাবশিংগী মীৎমাঙদা থেন্দুনা থম্মী।

মহাক্কী ৱারীমচাশিংগী মনুংদা মপুঙ ওইনা উবা ফংলিবদি থম্মোয়গী মরী উৎপা, নুপীজাগী থম্মোয় য়েকপা, নুপাগী থম্মোয় উৎনবা হোৎনবা, অপীকপা থৌদোকশিংদা চেল্লিবা নুংগী মহাওশিং চিংথোক্তুনা উৎপা, সমাজগী হন্থবা থাক্কী পুন্সিবু মিনুংশিগা লোয়ননা য়েকপা, ধর্ম্ম অমদি লাইনীংগী মশক্কা য়ানশিন্নরবা থম্মোয়গী মশক অমদি নুংশিবগী পাক-চাওরবা মীৎয়েং অমা উৎপা অসিনচিংবনি। হীরমশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা পুন্সিগী শক্তমশিংবু পুদুনা লেপ্লী। ৱারীমচাগী অকক্লবা পরিকর মনুংদা শাগৎলিবা পুন্সিগী খুৎয়েক অসিদা লোনগী ফজবনা নীংথিনা থৱায় হাপ্লি। চরিত্রশিং, পুন্সিশিং অমদি থৌদোকশিং থাবদা ৱাহৈ য়াম্না শীজিন্নদনা নুং ফাওনা য়েকপা ঙম্মী। খুৎয়েক অসি পুন্সিগী শক্তমগা চান্ননা থোকই। মসি অইবীগী মায়পাকপগী মায়কৈ অমনি।

অইবী অসিগী ব্বারীমচা অয়াম্বদা থম্মোয়গী মশক অমদি পূক্লিংগী মশাজং হাপ্পুনা ইরবসু মসিবু মপুঙ ওইনা উৎলিবা ব্বারীমচা অমদি নুঙ্খাইরক্তা চন্দ্রমুখি হায়বা অসিনি। মীওইবগী থম্মোয়গী অঙকপা মনাৎ অমা লৈ। মসিনা মফম মতম নৎত্রগা থাক্কী ব্বাফম লাম্হোক্তুনা মীওই কয়াগী মরক্তা অচেৎপা মরী শাগৎপা ঙম্মী। মসিনা পুন্সিগী তোঙানবা শক্তম অমা থোকহল্লি। সমাজদা লৈরিবা খেন্নবা থাক্কী মীওইশিংনা তোৎন-য়ান্নবা হিংলিবসি মসিনা ওইবা তাই। ব্বারীমচা অসিদা অব্বাংবা থাক্কী মীওই (ডা:গী নুপী মেম সাহেব) অমগা খুঙ্গংগী মথোং চাদ্রবা অনেম্বা থাক্কী অচম্বা নুপা অমগা অনীগী মরক্তা লৈরিবা শকউদবা লীপুন অমা উৎলি। লীপুন অসিদা অঙকপা দণ্ডি পানবগী মশক অমা য়াওবি। করিসু থোক্লদ্রবা, করিসু মরী লৈনদ্রবা খুঙ্গংগী নুপা অসিনা মহাক্কী পুন্সিগী থেংখাং কয়াদা মেম সাহেব অসিগী মতেং লৌই, মতেংগীদমক তত্তনা হায়জবদা ইকাইবা, হঙ্গোইবা য়াওদে, মহাক্কী ব্বাকৎপু তাবীগদবা মীশক অমগী মফমদা হায়বগুম ইতিং তিংনা মতেং নিরবা, দাবী ফংনবা তকশিল্লকপা মতাংশিংদা মেম সাহেব অসিসু হেক হেক শোম্হে, য়াদবা ঙমদে। কন্নাসু, করিসু থোক্লদবা মীশক অসিনা তৌরকপা দাবী কয়াদা মেম সাহেব অসিনা তাদবা ঙমদে। য়াম্না মরুওইবা মীশক অমগুম্না ব্বারৌখিগদ্রা, শাওখিগদ্রা হায়না ব্বারুই।

> অসুম হায়নরগা ঐখোয় অনিমক মাবু য়াম্না লাঙতক্লনা ঙায়দুনা লৈখি। ওম্লোকপা হায়বা অদুনি মানা শাউখিবদো ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা শাউখিবগুম মিপাইখি।
>
> — (নুঙ্গাইবক্তা চন্দ্রমুখী, লা :৬।)

অসিগুম্বা মখলগী লীপুন অসিদা মফম খঙদ্রবা থম্মোয়গী নিংঙাই অমা লোয়ননা মদুদা মিনুংশি য়েল্লিবা থম্মোয়গী মশক অমগা চোংথোরকই। থম্মোয় অনীসিগী থেংগাইনরকপদা বাৎসল্য রসকী মহাও অমা নাকোয়ননা পী। মফম মতম য়েংদনা, মতাং চাবা চাদবা খনদনা মানা হেক পাম্বদা দাবী তৌফমগুম হায়জবা নত্তুগা দাবী তৌরিবা লমচৎ অসিদা মচা অমনা মমাগী মফমদা ওইনবগী মতৌ অমা লোয়নরি। অমরোমদা মেম সাহেব অসিনসু মহাক্কী থম্মোয় অমদি পুকচেলবু শকখঙবীবা, হায়জবদা তাবিবা, লোয়ননা ঙাকপীবগা লোয়ননা মিনুংশি থম্বা থেংনৈ। মফম মতম চাদনা তৌরবা দাবী কয়াবু তাদবা ঙমদে। নুংগী লীচৎ অমনা মরম ওইরগা থাক হন্থরবা, মরী থোক্লদ্রবা, মীশক অসিগী

ব্রাকৎপু তাবী, থোইদোক্লা মথোং চাদ্রবা মীশক অসিগী ফত্তবা মায়কৈ কয়াবু উদুনসু মদুবু ঙাকপীবগা লোয়ননা নুপা অসিগী নুংদা লৈরিবা মচাবু নুংশিবগী অতোপ্পা মায়থোং অমবু শকখঙবীবগা লোয়ননা নুংশিনা য়েংলকই। মসিদা ঙাকপী হৈবী অমদি মিনুংশি লৈবী মমা অমগী থস্মোয়গী মশক চোংথোরকই। মখা থাবা, পঙজরিবা মচাদা মচাগী মফমদা য়েংবা অথোৎপা নুংশিবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা মথোং চাদ্রবা মীশক অসিগী থস্মোয়গী কাচিন য়ৌনা য়েংলকই। মমা অমনা ফত্তবা মচাবু লাক্কুনা ইনথোকপগী মহুত্তা অহেনবা মিনুংশি পীশিনবগুম উবা মতাং য়াওরি। মীশক অসিগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ডা: সাহেবকা লোয়ননা খুঙ্গংগী মায়কৈ তন্নকলে। মহাক্কী মওং-মতৌ অমদি লমচৎকী মতাংদা মেম সাহেবকী পূক্লিংনা তুমিন্না হন্দুনা থিরকই। খুঙ্গংগী য়ুমদু য়ৌরবদা নুপী অমনা থোরক্কুনা ঙাংলকপা ব্রাঙাংশিং অমদি উৎলকপা ব্যবহার অদুনা মহাক্কী লীচৎকী মায়কৈ অমা মেম সাহেবগী মমাঙদা ইকোক কোক্লা উৎলৈ। অদুম ওইনমক থংনবা মীৎকুপ্তা উরিবা অতোপ্পা মায়থোং অমদি মচাবু নুংশিবা খঙবগী মতৌ অদুনি। খুঙ্গংগী য়ুমদা নারুবদগী ফরক্লবী ময়াং কংলবী মচানুপীবু পমদুনা চুপ্লীবা মতৌনা মপা অমগী থস্মোয়গী মশক উৎলকই। মতম কুইনা থৌশারুদ্রবী মহাক্কী নুপীনা থোরক্কুনা ঙাংলকপা ব্রাঙাং অমদি উৎলকপা ব্যবহারদা মহাক্লা ইংথনা অশাওববু নমথরীবা মওং অসিদা ডা: অমদি মেম সাহেববু ইকায়খুম্নবগী মতৌ লোয়নরি।

> অসি হায়রগা অঙাং অদু চিংশিন্দুনা ইমুংদা পুশিনখরে। মতম্বাক্তগী বিস্কুট ইচায় চাইদুনা তাহৌই। মানা নোক্কুনা ঐখোয়দা য়েংলগা হায়রকই – "শাউরিবনিকা হায়দনা তৌরিবসি উবিরবরা তাইবুংঙো ? ঙসিবু ময়াম য়াওরমদ্রবদি মথব্রাইদা খাকপমখৈ ফুগদবনি...।" মসি হায়রগা লৈপাক্তগী বিস্কুট অদু শুন্দুনা ফিসাফাল মথক্তা থনম্লগা মাঙ থাদুনা থোকখরে। ঐখোয়সু অদুম থোরক্লে।
>
> — (নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, লা :৬)

য়াম্না কস্থা হৈথানবা শাজৎ অমগা থোৎত-থোৎপা থস্মোয় অমগা পুন্না লৈমিন্নবগী থাজরুদবা অঙকপা মহাও অমা পোকহল্লি। পূম্নমক অসি মেম সাহেবকী নুংগী মীৎয়েংনা উরকই। মহাক্কী ফত্তবা মায়কৈ কয়া লৈরবসু উরিবা অতোপ্পা মায়কৈগী অফবা অসিনা মেম সাহেবকী থস্মোয়বু খুদুম চনখি অদুনা মহাকপু ঙাকপীখি।

শাগৎলিবা থম্মোয়গী মরী অসিদা মীওই লীচৎকী অচুম্বা কয়া উবা ফংই। কনানা কনাদা ব্রাকৎকদবা নত্রগা কনাবু কনানা চানবীগদবা হায়বগী অককনবা নীতিনা পুনবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী লীচৎনি। অশেংবা তাইবঙদা অনকপা মীঙ্গী অমনা থম্মোয়গী মরী শাগৎতবা নত্তে। ইমা হায়না কৌজরকপা কনাগুম্ববু মচাগুম্না নুংশিবা ফাওবা নত্রগা মচাগুম্না নুংশিবীরকপা অমদা মমাগুম্না ব্যবহার উৎপা হৌনশানি। অসুম্না চৎনবীগী লীপুন লৈত্রবা মীওইশিংগী মরক্তা মওং কয়াগী থম্মোয়গী মরী শাগৎলকপা থোক্তবা নত্তে। ব্রারীমচা অসিদসু অদুগুম্বা মরী অমবু য়াম্না ময়েক শেংনা, শাফু লৈনা পুখৎলকই। ব্রারীসিদা উরিবা থম্মোয়গী মরীসিদা বাৎসল্যনা থৌরি ওই। মসি পুন্সিগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমনি।/

'থৌরানী', 'ইবেন রতী', 'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লাল্লু', 'নঙগা উন্নরমদ্রবদি' অমদি 'ইমাতোন'দা অইবীনা তোঙান তোঙানবা নুপীজা থম্মোয়গী মশকশিংবু মপুঙ ওইনা উৎলি। 'থৌরানী'দা য়াওরিবী থৌরানী তোম্বী, 'নঙগা উন্নরমদ্রবদি' দা য়াওরিবী থরো, অমদি 'ইমাতোন'দা য়াওরিবী থামচা মখোয় অসি অথোৎপা অমদি অশোনবা থম্মোয় চেনবী চরিত্রশিংনি। মখোয়গী পুন্সিশিং মখোয়গী থম্মোয়গী অশোনবনা মরম ওইরগা অরাবা কয়া নংলিবা উৎলি। থৌরানী তোম্বী নুপীজাগী অশোনবা থম্মোয়তনা য়োম্লবীনি। মসিনা মরম ওইরগা অশেংবা নুংশিবা শীদ্রবা তোমচাগী নুংশিবদা লুপখি। নুপী অঙাং লৈরবা তোমচাগা মরী লৈনবগী মবুং মৌপ্বানা ইন্থোকই। ১৯৪২ গী লাঞ্জাওদা মণিপুর থাদোক্তুনা নবদ্বিপতা য়ৌই। মফমদুদা শকহেনবা মণিপুরগী পাখং অমনা লোয়নবা হৌই। মতুংদা পাখং অদুনসু মাবু থাদোক্লম্মী। মায়কৈ কয়াদা থাজনা মাঙলবী থৌরানী তোম্বী মমৈথংদা মশাগী ফীভম খঙলকই, মহাক্না থাজরবা নুপাশিংগী লীচৎ খঙলকই। মশাগী পুন্সি অমদি মরায়বক নোংদমদা পেন্দবা ফাওরকই। মথম্মোয়গী চরাংনবা, লাংতক্লবা পুম্নমক ফাজিল্লগা হিংনবা হোৎনরকই।অদুম ওইনমক চরিত্র অসিদা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা য়াওরি। মদুদি নুপী অমা ওইনা মশাগী ফীভমবু খঙলকই (self realisation) লোয়ননা পংথদুনা লৈবগী মহুত্তা ওনশিন্দুনা লমন শিংবা পাম্লকই। মহাক্কী পুন্সিবু করেম্নরিবা মীওই অদুদা ওনশিন্দুনা করেম্নরকই। মসিদা থৌনা অমদি মীকপ থোকপা য়াওরি –

> থৌরানী নোক্তুনা হায়রকই – "কদায়দগীনোদা ! ইবেম্মনা খঙদবননি। ঐনা চঙলদুনসু মানা মহৌশাগুম কৈদৌনুংদা লুনা তৌররোই। হৌখিবা মতম অদো ঙসি নৎত্রে। অদুগা হংবা য়ায় করিগী চিঠি ইরকলী। শান্নবগুম্বনি, ঐগুম্বগী পুন্সিদা, করিসু ফংজদ্রবী অমবু ঙহাক্তং আশা পীদুনা শান্ননবা থম্মোই চাউবা শকপা কোঙ্গায় অমসু লৈরিদো। হৌজিক্তি মাগী লৌনম ঐনা খঙলে। নোংমা মাগী লাংদা থুকই হায়দুনা খঙনা খঙনা হৌজিক অমুক করিগী চোংশিল্লুফম থোকপগে ইবেম্মা ? মানা ফাগী শান্নদুনা ইরক্লগা ঐসু মদুগী চপ চাবা জবাব হনবিগনি। অদুগবু লৈমীন্নবা হেক য়াবরা ? মানসু নুংঙাইরোই, ঐনসু নুংঙাইরোই। ঐখোযগী মবমদা ইবেম্মনা করি খঙবা ঙমগনি। ঙসি পুম্নমক অসে ঐখোয়দদি করিসু লৈতে। পুন্সিসিসু, থম্মোয়সিসু লৈকংলা ...ইরবনি। পুন্সিগী থৌদোক অমতনা ঐ থরায় শোকহনবা ঙল্লরোই। কান্নবা রা নত্তেদা ই বেম্মা। ইবেমখোয়দি অফবতা ফংদুনা নিঙথিবতা উদ্দুনা লাকলে অদুগী মথক্তা লাইবক ...বিনিদো।"
>
> – (নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, লা : ১০৯)

মরেক মহাও য়াওদ্রবা থম্মোয় অমদি পুন্সিগী শক্তমনি। রাকৎ কয়া পুরি ... ফুমদুনা থম্মী, ফোঙনা লাওবা নত্তে, নুংদা শিঙনদুনা চৎলি। তোম্বীগী ...সি লৈহাও চেন্দ্রবা লমগংদা হৌবা চাওজন থীরবা লৈপালগী শক্তমনি।

'নঙগা উন্নরমদ্রবদি'দা য়াওরিবী থরোস্ অশোনবা থম্মোয়না মরম ...গা পুন্সিদা নীংঙমদবগী চৈনা ফংলবীনি। অহানবা য়ুম্বালনা মথোং চাদ্রবদা ...া হল্লক্তুনা লৈরিবী থরোনা কুলগা থেংনখি। কুলগী হনবা নাইদনা ...শল্লকপা, হায়জবা রাহে কয়াদা নুংগুম কল্লম্বা থরোগী থম্মোয় নোংমা ...ৌদনা শোন্থরকই।

> ঙসিদি অসিদা অসুম লৈবে তাদা ...ঙাবা ত্রবা পুম্নমক কাউনরশি।" কুলসু ...মুক চঙলক্তুনা ফমথরে। থরোসু মোন অমা পীনস্লগা চঙদুনা তুমখরে। অহিং নোং ...শায়বা অনৌবা রাখলনা তুম্বা য়ারমদে। মঙল মঙল খল্লি মচা অদুদা অমুক য়েংই। ...পী তাবগী লোইবা নাইখিদ্রে। থেঙল-থেঙলগা রাখলগী শাংবসু হেনগৎলকলি... ...ঙখল মনুংদগী মুন্না য়েংই নুপা অদো তুমখ্রনবা হায়না তুমখরে। মরক মরক্তা কাঙ ...চক্তুনা ফরৎ ফরৎ হায়রকই। থাবোনা তপ্লা হৌগৎখ্রে মাগী ফিঙাইরুক্তা পাম্মুনা থমজরবা ফিথুপ খুদিংগী লৈতাও লৈবেনগী, অগ্নীগী মনম্না চুরবা ফিদুপ অদু লৌথোক্তুনা নুপা অদুদা তপ্লা তপ্লা ইপোম নাইদনা কুপ্পীরুবে।"
>
> – নঙগা উন্নরমদ্রবদি (নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, লা :৪৪,৪৫)

মীকুপ অমগী অশোনবনা পুন্সিগী ঈচেল থৈখি, ঈচেল অসিনা চৈথেং কয়া পুথরকই, চৈফম কয়া থল্লমই। মচাগী নুংশিবা খঙলবী থম্মোয়না কুলদগী

নাম্থোক্লবা হোৎনবা ঙমখিদে। মসিদা মহাক্কী থম্মোয়গী অশোনবনা লমজিংখি। থম্মোয় শোন্থখিবা তাঞ্জা অমদা কুলদা নুংশিবা পীরুই। মসিনা মহাক্কী তুংগী পুন্সিদা নীংঙমদবগী মৈরী চুবা হৌরকই। কুলগী মতুং ইন্দুনা ইম্ফালদা লৈরবদা মপামদা লৈহৌরিবা মচাগা শেৎনবগী অৱাবনা ৱাখলগী পোথাবা ফংহন্দে। মতম খরগী তুংদা মপুরোইবা চোংখারনা নারে। অনাবা মপুরোইবগী সেবা... চোকথরবী থরোদা লৈত-লায়রগী পোৎলুম্না অমুক নন্থরকই। অসুম্না ম... কয়াদগী ফুজিল্লকপা ইথিলনা নুংগী অৱাবা পীরি। পূম্নমক অসিদা নুপীজা... অশোনবা থম্মোয় অমগী মশক উরি। থম্মোয়গী মশক অসিনা মরম ওইর... পীরকপা পুন্সি চৈথেংগী মশক্কী ৱারীমচা অসিদা উৎলিবসি।

'ইমাতোন' দা য়াওরিবী থামচাসু থোৎত-থোৎপী নুপীজাগী থম্মোয় পানবীনি। মরায়বক নোংদমনা অহল ওইরবা পারিজাৎতা অনীশুবী ওই... নুপী শিথ্রবা পরিজাৎনা থামচাবু মচায়োক্লবা খন্না লৌরবসু মতুংদা তপ্না ... মীরায়রকই, থম্মোয়গী অচেৎপা মরীনা পুনবা ঙমদে মহাক্কী চন্নফন লৈতরগু... থল্লকই। অমরোমদা থামচাদি চহি তরানিপালগী ইনখৎলকপী নুপীম... থম্মোয়গী নোংলৈ কল্লিবা, পূক্লিংগী অপেনবা থিরিবা তাঙ্ককনি। নুংশিবা ফংদ্রব... য়ুমদুদা ৱানা লেল্লকই। হাঙলবা মহাক্কী থম্মোয়গী ঈথৈ খঙহৌদনা পারিজাৎকা মচানুপা ইবোচাউবদা পীরুই। মহাক্কী অৱাববু শকখঙবীবা ইবোচাউবনা মপাগা মফমদা থামচাবু শীন্নরমই। ঈথেরুবা থামচাগী থম্মোয় তুংদা চৈনাতমক ফংহৌই। মৈচাক অমনা চৈনা অমগা লোয়ননা থামচাগী থম্মোয়দা য়ৈরকই। মহাক্কী পুন্সিগী শক্তমসিদা অথোৎপা অমদি অশোনবা থম্মোয়গী মশক উবা ফংই। চৎনবীগী মীৎয়েংদা লান্না থোক্লবসু মীওই লীচৎকী ওইবা অচুম্বা মশক অমদি য়াওরি। মসি পুন্সিগী মশক অমনি, শক্লোন অমনি।

'ইবেন রতী' অমসুং 'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু'দা য়েক্লিবা নুপীজাগী থম্মোয়গী মশক্তি তোপ তোপ্পী। 'ইবেন রতী' দা য়াওরিবা রতীদি লাইনীংগী অকনবা তপস্যানা পূক্লিং অমদি থম্মোয়বু চেৎনা ফাজিল্লবীনি। ঈশ্বরগী ভক্তিতনা থম্মোয়গী অয়াম্বা মফম কনশিন্দুনা থল্লবীনি। পুন্সিগী অৱাবা কয়া লাম্থোক্লবা হোৎনবদা ঈশ্বরগী মিংতনা অথোইবা পাম্বৈ ওইনরবীনি। অসিগুম্বী পাঙ্গল শোন্থরক্লবী অহল ওইরবী নুপী অসিদা নুপীজাগী ওইবা অথোৎপা, নুংশিবগী

থম্মোয় অমা ফুমদুনা লোৎলি। মহাক্কী থম্মোয়দা মপুরোইববু নুংশিবগী, নোল্লুকচবগী অৱাংবা ভক্তি অমা চেৎনা লৈরি। মতম পূম্নমক্তা মহাক্তা মসি থাদোক্তনা পুই। অদুম ওইনমক মদু মকা ফোংদোক্তে। মহাক্কী থম্মোয়দা নুংশিবগী শেংলবা মশক অমা ফুমদুনা লৈরিবদু মহাক্কী অরোইবা মীকুপ্তা হাইদোক্তুনা উৎথোরকপদা অপাবগী মীৎতা খঙঙাল ঙালহল্লি। নুপীগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা হাংদোরকই।

"নহালমুক্কী মপোক্কী ঐগী ইপুরোইবা অর্দুদি লাইগুম্বা মীনি। মাগী মগুনদি হায়দুনা করি কায়গনি। ইবুঙোনা ঐবু লুনা তৌবিবসু মপা লৈতবনি। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা গোপীনাথকীদা লৈ নুংতিগী লেংঙৈ। সনখ্বানা ঙহাক লৈতনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্তুনা ঐনা লৈ লেংবা য়েংই। করিগুম্বা মতমদা ঐগী অৱাৎপা লৈ মঙা তরা হেকলুদুনা দর্শনবী। লাইবক থীদনা ইচা লৈজহৌদে। অদুনা সনখ্বানা ঐগীদমক য়াম্না ৱাবিবনি, ঐগীদমকসু য়াম্না শেম্নীরম্মী মদুগী মতিক চাদা লমন ঐনা শিংবা ঙম্লরোই। ঐগী মায়ববু ঐনা নাম মতেক অমা শোনবা অসিনা লমন শিংবা ওইজগে। মাইনুমচা, ঐনা সন্ন্যাস ওইরবা হৌজিক ফাওবদা থাদোকপা ঙমদবা পোৎশক অমা লোক্তুনা থমলি। .. মর্দুদি সনখ্বানা থোল্লম্বা কোকখোল অর্দু। মদো মাইনুমচা হৌজিকসু ঐগী উপুদা উরী। ঐনা হয়েং লাইগী খুযা তানবা মতমদা ঐহাক অসে কদাযদা লৈগনি খঙবা মদে – আশাদি তৌবি বৃন্দাবনদা চৎকে হায়না...।

- (নুংঙাইতক্তা চন্দ্রমুখী, লা : ৭৬, ৭৭)

ঈশ্বরগী মফমদা পূম্নমক কৎথোক্তুনা হৌখিবা পুন্সিবু মমাঙগী মপোক্কী চাওথোক্লবা হোৎনরবী সন্যাসী ওইরবী নুপী অসিগী থম্মোয়দা মপুরোইববু ... বগী ঈচেল অমদি থকপা নাইদনা চেম্বার। নুংশবা অসিদা অৱাংবা থাক্কী ... চবা য়াওরি, মসি ভক্তিনি। ভক্তি অসি ঈশ্বর ভক্তিগী থাক্তা পুখতুনা থম্মী। ... দোক হেন্দোকপা নুপীগী আদর্শ অমনি। তাইবঙগী ওইবা নুংশিবা অমনা লাইনীংগী অথোইবা পাক-চাউরবা ইরোন্নুংদা তীনশিনবদা থোরকপা মেঙলবা খোঞ্জেল তাবা ফংই। নুপীগী নুংদগী থোরকপা আদশগী খোঞ্জেল অমনি, পুন্সিগী শরুকনি।

'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু'দা তম্পাক্কী শক্তমসু নুংগী শক্তি কনবীনি। তোঙান-তোঙানবা লাঞ্জাও অনীনা মপুরোইবা অমসুং মচা শেৎনহনখ্রবী নুপীসিগী থম্মোয়দা অৱা-মৈরীনা ওমদুনা চাক্লকই। যুম্বাল পুন্সিগী মহাও শেংনা

খঙদ্রিবঙৈ নিংথৌগী ফম্নাইবা ওইরম্বা মপুরোইবনা লান্দা থব্রায় থাখি। মসিগী মতুংদা মচাবু য়েংদুনা লেঞ্জরম্বী অসিদা লাঞ্জাও অমনা অমুক মচাবু মুনবিখি। হিংবগী আশা য়াওদনা হিংনবা মায়োক্লরিবী শোল্লবী অসিগী থম্মোয়দা থৌনাগী অঙকপা শক্তি হাপ্লি। মচাবু অমদি মপুরোইববু নুংশিবগী অয়ৌবী থাক অদু মরৈবাক নুংশিবগী অকনবা ঈহুলদা ঈথৈ পীরকপদা শোল্লবী তম্পাক্কী থম্মোয় তশেংনা মৈ ইক্লবী ওইরকই। ইম্ফালগী কাচিন অমদা পোৎফম মচা অমত্তং ফমজদুনা হিংনবা হোৎনরীবী তম্পাক্না চীনানা মণিপুরগী সিমানাদা লান্দারক্লে তাবদা মথম্মোয়দা অকনবা থৌনা ফাওরকই। মরৈবাক্কীদমক লান্থেংনবি লাম্মীশিংগী অঙম্বা মতেং পাংনবা শোল্লবীগী পাম্বোম থাঙ্গৎলকই।

"অসি ওইরে লান নঙদি ! ওস্তোকপনি করাম চাউরবা তাইবংপাল ! অদু অমুক হন্না জপানগী খুত্তগী মচা হল্লক্কে।

হিদাক থক্লা থক্লা মাগী খুইরবা খভাইদা মপি চদুম চদুম তানকই। মপি তৈথোক্লা ফুক হৌগৎলী। মশাদা খঙহৌদনা মপাঙ্গল অমা পীরকপ গুম তৌবকই। পূম্নমক মাঙখ্রে। অমৎতা ঙায়জরবা মচা মুনখ্রবা কৈ অমোম গুম মায়কৈ মরিদা য়েংলকই — লমনগী মৈরা চুরকই থম্মোয়দা। অহল ওইববী তম্পাকত্রো খোঙথাং কন্না ইমুং মাঙ্গোল হঙ্গৎ হন্দা চৎলকই। — ঐগী থাহৌদ্রবা তৈতুপ লালু (নুঙ্গাইবক্তা চন্দ্রমুখি, লা: ১১৭)

মহাক্কী থম্মোয়দা লাক্লিবা থৌনা অসি মপুরোইবা অমদি মচাগী নুংশিবনি পীরকপনি। থম্মোয়গী থোৎলবা মশক অমা থৌনানা য়োপ্লবা মরৈবাক নুংশিবগী মশক্তা ওল্লকপদা তম্পাক্কী শক্তম তোপ-তোপ্পা ওরকই। থম্মোয় খোল্লবা পুন্সি গী মশক্লি।

'লমন্দগী লাইমন' হায়বা ব্রারীমচাদসু ঙাম্বিতোনগী লমচৎতা নুপীশিংগী অতোপ্পা মায়থোং অমা উবা ফংই। য়ুম পাল্লবী নুপীশিংদা খ্বাইদগী নুঙাইতবা অমদি মপুরোইবনা মীরায়বীবা, অতোপ্পা নুপীদা পূক্লিং লুপখিবা অসিনি। ঙাম্বিতোনগী পুন্সি য়েকলকপদা মহাক্কী থম্মোয়গী মশক অদু চোংথোকরকই। মপুরোইবা তোলহলনা অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা লৈখ্রবদা ঙাম্বিতোন্না মপুরোইবগী মাঙদা লেন্নবা পোরম কয়া থৌরাংলকপা য়াম্না মরীক চুম্না উৎলি। মসিদা নুপী ওইবীগী মপুরোইবদা লৈবা কল্লকপা, মীহৌবা থম্মোয়গী মশকশিং উবা ফংই। ঙাম্বিতোনগী থম্মোয় অসিগুম্বা মিহৌবনা নমহৎখ্রবী অমা ওইরকই।

মসিনা মশামক্কী পুন্সিবু অৱাবদা তাহল্লি, মপুরোইববু ফানবা লায়ৱা থিবদা মশামক মাইবী চঙলক্লুনা নিংথেমকোন্দগী ময়ুমদা হনবা তাখি। ৱারীসিদা ঙাম্বিতোনগী পুন্সিনা উৎলিবসি মপুরোইববু অতোপ্পগী খূত্তা তাশ্লবদা ওইরিবা নুপীগী থম্মোয়গী ওমচাক্লুবা মশক অদুনি।

অইবী অসিগী ৱারীমচা খরদা নুপাগী থম্মোয় অমদি লীচৎ উৎলি। নুপাগী চরিত্রশিং অসি য়েকপদা মীওই লীচৎকী অশেংবা শক্তম হাপ্পী। 'শগোল শনাবী' দা য়াওরিবা মঙ্গীগী লমচৎতা তোপ-তোপ্পা তারবা নুপাগী শক্তম অমা উৎলি। শা-লান পাম্বা মুক্লুবা শিংনবদা হেন্না ইচঙ থৌবা নুপাগী থম্মোয়দা য়াম্না থোৎপা, য়াম্না শোনবা থম্মোয়গী মশক অমা লোৎলিবদু মতা চানা চিংথোরকই। গুন্দা ওইবা, মীগী মপোৎ মুনবা হুবনা মথৌ ওইবা, মীনা কিনরবা নুপা অসিগী থম্মোয়দা কনাগুম্বী অমবু নুংশিজবগী অকনবা ঈহুল অমা শাফু কন্না ফুক্কৎলকপা থেংনৈ। য়াম্না মতা চারিবদি মহাক্কী ঈহুলবু ফোঙদোকলিবা মওং অসিনি। মীনা চঙ্গোইনরবা, থাজবা থম্বীদ্রবা মীশক অসিগী থম্মোয়দা থোৎলবা নুংশিবগী লৈয়োন তপ্পা তপ্পা ইনখৎলকই, মতম কুইনা শাৎকাইবা ঙমদে। ঙক্লিবদি কল্লবা থম্মোয়দা চৈনা ফাওরিবসিনি, ফোঙদোকপা ঙমদনা ওমচাক্লনা খাঙলকই। মহাক্কী কম্থা হৈথানরবা লীচৎনা থোৎলবা ঈহুল অসিবু মহাক্কী নুংশিজবী সখীগী মফমদা ফোঙদোরক্লুবা হোৎনৈ। সখীগী শগোল সনাবী হুরাল্লী। মানা নত্তনা হুবীনবা লৈতে খঙলবা সখীনা শগোল থীবীনবা হায়বা লাকই। খুদোংচাবা অসি লৌদুনা নাকোয়ননা মহাক্কী নুংশিববু সখীদা ফোঙদোকই।

"পাজীগী মতৌ য়েংবা ৱাদুনা তৌবনি, লৌইদি ঐ হায়খিদে – থিবিয়ু হায়বদনি।"

হন্দমুক্তি মুন্না য়েংখৎলকই নোক্লগা হায় – "ঐগী ইতৌ য়েংবদি ৱাদরা ? মীবু শগোল হুরাল্লী হায়রগা শাউনিঙদবোই নিঙবরা ? কিৎ হেক্তা নম্বসিবু করিগীনো ?"

–(নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, লা : ১৫২।)

ফোঙদোকলিবা মওং অসি চরিত্র অসিগা য়াম্না মতা চান্নে। তমথীনা উরিবা মীশক অসিদা লৈরিবা নুংশিবগী মফম অসি থাক ৱাংই।

"সখী মনিঙলোমদা অমুক্তা চঙলুখিসি।"

"করিগী মনিঙলোমদদি ?"

"কিনু, ঐ নঙবু কৈসু তৌরোই, ঐবু কযামুক ফত্তবা মীনোনে ? নঙোন্দা কৈদৌগ্নগে ঐবো ? য়েঙোই সখী মীগী মপোৎ ওইরবসু নঙবুদি শোকনিঙদে।"

– (নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী, লা: ১৫৬।)

নত্তবা লমচৎনা মহাক্কী ওইবা মঙ্গিগী মফমদা লৈরিবা অশোনবসি উৎথোরকপদা নুপাগী থম্মোয়গী মশক অমা উবা ফংই। 'নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখি'দা য়েক্লিবা খুঙ্গংগী মথোং চাদ্রবা নুপা অসিসু অসিগুম্বা মখলগী চরিত্র অমনি। ময়ুম-মকৈ পাল্লবা, মচা লৈরবা নুপা অসিগী লমচত্তা পূক্লিং লৈতাদবা, নুপী অঙাংগী মনীং থুংহনবা ঙমদবা, য়াম্না মথোং হুক্তবা লীচৎ চৎলবসু মচাবু নুংশিবগী অথোৎপা থম্মোয়গী মশক অমদি য়াওরি। খুদোংচাদবা কয়া লৈরবসু মহাক্না অঙম্বা উপায় তৌদুনা মচা নারে হায়বা তাবদা থাপ্লবা খুঙ্গংদা য়ৌনবা হোৎনবা, মদুগীদমক মীগী মফমদা হায়জ-নোনজবদা পূক্লিং হন্থদবা কয়া অসিদা মহাক্কী থম্মোয়দা লৈরিবা মচাবু নুংশিবগী থাক অদু উৎলকই। মাগী নুপীগা ব্রারৌবগী মীচৈ, ইমুংগী অহল অদুগী থৌওইদবা লমচৎ পূম্নমক তুমিন্না খাঙদুনা মচাগা উন্নবগী নুংঙাইবদা লুপলিবা মতৌ অসিদা মচা নুংশিবগী তুংফম ওইবা মহাক্কী থম্মোয়গী অথোৎপা শরুক অদু চোংথোরকই।

পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা থৌদোক মচা মচাশিংদা চেল্লিবা নুংগা মহাওশিংবু চিংথোরক্লিবা ব্রারীমচা খরদি :- 'দোলাই তোংবীগীসু ব্রাইকুপ পুবীগীসু', 'শিন্নরম্বা', 'উস্তাদজী', 'কেসবকী চানা' অমদি 'চাবিক পরেং' নচিংবনি। 'দোলাই তোংবগীসু ব্রাইকুপ পুবীগীসু' হায়বা ব্রারীমচাদা মহাক্না নুংশিজবী কায়নবদগী নীংবা কায়হৌরবা মীশক অমগীদমক অমবোমদনা অফবা মপুরোইবা ফংদুনা নুংঙাইনা লেনখ্রবী নুপী অদুগীদমক পূম্নমকপু খঙলিবা মীশক অসিগী থম্মোয়দা ব্রারিবদু ফোঙদোকই। মচেৎ তাগ্রবা পুন্সিগী খোঙচৎশিংদ অউবা কয়াগী মফমদদি থম্মোয় শোকহন্দবা নত্তে। মদুগী অমাঙ-অতোং করিসু ফংদবা য়াই অদুবু খঙগনবা উগনবা থম্মোয়দদি মদুগী চৈনা ফংদবদি নত্তে। মসিসু পুন্সিগী শরুক অমনি। 'শিন্নরম্বা' হায়বা ব্রারীমচাদা তমথিরবা লায়না অমনা নারবা নুপা অমবু মহাক্কী ইমুং মনুংনা শোক্ল-শম্নবীদবা উৎলি। মদুদগী লাপথোক্লবা নবদ্বিপতা চৎতুনা লাই নীংই। মহাক মশাদি নবদ্বিপতা নাদুনা লৈরি অদুবু মহাক্কী পূক্লিংদি তামহৌরবা মচা অমদি মশুশিংবু তত্তনা নীংশিংলি।

মহাক্কী অকনবা লায়নাগা কন্না লাম্পেংনরকই। হিংখিগনি হায়বগী আশা উরক্কুবদা মণিপুরদগী লাকপা সনখ্বা অমদা মহাক্কী লৈজবা শেল খরদু শিন্নরকই। সনখ্বা অসিনসু শেল অদু তীর্থশিংদা কৎপীনবা লৌশিনখি। ব্রারীসিদা নিংঙমদনা লোইখ্রবা অচম্বা মীওই অমগী পুন্সিগী শক্তম উৎলি। 'উস্তাদজী' হায়বা ব্রারীমচাদসু অচম্বা মীশক অমবু অচম্বা থৌদোক অমগা লোয়ননা পুন্সিগী তাঞ্জা অমদা নীংশিংলকপা উৎলি। মীওইবগী পূক্লিংদা তাখিবা মমিদি লায়না কোক্কন্দে, নৌরিবা অঙাংগী পূক্লিংদা তাখিবা মীওই অমগী শক্তম অথেংবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা নীংশিংলকপগা লোয়ননা ব্রাখল মালংদা শক্তমশিং শাগৎলি। মতমগী লেপ্তুবা ঈচেলদা অহোংবা নাইবা পুন্সিগী শক্তমদা উস্তাদজীগী শক্তমসু শাগৎতুনা উৎলকই। মসিদা অহোংবা নাইবা পুন্সিগী শক্লোন অমা উৎপা ঙম্মী। 'কেশবকী চানা' দসু অহোংবা নাইবা পুন্সিগী মমি তাই। ইনখৎলকপা মতমগী ইঙাও ঙাওরিঙৈ মতমদা থেংনখিবা চানা য়োনবা কেশবনা অথেংবা পুন্সিগী লমদাং অমদা অতোপ্পা শক্লোন অমদা অমুক হন্না লেপ্লবদা পল্লেপফম লৈত্রবা পুন্সিগী শক্তম অমা পীরকই। মরমদম অর্মদি নুংশিরবা ইমুং-মনুং থাদোক্নুনা শেল তান্নবগীদমক লাকখিবা কেশব মচা নাবগী পাউ তাবদা তন্না হনখি মরমদমদা। খোঙচৎ অদুনা অরোইবা ওইখ্রবনি খল্লুবা কেশরীনা কেশব ওইনা অমুক হন্না মণিপুরদা ফাওরকই। অদুবু মতমসিদদি মহাক্কী মচা লৈত্রে, মহাক্কী নুপী রামদুলারী লৈত্রে। অহল ওইশিল্লকপগী অহোংবা কয়াগা লোয়ননা মহাক্কী হান্নগী শিনফম চখ্রৈ। ব্রারী অসিদা পুন্সিগী তোরৈ কয়া লৈথোরকই। মসিনা পুন্সি খোঙচৎকী অরেপ্পা খঙলুবা ঙমদ্রবা শক্তম অমা পী। 'চারিক পরেং' হায়বা ব্রারী মচা অসিদসু পুন্সিগী মতাং অমদা থেংনখিবা মীশক অমগী খঙবা ঙমদ্রবা শক্লোন কয়া কুইরবগী তুংদা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা খঙহৌদনা ফংলকপা উৎলি। মীওইবগী মুক্তিবু পামজবা করনেল জে টমাস মতম খরা উখ্রুলগী চীংমানদা লৈরম্মী। পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা লাম্মী ওইনা য়াওখিবা মীশক অসিগী পুন্সি জেলদা থা মাপল লেনখি। জেলগী পুন্সিদা মহাক্না মীওইবগী অশেংবা মুক্তিগী মশকপু থিনীংবা ফাওরকই। ব্রাখল্লোন অসিনা লৈতাহন্দ্রবা মীশক অসি ঙাওচৎনবা মতৌ অমা পুদুনা চৎলি। মীশক অসিবু পুন্সিগী অঙনবা তাঙ্কক অমদা থেংনখ্রবসু মহাক্কী অশেংবা অমদি অরেপ্পা করিসু খঙখিদরে।

অসিগুম্বা অঙকপা মীশক অসিগী অরোইবা পুন্সিগী মশক অমদি থম্মোয়গী শক্লোন অমা অথেংবা পুন্সিগী তানফম অমদা হোৎনরুবা তৌদনা ফংলকই। মীশক অসি মণিপুরগী জঙ্গলদা থরায় থাখি হায়বসি কুইরবগী তুংদা খঙলকই। লোয়ননা শকখঙবা ঙমখিদ্রবা অঙকপা মীশক অসিগী নুংদা মচল নুংশিবগী অথোৎপা থম্মোয় অমা লোৎলমই হায়বসি অরোইবদা খঙলকই। মীওইববু পাক-চাউনা খোন্দুনা নুংশিবগী থম্মোয় পানবা মীশক অসিগী নুংদা ফুমলিবা মচলবু নুংশিবগী মফম অমা খাকলম্বা উৎলকপদা তোপ-তোপ্পা মহাও পীবা ঙম্মী। পাক-চাউরবা মীওইবগী থম্মোয় লমদমনি হায়বা ৱারী অসিনা উৎলি।

'রাস পূর্ণিমা' অমদি 'চেঙহী মনম' হায়বা ৱারীমচাশিংদা সমাজগী হন্থবা থাক্কী পুন্সিগী শক্তমশিংবু য়েকলকই। রাস পূর্ণিমাগী অহিং অমদা পুন্সিগী অরোইবা বিদায় পীখ্রবা মীশক অমগী নীংশিংবনা অচৌবা মফম কলহৌরবা চান্দনীনা মহাক্কী কায়থ্রবা নুংশিবগী মশক অদু দুর্গা অমদি শিবুগী পুন্সিদা অমুকহন্না শেমগৎকে হোৎনরকই। অৱাংবা থাক্তা হিংলিবা, মতমগী শিক্ষাগী মঙাল ফংলবী কায়নবগী চৈনা পুদুনা চৎলিবী চান্দনীগী থম্মোয়না অনেম্বা থাক্কী পুন্সি মহিংদা লেল্লিবী দুর্গাগী থম্মোয়বু মিনুংশিগা লোয়ননা য়েংলকই। অইবীগী লোন্দাদা –

> "চান্দনীগী ঙকপদা থেংখরে। অসিগুম্নী মহুয়া বনগী লৈরাংনা কদায়দগী অসুক য়াম্না ৱা অসি হৈরুরিবা ! অঙকপনি ! থম্মোয়গী লোন্দী তোঙাল্লী, তমদ্রবসু মী পৃম্নমক্না লোম্বা ঙম্মী।"

পুন্সি মচা অমদি থৌদোক মচাশিংগী নুংদা ফুমলিবা ফজবা উৎলি। তোল্লবীগী থম্মোয়বু মিনুংশিগা লোয়ননা শকখঙবীবা উবা ফংই। হিংবগী পাম্বৈ থিবদা বোলাইগী মখা পোল্লবী দুর্গা মমা মচাগী পুন্সিবু মনিংতমহন্নবা হোৎনবদা লোয়ননা দুর্গাবু মহাক্কী নুংশিজবা শিবুগী মফমদা থুংজখিনবা হোৎনবদা চোংশিন্দুনা মতেং পাংবী। মসিদা মশাগী মৈচাক কাওথোক্তুনা অপেনবা ফংজবা উৎলি।

'চেঙহী মনম' হায়বা ৱারী অসিদসু অৱাংবা থাক্তা হিংলিবা ডা: অমগী থম্মোয়দা অনেম্বা থাক্কী মরায়বক থীরবী নুপীমচা অমবু মিনুংশিগা লোয়ননা নুংশিবীবগী শক্তম য়েকই। হিংবগী লানফমদা মায়োক্লবা ঙমদবদগী মদোম আত্মঘাট তৌজরবী ইনখৎলকলিবী নুপীমচা অমবু উরুরগা লায়েংবগী পুন্সিদা কুইনা লৈরকপনা থম্মোয় কনশিনখ্রবা ডা: অমগী থম্মোয়বু খঙহৌদনা মীকপ

থোকহনখি। নুপীমচাসিগী পুন্সিগা শাগোন্নদুনা চৎখ্রবা মেঙলবা, শোল্লবা থম্মোয় অদুবু চিংখৎনীংলুই, থৌনা হাপ্পীংলুই, হাপলকই –

'ডাক্তর কপলক্ষ্মী। মঙ লৈবাক্কীরা মীরৈবাক্কীরা খঙদে শমথদুনা ঙহাক কল্লী করিগীনো কনাগীনোসু মফম খঙদে। চোইরোলগুম শোল্লকই – অদুদি করিগীদমক 'চিঙহী মনম'। নঙবু লাকপা য়াদ্রা। ঐবু অতোপ্পরনে।'

– নুঙ্গাইরক্ত চন্দ্রমুখী, লৈমায় - ১৬৭

হিংনীংবগী আশা পুদুনা লেপলম্বী, নীংবা কায়না চৎখ্রবী অসিগী পুন্সিবু নুংশিনা কোনখৎপা পাম্বনি। মসিদা অতোন-অতা অমদি লৈত-লায়রগী পুন্সিবু নুংশিবীবগী, য়োকখৎনীংবগী মীৎয়েং য়াওরি।

'থম্বাল' হায়বা ৱারীমচা অসিদা মৈতৈ নিংঙোল থম্বাল অমদি পাঙল দার্জি অসমানগা অনীগী নুংশিবা উৎলি। ধর্ম্ম অমদি জাতি খেন্নে হায়বা খঙনা খঙনা অসমাননা থম্বালদা নুংশি কাইহৌই। ধর্ম্ম অমদি জাৎ খেন্নবগী মীৎয়েংদা পাঙলশিংবু হঙ্গোই-তুক্কচনা খল্লিবা থম্বালনা অসমান্দা তথী-তথী চৈ। লেংদ্রবা থম্মোয়গী মশক্কা লোয়ননা অসমান্না থম্বালবু মাগী ওইগনি ৱাশকই। মীওইবগী থম্মোয়গী নুংশিবগী ইনোৎ থম্বালগী থম্মোয়দসু থুংলখি। মতমদুদা জাতি, ধর্ম্ম খেন্নবগী মীৎয়েং কাউথোক্লুনা অসমানগী নুংশিবদা লুপখি। সমাজগী মীৎয়েংদা ধর্ম্মগী ৱাংমা লানখ্রবী থম্বালবু মীশিংনা ইন্থোকই। অসিগুম্বা থম্মোয়গী মরী অসিদি মপানথোংগী পলনা থিংবা ঙমদ্রবা অৱাংবা থাক্কী নুংশিবগী মশক্তি হায়না উৎনবা হোৎনৈ। মিনুংশি অসিনা মীওইবগী মরক্তা মাঙলা জাৎ খেন্নবগী পল নমথায়বা ঙমগনি, অমদি মীওইবগী অমত্তা ওইবা শক্তম শাগৎপদা তেংবাংগনি হায়বগী থাজবা উৎলি।

"মদু নৎতে থম্বাল। নঙগুম্বী মনি অথোইবী অমনা সাক্ষী ওইরী মদুদি তাইবংপানবদা অথোয়বা পোৎশক অমতং লৈ - মদুদি তাইবং মীওইবনি। নঙবু নোংমা, ঙসি খঙদ্রবসু-নোংমদি শোয়দনা খঙলক্কনি। থম্বাল নঙসু মীনী।"

ৱারীমচাশিং অসিদা য়েক্লিবা তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং অসিনা মীওইবা অমদি পুন্সিগী শক্তম অমা শেমগৎলকই। মহাক্কী ৱারী অয়াম্বদা মচোয় তারবা পুন্সিগী মচেৎশিংবু ফাজিন্দুনা পুন্সিগী অচুম্বা শক্তম অমা পীনবা হোৎনৈ। অৱাংবা থাক্তগী হৌরগা মরোল নাইরবা পুন্সি মখল কয়াবু উৎনবা পান্দমলিবা

অইবীগী খুৎইনি । মপুঙ ওইবদি অপীকপা পুন্সিশিংনি । অপীকপা পুন্সিদগী অপীকপা থৌদোকশিংবু খোমগৎতুনা মদুদগী মীওইবগী শক্তম লাক্লবা হোৎনৈ । থম্মোয়গী অঙকপা শক্লোন কয়া চিংথোক্লবা হোৎনৈ । অচম্না মীৎয়েংনা উবা ঙমদ্রবা পুন্সিগী অকুপ্পা শক্লোন কয়া, থম্মোয় মরীগী পীক্লনা লংজা কয়া, মীওইবগী নুংগী উঙমদ্রবা লীচৎ কয়া, ঈহুল কয়াদু অইবীগী [illegible] ময়েকশেংনা নীংথিনা থরায় হাপ্পি, চিংহল্লি। মহাক্কী খুৎলাম্লোক অমদি [illegible] তোপ তোপ শক্তি লৈ চরিত্রশিংবু মসিনা পুখৎলিবা শক্তম খুদিংমক তোপ-[illegible] শক্তমদা মশা খিংনা লেপ্পা ঙমহল্লি।

## এলাংবম নীলকান্তগী শৈরেংদা

## হ্যুমেনিজম অমদি নেসনেলিজম

পৃথিবীগী ফাওরবা হ্যুমেনিষ্টশিংনা মীওইববু খ্বাইদগী অথোইবনি ...সদা থাজে। মীৎয়েং অসিনা হ্যুমেনিজমগী হৌরকফম মরুনি। মীওইবা ...পপু হেন্না মশক থোক্লবা, নুংগী অফবা, ফজবা কয়াবু হেন্না থাক ...হনবা লম্বী থিবনা হ্যুমেনিষ্টশিংগী পান্দমনি। মীওইবগী নুংপানগী মশকপু ...ফম, অচুম-অরানগী মীৎযেং (রিজন) না নীংথিনা বিচার তৌরবতদা ...বগী অথোইবা অফবা মঙ্গুনশিংবু নীংথিনা য়াকাযহনবা ঙমগনি হায়বসিদা ...া থাজবা থম্মী। তোঙান-তোঙানবা দার্শনিকশিংগী মীৎয়েংশিংনা ...সকলিবা হ্যুমেনিজমগী বাখল্লোনসি সাহিত্য অমসুং পুন্সিদা লেপ্তুনা ...র্কলি। ক্লাসিকেল গ্রীক লিতরেচরদগী হৌবগা নোংচুপকী অমদি নোংপোক্কী ...দা মীওইববু অবাংবা থাক্তা পুখৎনবগী অমদি মীশিংবু অফবা অচুম্বা ...দা চৎহন্নবগী পান্দমদা চঙশিল্লকই।

সাহিত্য অমসুং অতৈ কলা, সংস্কৃতি, ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিগী অকনবা ...শং থেংখাং নাইনা ফাওখিবা কবি এলাংবম নীলকান্ত(১৯২৭)গী ...রেংশিদা অচৌবা মীৎয়েং কয়াগী মমি তাবা থেংনৈ। মীশিংবু অফবা লম্লেলদা চং হন্নাংবগী, লমদমসিগী সংস্কৃতিবু য়োকখৎপা পাম্বগী, মরৈবাক নুংশিবগী, ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্বগী মীৎয়েংশিং চাং রাংনা য়াওরি। মীশিংবু হেন্না ফগৎহন্নীংবগী মীৎয়েং (হ্যুমেনিজম) অসি কবিগী শৈরেংশিংদা মমি তারি। মরৈবাক নুংশিবা, মীওইববু অমদি পুন্সিবু য়াম্নমক মমল লৈনা লৌজবা কবিনি। অনৌবা মণিপুরী সমাজদা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সিদা কবিগী মীৎয়েংফম তারুই। কবিনা থাজখিবদি মীওইবা অসি অথোইবা জীবনি অমসুং পুন্সিনা

অফবা, নুংঙাইবা অমদি নুংশিবগী অঙকপা মহাও পীদুনা মহৈ য়াল্লবা, মুক্তিগী লম্বেল অমদা চঙশিন্নবগী তাঞ্জা অদু পীগনি হায়বসিনি। মহাক্কী ৱাখল্লোন অসিগী মরুদি আত্মা অমদি পারআত্মা অনীগী লৈনবা মরী অদুদি। বেদ, পুরান, উপনিষদনা পীরিবা হিন্দু লাইনীংগী নুংদা ফুমলিবা আত্মাগী শক্লোন অদুদা চেৎনা থাজবা কবিনা মীওইবা অমদি পুন্সিগী নুংদা চঙশিন্দুনা য়েংনবা হোৎনৈ। মীৎয়েং অসিনা পীরকপা ঈথিলনা মরম ওইরগা কবিগী থম্মোয়না মীওইববু অমদি পুন্সিবু নুংশিনা চেৎনা কোনশিল্লকই। কবিগী মীৎয়েংদা মীওইববু নুংশিবগী খোঞ্জেল অমা থাদোক্তনা লোয়নৈ। খোঞ্জেল অসিবু হেন্না হৌগৎহল্লিবদি কবিগী সমাজ, নাক-য়েৎকী ফীভম অমদি মীওইবগী উপায় লৈতবা কয়াবু উরুবদগীনি। মহাক্কী মীৎয়েং অসিগী মমি মহাক্কী শৈরেংশিংদা তাবা থেংনৈ।

মতমগী সমাজদা থোকলিবা, থেংনরিবা অমদি উরিবা শক্তমদি পুক্লুংগা থিরিবা অমদি শাগৎলিবা কয়াগী ৱাংমদনি। মায়কৈ কয়াদা মীৎয়েংফম তাকবগা নীংবা কায়নীংঙাইতা ওইরবা ফজবা মাঙখ্রবা, অচুম্বা লৈত্রবা শক্তমতমক উরকই। মীশিংগী লমচৎ মাঙথরকপা, থম্মোয়শিংদা অৱানবগী পোৎলুম পুরিবা কয়াবু উরুবগা থম্মোয় শোক্লীংঙাই ওইরকই। পূম্নমক অসিগী মরুদি হিংনবা হোৎনবদা থেংনরিবা সমস্যাশিংনি। অনৌবা মতমগী পুন্সি মহিংনা মীশিংগী মরক্তা য়েংথিনবা, মুক্লবা, অঙম-তান্নবা, অমনা অমবু নমথনবা হোৎনবগী ফীভমদা লাকপনা অরানবা পাম্বৈ কয়া শীজিন্নরকই। মসিনা ইংন-চিক্লা লৈজরম্বা মীওইবা সভ্যতাগী মশক্তা অকিবা শক্তম পুহল্লি। কবিনা মী অমদি পুন্সিগী শক্তমদা লাক্লিবা অহোংবা অসিদা নীংঙমদবা ফাওই, অমদি মসিগী চৈথেং ফংলবা মীওইশিংবু নুংশিবা ফাওরকই। মখোয়গীদমক ৱাখল খল্লকই। মখোয়গী মশাদা য়াওরিবা নীংথিনা য়াকাইবা ঙমদ্রবা অফবা ৱাখলশিং অমসুং অফবা গুণশিং অদুবু মপুঙফানা য়াকায়হন্নবা ইথিল পীদুনা মখোয়দা থৌনা পীবা পাম্নকই। কবিগী শৈরেংশিংদা মীওইবগী হেন্না ফবা লম্বী অমগীদমক, হেন্না ময়েক শেংবা পুন্সিগী লমথুং অমগীদমক লেপ্তুনা ৱাখল খনষগী মমি তায়। পুন্সিশিংদা মীৎয়েং থমলুরগা, সমাজগী মরমদা খল্লুরগা অথোৎপা, অতপ্পা খোঞ্জেল থোরকই।

মতু শোল্লবা, উপায় লৈত্রবা, চৈথেং ফংলবা লায়রবা মীওই কয়াগী পুক্নিদা থৌনাগী ঈরিক খিক্লনা মখোয়বু হৌগৎহনবা পাম্মী। অদুনা কবিনা লাওরকই –

অদুবু চৎলি
পুক্নিগীদমক
অদুবু চৎলি
সহরগী লৈরক্তা, বাজারদা, সিনেমাহোল মমাংদা
ঐতনদি উরি চরাম্নমরবা, চদৎনরবা কংশিলক্লবা
অদুগা ইমা ! মীৎকী পি ।।
ইমা মণিপুর নুংশিবী !
নহাক্কী সংস্কৃতিগী লৈকোলসিদা পূক্লিং হুরবা
ওইজগে ঐহাক্তি কবি
লৈখা তারবগী ওক্তবশিংগী নৈহৎপিরবা পুন্মাং মাঙলবশিংগী।




– ওইজগে ঐহক্তি কবি (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা : ২৮)

লমদমসিগী শোখাহৌরবশিংগী অৱাবদা শরুক য়াবা, মখোয়বু নুংশিবগী অকনবা ঈহুলশিং য়াওরি। মসি হ্যুমেনিজমনি। মীৎয়েং অসি কবিগী পুক্নিগী অঙনবা শরুক্তগী হৌনা লৈরক্লে। মরমদমগী ওইরিবা ফীভম, সমাজগী শক্তম অমদি পুক্নিশিংবু উরুবদগী ফাওরকপা মীৎয়েং অমনি। কবিনা হন্তবা থবক্কী মীওইশিং অমদি মখোয়গী পুক্নিবু য়োকখৎপা পাম্মী। মীওইবা অমদা চেনফম থোকপা অফবা অৱাংবা গুণ খুদিংমক অৱাংবা অনেম্বা থবক পূম্নমক্কী মীওইশিংদা লৈ হায়না লৌই। অদুগুম্বা গুণশিং অদু য়াকাইহন্নবা হোৎনবদা ফীভম্না নমশিনবীরবা তোল্ল-তারবশিংগী পুক্নিদা হেন্না মিনুংশি থম্লীবা কবিগী মীৎয়েং অসিদা হ্যুমেনিষ্ট অমগী মশক উৎলকই। কবি অসিদা লৈরিবা হ্যুমেনিজমগী মীৎয়েং অসি মরমদমগী শোক্লবা শক্তম উরুবদগী অমদি দশনগী মীৎয়েং কয়াবু নৈনরুবদগী পোক্লকপনি। অঙনবা মতমদা ইখিবা মহাক্কী অতৈ শৈরেংশিং "থিয়ু নহারোল থিয়ু" অমদি "ব্রাহং" হায়বা শৈরেংশিং অসিদসু হ্যুমেনিজমগী মীয়েং অসি উৎলকই।

কবিনা মীওইবগী অফবা মতীক মঙলদা চেৎনা থাজৈ। মীওইবনা তৌগে নীংবদা ঙমদবা লৈতে। অদুবু মখোয়গী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং অদু ফত্তবা লম্বীদা

শীজিন্নদুনা লৈরে। মসিবু মাঙহন্দুনা অফবা মায়কৈদা চিংশিল্লকপা হায়বসিনা মীওইবা অপুম্বগী অমদি বিশ্ব তাইবঙগী অফবা ওইগনি হায়না চেৎনা থাজৈ। অদুনা কবিনা অদুগুম্বা অফবা মঙলশিং অদু শীজিন্নদুনা ইরম কয়াদা অফবা অওনবা অমা পুরকপা পাম্মী। পৃক্লিং অমদি ৱাখলগী নীংতম্বা শীজিন্নদুনা লৈরিবা সমাজ অসিবু অমুক্তং অওনবা পুরকপা পাম্মী ; ধর্ম্ম খেন্নবগী পল, অমনবা থাজনবীগী য়োহিলং, পূম্নমক অসিনা শাগৎলিবা য়েংথিনবগী অমম্বা মৈখু কোকহনবা তাই। মসিগীদমক অনৌবা, ফজবা, অচুম্বা ৱাখল্লোন কয়া পুথোকপা তাই মীশিংবু নৌনা লমজিং পীবা তাই। সাহিত্য, কলা অমদি সংস্কৃতিগী অওনবা মশকশিং শেমগৎতুনা ৱাখলগী শক্তি কয়া শাগৎপগী তঙাইফদবা লাক্লি। পূম্নমক অসি তৌবদা থৌনা ফবা, কিদবা অমদি ইচঙ থৌবা য়াম্নমক তঙাইফদবনি হায়না লৌরি, কবিনা পামজবনি –

থিয়ু নহারোল থিয়ু  
থিয়ু হে বিপ্লবীদল !  
খঙউ ঐখোয়সি স্বাধীনতাগী মুর্ত্তিনি  
তৌগদবনি অঙকপা বলিদান  
মাঙহনগদবনি ইশাগী ওইজবা থিবা  
পুন্সিগী অচুম্বা লম্বেন্দা  
চঙশিল্লু চঙশিল্লু হে নহাবোল !”

– থিয়ু নহাবোল থিয়ু (চৎলসিনে কদাইদনো ইবান্নি, লা : ৪২)

মীওইববু নুংশিবগা লোয়ননা মীওইবগী য়াইফনবা হোৎনবা পাম্না উৎলি। মসিগীদমক মীওইবদা লৈরিবা অফবা মতীক মঙলশিংবু হৌদোকলি, থৌনা পীরি অমদি লম্বী তাক্লি। মীৎয়েং অসিদা হ্যুমেনিজমগী মশক শেংনা উৎলি। ঙসি মতমগী অওনবা ঈচেন্দা হোংলকলিবা মীওইবগী পুকচেল অমদি নীতিনা খুন্নাইদা পীরকপা চৈথেং কয়াদসু কবিনা নুংনাংবা, অৱাবা অমদি লাংতক্লবা উৎলি। ধর্ম্ম মাঙথরক্লবা পৃথিবীদা শান্তি লৈশিল্লক্লবা, হিংসাগী থবক্লা মীকুপ কাংদনা মীশি মীনা থোকহল্লিবা অসিদা নুংনাংবা ফাওই। ঈশ্বর ফাওবা লাপ্না লৈখ্রবগুম ফাওরক্লবা ফীভম অসিদা মীওইবগীদমক ৱাহং হংলকই মহাক্কী ‘ৱাহং’ (চৎলসিনে কদাইদনো ইবান্নি, লা : ৪৪) হায়বা শৈরেংদা।

কবিদা লৈরিবা হ্যুমেনিজমগী মশক অসি মহাক্কী অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক্কগী হৌনা ময়েক শেংনা ফাওরকখ্রে। মসিনা মশা মরেং ফন্না ময়ায় চল্লকপা তাঙ্কক্তা ফুক্কৎলকপা থেংনৈ। মহাক্কী মীৎয়েংনা মরমদমগী মীশিংগী পুন্সিদা তারুবদগী পোল্লকখিবা ঈহুল অসিনা পাকথোক চাউথোক্না মশা মরেং ফন্দোরকই অমদি মীওইবা জাতিগী থাক্তা মীয়েংফম থম্লকই। মহাক্কী ময়ায় চল্লকপা তাঙ্কক্কী শৈরেংশিং – 'অকিবা', 'ইরৈবাক', 'নাইতোম', 'পুন্সি', 'অনৌবা পৃথিবী', 'নুং-পান', 'পৃক্লিংনদি হায়রি ভপথখো', অমদি 'করি কান্নরিবগে শৈরেং ইবগী' হায়বা শৈরেংশিং অসিদা হ্যুমেনিজমগী হেন্না পাক-চাওথোক্লবা মীৎয়েং উংলকই। 'অকিবা' হায়বা শৈরেং অসিদা কবিনা মীওইববু কাঙলুপ অমত্তা ওইনা পুন্না য়েংলকই অমসুং পুন্সিবু অফবা, অচুম্ব থিরিবা, মুক্তি তাল্লিবা খোঙচৎনি হায়না ফোঙদোকলি। পুন্সিদা ফিদম কয়া শেমগৎপনা মীওইবা জাতিবু অরাংবা থাক্তা পুখৎলিবনি হায়না লৌরি। অসিগুম্বা অফবা মায়কৈদা চঙশিন্নবা হোৎনরিবা মীওইবগী লমচংতা অশোয়বা কয়া লাকপা তারবদি মদুনা মীওইবা জাতিগী শক্তমদা অমদি পুন্সিগী পান্দমদা অপনবা ওইরক্লনি খনবদা কবিনা নুংনাংবা ফোঙদোকলি–

"ব্রহ্মামক্না পোকওমদ্রবা অমৃতগী মচাশিংনা
ওইরক্লবা অসুম অসুম শারমচৎকী পুন্সি
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?
বুদ্ধিনা শাগৎচবিবা মীওইবগী দলানশিংনা
নীংখায়রক্লবা অসুম অসুম চিংনবগী যুগারাবদা
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

—অকিবা (তীর্থ যাত্রা, লা: ৯)

কবিনা মীওইববু অপীকপা, অখুবা ৱাখলদগী নাম্থোহনবা পাম্মী। ঐগী হায়বা অপীকপা কাখল অসিদগী লাম্থোক্তুনা পাক-চাওরবা মীওইবা কাঙলুপ অমদি পাক্লবা তাইবঙপান অসিগী মনুংদা তিনশিনখিবা পাম্মী। ঈপাক অসিবু ফংজবনা অশেংবা নুংঙাইবা অমদি নীংতম্বা ফংগনি হায়বসিদা থাজে। মীৎয়েং অসিদা যুনিভর্সেল লবকী অৱাংবা ইহুল য়াওরি। যুনিভর্সেল লব (বিশ্বপ্রেম) হায়বসিদা মীওইববু নুংশিবা (হ্যুমেনিজম) হায়বসি শোয়দনা য়াওই।

ইমিং লৈতে
জাতি লৈতে
ইশক নাইদে
ঐহাক্তি চুম্নতগী মীওইবনি
অমৃতগী-মচানি।
ইমা মণিপুর নহাকসি য়ারেকশঙনি
অহিং অমতংগী ঐহাক্কী
নোঙাল্লকপদা থাদোকখিবা তাই
পুন্সিগী পোৎয়োম থনমদুনা
হন্নমক্তা য়েংঙমদনা।" — ইরৈপাক (তীর্থ যাত্রা, লা : ১৮/১৯)

কবিগী ৱাখলদা লৈরিবা মরৈবাক নুংশিবগী ঈশ্হুল মঙম য়াম্না পাকচাউই, মশাবু তাইবঙপানগী শরুক অমা ওইনা লৌরকই। মসিদা মীওইববু, তেংবান অপুনববু নুংশিবগী, মদুদা লুপচবগী ইঙ্গিৎ য়াওরি ; হ্যূমেনিজমগী ৱাংলবা ঈশ্হুলনি।

মীওইববু নুংশিবা অমদি তাইবঙপানবু নুংশিবগী পাক চাউরবা ঈপাকসি তম্না চঙশিনবা পামলিবা কবিনা মীওইবগী অখুবা পুকচেলবু উরগা নীংঙমদবা ফাওই। চাওখৎপগী ওইরিবা শক্তম অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গী মরীদি লাপথোক্লরক্লি ; মসিবু উরুরগা কবিনা পেন্দে। মীওইবগী মশাদা নুংদা য়াওরিবা থম্মোয়বু মশানা শকখঙজবা ঙমদবদা কবিনা নুংনাংবা পোকই --

চাওখৎপগী বারুনী চীংমাইসিদা কানরি মীওইবনা
থিনরি মাঙম্রবা থম্মোইবু
থায়নগী নুংশিববু শান্তিবু
নুংঙাইবগী মৈরা লিশিং পায়নরদুনা।
অদুবু ফংগদবদি লৈতে
মরমদি থিরিবা পোৎসি
মনুংগীনি মপান্দা লৈতে।" — নাইতোম (তীর্থ যাত্রা, লা: ২৩)

মীওইববু অপাকপা মীৎয়েং অমদা তিনশিনহনবা পাম্বনি ; থম্মোয়গী মরী শেমগৎপা পাম্বনি, মীওইববু নুংগী ফজবদা লুপহনবা পাম্বনি। মীওইবগী মশাদা অফবা, অচুম্বা তৌবগী হক অমসুং শক্তি লৈ হায়না লৌরিবা মীৎয়েং

অসিদা হ্যুমেনিজমগী মশক য়াওরি। মীৎয়েং অসি 'পুন্সী' হায়বা শৈরেং অসিদসু উবা ফংই। কবিনা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না মমল লৈনা লৌই। চুম্নতগী চম্না হিংলিবা পুন্সি অসিতনা মহৈ য়ান্দে হায়বসিনি। করিগুম্বা খরদং তৌরম্বনা পুন্সিগী পান্দমনি, অচুম্বনি হায়না লৌই। অদুনা পুন্সিগী মমল অমদি মগুণ খঙনা করিগুম্বা খরা তৌরম্বা তাই হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি।

"ঙসি অয়ুক্তা শোকচরুই, লৈরাং অমতং
খৃৎনা শোকপদা কেনখি
লৈমাযদা তাখি ফজবগী-মঙাল পুম্বা।
খঙহৌদনা পোকখি ব্রাখলদা
অসিরা পুন্সী হায়বদুবু
অর্থ য়াওদবা, ঙাল্লম্বা
ঙাইহাক্কী মৈবীগুম ?" – পুন্সী (তীর্থ যাত্রা, লা : ৩১)

কবিগী পৃক্লিংনা মীওইবা খুন্নাইগী অপুনবা শক্তম শাগৎনীংবগী অপাম্বা লেপ্পা লৈতে। মীওইবগী থম্মোয়গী অমম্বা হাংদোকপা পামখি, ধর্মগী খেন্নবা পলবু থুগাইবা পামখি অমুকসু রাজনীতিগী খেন্নবা মীৎয়েং কয়াবু লৌথোকপা পামখি। মখোয় অসিনা মীওইবগী অপাকপা মীৎয়েং শাগৎপদা, অপনবা অয়েৎপা কয়া থোকহল্লি হায়বসিদা চেৎনা থাজৈ। মীওইবগী থম্মোয়গী মরী শেমগৎপা পাম্মী, মসিনা মীওইবগী অশেংবা চাওখৎপা অমদি নুংঙাইবা পুবক্লবগী অথোইবা উপায়নি হায়বসিদা থাজবা উৎলি।

"লাক্লি খোঞ্জেল অমসু হন্না হন্না
মপান্দা য়েংগনু, নুংদা থিয়ু
লৈবনি পাওখুম নুংদ থম্মোয়গী কাচিন্দা।
মাঙদা চাইথরক্লি বকুল লৈরাংশিংগুম্না
মঙ, পুন্সী, হিংসা, অহিংসা
প্রজাতন্ত্র, লোকশক্তি স্বর্গ মালেম
খুঞ্জনজরি ঐহাক্না চাইরবা লৈরাংশিংসে
পরেং অমতং শেম্নবা।" – অনৌবা পৃথিবী (তীর্থ যাত্রা, লা : ৬৪/৬৫)

শৈরেং অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গী মরী ফগৎলক্নুনা, নুংশিবা, ফজবা, অচুম্বনা মপুংফানা লৈশাৎ তম্বগী শক্তম অদুবু ইখৌ লাংজরিবা কবিগী থম্মোয়গী

মশক উৎলি। পুন্সিবু হকচিন্না নুংশিবা অমদি মীওইবগী য়াইফনবা খল্লিবা মীৎয়েং অসিদা হ্যুমেনিজমগী ব্রাংলবা মশক য়াওরি ।

কবিগী 'নুং পান' হায়বা শৈরেং অসিদদি হেন্না কনবা ফিরেপ উৎলকই। মীওইবদা লৈ হায়না লৌরিবা ফিদমগী শরুকশিং অদুবু ঙাকপা পাম্বা ব্রাখলদা চপ য়ুংনা লেপ্লকই। মপানগী ইথিল কয়ানা মসিদা অপনবা অথিংবা পীরবসু মদুবু থৌশাদনা খাঙবা পাম্বা উৎলি। মপানগী ইথিলনা শাফু পীরক্লবসু অফবা অচুম্ববু ঙাক্লবা লৌরিবা ফিরেপ অসিদদি অহোংবা পীবা ঙম্লোই হায়না ফোঙদোকলি। মীওইবগী অব্রাংবা, অফবা ব্রাখল্লোনদা থাজবা মীৎযেং অসি হ্যুমেনিজমনি। কবিনা কবিতা অসিমক মীওইবগী যাইফনবা, থম্মোয়গী পাউজেল পুদুনা চৎলিবনি, পুন্সিগী মশক তাকলিবনি হায়না লৌই। কবিনা শৈরেং ইরিবসু পান্দম অসিদনি।

"মাঙফদে শৈরেংগী অর্থদি
থিংঙমদে কবিতাগী ঈচেলদি।
অসিনা চেন্থরি ঈশিং চাইবী গুম্না
অরেপ্পা লৈতনা লোন্না
থম্মোই কদায়গী
শোক্লনবা থম্মোই কয়াদু
ফোঙদোক্লবা পুন্সী মশক
মাঙনাইদ্রবা সুরদা
লেপ্পরোইদবা ছন্দদা মীওইবগী।"
— করি কান্নরিবগে শৈরেং ইবগী (তীর্থ যাত্রা, লা : ৯১)

কবিগী থম্মোয়দা লৈরিবা মীওইবা সমাজবু নুংশিবা, মীশিংদা লৈরিবা অফবা মঙলশিংবু য়াকাইহনবা পাম্বা, মীওইবা কাঙলুপ্পু অমত্তা ওইবগী মীৎয়েংনা নংশিনা কোনশিনবা পাম্বা মীৎয়েংশিং কবি অসিগী অথেংবা পুন্সি তাঙ্কক্তসু পুদুনা চেন্থরকই। ব্রাখলগী ঈচেলনা ঈরোং কয়া ফাংনা চেন্থদুনা হীরম কয়াদা মীৎয়েং থন্নুরবসু মহাক্কী নুংদা ফুন্নিবা মীওইববু নুংশিবগী মীৎয়েং অসিদি মতম পুম্বদা থাদোকপা ঙমদনা লোয়নৈ। মহাক্কী অথেংবা তাঙ্কক্তা ইখিবা শৈরেংশিং 'আর্ট অমসুং কলচর', 'নীংতম্বগী লান', 'থাদোকপিনু', 'থেংগৌ',

'অনী নত্তুগা অমা', 'অনৌবা চহিবু ওকচবা' অমদি 'বিদায়গী মতমদা' হায়বা শৈরেংশিং অসি হ্যুমেনিজমগী মীৎয়েং পুবা শৈরেংশিংনি।

কবিনা পুন্সিবু য়াম্না নুংশিজৈ, মসিবু অৱাংবা থাক্তা থম্বা পাম্মী ; অদুগা কলাবু পুন্সিগী থাক ৱাংখৎহনবদা শীজিন্নবা পাম্মী। ঙাইহাক্কী ওইবা, মগুণ চেন্দবা খূৎশেম অদু য়ানিংদে ; কলাগী মীৎয়েংদগী শাগৎপা পুন্সিদগী অৱাংবা সংস্কৃতিগী মশক থোক্লক্কনি, মী অমসুং পুন্সিগী শক্তমদা হেন্না মপুংফাবা ওইরক্কনি হায়বা উৎলি।

"পুন্সী হায়বসি ঙাঙবা নত্তে ওইবনি
ৱাহৈনা ফোঙদোক্লিবা অচুম্বা মচেৎশিং নত্তে
ওল্লকইবা মশক্তনি তশেংবা
খৌবাংলবা মীচম্বালগী তঙাংলবা মশক্ত নত্তে
তপথদ্রবা পুন্সীদা লেঙফদ্রবা সনজীংগী মশক্তি
যোগানি পুন্সী হায়বসি
আর্টনি মঙালগী লমদা চঙশিল্লিবা।"
-- আর্ট অমসুং কলচর (পূক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা: ১৭/১৮)

কবিনা উরিবা মীওইবগী চাওখৎপা অমদি নীংতম্বগী শক্তম অসি য়াম্না মনুং হুনজিল্লি অমদি অৱাংবা ফিদমগা মরী লৈনৈ। রাজনীতিগী ওইবা নীংতম্বনা মী ওইবা জাতিগী নীংতম্বা ওইনা লৌবসি মহাক্না য়ানিংদে। অশেংবা নীংতম্বদি হিংলিবা পুন্সিগী ফীভম অমদি নুংগী ওইবা থাক অদুদা লৈ হায়না লৌরি। অৱাং-পানা থল্লবা, নীংবা কায়বা অমদি নীংবা থুংদবনা মৈরী ওইনা চাক্লিবা মীওইশিং অসি মপুংফানা নীংতমদ্রিবনি হায়বা ৱাখল্লোন উৎলকই। কবিনা হায়বা পাম্লি 'অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োমনুংদা হিংলিবা অতোপ্পবু য়েংথিবা, কল্লকপা, অহেনবা পাম্না অপীকপা পুকচেল চেল্লিবা মখোয় অদু তশেংনমক নীংতম্বা ফংদ্রিবা মীওইশিংনি' অদুগুম্বা পুকচেলনা মীওইবগী মশাদা লৈরিবমখৈ অশেংবা নীংতম্বা ফংলোই হায়বগী মীৎয়েং ফোঙদোকলি।

"তশেংবদি নীংতম্বদি অমুক্তা লোইবা নত্তে
লোইবা নাইদবা খোঙচৎনি জাতিগী পুন্সীগী
যুধিষ্ঠীরনা চঙনা স্বর্গ কাবনি
তুখিবা তাই মচিন মনাওশিং দ্রৌপদী মথং মথং

পুকচেল পীকপগী, হিংসাগী, অপান্নগী
অসিনা লৈগনি থাক্কী মথংদা থাক
তৌগনি কাখৎ কুমথ কয়াসু।"
– নীংতম্বগী লান (পূক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা : ৪৩)

মীওইববু অফবা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপা পাম্বনি, পুন্সিবু হেন্না মপুং-ফানবগীদমক কখোকপা, থাজবগী অৱাংবা ফিদম শেমগৎপা পাম্বনি। মসিদা মীওইববু ফহন্নীংবগী ঈহুল য়াওরি। কবিনা মীওইববু, পুন্সিবু অমদি তাইবঙপান অসিবু থম্মোয়শেংনা নুংশি হায়বসি মহাক্কী শৈরেং 'থাদোকপিনু' অমদি 'বিদায়গী মতমদা' হায়বসিদা ময়েক য়াম্না শেংনা উৎলি। মীওইপোক্কী হৌনশা পুন্সিবু থাদোক্নুনা চৎখিবনা মশিন্নী খঙলববু মহৌশাগী ফজবা, তাইবঙগী নুংশিনা শক্তমনা চেৎনা ফাজনখ্রবা থম্মোয়না সংসারবু নোক্না থাদোক্কে হায়বা ঙমদে। অহোইনদুম মীশিংগী উপায় লৈজদ্রবা মতৌশিংদা মিনুংশিগী মীৎয়েং য়েংদুনা লৈবা পাম্মী।

"অদুগা থোরকই খোঞ্জেল অমা
থাদোকপীনু।
খুমজৈ ঐহাক্না শোম্বাংননা
চৎলগে কৈদৌগে ঐহাকপু
করিবু তৌবা ঙমগদগে ঐহাক্না হৌজিক্তি
ঐহাক্তি লপ্পানবনিনে নীনিগী লৌতাংশঙ্গসিদা
ইয়ুমদা হল্লগে ৱাংমদা
অদুবু খোঞ্জেলদি থোরকই মতৎপা লৈতনা
থাদোকপিনু, থাদোকপিনু, থাদোকপিনু।"
– থাদোকপিনু (পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা : ৬৬/৬৭)

কবিগী থম্মোয়গা মহৌশা অমদি মীওইবা সমাজগগী মরক্তা শাগৎখ্রবা অচেৎপা মরী অদু উৎলি। পুন্সি, সমাজ অমদি তাইবঙপানবু নুংশিজরিবা থম্মোয়গী খোন্থাংনি ৱাহৈশিং অসিদা ৱাংলবা হ্যুমেনিজমগী মশক য়াওরি। অমুকসু হায়রকই করিনা মহাক্কী 'বিদায়গী মতমদা' হায়বা শৈরেংদা –

"বিদায়গী অরোইবা মীকুপসিদা
পুজরে ঐহাক্না য়োমশঙ্গদুনা চেৎনা

পুন্নমক্কী নুংশিবা, ময়ামগী চানবিবা
অর্থ মাঙলক্লবা পুন্সীসিবু অর্থ থোকহনবিবা
পুন্নমকপু কাওজরোই
পুজগনি পোৎয়োমসি পুন্সী চুপ্পা থানদনা
অদুবু খোঞ্জেল অমা অমুক ফাওরকই
মসিমসু নহাক্কীনি, রীবন্দ্রনাথ
লেপ্তুবা ঈচেলনি পুন্সীদি, চেম্থহল্লু, খোমজিনগনু
অরেপ্পা লৈতনা চেম্থগদবনি হরাওনা।"
— বিদায়গী মতমদা (পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা: ১৪৪)

পুন্সিবু কয়াদা নুংশিনা লৌশিঞ্জরিবা মীওইববু কয়াদা নুংশিনা কোনশিনজরিবা। নুংগী খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা ফোঙদোরক্লি নুংশিবগী শক্তম অমা ; হ্যুমেনিজমগী মশক অমনি।

য়াম্না ফজরিবনা পাকচাওরবা হ্যুমেনিজমগী অমদি বিশ্বপ্রেমগী ঈপাক অমদা ইতিন্নবা হোৎনরিবা কবিগী মীৎয়েং মনুংদা মরৈবাক মরমদমবু নুংশিবগী শেংলবা মশক অমা মতম খুদিংমক্তা হিংদুনা লৈরিবা অসিনি। করিগুম্বা মতমদা অনী অসি তিনশিন্নরকপা মতাং কয়া য়াওরক্তবা নত্তে। অদুবু অয়াম্বা মতমদা তোঙান-তোঙাম্না মচা তানা মীয়েং অনীমক হিংদুনা চৎথৈ। কবিদা লৈরিবা নেসনেলিজমদা অখুবা মীৎয়েং চেন্দে। থোইদোক্লা মরৈবাক নুংশিববু অপাকপা মীৎয়েং অমদা শন্দোকখিনবা হোৎনৈ। ধর্ম্ম, জাৎ খোন্নবগী পনখৈ লান্থোক্লবা কবিগী মীৎয়েংনা মরৈবাক নুংশিবগী অনৌবা মফম অমা শেমগৎনবা হোৎনৈ। মীওইবগী অপুনবা শক্তম শাগৎপদা তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংনা মশাগী নাৎ, কলচর, থাজনবী, চৎনবী অৱাংবা ফিদম কয়াবু শৌগৎতুনা মদুগী লমজিং মখাদা চঙশিনবগী তঙাইফদবা লৈ হায়না লৌরি। কবিগী মীৎয়েংদি খেন্নবা কয়াগী মরক্তা শাগৎপা অপুনবা শক্তম অদুনা মীওইবগী তোপ তোপ্পা মগুণনি হায়বসিনি।

ভারতকী অমদি মণিপুরগী অচৌবা রাজনীতিগী য়াওনশিং থেংনখিবা কবিগী পুক্লিংদা মরৈবাক মরমদমগীদমক ৱাখল খলহনখি, মীৎয়েং কয়া শাগৎখি। অদুনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী ৱাখল্লোন (নেসনে-লিজম) চাং ৱাংনা লৈ। কবি অসিগী মীৎয়েংকী মঙম য়াম্না পাক-চাওই। ঐগী

ধর্ম্মা, ঐগী নাৎ, ঐগী কলচর হায়বা অপীকপা ব্রাখলখক্তবু কোনশিন্দুনা থম্বা পামদে। ঐগী অমদি ইশাগী ওইবা শক্তমবু ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা অতোপ্পগী শক্তমবুসু ইকাইখুম্নবা পাম্মী। খেন্নবা কয়ানা পুনশিন্দুনা শেমগৎলিবা ভারতকী অপুনবা শক্তমবু য়াম্নমক পামজে, মসিবু ঙাক্তুনা থম্বা পাম্মি। অঙনবা মতমদা কবিগী পৃক্লিংদা মরৈবাকপু নুংশিবগী ইনোৎ পীখিবদি কবিগী পোক্লফম 'মণিপুর' গী ওইরিবা ফীভম কয়াননি। মহাক্কী শৈরেং 'মণিপুর' অমদি 'মণিপুর মণিপুর ঐহাক্কী মণিপুর' হায়বা শৈরেংদা মসিগী মশক উবা ফংই। মণিপুরগী ওইরিবা রাজনীতিগী ফীভম, মীশিংগী ব্রাখল্লোন্দা লাক্লিবা অহোংবশিংদা ব্রাহং হংলকই। মসিনা কবিগী থম্মোয়দা লৈরিবা মরমদম অমদি মজাতিবু নুংশিবগী ব্রাখল অদ্ উৎলি। নীংতম্বা ফংলবা মণিপুরী সমাজদা অনৌবা লৈঙাকলোন লাকপগা লোয়ননা হোংলক্লিবা লৈঙাক অমদি লৈঙাকপশিংগী নীতিদা পেন্দবা ফোঙদোক্লি। হিন্দু ধর্ম্মগী অচেৎপা য়ুমফমদা শাগৎলিবা লাইনীং অমদি অৱাংবা কলা সংস্কৃতিগী ঈথক্লা ঈনোৎ কারবা লমদমসিদা তমথিবা পৃক্লিংগী ফীভম অমদি লমচৎ কয়া উরকপদা কবিনা নীংঙমদবা ফোঙদোক্লি। পৃথিবীগী য়াওন্দা লাক্লিবা অকিবা ফংলবা য়েংথিনবগী মৈখু অসিনা লমদম অসিদসু য়ৌরক্তুনা শান্তি লৈতবা লমদম অমা ওইররে। অচুম্বা, নুংশিবা অমদি থাজবগী মফম লৈত্রে ; মশা মশাগী ফনবা হোৎনবদা লমদমসিগী লৈজরম্বা ভেল্যুশিং ঙম্না মাঙশিল্লক্লে। অহিংসাবু তুংওইনদুনা হিংসাগী থবকশিংদা হেন্না পৃক্লিং থৌগৎনরে। হোংলক্লিবা মীশিংগী শাজৎশিং অসিনা লমদমসিগী লৈজরিবা তোপ-তোপ্পা শক্তমদা অকনবা চৈথেং পীরক্তুনা নোংমদি ইশাগী শক্তম মাঙখিবা য়াবগী অকিবা অদু কবিদা ফাওরকই –

"অদুবু ইমা নহাক্তি
হুন্দোক্লমলে হিদেন তাফম অদুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্স
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা !"

– মণিপুর (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা : ৯)

মরৈবাক মরমদমবু নুংশিজবা, ফহন্নিংবগী অৱাংবা ঈহুল ফোঙদোকপা পরেংশিংনি। মহাক্কী শৈরেং 'মণিপুর, মণিপুর ঐহাক্কী মণিপুর' হায়বা শৈরেং অসিদসু কবিনা মহাক্কী পোক্লফমবু হকচিন্না নুংশিবগী ঈহুল ফোঙদোকই। মণিপুরগী লৈজরিবা সংস্কৃতি, লাইনীং অমদি কলাগী ওইবা পোথোক কয়াদা ৱাংনা থাঙ্গৎচবা পাম্মী; লমদমসিগী তোপ তোপ্পা মশক, মহৌশাগী খুদোল, জাতি কয়াগী অপুনবা শক্তম কয়াশিং অসিদা পেনজবা, লেন্নজবা অদু শৈরেং অসিদা শৈথারকই। কবিগী পৃক্লিংনা মরমদমগী ৱাখলদা লুপচবা অদু ফোঙদোকপনি। মসিগা লোয়ননা অসিগুম্বা শক্তমশিং অসিদা লাকলিবা চৈথেং অমদি শিংনবা কয়াগী মায়োক্তা লেপ্পগী মীৎয়েংসু ফোঙদোকলি। অদুনা শৈরেং অসিদসু কবিগী মরৈবাক নুংশিবগী অকনবা ইথিলদু চোংথোরকই। কবিনা লমদমসিগী লৈজরিবা লনগৈ কয়াবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপা পাম্মী। জাতি অসিগী মশাগী ওইবা তোপ্প-তোপ্পা মৈহৌরোলগী ৱারী, মিথ অমদি পুৱারীশিংবু শিংথারি। চীং-তম অনীগী অপুনবা শক্তম্না শাগৎলিবা তোপ-তোপ্পা শক্তমবু নুংশি-চান্নবগী অৱাংবা থাক্তা থম্বা পাম্বা ফোঙদোকলি। লৈশক-লৈচু মান্নদবা লৈরাংগী লৈকোলগুম মান্নদবা ধর্ম্ম অমদি লাইনীংশিংনা তোৎন-তিন্নলা লৈমিন্নবদগী থোরক্লিবা শক্তম অসিবু কবিনা নুংশিনা য়েংজৈ। ধর্ম্মগী খেন্নবা মীৎয়েং শাগৎতুনা লমদমসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপশিংগী মরী থদৎনবা হোৎনবশিংবু য়ানিংদবা ফোঙদোকলি। ধর্ম্ম খেন্নবগী খুদোংচাবা লৌদুনা রাজনীতিগী ওইবা লাল্লোং কয়া চথনবা হোৎনবিবা মপানগী ইথিলশিংনা পীরকপা চৈথেংশিংদগী ওইরিবা মরমদমগী ফীভমবু লুশিন্না লৌরদুনা লমদমসিগী প্রজাশিং, মচা ওইরিবা পুম্নমকপু মরৈবাক্কীদমক থৌনা ফনা চোংথোক্তুনা মমি তমলক্লিবা য়েক্লবগী মায়োক্তা লেপ্পুনা মরমদমগী শক্তমবু কননবগী মতম ওইরে হায়বা ইঙ্গিৎ উৎলকই –

> "য়াকাইহন্নবীরো ইমা নচাশিংবু পীবীরো শক্তি নচাশিংদা
> শেৎহনবীরো লানগী ফিজেৎ লাইবক্তা নম্বীরো শিন্দুর
> মাঙহনবীরো পুকচেল পাঙদবা অপঙবা অমসুং মীনাই ওইবগী
> লেপহনবীরো থৌনাগা লোয়ননা লাউহনবীরো ঐখোয় মণিপুরীনি
> মণিপুরীনি ঐখোয় নাইতোম ওাল্লিবা ভারত মহাজাতিগী লৈকোন্নুংদা।"
>
> – মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা:৬৭)

কবিগী পূক্লিংনা মরৈবাকপু মীৎয়েংগী পন্নুংদা চিংশিন্দুনা মতম পুম্নমক্তা থম্নবা হোৎনৈ। মসিগী লৈঙাকলোন, মসিগী শেনমিৎলোন, ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিগী খোঙথাংশিংদা মীৎয়েং থমদুনা অশোয়বশিংবু থিন্দুনা তাক্লবা হোৎনৈ। পৃথিবীগী ওইনা লাক্লিবা রাজনীতিগী য়াওন্না লমদমসিদসু থুংলবা, নিংথৌ সাসন লোইখিদুনা প্রজানা লৈঙাকচবা প্রজাগী সরকারনা পানবা হৌরকপদা কবিনা আশা কয়া তৌরুই অদুবু নীংবা কায়খি। হোৎলক্লিবা গনতন্ত্রগী সাসন্দসু রাজনীতিগী অমোৎপা মপৈ মপৈ থোরকই। মণিপুরগী অনৌবা শক্তমদা হেন্না মম্বা কুয়োম অমনা কুপশিল্লকই। মসিদা কবিনা নুংনাংবা ফাওরকই। অদুনা লাউরকই –

"হোংদেদকো ইমা নহাক্কী শকফম চহী ২৪ চুপ্পসি
হোংদেদকো নচাশিংগী থম্মোইসি
রাজনীতিগী তুক্তচরবা মোৎলবা নমথীরবা শাজৎসি
ইমাবু নমথাক তৌবসি।" – মণিপুর, ১৯৭৩ (তীর্থ যাত্রা)

রাজনীতিগী সমস্যা কয়াগা লোয়ননা অনৌবা য়াওন্না পুরক্লিবা সংস্কৃতিগী চয়েৎনবা ৱাফম কয়াদা কবিগী পূক্লিং থিংজিল্লকই। লমদমসিগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তমদা লাক্লিবা অহোংবা কয়াদা তুমিন্না লৈবা ঙম্লক্তে। ৱাহং হংলকই লোয়ননা মশাগী শক্তমবু ঙাকপগী তঙাইফদবা অদু লাউরকই –

"শাৎলম্বনি লমদমসিসু
মৈলৈলৈম্না নুংজুম্পাল কদাম্বদি লৈনুংশি
হৌজিক্তি ওনথ্রে লৈকোলসি আতরগুলাপকী
অতরগুলাপপু ফজদে নুংশিদে হায়ববুদি নত্তে
অদুবু পামজরুবনি শীংগারৈ লৈরাংবু
মশক থীজরবসু স্নারৈ লৈরাংতবু
লমদমসিগী ওইজবা চাউজরকপা লৈহাও অসিদা।"
– তীর্থ যাত্রা (তীর্থ যাত্রা, লা: ৪১)

লমদমসিগী তোপ-তোপ্পা শক্তমবু ঙাক্লুনা থম্বা পাম্বা মীৎয়েং উবা ফংই। লমদমসিবু অমদি মজাতিবু নুংশিবগী মীৎয়েং উৎপনি। 'য়াওশংগী অবীর', 'ইমাগী মন্দির' অমদি 'ইমাগী মশক' হায়বা শৈরেংশিং অসিদদি কবিগী মীৎয়েংনা

মরমদমগী শোকচিল্লবা শক্তমবু হেন্না লুশিন্না লৌবা মীৎয়েং উবা ফংই। লোয়ননা মদুনা পীরকপা চৈথেংগী মশকসু হেন্না কনশিল্লকই। কবিনা মরমদমগী মরমদা অচৌবা ৱাহং হংলকই, অহোংবা কয়াগী মরক্তগী লেংদ্রবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনবা থেংনৈ। রাজনীতিগী অনৌবা শক্তমদা নীংবা কায়রবা কবিগী পৃক্লিংনা ধর্ম্ম, লাইনীং অমদি সংস্কৃতিগী য়াওন মনুংদা চঙশিন্দুনা লমদমসিগী ওইবা শক্তম অমা লেপনবা হোৎনরকই। মৈতৈ লাইনীং অমদি হিন্দু লাইনীং অনীগী য়ানশিন্নবা শক্তমদা শাগৎলিবা অরাংবা ৱাখল্লোন, কলা অমদি সংস্কৃতিগী মশক অসিদা কবিগী পৃক্লিং লুপথখিবা থেংনৈ।

হিন্দুগী লৈকা ফাকপদা থেংনজরুই
মৈতৈগী লৈনা
অদুবু মৈতৈগী লৈনা অমুক শেৎপদা
থেংনরুই, অমুক হিন্দুগী লৈশাৎ।
লুমাং তাবু য়েংলগা
লৌবি নহাক্লা মৈতৈগী শকফম
লুতুং তাবু য়েংলগা
ওইরি অমুক হিন্দুগী মুর্ত্তি। — মণিপুরী (তীর্থ যাত্রা, লা: ২৯)

কবিগী মীৎয়েংদা লৈরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী ৱাখল্লোনদা থাজবা অমদি লাক্লিবা সংস্কৃতিগী য়াওন অসিদা পৃক্লিং লুপশিল্লকপা অসিনা কবিগী মরৈবাকপু নুংশিবগী মীৎয়েং অসিদা চাওনা অহোংবা পীরকই। মহাক্কী মীৎয়েংগী মঙম পাকথোকখিদুনা মরৈপাকপু নুংশিবগী মঙমসু পাকথোকখি। ভারতকী হেন্না চাওবা, হেন্না মশিং য়াম্লবা লোন, ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিগী য়ানশিন্নবা শক্তম অসিদা চঙশিল্লকই অমদি অসিগুম্বা তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগী মশক অসিবু ঙাক-শেন্দুনা থম্মীংবগী অকনবা ঈহুল ফোঙদোরকই। 'ঙসিদি শকরি ইমা ভারত' হায়বা শৈরেং অসিদা কবিগী মীৎয়েং অসি উবা ফংই। হিন্দু ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা লৈবা কবি অসিনা মশাগী পোকফম ওইরিবা মরমদম মণিপুরতবু মমা লৈবাকনি হায়না লৌবগী মহুত্তা থম্মোয় পিরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী হৌফম শাৎফম ওইরিবা ভারতপুসু মরৈবাকনি হায়বা ৱাখল্লোন্দা পাক-চাওথোক্লা য়েংবা হৌরকই। মীৎয়েং অসিমক্তি কবিগী পৃক্লিংদা লৈরিবা হ্যুমেনিজম অমদি অধ্যাত্মীক্কী অশানবা মঙল অদুনা পীরকপা ইথিলনি।

# এলাংবম নীলকান্তগী শৈরেংগী খোঙচত্তা অধ্যাত্মীক্কী মীৎয়েং

কবি নীলকান্তগী(১৯২৭) শৈরেংগী খোঙচত্তি তশেংনমক থিবগী অঙকপা খোঙচৎ অমনি। কবিনা নুংগী মীৎয়েংদা মীওইবগী পুন্সি অমসুং তাইবঙপানগী অচুম্বা অশেংবা মশক অমা থিনবা হোৎনৈ। মপাম্বোংদা উরিবা অশেংবা পুন্সিগী মশক অমদি মীওইবগী শক্তম অসিগী নুংদা হেন্না চুম্লবা, হেন্না ফজবা মশক অমা লৈরি হায়না লৌই। অদুনা কবিগী মীৎয়েংনা মীওইবগী হকচাংগী কুয়োম হাইদোক্নুনা অতোপ্পা শক্তম অদু ফংনবা হোৎনরুই। চীং, পাৎ, তুরেল, নারক-মোংশোং কয়া লাল্লিবা খোঙচৎকী-মতৌগুম পুন্সিগা তোঙান-তোঙানবা তাক্কক কয়াদা কবিনা মখল মখাগী শক্লোন কয়া থেংনরকই, উরকই। থেংনরিবা, উরিবা কয়া অদুদসু কবিগী ব্রাখলগী লংলা থাদুনা মরেংগা কাংলোন হুন্দুনা মহাক্লা ফংনীংলিবা, থিরিবা অঙকপা পুন্সিগী শক্লোন অদুবু চিংথোক্লবা হোৎনৈ। অশেংবা তাইবঙগী ব্রাংমদা লৈবা, মীৎনা উবা ঙমদবা, নাকোংনা তাবা ফংদবা অমসুং লৈনা তংবা ঙমদবা পূক্নিংগী অরাংবা সাধনাতনা ফংবা ঙমলিবা আধ্যাত্মীক্কী মশক অমবু থিবদা কবিগী মীৎয়েংগী পান্দমফম ওইরবসু নাক-য়েত্তা থোক্লিবা, থেংনরিবা থৌদোকশিং, মায়োক্নরিবা সমস্যাশিংবুসু কবিগী মীৎয়েংনা কাম্বোক্লমদে। নাক-য়েত্তা হাইদুনা য়েংলকই, মখোয়শিংদুগী মরমদা ব্রাখল খল্লুই, হেন্না লুশিন্না, মনুং হঞ্জিন্না খন্থদুনা য়েংলকই। মসিদগী কবিগী মীৎয়েং ঈরোং কয়া ফাংনা হেন্থখি। মসিনা কবি অসিবু করিগুম্বা মতমদা রোমান্টিক ওইনা করিগুম্বা মতমদা মোদর্নিষ্ট ওইনা করগুম্বদা হ্যুমেনিষ্ট ওইনা, করিগুম্বা মতমদা আইদিএলিষ্ট ওইনা, করিগুম্বদনা নেসনেলিষ্ট ওইনা তোঙান-তোঙানবা মায়থোং পুদুনা লেপ্পী। কবিগী মীৎয়েংদা করিগুম্বা হীরম অমবু ইচম-চম্না উবা নত্তবা, মুন্না ব্রাখল খন্থদুনা মনুং-হুঞ্জিন্না

য়েংবা মীৎয়েংসু থানদনা লোয়নৈ। মসিনা কবিবু ফিলোসোফর অমা ওইনা উহল্লি। মতাং খরদদি মোরেলিষ্ট ওইনা লেপ্পসু থেংনৈ। মীওইবগী মরক্তা য়ুনিভর্সেল লব অমগী মীৎয়েংসু শাগৎনবা হোৎনরকই। অদুবু জাতি অমগী নত্ত্রগা কাঙলুপ অমগী শক্তমবু তোপ-তোপ্না ঙাকপা পাম্বগী মীৎয়েংদি থাদোক্তে। তোঙান-তোঙানবা মায়থোঙশিং অসি কবিগী পুক্সিগী তোরৈশিংদা থেংনবা ফাওরকপা ঈহুলশিংনা পীরকপা ফলনি। মীৎয়েংশিং অসি কবিগী অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক্তগী হৌনা লেপ্তুনা চেন্থরিবা পুন্সিদা থেংখাং নাইনা অকনবা শাফু অমমমগা লোয়ননা হৌরকপা থেংনৈ। খেন্নবা মীৎয়েং, খেন্নবা মায়থোং কয়া থোক্লা কবিবু উরবসু মতম পুম্নদা থাদোক্তুনা লোয়নরিবা কবিগী মঙাল থিবগী পান্দম অসিদা মিৎয়েং খুদিংমক্কী লংজিন পুনশিল্লকই। হায়বদি কবিগী মীয়েংদা উবকলিবসি মীওইববু নুংশিবগা লোয়ননা অশেংবা নুংঙাইবা পুমফ-ফবা, পুংথোই-থোইবা অচুম্বা অমবু থিবদনি। মায়কৈ কয়াদা হাইদোক্তুনা চৎলুরিবা কবিগী পুক্লিংগী খোঙচৎ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মীওইবা হায়বা মহৌশাগী খৃৎশেম অমদি শাগোন্নরিবা পুন্সিগী মরমদা মনুং থীৎনা খঙনবা হোৎনবনি। মপুঙওইনা কবিদা লৈরিবা মীৎয়েং অসি মীওইববু নুংশিবগী অকনবা ঈহুলগা লোয়ননা আত্মাগী মশক খঙনবা চঙশিল্লিবা পাক চাওরবা মীৎয়েংগী মঙম অমনি।

অঙনবা পুন্সিগী তঙ্কক্তগী হৌনা কবিগী কল্পনানা শকউদবা মঙল অমদা থাজবগা লোয়ননা নুংগী মহাও অমবু থিবা হৌরকই। মতাং অসিদগী হৌনা কবিগী থম্মোয়দা লৈরিবা ঈশ্বৌগী মশক ফোঙদোকপা শৈরেংশিং ইরকই। অশেংবা তাইবঙদা ফংদবা অদুবু থম্মোয়নদি খৌরাংলিবা অতোপ্পা মহাও অমা থিরকই। মঙ হাগী মতৌগা লোয়ননা নুংঙাইবা, নুংশিবা, ফজববু লৌশিনবা পামলিবা কবিগী থম্মোয়দগী অথোৎপা, অমেঙবা, নুংশিবা মহাও কয়ালা ভিন্নবা সুর অমা চেন্থরকই। মতমসিগী শৈরেংশিংদা রোমান্টিক ওইবা খৃৎইগী মশক অমা থোরকই। কবিগী মীৎয়েংনা থিরিবা নুংগী মশক অসি মতাং অসিদদি থম্মোয় ঈহুলগা হেন্না নকশিনৈ। মীৎয়েংদা য়াম্না কুপথবা মশক থেংনদে। কবিগী থম্মোয়দা ফাওরিবা ঈহুলশিং অমদি অপাম্বা অদুবু পুরিবা লোনগী মশকসু য়াম্না থোৎলি, মফোঙদোক্তা য়াম্না মেঙই।

'চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি' হায়বা শৈরেংদা মপানগী তাইবঙগী মহাওনা কোকহনবা ঙমদ্রবা নুংগী খৌরাংবা অমা উৎলি। শৈরেংসিদা উবা ফংলিবসি নুংগী ওমচাক্লবা মশক অমনি। পূক্লিংগী, থম্মোয়গী অল্লাবা অমা পুরি। ব্রারিবগী মরমসু করিনো খঙদে ; মফম খঙদবা, পুন্সিনদি পামলিবা মশক অমা ফুমদুনা কবিগী ব্রাহৈশিংনা লমথুংফম অমবু থিরকই –

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি
খাবলগী ঈশাক মথকসিদা হিহোনবনা য়ৌঙমদ্রবা লমদমদুদা
কনানসু উদ্রবা কনানসু খঙদ্রবা কনানসু তাদ্রবা
চত্ত মচৎসি চত্ত মচৎসি হংলক্কনু ব্রাহংদো
"করিগীনো অসিদি"।
– চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা:১)

পরেংশিং অসিদা ফুম্লিবসি নুংগী ইখৌ অমখক্লি। তাইবঙগী ওইবা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা শক্লোন কয়াসিনা কবিগী পূক্লিংবু মপুংফানা নোকহনবা ঙমদে। হিংলিবা পুন্সি অসিদা নাইতোম তাবগী চৈনা অমা ফাওরকই। পুন্সিবু তশেং-তশেংনা মশক খঙবা ঙমদে। খঙনবা হোৎনকররবসু ওইথোক্তে। মসিনা কবিগী পূক্লিংবু ব্রাহল্লি।

করিগীনো ঐহাক্তা শবৎকী খাবলদা কপ্লিবা
বসন্তগী লৈরাংশিংবু থদৎলিবা মলয়াগী ইথিন্দা মিপাইরিবা
করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা
থম্মোইদা খাঙঙমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা।
– চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি (চৎসলিনে কদাইদনো ইবানি, লা:২)

কবিগী থম্মোয়গী ঈহুল অসি মহাক্কী শৈরেং 'নীংশিংলিবরা মনোরমা' অমদি 'নিংখৌখোংগী চন্দ্রসখী' হায়বসিদা হেন্না ময়েক শেংনা ফোঙদোরকই। কবিগী পূক্লিংনা থিরিবসি মপানগী অশেংবা পুন্সি অসিদা ফংবা ঙমদ্রবা ব্রাখলগী মশক্তা লৈবা অপেনবা নুংঙাইবা অমগী মশক্লি। কবিগী পূক্লিংনা ব্রাখলগী মণ্ডলান অমা শাগৎলি। মণ্ডলান অদুগী মনুংদা কবিগী পূক্লিংনা পাম্লিবা অচীকপা, নুংশিবা, নুংঙাইবা মশকশিংবু মহাও তংনবা হোৎনরুই অদুবু ঙমদে। মহাক্কী শৈরেংশিং অসিদা নীংঙমদবগী সুর অমা লোয়নরি। মরমদি অশেংবা পুন্সিগা

ব্রাখলগী মঙলানগা অনীগী থেংগাইনবদা কবিগী পূক্লিংগী অপেনবা ফংলক্তবা অসিননি।

নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
অদুবু নহাকসু খঙলিবদুমঙাই
ইবানিগী উনাগী খাঙপোক্তি লোইহল্লে উৎ ওনল্লে নোংমা কৌব্রুগী
চাকহনল্লে খঙহৌদনা লম্মৈ অমদা অকিবা ফংনা চাকখৎলক্লিবা চীংদোন্দা
ঐহাক্কী থম্মোইবু চাকহল্লকপা নহাক্কী থম্মোয়বু চাকহল্লকপা,
অবোইবা নাইদ্রবা মৈরি
নহাক্কী পুন্সিগী মৈরি
ঐহাক্কী পুন্সিগী মৈরি॥
— নীংশিংলিবরা মনোরমা ? (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা:৬)

শৈরেং অসিদা কবিগী ব্রাখলগী মঙলান অমা নীংখায়রকপদা থম্মোয়দা ফাওনিবা নীংঙমদবগী চৈনাখোল তাবা ফংই। কবিনা পুন্সিবু মীওইববু নুংশিনা কোর্নাশনবদা পৃথিবীগী ইতিহাসকী খোঙচত্তা থোকখিবা থৌদোক পুয়া-পুরানগী অঙকপা ব্রারীশিংনা ইনোং পীরি। মীওইবগী ইতিহাসপু হঙ্গৎনা য়েংদুনা মৈহৌরোলদগী হৌনা লেপ্তুনা কাখৎলকলিবা ব্রাংলবা থাক অসিগী চাইগোইনংদা মশাগী শক্তমবু হাপচিন্দুনা য়েংলুই, মসিদগী থোরকপা মপান-নাইদবা নুংশিবগী শক্তম অমবু কবিগী থম্মোয়না খুৎপাই চেৎনা পায়দুনা কোক্লরোইদবা মচুনা য়েকশিনগে থৌরাংই। অদুবু ঙমদে, হৌজিক হৌজিক্কী অশেংবা ফীভমনা কবিগী আশাবু মমি শামহল্লি। মঙলানগী মশক ওইরবা নুংগী পামজবা অসিনা কবিবু কোয়চিং চিংদুনা পুরকপদা চোকথরকই অদুবু থাদোকপদি ঙমদে। থাদোকপা ঙমদ্রবা কবিগী থম্মোয়গী খোঞ্জেল অমনি নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী –

'হংলকই ঐবু খঙলিবরা ?
ঐনদি তোয়না শোঞবা মশক্তি উবা ফংদ্রিবা,
ঐবুদি কাউবা লৈতবা, উগে হায়বদি ঙমদ্রিবা
অদুগুম্বা নুপীগী মতৌগুম্না
পুন্সিগী থবক লেপ্লবা, পীথোকপীশিন কারবারনা খন্নবা

অথেঙবা অহিংগী মীকুপ্পা পোদোনগী মৈরাতা ঙায়ববা
চঙশিল্লকই ইনাক্তা, ঐঙোন্দা য়েংলকই নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা।
— নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী (চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি, লা:২৫)

কবিগী অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক্তা ওমচাক্লনা পুরিবা থম্মোয়গী ইথৌ অসি ময়ায় চল্লকপা পুন্সি তাঙ্কক্তেদি মীওইবগী পুন্সি অমদি আত্মাগী মরমদা থিবগী প্যাক-চাওরবা ঈচেল অমদা মায়ওল্লক্লে। অপোম্বা লৈগী মতৌগুম্বা লৈশক লৈচু নাইদনা থিনগৎলকখিবা পূক্লিংগী ঈহুল অমনা তপ্পা তপ্পা মপুঙ ফারকপনি, শাৎকাইরকপনি। মীওইবনা পোকলিবা, হিংলিবা, মথৌ পাঙথোকলিবা অরোইবদা অশিবগী ফিজং মরুমদা লোৎলিবা, অসিগুম্বা পুন্সি অমসুং আত্মাগী অথুপ্পা কয়াগী অশেংবা মশক অমদি মসিগী অর্থ অমা খঙনবা হোৎনবদা কবিগী পূক্লিংনা লেপত্রবা খোঙচৎ অমা চৎথরকই। তশেংনমক তাঙ্কক অসিদদি কবিগী পূক্লিং অসি মথল শ্বগী ব্রাখল্লোন অমদি মীৎয়েংশিংগী লানফম ওইরকই। নাক-য়েৎনা পীরুকপা ইথিলশিং অমদি নুংগী ব্রাখল্লোনগী মরক্তা মুক্লরকই, চিংনরকই। মসিনা ব্রাহং কয়া অমসু থোকহল্লি। ব্রাহংশিং অদুনা কবিগী থিবগী খোঙচৎতা হেন্না ইনোৎ হাপ্লকই।

কবিগী ময়ায় চল্লকপা তাঙ্কক অসিদা অনৌবা মীৎয়েং অনৌবা ব্রাখল্লোন কয়া মরাং কায়না, শাফু কন্না ফুক্কৎলকপা থেংনৈ। তোঙান-তোঙানবা ব্রাখল্লোনশিং ময়েক শেংনা মশা খীংনা ঈচেল অমমম নাইনা চেস্থব্রবসু মীৎয়েং পূম্নমক্কী ঈহৌফমদি আত্মাবু থিরদা ওইরকই। অদুনা তাঙ্কক অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী শাফু কল্লিবা ঈচেল অমদি আত্মাবু থিবগী খোঙচৎ হায়বদি (আধ্যাত্মীক্কী মীৎয়েং) অসিনি। কবিগী অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক্তা ফাওখিবা ঈশ্বরদা থাজবগী মীৎয়েং অসি মহাক্কী শৈরেং 'প্রার্থনা' অমদি 'কায়নবা' হায়বসিদা উৎশ্রে। ময়ায় চল্লকপা তাঙ্কক্তেদি কবিনা মীওইবগী মশাদা আত্মা লৈ হায়না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা আত্মা অমদি পরমাত্মা অনীগী মরীবু থিবদা মায়ওনশিল্লকই। মীৎয়েং অসিদা কবিনা হায়রিবদি মীওইবা অসি আত্মাগী শক্লোন অমনি অদুগা পুন্সিনা অশেংবা উরিবা অসিগী ব্রাংমদা লৈবা অতোপ্পা মফম অমবু থিরিবনি হায়বসিনি।

"শোল্লমই মচীন্দা মুরুম মুরুম
নশাদা য়েংজৌ

নশাদা হংজৌ
নশাবু খঙজগে হায়ববাদি
যেংখোক্লনু মপান্দা ওথক্লবা লৈকোন্দা
মচুগী তাৎ মবক্তা
য়েংজৌ নশাদা।" - খোঙচৎ (তীর্থ যাত্রা, লা. ৫৬)

অদুনা অফবা, অচুম্বা, ফজবা হায়রা নুংগী পোৎশকশিং অসিদি আত্মাগা মরী লৈনবা, নুংদা থিগদবা পোৎশকশিংনি অমসুং মসিবু ফংনবা থিবাসনা পান্সগী পান্দমনি হায়বসিদা চেৎনা থাজবা উৎলি। মহাক্না মসিমসু থাজে মদুদি প্রশেংবা পান্সগা মশক মচু অমদি তাইবঙদা ফংলবা নুংঙাইবা অসি নত্তবা [illegible] তাক্না নুংঙাইবা অমা তিংলবা পান্স অসিগা বাংমদা লৈ হায়বগিনি। অদুবু মহাক্না [illegible] মশাক্ল হায়না লৌব। মাসবু ফংনবা হোৎনবা হায়বসি [illegible] হায়না লৌনি। মাংথেং আসমক্তি ভগবত গীতা অমসুং [illegible] পাবা মচৌবা প্রভাবা। [illegible] অফাওবা লাইরিকশিং [illegible] অমসুং মদুদা [illegible] মশাক [illegible] ফংই। মহাক্না [illegible] অসি [illegible] অফাওবা মীওইশিং অমসুং মাইদেএলিষ্টশিং [illegible] রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, শ্রীঅরবিন্দ, মহাত্মা গান্ধী, রামকৃষ্ণ [illegible] [illegible] মখোয়গী [illegible] অচুম্বনি, অমর্বানা হায়না [illegible] শৈরেং কয়াদা ইবকই। ঈশ্বর অমদা থাজবা, মহাক্না মতৌক [illegible] অসিগী [illegible] অমাদ পান্স খোঙচৎকী লমথুংসু মহাকনা [illegible] মহাক্না শৈরেংশিংদা ফোঙদোকই। মীওইবা অসি ঈশ্বরগা [illegible] হায়না লৌবগা লোয়ননা পুক্নিনা ঈশ্বরগী লম্নী ওইরবা অফবা, অচুম্বা, নুংগী ওইবা নুংঙাইবা কয়াবু ফংনবা থিবিবনি হায়না থাজে। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ওইববা গুনশিং অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি অমসুং মঙালগী মশক্লি হায়না ফোঙদোকই।

"হে মী ওইবগী থাদোকপা ভমদ্রবা ব্রাহৈ
হে ফংওমদ্রবা সত্তাগী মঙাল
নবানিগী তিন্নফম্বু কদাইদনো"
থাজকই অসুক কুইর্নাস ·
পাইশিক্লি ব্রাহৈনা মঙাল তম্না

মীওইবগী সাহিত্যনা
হাংদোক্লি নুমিৎকী মায়খুম।" — মণ্ডাল (তীর্থ যাত্রা, লা: ১৩)

পোকপা শিবনা য়ুখল ওইরিবা হিংলিবা তাইবঙ অমদি অতোপ্পা তাইবঙ অনীগী মরমদা ব্রাখল খল্লকই অমসুং য়ুখল অদু হাইদোক্কুনা অশেংবা পুন্সি অসিদগী হেন্না চুম্বা হেন্না শেংবা অমবু ফংনিংবা ফোঙদোকলি।

"শান্নরি নহাক্লা কেকু লোৎপী
ব্রাখলগা মীওইবগী
লৈরি নহাক্লা ব্রাখলগী ব্রাংমদা
শক্লাইদবা লমদমদা
কৌরি খুৎলাম তোয়না কোনবিগে হায়দুনা।
ঐহাকসু ঙাইরি হে অশিবা
মহাকপু খঙগে হায়দুনা
কোশিনজগে হায়দুনা
চৎমিন্নবা খুৎশম্ননা
মণ্ডালগী লমদমদা
নুমিৎ লিশিং কয়াগী লৈবাক্তা।" — অশিবা (তীর্থ যাত্রা, লা: ১১)

কবিগী পূক্লিংনা থাজরিবদি হিংলিবা পুন্সি অসিগী ব্রাংমদা হেন্না চুম্বা, হেন্না ফবা মফম অমা লৈরি হায়বসিনি। শিরবা মতুংদা মদুবু ফংজগনি খনবদা অশিববু তরাম্না ওকপা পামলি। কবিনা মী খুদিংমক অসি ঈশ্বর শক্তিগী শরুক অমমমনি হায়বা মীৎয়েং অসি ঐ হায়বা শৈরেং অসিদা ফোঙদোরকই –

"ঐ অসি
নত্তে হকচাং মাঙবা য়াবা
নত্তে পুক্নীং অরেপ্পা লৈতবা
নত্তে পোকপা শিবা নাইগদবা
অহৌবা লৈতবা
অরোইবা নাইদবা
মতম অমসুং মফমগী ব্রাংমদা লৈবা
আত্মানি।" — ঐ (তির্থ যাত্রা, লা: ২৪-২৫)

'ছন্দ' হায়বা শৈরেংদা কবিগী পূক্লিংনা নুং য়ৌনা লুপথদুনা থিবদগী ফংলকপা আত্মা জ্ঞানগী মশক অদু নীংথিনা য়াকাইরকপগী খোঞ্জেল অমা

থোরকই। নুংদা ঙংদুনা চেষ্টরিবা ঈশ্বরবু থিজবা অমদি আত্মাবু শকখঙনীংবগী ঈহুল অদুনা অরাংবা কলাগী রাগ রাগিনী অমদি ঈশ্বরগী তোঙান-তোঙানবা মিংলেন কয়াগী মনুংদা চঙশিন্দুনা থিরুই, তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংগী কুয়োম হাংদোক্লবা হোৎনরুই। হোৎনরুবা পূম্নমক্কী ফল ওইনা য়াইকাইরকলিবসি মপানগী খেন্নবা কুয়োম কয়াগী নুংদা ফুমলিবা অমত্তা ঙায়রবা পূক্লিং অসিনি। মসিনা মতমপুম্বদা পুমথোই-থোইবা অইংবা নুংঙাইবা অমগী মঙালদা য়াকাইগদবগী শেম শাদুনা লৈ, মসি ভক্তিনি। ভক্তি অসি মী পুম্বদা লৈ হায়না লৌই অমসুং হোৎনরিবা পূম্নমক অসিগী অথোইবদি নুংদা ভক্তি পোকহনবা অসিনি হায়না লৌরি।

"হে নর্তকী।
নহাকপু ঐহাক্না শক খঙদে।
অদুবু নহাক্কী জগোযসিনা মীৎ পাঙহল্লে ঐহাক্কী
খঙজহল্লে ইশামকপু
ইশানা থিজবা অসিদা
থেংনাবিবসি সুরগী ঈথক ইপোমসিদা
নত্তে অতোপ্পা লমদম অমগী য়ারা
নত্তে খা ভাবতকী মূর্তিশিং অমসুং কয়া
নত্ত্রে নহাকপুসু হে নীংথিজবী।
থেংনাবিবসি ঐহাকনি ইশামক।" – ছন্দ (তীর্থ যাত্রা, লা: ৩৪)

কবিগী 'তীর্থ যাত্রা' অমদি 'পাখংবা' হায়বা শৈরেংশিং অসিদা পুন্সিগী অশেংবা পান্দম অমদি আত্মাগী হৌবকফম থিরি। মীওইবগী পুন্সি অসিমক আত্মা জ্ঞানবু ফংজনবগী খোঙচৎনি হায়না লৌরি। কবিনা মরৈবাক অমদি সমাজবু ফংজরিবা অসি অদুগুম্বা খোঙচৎ অদুগী মপুঙফানবনি হায়না লৌই। মহাক্না নাক-য়েৎতা য়েংলুই অমদি পূম্নমক অসি মঙালবু থিরিবনি হায়না নীংলুই অদুবু মখোয়গী পূক্লিংগী মায়ওনশিংনা লম্মাংননা চৎখিবদা নীংঙমদবা ফোঙদোক্লি।

"মফম অসিদা পাইরি লৈচীল
অদুবু নোংদি চুদে।
উপালশিংনা লৈরি চপ চপ লেপ্তুনা

তুমিন তুমিন মায় ওঙ্খোক্লদুনা।
মফম অসিদা লৈরি মৈশাদ
অদুবু মঙালদি উদে।
ঙাল্লি থাজসু পুর্ণিমাগী অহিংদদি
অদুবু ফাওদে থাজগী অইংবদি।" – তীর্থ যাত্রা (তীর্থ যাত্রা, লা: ৩৮)

অচুম্বা, নুংশিবা অফবা কয়াশিংনা পান্থে ওইরগা মীওইবগী মুক্তি ফংগনি খল্লুই অদুবু ভেল্যুশিং অসি মীওইবগী মশাদগী মাঙখিবা উবদা নীংঙমদবা, নুংনাংবা ফাওরি। মুক্তিগী মঙালবু ইখৌ লাংলিবা কবিগী থম্মোয়গী তেংথারোলনি। কবিগী আধ্যাত্মীক জ্ঞান তানবগী লেপত্রবা খোঙচৎ অসি অথেঙবা পুন্সি তাঙ্ককসু লেপ্পুনা চৎথরকই। তাঙ্কক অসিদনা হেন্না লুশিনবা, হেন্না মনুং হঞ্জিনবা মীৎয়েংগা লোয়ননা চঙশিল্লকপা থেংনৈ। ধর্ম্ম অমদি লাইনীংবু কুপ্পা নৈনরুবগী ফলনা পীরকপা হেন্না লুশিনবা মীৎয়েং কয়া অথেঙবা মতমদা ইরকপা শৈরেংশিংদা উবা ফংই। তাঙ্কক অসিদদি কবিগী পৃক্লিংদা লৈরম্না চিংনবা, হঙ্গান্নবা কয়া মাঙখিদুনা আত্মাগী অশেংবা লমথুং অদ ফংজনগনি হায়বগী অকনবা থাজবগা লোয়ননা চঙশিল্লকই।

"মোংফমগী রাংমদা থৌজিল্লে
পুন্সিগী রাংমদা থিরুখো পুন্সী
পুন্সি নত্তে অশিবদা লোইগদবা
অশিবা নত্তে পুন্সিগী ওন্নবৈনবা
লৌথোক্কদবনি মায়খুম অশিবগী
শকখঙদ্রিবা পুন্সি অসিদগী
অদুগা থেংনগদবনি অশেংবা পুন্সি,
মাঙবা নাইদ্রবা অশিববু জয় তৌবা।"
– পামজবনি ঐহাক্তি হে য়াওশং (পৃক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা:৬)

তাঙ্কক অসিদদি কবিগী মীৎয়েংদা আত্মা জ্ঞানগী হেন্না মপুং ফারকপা, ময়েক শেংলকপা থেংনৈ। আত্মা অমসুং পরআত্মা অনী অসি অমত্তা ওইনা লৌরকপা মীৎয়েং উৎলকই। 'পামজবনি ঐহক্তি হে য়াওশং', 'পুন্সি খোঙচৎ', 'রাহৈ অমত্তং', 'অমৃত্তগী মশক', 'নহাক্কী কৃপানি', 'নঙত্তনি', 'থিংদ্রবা খোঙ', 'মুক্তি', 'মুক্তিগী খোঙচৎ' অমসুং 'লম্বী' হায়বা শৈরেংশিং অসিদা আত্মা জ্ঞানগী

মরমদা মপুংফারবা মীৎয়েংশিং উৎলকই। আত্মা অসি পরমাত্মাগী শরুকনি অমসুং আত্মানা পরমাত্মাদা তিনজবনা পুন্সিগী লমথুংনি হায়বা ব্রাখল্লোনসিনা কবিগী পূক্লিংদা শাফু কন্না ফুক্কৎলকই। আত্মা জ্ঞানগী অথুপ্পা মশক অসি ধর্ম্ম, লাইনীং অমদি নুংগী হোৎনবদগী ফংলকপা উৎলি। কবিগী মীৎয়েংদা মনুং শুনজিন্না অমদি লুথনা থনবগী মমি তায়। করিগুম্বা মতমদা অশেংবা পুন্সিগী শক্তমগা কবিগী মীৎয়েংনা শাগৎলিবা আধ্যাত্মীক্কী সংসার অসিগা চান্নদবা কয়া থেংনবদগী থোরকপা চিংনবা ব্রাহং কয়াদি হংলকই। অদুবু কবি অসিগী মিৎয়েংদা লৈরিবা পরমাত্মাদা থাজবা, পরমাত্মাবু পুমথোই থোইবনি হায়না লৌবা, মদুবু থিবগী অরেপ্পা পান্দম অমদা চঙশিন্বা অদুদি থাদোকপা ঙমদনা লোয়নরি অমসুং চিংনবা কয়া অদুবু পূক্লিংগী শাফুনা নমহৎখি। পুন্সি অসিবু আত্মানা পরমাত্মাদা তিনজখিনবগী খোঙচৎ অমনি হায়বসিদা চুমনা চঙশিনখি।

অদুবু খোঙ্গেল অমদি তারি
নার্পাচক্কা থম্মোয়গী কাচিন্দা
অদুদা নত্তে অসিদনি
পুন্সি অসিদনি ফংগদবা অমৃতগী মশক
অশিববু জয় তৌগদবদি পুন্সি সিদনি
লাম্লোকপা নত্তে মুক্তি হায়বসি পোকপা শিবদগী
অশিববু লাম্লোক্কদবনি মী ওইপোক্কী পুন্সিদা
অসিবুনি কৌনরিবা দিব্য জীবন
অশিবা হায়বসি পুন্সিগী ওন্ন-তৈন্নবা নত্তে
অশিবা হায়বসি মিৎত্রংনি অচুম্বা নত্তে
অশিববু পুন্সিদা ওন্থোরকপদনি
চকচাং কয়াৎ খুদীংনা শিনাইদবা মশক ওইরকপা।

— অমৃতগী মশক (পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা, লা: ১৬)

কবি নীলকান্তগী শৈরেংগী খোঙচৎনা থিরকলিবা 'মঙাল' অমদি 'অমৃত' অসি পুন্সিগী অচুম্বা অমদি আত্মাগী অশেংবা শক্তমবুনি। মসিবু থিরকপদা কবিনা অধ্যাত্মীক্কী লুরবা ব্রাংলবা পল্লোন্নুংদা চঙশিল্লকই। কবিগী থিবগী খোঙফম আধ্যাত্মীক্কী খোঙচৎ অসিবু লমজিংলিবনা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনীং লম্বেল অমদি ব্রাখল্লোন অসিনি। বেদ, পুরান অমদি উপনিষদকী অৱাংবা মীৎয়েং অমদি

ব্রাখল্লোন্না কবিগী পূক্লিংদা অকনবা শাফুগা লোয়ননা য়েরকই। মসিনা কবিগী মীৎয়েংদা মীওইবা জাতি অমদি পুন্সিবু অফবা অমদি ফজরবা থাক অমদা পুখৎপা পাম্বা মীৎয়েং ফাওহল্লি। মীওইবগী মশা অমদি পুন্সি খোঙচৎপু হিন্দু লাইনীং অসিগী মনুংদা শাগৎলিবা অৱাংবা ফিদমগী মশক ওইরবা মগুলশিংদা মচু লোক্ল বা হোৎনৈ। তশেংনমক পুন্সি অসিমক অৱাংবা ভেল্যুশিংনা য়োমশিন্দুনা লৈতেংবা পাম্মী। মীওইববু অফবা কয়াগী তুংনফম অমদি পুন্সিবু মদুগী য়াকাবুঙ ওইহন্নীংবা ফোঙদোকই। অসিগুম্বা আধ্যাত্মীক্কী মীৎয়েং অসিনা কবি অসি দার্শনিক অমদি অৱাংবা লমচৎপু য়োকখৎলিবা মোরেলিষ্ট অমগী মায়থোং পুদুনা লেপহল্লি।

## অরাম্বম সমরেন্দ্রনা শেমগৎলিবা
## নুপীগী শক্তম

প্লে রাইট অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্তাদা চপচানা শীংথানরিবা অরাম্বম সমরেন্দ্র (১৯৩৫-২০০০) গী লীলাশিং লমদমসিগী পুন্সিরোন্দা অমদি মীশিংগী রাখল্লোন্দা অচৌবা শাফু পীরিবা খৃৎইনি। মরুওইনা নুপীশিংগী শক্তমদা অখন্নবা মীৎয়েং থমদুনা তোপ-তোপ্পবা মীৎয়েং কয়াবু শাফু লৈনা ফোঙদোকপা, শাফু লৈরবা লীলা কয়া অইবা অসিগী খৃৎইদা মায়পাক্না শেমগৎলকই। মহাক্কী লীলাশিংদা তোঙান তোঙানবা চরিত্র কয়া শেমগৎতুনা অনৌবা মতমগী পুন্সিরোন্না পুরক্লিবা নুপীগী অনৌবা রাখল-মীৎয়েং কয়াবু ময়েক শেংনা, শাফু লৈনা উৎলকই। মহাক্কী লীলা অয়াম্বদা উবা ফংলিবদি মতম কয়াগী মমাঙদগী লমদমসিগী পুন্সিরোনগা ঐখোয়গী ত্রেদিসনগা তোংশিন-য়ানশিন্নদুনা শেমগৎখ্রবা নুপীগী শক্তমনা অনৌবা মতমগী সমাজ অমদি পুন্সিরোলদা অনৌবা খোঙকম অমা থিরকপগী মশক অদুনি। মসিদা অইবগী মশাগী ওইবা রাখল্লোন অমদি মীৎয়েংশিং হাপ্পুনা অনৌবা খোঙফমদা লেপ্লগদৌরিবা নুপীগী শক্তম অদুবু শেমগৎনবা হোৎনৈ। মহাক্কী লীলাশিংদা মরুওইবা শক্তম লাংলিবা নুপী চরিত্রশিং অসি মহাক্কী রাখল্লোন্দা ওইহন্নীংলিবা নুপীগী শক্তম অমদি মতমগী সমাজদা থোরকলিবা নুপীগী খোঞ্জেল অনীগী অপুনবা শক্তম অদুনি।

সমরেন্দ্রগী মীৎয়েংদা শেমগৎলিবা নুপীগী শক্তম অসি য়াম্না য়ুনিক ওইবা মশক অমনি। মণিপুরী নুপীগী ত্রেদিসনেল ওইবা শক্তমদগী মচং ওইবা মচাক কয়াবু লেংদনা থম্লগা অনৌবা পুন্সিরোন্না পীরকপা অনৌবা গুণশিংবু মফম চানা হাপচিন্দুনা অনৌবা উফমদা শেমগৎলিবা নুপীগী শক্তমশিং মহাক্কী লীলাশিংদা উবা ফংই। শক্তমশিং অসিনা মতমগী সমাজ অমদি পুন্সিগা চান্নবা অনৌবা লম্বেল অমা য়াৎনবা হোৎনৈ, অনৌবা রাহস্তোক কয়া থিরকই।

'জজ্জ সাহেবকী ইমুং' (১৯৬৮) দা মরুওইবা নুপী চরিত্র ওইরিবী 'অরুনা' দা অনৌবা মতমগী সমাজদা হোংলক্লিবা পুন্সি মহিং, ৱাখল্লোন অমদি পান্দমগা চুশিন্নবা মওংদা ওইরক্লিবা অমদি ওইহন্নীংলিবা নুপীগী শক্তম অমা শেমগৎলকই। অনৌবা মতমগী শিক্ষাগী মঙাল ফংলবা, পূক্লিং ৱাখলগী অথুকপা মাঙখ্রবা, হীরম কয়াদা হিদান্নবগী ৱাখল্লোনগা লোয়ননা মনীং-মথা তম্না ৱাখল খঙ্ঙবা ঙম্লক্লবা, অনীংবা অপাম্বা কয়া ইচং থৌনা ফোঙদোকপা ঙম্লক্লবা অনৌবা নুপীগী শক্তম অমদা অরুনাবু শেমগৎলি।

চরিত্র অসি ত্রেদিসনেল ওইবা মণিপুরী নুপীগী শক্তমদা অনৌবা শিক্ষা নীংথিনা মৈ ইক্তুনা শেমগৎলবা অনৌবা নুপীগী শক্তম অমনি। মসি অইব পামজবা, মহাক্লা ওইহন্নীংলিবা লমদমসিগী নুপীগী শক্তম অদুনি। অইন লমদমসিগী নুপীশিংদা য়াওরিবা মতীক-মগুণশিংবু ৱাংনা থাঙ্গৎপা পাম্মী, ৱাং লৌই। লমদমসিগী লৈরিবা মৈহৌরোলগী ৱারী শিংবুল- মিথ, লেজেগুদ হৌরগা ইতিহাসতা লাচল্লিবা ৱারী থৌদোকশিংদা উরিবা ঐখোয়গী নুপী শক্তম অসিবু য়াম্না হক্লা লৌবা মীৎয়েং অইবা অসিদা য়াওরি। ইমা লৈম শিদবী, ইমোইনু অহোংবী, পান্থোইবী, শিজ লাইরোইবী, লিন্থোইঙ কুরঙ্গনয়নী, থোইবী অমদি নুপী লানগী মথৌনা ফরবী নুপীশিং, মখোয়দা লৈ শক্তি, থৌনা, অৱাংবা থাক্কী নুংশিবা, কখোকপা, সতীত্বগী ৱাংলবা মমা ওইবীগী থম্মোয়, মীনা লাকচবা য়াদবা, ঈশ্বর ভক্তি, মরৈবাক নুংশি পূম্নমক অসি লমদমসিগী নুপীশিংদা শোয়দনমক য়াওরি হায়বসি অইবগী অচেৎ থাজবনি। গুণশিং অসিবু নীংথিনা য়াকাইহনবনা ঐখোয়গী নুপীশিংগী অমদি মগুণ হেন্না ৱাংখৎহনবা ঙমগনি হায়বা ৱাখল্লোন অইবদা চেল্লি। মহ মীৎয়েংদা উরিবা মপুঙফারবা নুপীগী শক্তমদা অসিগুম্বা ত্রেদিসনেল ওইব লমদমসিগী নুপীশিংগী লু-তোংদা পকশ্রবা মতিক-মথৌনা, মরীংজেন, লৌশিং অমদি অতৈ গুণ কয়া অসি চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ ওইহনবা পাল্লি, ওইহল্লি। অরুনাবু অসিগুম্বা লমদমসিগী নুপীশিংদা থংথরক্লিবা তোপ-তোপ্পা গুণশিংবু নীংথিনা ঙাকপা পাম্বী, ঙাক্লিবী অমা ওইহল্লি।

"অরুনা ঃ ... ঐনা পামজবা হায়ববু ঐহাক মৈতৈ নুপী অমনি হায়বসি খঙজবা অসিতনি। মদুগীদমক ঐহাক চাওথোকচবা ঙম্মী, লম অসিগী মীনি হায়না

খনবা, ঙম অসিগী মীগী ভেল্যু মশক খঙবা মীশিংবু ঐহাক্না চাউখৎপনি হায়না লৌই।" — জজ্জ সাহেবকী ইমুং - লা: ২৯

অরুনানা পামলিবসি মণিপুরী রুমনহুদকী গুণশিং অদুনি, মহাক গুণশিং অদুবু ঙাক্লসু চৎলিবী অমনি। মসি অইবনা উরিবা লমদমসিগী নুপীগী অৱাংবা মশক অদুনি। অসিগুম্বা গুণশিং অসিবু মতমগা চান্নবা মওংদা নীংথিনা য়াকাইহনবা ঙম্নবা অনৌবা মতমগী শিক্ষাগী অৱাংবা জ্ঞানশিং ঐখোয়গী নুপীশিংদা মতিক চানা হাপ্পগী তঙাইফদবা লৈ হায়বসি অইবগী মতনি। মদু মহাক্না অরুনাদা হাপ্লি। নুপীশিংনা মশাগী মগুন মশানা খঙজদনা লৈরিবা অমদি মফম মতম চানা শীজিন্নবা ঙমদ্রিবা অসিদগী কোক্লবা পান্বেদি শিক্ষাগী মঙাল শংঙনবতনা ওইগনি হায়বসি অইবগী অচেৎপা থাজবনি। অদুনা মতমগী শিক্ষা ফংলবা মতুংদা মশাবু মশক খঙজরকপগী, থৌনা ফনা মশাগী হক তাল্লকপগী শক্তম অদু অরুনাদা শেমগৎলি। নুপীগী মতীক মথৌনাবু নমশিন্দুনা থম্বীরিবা, ঐখোয়গী মী অমা ওইবগী অপাম্বা, পামদবা কয়া ফোঙদোকচনবগী হক নাথৈনবা খোংনরিবা নুপাগী মীৎয়েং অমদি সমাজগী থাজনবী কয়াবু থুগাইবা পাম্লি। অসিনা নুপীবু শোন্থহল্লি হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। অদুনা মীৎয়েং অসিগী মখং শল্লিবা দামোদরগী মায়োক্তা অরুনাগী ৱাকৎ থাঙ্গৎহল্লি। অরুনাগী ৱাকৎ অসি মরন্নাইগী ৱাকৎ নত্তে, নুপী খুন্নাইগী ৱাকৎনি, দামোদরগী মীৎয়েং অমদি খন্নখ্রোন অসিসু মরন্নাইগী নত্তে, মতমকুইনগী মমাঙদগী চথরক্লিবা, সমাজদা চংনবী অমদি থাজনবী ওইনা লৈখ্রবা নুপাগী মীৎয়েংনি। মহাক্কী অকোয়বদা লৈবশিংগী মখা পোন্দুনা মখোয়গী মনীং থুংহন্নবা হিংলিবা মহিং, মশাগী ৱাকৎ থাঙ্গৎপা ঙমদনা লেল্লিবা মরেল অদুদগী নুপীবু মীকপ থোকহল্লি। মীকপ থোক্লবা নুপীগী মীৎয়েংদা অনৌবা শিক্ষানা থৌনা হাপ্লকই। মশাবু মশক খঙজবগা লোয়ননা মশাগী মফম তাল্লকই। অরুনানা মপুরোইবনা য়াদ্রবসু নমদুনা কাং শান্নবা য়াওরিবসি মশাগী হক অদু শীজিন্নরকপগী খোঙথাংনি। অরুনানা হায় —

"....ঐনা পামজবা থবক অসি ঐনা হৌজকবা নত্তনা লৈকায়গী ময়ামনা হৌরকপদা য়াওরুবনি। য়াওবগী তাঞ্জা ফংলবা অমদি য়াওফম থোক্লবা লৈকায় তিন্নবা

মখল অমা ওইরবা অসি ফাওবদা য়াওদ্রবদি ইশাগী রীজন্নীংবু বিত্রে তৌবা তাগনি। অদুনা য়াওরুরিবনি। মখোয় তামোদা ঐহাক্না শীংনবগী ব্রাফম লৈতে।"

— মথক্কীসি, লা: ৫৭

অরুনাদা লাক্লিবা থৌনা অসি মহাক্না ফংলুবা মহৈনা পীবনি ; মী অমা ওইনা মশাগী অপাম্বা তৌবা, অচুম-অরান লেপচবা হায়বসি মহাক মশাগী-ফংফম থোকপা হকনি হায়বসি ফাওরকপনি। অসিগুমবা মতমগী শিক্ষানা নীংথিনা য়াকাইহল্লবা, রীজন্নীংনা নীংথিনা ময়ামচুন্নবা থম্মোয় অমদি পূক্নিংবু অইবনা নুপীশিংদা হাপ্পা পাম্লি। লমদমসিগী নুপীশিংদা য়াওরিবা গুণশিংবু নীংথিনা য়াকাইহল্লবা য়াম্নমক য়ুনিক ওইবা মশক অদু ঐখোয়গী নুপীশিংদা লৈহনবা হায়বসি অইবনা নুপীশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েংগী পান্দমনি। মচানুপী অমা ওইনা, লোয়নবী ওইনা, মমৌ অমা ওইনা, মচন-মচে ওইনা, মমা অমা ওইনা, লৈবাক অমা নত্ত্রগা স্টেট অমগী সিটিজন অমা ওইনা লৌরিবা থৌদাংশিং অসিনা নুপীবু তোঙান-তোঙানবা শক্লোন কয়া পুরিবী, শক্তি কয়া চেনবীনি হায়না শীংথানরি। থৌদাংশিং অসিনা সমাজবু মনা তপহনবদা, চাউখৎহনবদা, নুংশি চান্নহনবদা, ধর্ম্ম য়োকখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। থৌদোকশিং অসি ঙসিগী নুপীশিংদসু লেপ্তুনা লৌহনবা পাম্লী, নৌবা ঙম্বগী থাক্তা পুখৎপা পাম্মনি মসিগী মথক্তা মশাবু শকখঙজবগা লোয়ননা মী অমা ওইবগী চাউথোকচবা অদুসু হাপ্পবা হোৎনৈ। শন্না হায়ববদা মল্টি-দাইমেন্সনেল ওইবা নুপীগা শক্তি অমা অইবনা শেমগৎপা পাম্মী। অদুনা অরুনাবু হৈথোউ শিংথোউবা, হানমা কয়াদা মাঙজীল থাবী-ওইহল্লি ; শান্ন-খোৎনবদা শরুক য়াহল্লি, ঈশ জগোয়গী জ্ঞান লৈহল্লি, থকশি-খাসি নাইনা হৌরকহল্লি, মজাতিগী নুংশবগী অরাংবা ব্রাখল চেলহল্লি, রিজন্নীং লৈহল্লি, ইমুং-মনুংগী মীশিংবু নুংশিনা চিকখোন-নাওখোলহল্লি, য়ুম্বানবগী মরীদা অব্রাংবা মীৎয়েং লৈহল্লি ; পুন্নমক্না মথক্তা মশাবু শকখঙজবী ওইহল্লি। লমদমসিগী নুপীশিংগী নুংগী মমলদা থাজবগা লোয়ননা মদুবু ইকায়খুম্নবী অমনি, মশামক মদুগী খুদং ইন্দুনা চৎলিবীনি।

অনৌবা শিক্ষাগী মঙালনা মিকপ থোকহল্লবী নুপীশিংদা মশাগী হক তানজনবগী থৌনা অদু অইবনা হাপ্পবা হোৎনৈ। মখোয়গী মগুণ অমদি থৌদাংবু মশক খঙবীবগী মহুত্তা মখোয়গী হক মৎপিরিবা অদুদগী মশা নাম্ভোকচবা ঙম্নবা

থৌনা পীদুনা অনৌবা লম্বেল অমগীদমক ইঙ্গিৎ পীরকই। নুপীবু ইকায়খুম্নদবা সমাজগী মীৎয়েংবু শিংনহল্লি। মহাক্কী অপাম্বতা তৌহন্নীংবা, মহাক্কী অয়াবা য়াওদনা থবক অমত্তা তৌহন্দনবা হোৎনবা দামোদরগী মায়োক্তা অরুনানা মী অমা ওইনা মশাগী অপাম্বা ফোঙদোকহল্লিবসি লমদমসিগী নুপীশিংদা লাকহন্নীংলিবা থৌনা অদুনি। মশাগী ব্রাখলনা অচুম-অরান লেপচদুনা তৌগদবা, তৌফম থোকপা কয়া তৌহল্লিবা অসি নুপীশিংদা ফংহন্নীংলিবা হক অদুনি। মহাক্কী থাকৎকী অর্থ খঙবীদ্রবদা অরুনানা মপুরোইবগা মখোয় অনীগী মরক্তা পুল্লিবা য়ুম্বানবগী মরীবু অর্থ থোক্তবনি হায়রক্লিবা, লুহোংবগী ব্রাহন্থোক্তা নৌনা থাংহং হংলকলিবা অসিনা নুপীদা হেন্না কনবা ফিরেপ লৌহন্নীংবনি, তঙাইফদ্রবদি অফা অপুন্নরিবা ব্রাহন্থোক লাল্লবা য়ুম্বানবগী চৎনবী অমদি মরী অসিবু শীংনবা তবগী, থুগাইরকপা তাবগী অমদি মদুদগী নাস্থোকপা তারকপগী ইঙ্গিৎ উৎপনি।

> "অরুনা ঃ... ঐনা খনবদা ঐহাক য়ুম পানবা অসি শোয়রমাল্লে হায়না নীংলে। নুপা নুপী হায়বা অসি অফ-ফত্ত তাথোক তাশিন তৌনদুনা নিংথিনা য়ুম লিংদুনা লৈবা হায়বসিনি, অদুবু মখোয় তামোগী মোৎ অসিদি নুমিৎ চুপ্পা অঙাংগুপ্পগী ব্রাখলতা হায়বা, মানা পাম্বা মওংতা ওইগদবনি হায়বা অসিদি ঐগী ব্রাখল অমদি থাজবা থাফমগা য়াম্না চুনদবা অমা থোকই। নুমিৎচুপ্পা কোক অসি শাদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি ইয়ুমদা ইংনা শান্তি ফংনা লৈরুবনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা হেনগনি।"
>
> — মথক্কীসি, লা: ৬৯

নুপীবু মরোমদোম লেপচবা ঙমদবী ওইনা য়েংলিবা মীৎয়েং অমদি থৌমলিবা মথম অসিনা নুপীবু শোল্হহল্লি, মরন্নাই হিংবা কিহল্লি। অশোনবা অসিদা খুদোংচাবা লৌদুনা নুপাশিংনা নুপীবু মখোয়গী মখা পোলহনবনি হায়বসি অইবদা ফাওই। নুপীনা মশাগী অশোনবা অসি থাদোকপা তারবদি মখোয়গী মফম অমা কনজবা ঙমগনি হায়বা মীৎয়েং মতাং অসিদা শাফু লৈনা হাপ্পি। দামোদরগী ব্রাখল্লোনসি লমদমসিগী নুপা খুন্নাইগী মহুৎশিনবনি। অরুনানা লৌরিবা ফীরেপসিনা খুন্নাই অসিগী মায়োক্তনি। মসিদি অকনবা ব্রারেপনি। অদুম ওইনমক অইবনা ছীয়নীংলিবদি মসিগী থৌনা অসি য়ৌনা লৈরবতদা নুপীনা মশাগী মফম কঞ্জদুনা চপ চাবা ইকায়খুম্নবা ফংবা ঙমগনি হায়বসিনি। নুপীবু চৎনবী থুগাইদুনা মরন্নাইগী ওইবা পুন্সি মহিং অমদা চৎহনখিবা পাম্বা

নত্তে ; ত্রেদিসন ঙাক্কুনা সমাজগী মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা নুপীগী মগুণবু খঙবীদবা তারবদি মদুদা ইচঙথৌনা শিংনফম থোকই, হায়বনি।

অইবনা শেমগৎনীংলিবা লমদমসিগী নুপীগী শক্তম অসিবু মপুংফাহন্নবা হোৎনবদা সমাজগী মীৎয়েং চুমথোকপা পাম্বা ৱাখল্লোন মতাং মতাং কয়াদা ফোঙদোকলিবা অসিগী মথক্তা নুপী মশাদা য়াওবা অশোনবা শরুকশিংব লৌথোকপা পাম্বা মীৎয়েংসু শাফু লৈনা পুখৎলকই।

অইবনা ঐখোয়গী নুপীশিংদা য়াওরিবা থম্মোয়গী মশক অসিবু খা... তরু-তরুহনবা পামলি। অথোৎপা অমদি মিনুংশিগী তুংফম ওইরিবা নুপীগী থম্মোয় অসিবু কঙাওননা চেন্তরিবা লমথুংফম লৈতবা ঈচেল নত্তগা অকনবা নুংশিৎনা হুমদুনা কোয়পু পুরিবা অকংবা উনাগী পুন্সি অদু ওইহন্নীংদে। অচৌবা ঈপাক তমলিবা মপুক তপ্পবা ঈচেলগী মতৌগুম অমদি নীংথিনা খূর্জি পায়দুনা থৌরিবা শগোলগুম ফজবা, অচুম্বা মশক খঙনা থম্বা পাম্মী। নুপীগী থম্মোয়গী অৱাংবা ফিদম অমদি অচুম্বা লম্বেলদা লমজিংবদা শীজিন্নবা পাম্বনি। অসিগুম্বা থম্মোয়গী মশক হাপ্তুনা 'য়েন্নীং-থাগী-ঈশৈ' হায়বা লীলাদা শনারৈগী চরিত্র শেমগৎলি। শনারৈ ময়ায়ওইবা থাক্কী অৱাংবা ইমুং অমদা হৌরকই। মনীং তম্না অৱা-অনা চঙদনা লেল্লকই। মহাক্কী মীৎয়েং ইচম-চম্বা, ইতাও তাওবা মশাজৎ ওইরমই। অৱাৎ-অপা লৈতনা হিংলিবা পুন্সি মহিংদগী উরিবা নুংঙাইবা সংসার অমগী মঙলান্দা তাওরকই। অকে-অমৌগী পুন্সিবু নুংঙাইবা পুন্সি হায়না থাজে। পুন্সিগী মরমদা ৱাখল খল্লুদে, মপান্থোংগী শক্তমদা উরিবা অদুদা থাজদুনা হিংই। শনারৈগী মীৎয়েং অসি অইবনা হন্থবা থাক্কীনি হায়না লৌই : পুন্সি অমদি পোৎশকশিংবু মপান্থোংদতা য়েংবা, অরং-অরাকতা হেন্না মিতাবা মেটরিএলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েং অসিনা নুপীগী মগুণ হন্থহল্লি হায়বসি অইবগী মোৎনি। অশোনবা অসি লৌথোক্তুনা হেন্না পাকথোক্লবা মীৎয়েং অমা নুপীশিংদা হাপ্পা পাম্লি, হাপ্পবা হোৎনরি।

শানারৈ : ওন্থোক্লা ওন্ন-তৈননা য়েক্লম্মেদা। ঐগী painting দি নুংঙাইরব নুংদাইৱাইরম অমা য়েক্কে তৌবনি, Gay colour ঙাক্ত শীজিন্নব হৌরম্লিবদু খঙদ্রা ?

ইমোচা : ঙসিগী পুন্সিদ নুংঙাইব নুংদাইব্রাইরম অদু কদায় লৈরিবগে ? ঙসিগী পুন্সিদি অৱা-চৈনা খাঙবগী, নুংনাংবগী পোৎথাফম খঙদবগী শক্তম্নি মদুনি ঐগী মাঙদ লেপ্লিব লাই অসি। মৈন চাকথেকখ্রবা অকাব লৈবাক্কী মচু।

— য়েন্নিং থাগী ঈশৈ, লা: ১৫

ঙাইহাক্কী ওইবা অরং-অরাকতা লুপ্তুনা নুংঙাইবা মঙলান্দা হিংলিবা নুপীগী থম্মোয়বু হৌদোকপা পাম্বনি। মতমগী সমাজদা হোংলক্লিবা পুন্সিগী মশক, মীশিংগী থম্মোয়গী ৱাকৎ অমদি সমাজগী সমস্যাশিংবু খঙহনবা, উহনবা পাম্লি। সোসিয়েল কন্সসনেস অসি হাপ্তুনা ৱাখল খন্থহন্নবা হোৎনৈ। থম্মোয় অমদি পূক্লিংবু পুন্সিগী অশেংবা অচুম্বা মশক খঙনবা হোৎনবদা শীজিন্নবা পান্লিবা কবিগী মীৎয়েং অদু ইমোচাদা হাপ্তুনা শনারৈগী থম্মোয়গী মায়ওন হোংহল্লি।

শনারৈদা হোংলক্লিবা মীৎয়েং অমদি ফিরেপ অসি ঐখোয়গী নুপীশিংদা লাকহন্নীংলিবা নুংগী অওনবা শক্তম অদুনি। মতমগী সমাজদা শেল-থুমগী ফীভম্না মীশিংগী থাক-খায়বগী ৱাফম অসিনা পুন্না হিংমিন্নরিবা মীশিংগী মরক্তা অমনা অমবু হন্থুনা য়েংবগী, তুহৎনবগী ফীভমদা লাক্লি। মসিনা মীশিংগী থম্মোয়দা ৱাকৎ পুহল্লি। ওইরক্লিবা ফীভম অসিদা অইবনা নুপীশিংবু পূক্লিং লৈতানা ৱাখল খলহনবা পাম্লী, মখোয়দা মমলগী অচুম্বা মীৎয়েং লৈহন্নীংলি। সমাজগী শরুক খরতমক মশক খঙলগা, পুন্সিগী মচেৎ খরতমক মহাও তংলগা মদুনা অশেংবা ওইনা লৌবসি অশোনবা অমনি হায়না লৌরি। অশোনবা অসি লৌথোক্তুনা শনারৈবু ৱাখল খলহল্লি, মশাগী ৱাখল-মীৎয়েংবু হঙ্গৎনা য়েংদুনা অচুম-অরান থিহল্লি। বসন্তগা মহাক্কা লৈনরিবা মরীবু নৌনা খঙনবা থিরকলিবসি হান্নগী মীৎয়েংবু হঙ্গৎনা নৈনরকপনি। ইনাক খুনবা, অচৌবা লনগী মপু ওইরবা বসন্তগা মখোয় অনীগী মরীবু নুংগী লীপুন য়াওদবা, মপাম্থোংগী অপাম্বা অমদি মিহৌবনা লমজিংবা মরী অমনি হায়বসি শনারৈগী থম্মোয়দা ফাওরকই। মসি লন-থুম অমদি অরং অরাকপু খ্বাইদগী মমল ৱাংনা লৌবা মীৎয়েং অদু মাঙপ্রবা মতুংদা ফাওরকপা অনৌবা মমলগী মীৎয়েংনা পীবা ফলনি। অনৌবা মমলগী মীৎয়েং অসিদদি নুংগী মরী অমদি নুংগী ফজবদা হেন্না ৱাংনা লৌরক্লে। মসি ফংদ্রবদা শানরৈগী মফমদা বসন্তগী মফম লৈত্রে, অর্থ থোক্ত্রে। মতমসিদদি শনারৈনা মহাক্কী মীৎয়েং অদু লাল্লম্নে হায়বা খঙজরকই —

শনারৈ : উম, ময়ামদু উবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরম্মি। ঐ অচৌবা নুপী অমা ওইগনি নীংলম্মি, অদুবু মদু লাল্লম্লে, ঐ মসে নঙোন্দ হায়রিবসিনি।

— মথক্কীসি, লা: ৩১

মীগী মগুণ লেপ্পদা মপাম্বোংগী মশক্তা য়েংবা মীৎয়েং অদুবু লাল্লি হায়না ফাওরকপনি ; মসিদা মীওইবগী নুংগী মমলশিংবু হেন্না ব্রাংনা লৌবা আইদিএলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েং য়াওরি। ঐখোয়গী নুপীশিংদা মীৎয়েং অসি লৈহন্দুনা অব্রাংবা মোরেল ভেল্যু লৈবা সমাজ অমা শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌহন্নীংবনি। লীলা অসিদা শনারৈগী পৃক্লিংগী মায়ওন ইমোচাগী পুন্সি তম্না চেম্বহল্লি। মসি নুংগী ওইবা মমলদা হেন্না থাজবা, অদুগুম্বা পুন্সি মহিংদা হিংহনবা পাম্বা অদুনি। নুংগী অব্রাংবা মমলশিংবু নুপীশিংদা খঙহন্দুনা মখোয়গী থম্মোয় অমদি পৃক্লিংবু তশেং-তশেংহনবা পাম্বনি। ইমোচাগা থেংনরুবদগী হায়বদি আইদিএলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংগা তিন্নরুবদগী শনারৈবু মীকপ থোকহল্লি —

শনারৈ : ঐগী পুন্সিদা ঐগী পৃক্লিংদ ফাওবা থম্মোয় ইথিল ফোংদোকপসি ঙসিন অহানবনি। হৌখিব শাংব্রবা মতম কয়া অসি ঐহাক সুমহায়না অমুক্ত তৌখিদ্রি। ঙসিদি ঐগী পৃক্লিং অমদি হাকচাং অমত্ত ওইরে। ঐন তানগদব পোৎশক অদু ঐহাক মশক খঙলে।

— মথক্কীসি, লা: ৩৪

নুংগী পৃক্লিংবু য়াকাইহল্লবা শনারৈগী শক্তম অসি অইবনা লমদমসিগী নুপীশিংদা হাপনীংলিবা নুংগী মমল অদুনি। ঐখোয়গী নুপীশিংগী থম্মোয় অমদি পৃক্লিংবু মীকপ থোকহনবা পাম্নী।

শনারৈ মীকপ থোরক্লিবী নুপীনি। শক্তম অসিদা অইবগী মরুওইবা পান্দমদি নুংগী শরুকপু য়াকাইহন্দুনা অনৌবা মায়ওন অমদা চঙশিনহনবা অসিনি। সমাজদা মখোয়গী মফম কঞ্জবদা অমদা থৌদাংশিং হেন্না ব্রাংখৎহনবদা নুংগী অব্রাংবা মমল অসি য়াম্নমক তঙাইফদবা ওইনা লৌবা ব্রাখল্লোন অইবা অসিগী মশেমগৎতা উবা ফংই। থম্মোয় ঈহলনা ঙম্বা, সমাজগী মীৎয়েং অমদি ব্রাখল্লোন খরদা মশাবু পঙথহন্দুনা হিংবা, অরং-অরাক্তা কা-হেন্না লুপ্পা অসিনা মখোয়বু শোম্বহল্লি হায়বসি অইবগী মোৎনি। অদুনা নুপীবু মীকপ থোকহনবদা অরং-অরাকপু মিহৌবদগী নাম্বোকহনবা তাই হায়বসি উৎলকই। শনারৈ তুম্নম্বা

চরিত্রনি, মীকপ থোক্লকই, ইচঙ থৌনা চোংথোরকই, মশাবু শক-খঙজরকই। মসি নুপীগী-য়াকাইরোলগী শৈহৌনি হায়না লৌরি, মসিবু য়েন্নীংথাগা চাংদম্নরি।

'লৈপাকলৈ' (১৯৯৩) দা শেমগৎলিবা লৈপাকলৈগী শক্তমদি অখাং কনবী, লীংজেন লৈবী নুপীগী গুণশিংনা মপুঙ ওইহন্দুনা শাগৎলি। গুণশিং অসি নুপী ওইবীশিংদা শোয়দনা চেনগদবা অমদি চেল্লিবা গুণনি হায়না অইবনা থাজে। অরা-অনাগা মায়োক্লবদা অমদি হিংনবা হোৎনবদা মথৌনা মরিংজেন ফুদোক্লিবী কয়াদা অরাংবা মমল লৈ হায়না লৌরি। মমল অসি হাপ্তুনা লৈপাকলৈগী চরিত্রবু শেমগৎলি। পুন্সিগী থৌগায়, লাইবক নোংদম, সমাজগী মীৎয়েং অমদি মরন্নাই পুন্সি পূম্নমক্কা থেংন্নবা হোৎনবদা ফুদোক্লিবা নুপীগী থৌনা অমদি লিংজেল অদু অইবনা লৈপাকলৈদা হাপ্লি। লীলা অসিদা লৈপাকলৈবু খম থেংলবা অরাবগা লাম্থেংনহল্লি ; মদুদা চোংথোরক্লিবা থৌনা অমদি লিংজেনগী মশক অদুবু অইবগী মীয়েংনা রাংনা থাঙ্গৎলকই, অরা-অনানা শোকঙমদ্রবা নুংগী থম্মোয় অমদি নুংশিবগী মশকপু মৈ ইক্লবা সনাগুম্না পুথোরকই। লৈপাকলৈদা হাপলিবা থৌনা অমদি লিংজেন অসি অচম্বা নত্তে ; হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবসু পূক্নিংগী পাঙ্গল কনখৎহন্দুনা নাক-য়েৎকী তমথীবা ফীভমগা মায়োক্লবা ঙম্নবগী থৌনা অদুনি। হেন্না রার-রারগা, খুদোংথিবা নংল-নংলগা উইখৎলকপা নুপীগী নুংগী লিংজেল অদু লৈপাকলৈদা হাপলি। শম্না হায়রবদা লৈপাকলৈ অসি লমদমসিগী নুপীশিংদা য়াওবা, য়াওহন্নীংবা অমদি হেন্না কনখৎহন্নীংলিবা 'লিংজেল'গী মশক অদুনি। লৈপাকলৈ অসি নুপী অমগী শক্তম নত্তে, নুপীশিংগী নুংদা ফুমদুনা য়াওবা অইবনা য়াকাইহন্নীংলিবা লিংজেলগী মশক অদুনি। অদুনা অইবা অসিনা চরিত্র অসিবু শেমগৎপদা খ্বাইদগী তমথিবা ফীভমগা মায়োক্লহল্লি, অরাবা মরোল মরোল হাপ্পী ; অকনবা চৈথেং ফংহল্লি, অখাবা মীৎয়েং থেংনহল্লি, মীনোক মৈশা লাংহল্লি, শীংনহল্লি, লাম্থেংনহল্লি, অরৈবা থৌনা ফুদোক্তুনা মায়োক্লহল্লি। মসি নুংগী পাঙ্গল কনখৎহন্নবনি।

লৈপাকলৈ না হিংলিবা নাক-য়েৎ অসি হেন্না তমথিবা, হেন্না মম্বা তানফম ওইরি। মপা-মমাগী থোৎন-চেৎলবা খূৎপাইনা মচানিঙোলগী হক পূম্নমক মৎলিবা, মশাগী অশোনবনা মশাবু বণ্ডি ওইহল্লিবা মতমনি। লৈত-লায়রগী

চৈথেংনা চৈনা কয়া ফংহল্লি, পূক্লিং ৱাখল শোন্থহল্লি ; অকোয়বা অমদি নাক-য়েংকী ফীভম, মীশিংগী ৱাখল্লোন অমম্বনা কুপলি, নুপীবু মরন্নাইগী ওইবা ৱারেপ লৌহঞ্জবা ঙমদ্রি ; পূম্নমক অসিগী মথক্তা লাইবক নোংদম্না অমুক পীদোলহল্লি। চরিত্র অসিগী মিংথোল অসিমক শক্তম অসিগা চান্নরি। উকল অমত্তা লৈত্রবী, নাখল য়াওদনা শাৎলিবী লৈপাকলৈ লৈরাংগা পাংখক্লবী শক্তম অমবু শেমগৎতুনা পুন্সি অমদি নাক-য়েংকী অকনবা নুংজাও মরক্তা থোৎলবী থম্মোয়না থিনগৎনবা হোৎনবগী অকনবা থৌনা উৎলি। লৈপাকলৈ লৈরাংনা পীরিবা মহৌশাগা তেমশিংনবগী পাউজেল অদুমক চরিত্র অসিদা হাপ্লি। নোংলৈ কয়া মায়োকনৈ, চৈথেং কয়া ফংই অদুমওইনমক থম্মোয়গী অশেংবা মশক অদুদি মাঙহন্দনা থম্মী, ফুগাইনা শাৎকায়হল্লি, মীকুপ অমখক। মসিদা লৈরিবা মমল, মসিদা য়াওরিবা থৌনাগী-মশক অদু ময়েক লানা চোংথোকহল্লি। অসিগুম্বা থৌনা অমদি অশেংবা থম্মোয় 'প্যুরিটি' অসি নুপীদা য়াওবা, চঙদবা য়াদ্রবা পোৎচাক ওইনা অইবনা লৌই অমসুং মদু নুপীশিংদা লৈহন্নিংই।

তমথিরবা, খুদোংথিনিঙাই ওইরবা নাক-য়েৎ অসিদা হিংলিবা চৈঙাক য়াওদ্রবী নুপী অমগী পূক্লিংদা মশাবু শকখঙজবা (সেল্ফ রিয়েলাইজেসন) হৌরকইবা অসিমক অচৌবা মীকপ থোকপনি, পূক্লিংগী য়াকাইবনি। মপা-মমাগী অনীংবা অপাম্বনা যৌবনগী ময়োল থুদেকপিগ্রবী, মপুরোইবনা মীরায়বীরম্বনা হিংনবা হোৎনবদা মরোমদোম লাম্থেংনরিবী, নাক-য়েৎতা লৈরিবা নুপাশিংগী কারাম্বা মীৎয়েং অমসুং লীচৎনা মৈশা লাংহল্লবী, সমাজগী অখাবা মীৎয়েংনা বদনামগী মচু শঙবীরবী পীদোল্লবী অসিনা মশাগী থম্মোয় অমসুং মশাগী থৌনাদা থাজবা থমদুনা হিংনবা হোৎনরকলিবসি লিংজেলনি, লিংজেল অসিনা লমদমসিগী নুপীশিংগী অৱাংবা মমল ওইনা হাপ্পা পামলি। নোংলৈ কয়া থেংনগ্রবী, চৈথেং কয়া ফংলক্লবী অসিগী থৌনাসু উরীগী মতৌগুম্না উইশিল্লকই, মশাগী ৱাখল ফীরেপ তপ্না ঈংনা লংশুং তাশিল্লকই। অকোয়বনা পীরকপা ঈথিল কয়াদা থম্মোয়বু নীংথিনা খূৎপায় চেৎনা পায়শিন্দুনা থম্মী। মপানগী অরং-অরাক, ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা, লন-থুমগী লীচিংনা পুনবা ঙমদে মশাগী পুন্সিবু হঙ্গৎনা য়েংদুনা থম্মোয়গী মায়ওনবু নীংথিনা মমায় চুন্নকই।

মহাক্কী থম্মোয়দা নুংশিবা মশক খঙখি অদুবু অনীংবদি থুংখিদে। মপা-মমানা থাজবা নুপাদা লুহোংখি। মহাক্কী থম্মোয়দা চৈনা অমা ফুমদুনা হিংলকই। থম্মোয়গী লৈয়োন থুদেকপিস্খবী অসি মিনুংশিগী ঈরিকসু ফংদ্রবী অমনি। মপুরোইবনা মহাকপু মীরায়বীরমই, মপুরোইবগী নুংশিবা অমদি মতেং য়াওদনা পীক্লিবা মচাবু য়োক্লবা ব্রানা হোৎনরকই। মতু শোল্লবী নুপীশিংদা খুদোংচাবা লৌগদবগী ঙাইরিবা মীওই কয়াগী মখূত্তগী মশাবু কঞ্জনবা হোৎনবদা মীব্রা-মৈশা লাংখি ; কপ্পতনা মশরুক ওইখি। অদুবু অব্রাবা পুন্সি মরেল অসিদা হিংদুনসু মহাক্কী নুপী ওইবগী ধর্ম, থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবা, ফজবা লমচৎ, মমা অমা ওইবগী থম্মোয় অদুদি থাদোকখিদে। নুংগী ফজবা কয়াসি ঙাক্লা ঙাক্লা মশাগী পুন্সিগী মরমদা ব্রাখল খল্লি। মশাগী পুন্সি অদু ওইহনবদা মশাগী অশোনবনসু মতেং পাংখি হায়বসি ফাওজরকই। মহাক্কী নুংদা পেন্দবা অমদি থম্মোয়গী চৈনা অমা পুদুনা হিংলিবা অদুগী অচৌবা মরমদি মহাক মশাগী অশোনবননি হায়না খল্লকই। মহাক্কী পুক্লিংগী অথুল্লা কয়াবু পাওদম্বগা লোয়ননা লৈপাকলৈনা হায়খিবা –

> ঐগী লাইবকসি ঐগী থৌনা ব্রাৎখিবনা ওইরমাল্লে খল্লি।
>
> – লৈপাকলৈ, লা: ১৭

হায়বা ব্রাঙাংসিদা মশাগী অশোনবা খঙলকপগী মমি তারি। অহানবা ওইনা মশাগী মরমদা থিজরকপনি, মশামক মী অমা ওইবগী হক খঙজরমদবা অদু অশোনবা অমনি হায়বসি খঙলকপনি। মসিদা সেল্ফ রিএলাইজেসন হৌরকলে ; মীকপ থোরক্লে। মসিগা লোয়ননা মী অমা ওইনা মশাগী অপাম্বা ফোঙদোকপা ঙম্লকলে। অকোয়বগী শাফু কয়াগী মরক্তা মশাগী থম্মোয়গী অপাম্বা, অনীংবা কয়াবু মীখুত্তা অমুকহন্না তাখিদনবা ফিরেপ লৌরকই। অব্রাৎ-অপা কয়াগী মরক্তা হিংবগী খমথেংলবা অব্রাবা মায়োক্লরবসু অরং-অরাক্কী লাংদা মশাবু থুংহনখিদে। পুক্লিংগী পোথাফম ফংবনা অশেংবা নুংঙাইবনি হায়বসিদা চপয়ুংনা লেপখি, লন-থুমগী মিকাবনা মহাকপু খুদুম চনবা ঙমখিদে –

> লৈপাকলৈ : (ইংনা) ঐহাক মহারানী ওইনিংই হায়বা নত্তে। ঐনা থিবদি পুক্লিংগী পোথাফমদুতনি। মদু থোইবদা লৈতে। – মথক্কীসি, লা: ৪৩

শক্তি লৈরবা থোইবগা শীংনদুনা লেপ্লীবসিদা থৌনা য়াওরি। মশাগী মমল অমা থম্লবা হোৎনবনি। পাম্মী হায়দুনা নুপীবু নুপানা হৈগুম, লৈগুম পৎ-থৎনবা হোৎনবগী অকনবা শীংনবা অদুগী মায়োক্তা লেপ্পনি। পাঙ্গলদা অমসুং শক্তিদা শাথিনা খেন্নবা লৈরিবা থোইবগী খোঙথাংবু লেপহন্নবা হোৎনখি, মসিদা লৈপাকলৈগী খোঞ্জেলসি হৌদে, থোৎলি, অদুমওইনমক শাফুদি চেল্লি, মসিদা মহাক্কী অকনবা ফিরেপকী মমি তারি। শীংনরকপা অসিগী মায়োক্তা ইচঙথৌনা লেপ্পা ঙম্বা অসিদা মহাক্কী নুংগী অকনবা লীংজেল অদু চোংথোরকই। মশাগী থম্মোয়গী অপাম্বা খঙজবগা লোয়ননা নুপীগী লীচৎপু শেংনা থম্বা পাম্বগী মীৎয়েংসু পুরি। হিংবখকনা অচুম্বা নত্তে, লমচৎ ঙাক্তুনা হিংবনা অচুম্বনি হায়বদু ব্রারবা মীকুপ কায়াদসু থাদোক্তে। মসিগী ফজবা অসি অইবনা নুপীশিংদা হাপ্পা পাম্বনি।

'সনাতোম্বী' (২০০১) লীলাদা য়াওরিবা সনাতোম্বীদি অনৌবা মতমগী নুপীশিংদা লাক্লিবা অনৌবা ব্রাখল্লোন অমদি মখোয়গী ব্রাকৎকী খোঞ্জেল অদুনি। অনৌবা মতমগী শিক্ষা ফংলবী নুপীশিংনা মখোয় মশাগী মশক খঙজরকপগা লোয়ননা মখোয়গী ফংফম থোকপা হকশিং ফংনবা তাল্লকপা অদু সনাতোম্বীগী পুক্সিদা উবা ফংই। মশাগী হকশিং তানবদা অকনবা শিংনবা অমগা লোয়নরকই, ফংদবা য়াদে হায়বগী ব্রাখলগা লোয়ননা নমদুনা লৌনবা হোৎনরকই। অনৌবা মীৎয়েং অমদি ব্রাখল্লোন অসিনা হান্নগী লৈরমলিবা কনসেপ্ত কয়াবু ফোংনা শীংনরকই, লাল্লি হায়না লাওরকই। মতম কয়াগী মমাঙদগী সমাজ অসিগী সিষ্টেমনা শেমগৎখ্রবা মরোল মরোল নাইখ্রবা চৎনবী অমদি অরিবা ব্রাখল্লোন কয়াবু মথং মথং থুগাইনবা হোৎনরকই ; মসি লাঞ্জং অমনি। সমাজ অসিগী অপুনবা ব্রাখল্লোন্দা অচৌবা অওনবা অমগীদমক শীংনবনি। মসি নুপীশিংদা ফাওরক্লিবা অনৌবা ব্রাখল্লোন অমদি মখোয়দা লৌহন্নীংলিবা ফিরেপ অদুনি।

শেমগৎ-শাগৎপনা নুপীগী অথোইবা মগুণ ওইরবসু অনৌবা অফবা অমগীদমক্তা ফত্তবা চৎনবী অমদি অমনবা ব্রাখল্লোনবু থুগাইনবগী লমদসু থৌদাং লৌহনগদবনি হায়বা মীৎয়েং অইবনা চরিত্রসিদা হাপ্পি। কষ্ট্রকটিব ওইবা খোঙথাং অমদি দিষ্ট্রকটিব ওইবা থৌদাং অনীমক নুপীদা লৈহন্দুনা মদুবু মফম মতম চানা শীজিন্নবা ঙম্বগী অব্রাংবা গুণ অদু অইবনা নুপীশিংদা লৈহন্নীংই। দিষ্ট্রকটিব

ওইবা থৌদাংশিংদি অনৌবা শিক্ষানা পীবা অচুম-অরানগী থৌরবা মীৎয়েংগা লোয়ননা নুপীশিংগী মথক্তা নমদুনা চঙ্খরিবা আইন অমদি নমফুদা ইলহল্লিবা চৎনবীশিংগী মথক্তা লৌখৎহনবা পামলি। অথুবা মীৎয়েংশিংবু থুগাইদুনা হেন্না পাকথোক্লবা মীৎয়েং লাকহনবদা শীজিন্নহন্নীংলি –

> সনাতোম্বী ঃ তাদা লাইরিক তমলিবসি শি খণ্ডননবা তৌবনি। ঐ খরদি খণ্ডলে, ঐখোয় সমাজসিদা ঐখোয় নুপীগী ফিবমশি। সমাজসিদা নুপীনা অসুক য়াম্নসু দয়িত্ব তৌবা অদুগা নুপীশিমক সমাজগী আ মখাদা ইন্থদুনা থম্না - মসি মথক মখা অমুক্তং ওন্থোক্তবা য়াদ্রে। — সনাতোম্বী, লা: ৮

সমাজসিগী সিষ্টেম খরদা কন্না লান্দারকই। নুপীগী চপ-চাবা মফম অমগীদমক শীংনদুনা চোংথোরকই। চুম্নগী মখোয়গী মশক খণ্ডবীনবা হায়বা নত্তে, মখোয়গী মফম শোয়দনা পীগদবনি হায়বগী খোল্লাও পুরি। সমাজসিনা ঐখোয়গী নুপীশিংবু চপ-চানা ইকাইখুম্নফম থোকই অমদি নুপীশিংনা মদুগীদমক কন্না হোংনফম থোকই হায়বা ব্রাখল্লোন অদু অইবনা মতাং অসিদা হাপ্লি। সনাতোম্বীদা লৈরিবা ব্রাকৎ, মহাক্কী খোঞ্জেল অসি লন্নাইগী ওইবা ব্রাফম নত্তে। ঙসিগী নুপীশিংদা ফাওরকলিবা অমদি হেন্না কনখৎহন্নীংলিবা নুংগী ব্রাকৎ অদুনি। মেল-দোমিনেটেদ সোসাইটি অসিগী মীশিংদা চুশিন্দুনা লৈশ্লবা, মরা তাখ্রবা ব্রাখল মীৎয়েং খরবু হোংদোকপগী তঙাইফদবা লৈরে হায়না ফাওরক্লিবা নুপীশিংগী ব্রাখল্লোন্দা মথৌ হাপ্লনি। লাঞ্জং অসিনা অরিবা ব্রাখল্লোন কয়া থুগাইদুনা অনৌবা ব্রাহন্থোক কয়া পীরকই ; অনৌবা নুপীগী শক্তি কয়া হাপ্লবা হোংনরকই। সনাতোম্বীদা য়াওরিবসি থুগাইবা অমদি শেমগৎপা শক্তি অনীমকনি। শক্তি অসি চুম্না শীজিন্নদুনা অরিবা থুগাইরগা মদুগী মফমদা অনৌবা অমা শেমগৎপগী খোঙচৎনি। সমাজ অসিগী নুপাশিংনা নুপীশিংদা থমলিবা মীৎয়েংবু লাল্লি হায়না শীংনরকই অনৌবা ব্রাহন্থোক পীরকই –

> প্রেমকিশ্বর ঃ ঐগী নুংশিজবা নুপীবু মকে-শেমদুনা থমজববু করম্না শান্নপোৎ ওইরিবগেনে সনাতোম্বী।

> সনাতোম্বী ঃ নঙগী ব্রাখল অমদি ইন্দ্রিগী অপাম্বা অদুদা পাওখুম শিনবা নুপীদুবু ফজবা পোৎ খরা পিবা নৎত্রিবরনে মদুবো ? মদুগী নুপী খৃৎথমদুবু 'লাইথি' নৎত্রনে ? নুপীদুনা নঙনা উরিবা ব্রাখলগী 'কোর' অদুদগী খুবৈ অমতং লানথোকপা

ঙমজরোই। মরমদি মখোয়গী লন্নাই মনিংতম্বা অদু নঙগী য়ুম্বানবগী আইন অদুনা পুমলাক-লাকশিনবিগ্রবা। মখোয়না ফজবা ফি শেৎচরগা, সনা লুপা লৈতেংদুনা মকে শেমজরগা হরাওরিবদো, সর্কসতা শগোলনা জগোয় শাবগুম্বনি। তম্বীগ্রবা, ফিবম্মা ওইহনগ্রবা, হৈনহনগ্রবা। মখোয়নদি মশামক্তী হায়না খনজবা, তশেংনদি তেহল্লবা ময়াই য়াওদ্রবা পুন্সিনি। — মথক্কীসি, লা: ৫৬

লমদমসিগী চৎনবীদা হীরম খুদিংমক্তা নুপী অসি নুপাগী মপাল তাংবনা মরমওইরগা নুপাগী-অপাম্বগী মখা পোনহল্লি। থমলিবা মথম অসিনা নুপীগী মতীক মগুণশিংবু নমথৈ, মখোয়গী তৌবা ঙম্বা অমদি তৌফম থোকপা পুম্নমক অমত্তা ফুদোকচবা ঙমহন্দ্রে ; মীপাল তাংদুনা হিংহনবগী চৎনবী মখাদা কুইনা থম্লকপনা মখোয় মশানা মশাবু মশক খঙজহনদ্রে, মপাঙ্গল মরৌশিং ফুদোকচবা ঙমদবনা অতেবা জীবগা পাঙ্খক ওইহল্লে ; মসিদি মী অমা ওইবগী হক অদু মৎপীবনি হায়বা ব্রাকৎশিং শাফু লৈনা পুখৎলকই। নুপীবু মীপাল তাংবা পুন্সি মহিংদগী নাম্থোকহনবা মখোয়দা নীংতম্বগী হক পীবা মথৌ তাই হায়বনি। মসিগীদমক নুপীশিংগী হকপু মৎলিবা নুপাশিংগী মীৎয়েংবু অহানবা ওইনা থুগাইবা হৌরকই, সনাতোম্বীগী খৃৎথাসি লমদমসিগী নুপীশিংদগী থোরকপা নুংগী চৈফুনি। নুপাশিংনা নুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েংবু পুমহোং-হোংদোকহনবা পামলি। কুইনা চথরকপনা চৎনবী অমা ওইখ্রবা মীৎয়েংসিনা নুপীবু পঙথহনবনি, পাঙদবা ওইহনবনি হায়বসি মহাক্কী ব্রাকৎকী মনুংদা ফুমলি —

সনাতোম্বী ঃ মদুনা নুপীবু মশাগী ব্রাখল লৈজদবা, মপাঙ্গল মগুণ লৈতবা, পোৎশক ওইহল্লি। নুপীবু মীওইবগী অশেংবা মশক থোকহন্দে। নুপাগী সংসারগী মখা পোন্না থম্মী। মদুবু খঙজদদনা ঐখোয়গী নুপীশিংনা চৎনবীনি হায়দুনা অদুম্মক য়াদুনা লাকই। — মথক্কীসি, লা: ৫৯

নুপীসু মী অমা ওইনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা পাঙথোকচনবগী হক লৈ। মদুবু মনীংতম্মা শীজিন্নফম থোকই হায়বসিদা চপ চানা থাজরকই অদুনা হান্নগী চৎনবী পল অদু লাম্থোক্তুনা চৎপগী তঙাইফদবা অদু উৎলি। সনাতোম্বীবু ফিরেপ অসি লৌহল্লি --

সনাতোম্বী ঃ ঐদি ইশা অসে অদুম্বা ব্রাখল্লোন অদুদগী নাম্থোক্লগে হায়না খল্লি। মী অমা ওইবগী মশক থোকপা, ময়ায় য়াওবা পুন্সি অদুনি ঐনা থিরিবশি।

শেল-থুম, য়ুমলৈ-কৈরৈগী বন্দিশংদা নুপী ঐগী পুন্সি মীনাই ওইররোই খল্লে। ইবুধি-ইরৌসিং অমদি ইপাঙ্গলনা ঙম্বা হোৎনদুনা ফঙলে চাবা ফঙদ্রে তোকপা, নিংতম্বা পন্সি শক্তম অমা পামলে। — মথক্কীসি, লা: ৫৯

হান্নগী চৎনবী অদুবু থুগাইরগা অনৌবা খোঙফম অমা থিরকই। নুপীনা মীখা পোনবা, মীপাল তাংবা পুন্সি অমদা হিংলিবসি শেল-থুমগী ফীভমদা মরোমদোম লেপচবা ঙমদবা মরম্মনি হায়বসি ফাওই। অদুনা অনৌবা খোঙফম অমা ফংনবগীদমক শেল-থুমগী নীংতম্বা হান্না তানগদবনি হায়বা ব্রাফম য়াম্না মরুওইনা পুখৎলি। য়ুম-কৈ, সনা-লুপা অমদি ফীজেৎকী য়োৎহৌ অদুদগী নুপীগী থম্মোয় অমদি পূক্লিংবু হান্না নাম্থোকহনবা মথৌ তাই, হিংনবগীদমক মশামক চোংথোক্লুনা হোৎনবা তাই, অরা-অনাদা শরুক য়াবা তাই হায়বসি নীংতম্বা পামলিবা, হক অসিবু তাল্লকলিবা ঐখোয়গী নুপীশিংদা পীরক্লিবা অকনবা ইঙ্গিৎনি।

নুপীনা অকে-অমৌ, নুংঙাই য়াইফবখকপু মীতাবা মীৎয়েং অদু থাদোক্লুনা মরোমদোম তানজবা, মশাগী হোৎনজমন্না হিংবা পুন্সি অদুদা পেম্থোকপা ঙম্লবদি মদু নীংতম্লবনি হায়বা মীৎয়েংবু শাফু লৈনা পুখৎলকই –

সনাতোম্বী : ইনেবেম্মা পাৎপান্দা লৈখোম মরক্তা, সোমদা ফাবৌ ঙা মুন্নরিবীশিংদো, চাওখ্রবা ইনশাং-নাপী বোরা অহুম-মরি বস মনুংদা ইনশিন্নবা হোৎনবদা হেন্দিমেন নহাদুগা খৎনরিবা ললোনবীশিংদো, পোৎফম মুয়বদা মশমগা মশমগা ফোইনরিবী মচিন্দা অফা-অপুন লৈতনা ঙাঙনরিবীশিংদো, শোয়োক্তা লম্বী হেনজিন্না ফমজিল্লকই হায়দুনা পুলিসনা লুকমাই থুগাইরিবীশিংদো, নোং মরক্তা প্লাসটিক চেরংনা মানা তাইজনবা চেং চোৎতনবা হোৎনবদা মশা চোৎলিবীশিংদো, বোরা মথক্তা খামেন, শেবোং পান খরা থারগা শেগা লৈথরগা মচা খোমলাং ইল্লিবীশিংদো, ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী খ্বাইদগী মশক হেল্লবী নুপীগী শক্তমনি।… ঐগী নুপীগী ফিদমদি মখোয়নি। — মথক্কীসি, লা: ৮৮-৮৯

ঐখোয়গী নুপীশিংদা উরিবা থৌনা, লীংজেল হোৎনবা অসি নুপীগী নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা শীজিন্নবা পাম্বগী, শীজিন্নগদবনি হায়বগী ব্রাখল্লো-ন্দুনি নুপীশিংবু এম্পবার্দ তৌহন্দুনা মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা মরোমদোম লেপচবা ঙম্বা (সেল্ফ সসটেনেন্স) গী থাক্তা পুখৎপা হায়বসি শোয়দনমক তৌগদবনি হায়বনি। মসিগীদমক নুপী মশানা মশাগী থৌনা ফুদোকচবা অমদি অকোয়বনসু

মসিদা থৌগৎপীবা মথৌ তাই হায়বসি অইবগী মোৎনি। মরোমদোম লেপচবা ঙমহনবনা মহাক্কী পান্দমনি। পান্দম অসি ফংনবা নুপীবু অফা-অপুন্নরিবা ফিজিকেল এক্তিভিটিশিংদগী নাহ্রোকহনবা হায়বসি তঙাই ফদে হায়বা ব্রাফমসু পুখৎলি। লাইরিক হৈরবী মতমগী নুপীশিংনা মপান থোক্তুনা থবক তৌনরকলিবা অসি ইমুং মনুংগী, সমাজগী অমদি লৈবাক্কী থবক থৌরমশিংদা হেন্না চাওবা থৌদাং লৌরকপনি, মখোয়গী দায়িত্ব ব্রাংখৎলকপনি। নুপীনা মশাগী অঙম্বা থাক্তা তৌফম থোকপশিং তৌরিবা অসিদগী হেঞ্জিন্না দণ্ডি পান্দুনা অফা-অপুন্নহনবা অসিদি মতমগী খোঙথাংগা চান্নদ্রে হায়বনি, মসিদি মী অমা ওইনা মখোয়গী অৱাববু খঙবিদবনি। অনৌবা চাওখৎপগী লমজেলদা নুপা নুপী খায়দনা মহৈ-মশিং অমদি হীরম কয়াদা হিদান্নরক্লবা মতম অসিদা নুপীবু ইমুংগী কুপনোমদা নমশিন্দুনা থম্বনা হিদান্নবগী লমজেলদা মখোঙ-মখূৎ ফাজিনবীবা ওইনা থোকলি হায়বসি লমদমসিগী মীশিংদা খঙ্গহন্নীংলি। নুপীনা য়ুমগী মৌ অমা ওইরকপদা অহেনবা থৌদাংগী মথক্তা তৌগদবা তৌরোইদবা হায়বনচিংবা অকনবা মীৎয়েংনা অমুকসু মশাবু ফাজিন্দুনা থম্বা অসিনা য়ুমপাল্লবা নুপীশিংবু সমাজগী থবক থৌরমশিংদা শরুক য়াবা ঙমহনদনবা মরম ওই, মহাক্কী মী অমা ওইবগী মতীক মঙলশিংবু মনীংতম্না ফুদোকচবা ঙমহন্দে, মসিনা গুণ কয়াগা শাগোন্ননা হৌরকপী নুপী কয়া য়ুম পাল্লবা মতুংদা তুমিন্না মাঙখিবগী মরমনি। অদুনা অসিগুম্বা ফিজিকেল এক্তিভিটিশিং নমদুনা তৌহনবগী চৎনবী অসিদগী নাহ্রোকপা তারকপগী ইঙ্গিৎসু উৎলি।

> সনাতোম্বী ঃ অচুম্বনিনে তাদা। হৌজিক্কী মতমশিদদিনে জ্ঞান তাবা নুপাশিংনা মখোয় মখোয়গী নুপীবু মতেং পাংগি। থায়নগী চৎনবীদা খরা হোংবা তারে। নুপীদতা তেকচাক নম্বশি তোকপা তায়। নুপীবু ইমুংগী থবক নোম্নবা মীনাই ওইনা শিজিন্নবা চুমদ্রে। — মথক্কীসি, লা: ৭

মতম অমগী পুন্সি অমদি ফীভমগী মতুংইন্না শেমলম্বা চৎনবী কয়া অদু ঙসিগী অনৌবা অহোংবা ফীভম কয়া লাক্লবসিদসু অদুমক চৎনহল্লিবা অসিনা খুদোংচাদবা কয়া থোরক্লিবদু পুথোক্তুনা উৎলি। নুপীনা লৌরম্বা দায়িত্ব অদুদা অচৌবা অহোংবা লাক্লবনিনা মখোয়দা য়েংলম্বা মীৎয়েং অমদি মখোয়গী মথক্তা

নল্লম্বা পোৎলুমসিংসু মতমগী মতুংইন্না হোংদোকপগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বদু সমাজগী মীওইশিংদা খঙহন্নীংলি, খঙবীনবা ব্রাকৎসু পুখৎলকলি।

সনাতোম্বীদা য়াওরিবা দিষ্ট্রকটিব ওইবা মীৎয়েং অসিনা মপা-মমা ওইবশিংনা মচানিঙোলশিংগী মথক্তা নল্লিবা অফা-অপুনগী লীপুন অদুবু লৌথোক্তুনা লংথোরকই। মপাগী মীৎয়েংদা উরিবা মচানুপীগী য়াইফনবা লম্বেল অদুবু অরানবনি হায়না ফোংনা শীংনরকই। নুংঙাই য়াইফবা ইমুং খল্লগা থাজবনা মচাবু নুংঙাইহনগনি হায়বা মীৎয়েং অসি থুগাইদুনা পূক্লিং ব্রাখল তিন্নবা, মশাগী পূক্লিংনা য়াবা মফম অদুনা অশেংবা নুংঙাইবগী তুংনফমনি হায়বা থবক্তা উৎনবা হোৎনরকই। ইনাক-কৈরাক খুল্লবা প্রেমকিশ্বরদা মপানা থাজনবা হোৎনবগী মায়োক্তা মশানা পামজবা তোনদোনবগী মনাক্তা লৈত-লায়রগী চৈনা মায়োক্লনা হিংমিন্ননবা মখোঙনা থোঙনা চৎখি, হিংবসু হিংমিন্নখি। সনাতোম্বীগী ফিরেপ্তা মশাগী হক মনীংতম্বা শীজিন্নবগী থৌনা উবা ফংবগা লোয়নননা অনৌবা দায়িত্ববু ইচঙ থৌনা লৌবগী অনৌবা শক্তম অমা চোংথোরকই। য়ুম্বানবগী চৎনবী মনুংদা মপুরোইবা অমদি মহাক্কী ইমুং-মনুংনা লাক্লিবা নুপী অদুদা অকনবা নীতি-নিয়ম থমদুনা মখোয়গী অপাম্বা মওংদা লৈহন্নবা হোৎনবগী চৎনবী অদুদা মশাবু সরেন্দর তৌদুনা মশাগী শক্তম মাঙহঞ্জবা অদুদগী নাম্থোরকই। মহাক্লা পামলিবা অনৌবা ব্রাখল্লোন অমদি পান্দম অদুবু শকখঙবীবা, মদুবু ইকাই-খুম্নগদবা মফমদা মহাক্কী অনৌবা পুক্সিগী য়ুমফম থোনগদবনি হায়বা ফিরেপ লৌখি। য়ুমবানবগী পুক্সিদা নুপীশিংনা থেংনগদবা ফীভম অসি অনীনি মশাগী শক্তিবু মফমচানা শীজিন্নবা ঙমজদবা, অতোপ্পগী মপাল তাংলিবা নুপীশিংনা মখোয় মশাগী নীংতম্বা (লিবর্টি)বু সরেন্দর তৌথোক্তুনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা ফংদনা লেনবা অমা নত্তগা মশাগী লিবর্টিবু চপচানা শীজিন্নগে হায়রগনা লিবর্টি অদুগী মথক্তা অনৌবা থৌদাং (দায়িত্ব) লৌবগী, লৌদবা য়াদে হায়বগী ব্রাখল্লোন অনীসিনি।

সনাতোম্বী : ঐগী লিবর্টি সরেন্দর তৌবা অমা নৎত্রগা ঐগী লিবর্টি মথক্তা অনৌবা দায়িত্ব লৌবা অমা অনি অসিমক য়ুম পানবদা থোরকপা ব্রাফমনি। ঐগী য়ুম পানবগী ব্রাখল্লোনদি ঐগী লিবর্টিগী মথক্তা অনৌবা দায়িত্ব লৌবা হায়বা অসিনা য়ুমফমনি পাবুং...।

— মথক্কীসি, লা: ১৬

সনাতোম্বীগী ব্রাখল্লোন অমদি লানহৌ অসিনা তাল্লিবদি সুপ্লতগী নুপীগী লিবর্টি অদুখক নত্তে। লিবর্টিগী ব্রাহম্বোক মপুঙ ফাহনবদা অনৌবা দায়িত্ব লৌবগী তঙাইফদবসু লৈ হায়বসিনি। সমরেন্দ্রনা চঙশিল্লীবা খোঙহৌ অসিগী পান্দমদি নুপীবু লিবর্টি ফংহনবতনা অরোইবা পান্দম নত্তে। লিবর্টি ফংলবা নুপীশিংদা মখোয়গী অনৌবা দায়িত্বসু মশক খঙহনবা পান্নী। অচুম্বা মওংদা মশক থোকপা দায়িত্ব লৌহন্নীংলি। মসিনা মখোয়গী লিবর্টি অদুগী মশক থোকপা, হেন্না ময়েং শেংবা অর্থ পীবা ঙমগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। পান্দম অসি ফংনবা হোৎনবদা থেংনগদবা খুদোংথিবা কয়াবু মায়োক্লগনি হায়বগী থৌনাদা সনাতোম্বীবু চঙশিনহল্লি। অব্রাৎপা মশক খঙদনা হৌরকপী মহাক্লা অব্রাৎপতনা মশরুক ওইরবা তোনদোনবগী পুন্সি তম্লা লেপ্তুনা চঙশিনখি। মহাক্কী খোঙথাং শাফু কল্লি ; অনৌবা য়েন্নীংথা অমগীদমক অকংবা উনাবু হুমদোকলিবা অকনবা নোংলৈগী মশক্লি। অরিবা ব্রাখল্লোন, মীৎয়েং অমদি চৎন-লীক্লমবু থুগাইরগা পুমনৌ নৌবা অহোংবা ব্রাখল্লোন অমদি ফিদমগী য়ুমফম অমা শেমগৎনবা, অনৌবা য়াওল অমা পুরক্লবগীদমক চঙশিল্লকপা খোঙথাংনি।

হুইস্কি বোটল অমা (২০০৩) দা য়াওরিবী সনাতোম্বীগী শক্তমদা নুপাগী অরিবা ব্রাখল্লোন অমসুং মীৎয়েংদগী মপুঙফানা নাম্বোক্লবী অমগী মশক উবা ফংই। নুপাশিংনা নুপীবু মখোয়দা অপেনবা পীনবা ওইনা লৌবা মশাগী অনীংবা অপাম্বা লৈজদবী, অন্না-অনা ফাওদবী ওইনা য়েংলিবা মীৎয়েং অদুদগী নাম্বোরক্তুনা মরল্লাইগী ওইবা পুন্সি অমদা মনীংতম্লা হিংজনবগী অকনবা ফিরেপ লৌরকই। সনাতোম্বীগী ফিরেপসি শীংনবা অমনি ; অনৌবা খোঙথাংনি। নুপাশিংনা নুপীবু মখোয়গী অনীংবা অপাম্বখক ইলহন্দুনা থম্বা পামলিবা মীৎয়েং অদুগী পাউখুম পীরকপনি।

সনাতোম্বী ঃ নুপানা নুংঙাইনা থম্বা পুন্সিদো পামদ্রে সার।

— নুংশিথেল অমদি হুইস্কী বোটল অমা, লা: ৬৩

নুপীবু সবমিসিব ওইনা উবা, পূক্লিং ঈহুল য়াওদবা, নুপাগী অপাম্বা মতুংইন্না হিংহনবা মীৎয়েংবু করেম্নরকই। ফিজেৎ-লৈতেং, সনা নুপাগী লীপুন্না বন্দি ওইনা থম্বা পুন্সি মহিংবু সনাতোম্বীনা শিংনৈ, মদুদগী নাম্বোরকই।

মশানা য়ানা থাংজিনখিবা য়ুম্বানবগী পুন্সিদগী অনৌবা এক্সপরিয়েন্স ফংলকই। নুংশিবনা লীপুন ওইরিবা চন্দ্রশেখরগী মনাক্তা লৈরগা মহাক্কী থম্মোয়গী অপেনবা ফংগনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা চঙশিনখি। অদুবু মতুংদদি মখোয় অনীগী অনীংবা, অপাম্বা অমসুং মীৎয়েংদা চাউনা খেন্নরমলে হায়বসি খঙলকই। মসি মহাক্কী মপুরোইবনা অনীশুবা নুপী অমা পুদুনা লাক্লবা মতমদুদা ময়েক শেংলকখি। চন্দ্রশেখরগী মীৎয়েংদা উরিবা নুংঙাইবগী ব্রাহম্মোকক্তি অব্রাৎ-অপা লৈহন্দনা, শুবা-নোম্বগী অব্রাবা খঙহন্দনা লৈরিবা পুন্সি অদুনি। মহাক্না নুপীগী থম্মোয়গী ব্রা খন্থুরুরে, মপানগী মশক্তমক য়েংই। অদুনা সনাতোম্বীবু মহাক্না নুংঙাইনা থম্মী হায়বসিদা থাজে। অমরোমদা সনাতোম্বীগী থম্মোয়না পামলিবদি মপুরোইবদগী ফংবা নুংশিবা অমদি শকখঙবীবা অদুনি, অতোপ্পা নুপী অমা পুরক্লবা মতুংদদি মপুরোইবদগী ফংনীংলিবা নুংশিবা অমদি থাজবা অদু ফংদ্রে অমসুং ফংলরোই হায়বগী ব্রাখলনা অব্রাবা ওইহল্লে। অসিগুম্বা মহাক্কী নুংগী চৈনা অসি মহাক্কী মপুরোইবনদি খঙবীদে অমসুং থৌশাবিদে। মসিনা মহাক্কী থম্মোয়বু ব্রাহন্নবগী মরমনি। মতমসিদদি মহাক্কী নুংগী খোঞ্জেল থোরকই, ব্রাকৎ থাঙ্গৎলকই।

সনাতোম্বী ঃ নঙ খঙলোই, ঐঙোন্দা অব্রাৎপা ব্রাৎতবা করিনো ? নঙনা খঙবা ঙম্লোই। — মথক্কীসি, লা: ৬৭

সনাতোম্বীগী ব্রাকৎতা নুপীগী নুংগী অপাম্বা, মখোয়গী সেন্টিমেন্টপু শকখঙবীয়ু হায়বগী ব্রাফম য়াওরি। অব্রাৎ-অপা লৈহন্দবা, ফিজেৎ লৈতেং ফংহনবনা অশেংবা নুংঙাইবা নত্তে। পৃক্লিং-ব্রাখলগী ওইবা অপেনবা ফংদবা পুন্সি মহিংদি অর্থ থোক্তবা, মহাও য়াওদবা পুন্সিনি হায়বসি ঈংনা ইচঙ থৌনা হায়রকই। নুপীগী নুংগী অপাম্বদি খঙবীদনা মপাম্মোংগী শেৎপ-চাবাগী মনীং থুংহনবতনা নুংঙাইবা পীরিবনি হায়না লৌবা নুপাগী তয়াং-তশোয়বা মীৎয়েংগী মথক্তা ব্রাকৎ থাঙ্গৎপনি। নুংগী শকখঙনবা (অন্দর্ষ্টেন্দিং) অদু লৈত্রবদা মপুরোইবগা মখোয় অনীগী মরক্তা পুল্লিবা লীপুনগী অর্থ থোক্ত্রে। ফুরা-দলানগী নুংঙাইবা, সনা-লুপা, অরং-অরাক্কী মিহৌবা অদুনা মহাকপু পুনবা ঙমদ্রে ; থাজবা লৈত্রবা চন্দ্রশেখরগী য়ুম থাদোক্লমদুনা অনৌবা পুন্সি অমদা খোঙদারকই।

মশামক ওফিসকী থবক চঙদুনা মশানা তানজরগা মনীংতম্না হিংবা পুন্সি অমদা লেপ্লকই অনৌবা ব্রাহম্বোক থিরকই –

সনাতোম্বী ঃ খুত্তা হাম্লগা চাবনা মীগী নুংঙাইবা ওইরমদ্রে, নঙনা ঐবু থম্না মওং অদুদি ঐবু নঙগীদমক য়োকপা হায়বদুনি। – মথক্কীসি, লা: ৬৭

অনৌবা ব্রাহম্বোক অসিদদি থম্মোয়গী মরী, থাজবা অমদি নুংগী শকখঙনবা য়াওদবা য়ুম্বানবগী মরীবু অর্থ য়াওদনা উরকই। মসিদগী লাপ্লা হন্দোকপনা অচুম্বনি হায়বা ফিরেপ লৌরকই, মহাক্কী মরোমদোম হিংলিবা পুন্সিদা চন্দ্রশেখরনা অমুকহন্না লাক্কুনা মহাক্কী মফম অমা তাল্লকপা মতমদুনা মশাগী ব্রাখল্লোনবু মতীং লৈনা খঙহনখি –

সনাতোম্বী ঃ খুত্তা পায়বা মনি অহা হা হা ওইরম্বা য়াই কনা কনাগুমবীগীদি ঐঙোন্দদি নত্তে। ঐগী মীৎয়েংদদি নঙসে হুইস্কী বোটল অমগী মমলতনি। হুইস্কী বোটল অমা হুইস্কী বোটল অমা নঙগী মমল। – মথক্কীসি, লা: ৬৯

নুপীবু মী অমা ওইবগী থম্মোয়গা লোয়ননা উবা ঙমদবা, শকখঙবীদবা নুপাশিংগী মথক্তা অকনবা চৈথানি ; মখোয় অদুগী মমল লৈতে, মখোয়বু ইকাইখুম্নদে হায়রকপনি। সনাতোম্বীনা হেন্না কনবা ফিরেপ লৌদুনা হায় –

সনাতোম্বী ঃ লাউগনু। মতুং মনাও ঐঙোন্দা হক্তিন্নশি হায়রকনু নঙগী হুইস্কীগী নিশাদা ময়াই হাপ্লবা ঐগী শদোং লৈত্রে ঐ চৎলগে। – মথক্কীসি, লা: ৬৯

মশাবু শকখঙদবা, মশাগী মমল থম্বীদবা মীৎয়েং অমদি ব্রাখল্লোন অদুদগী পুম্ননান নাম্বোক্কুনা চৎখি, সমাজগী মনুংদা নুপীশিংনা নুপাগী ব্রাখল্লোনদা সরেন্দর তৌদুনা মশাবু মখা পোলহন্দুনা হিংবগী মওং অদুবু পুমথু থুগাইরকই। সরেন্দর তৌবগী মহুত্তা নুপীগী থম্মোয় অমদি ব্রাখলবু খঙবীয়ু হায়রি, মদু নত্তবদি চুশিন্নবা য়ারোই হায়বা ব্রাফম থাঙ্গৎলি। ঐখোয়গী নুপীশিংবু মশাগী ফীভমদা ব্রাখল খম্বুহনবা, ফিরেপ লৌবদা মীৎয়েংচুম্বা অমদি মতিং লৈনা লেপ্পা ঙম্বগী থৌনা অদু লাকহনবা পাম্বনি। অব্রাবা কয়া লৈরবসু, নুংগী অহাঙবা থম্মোয়গী চৈনা পুরবসু মপানগী ফীভম অসিবু হান্না মায়োক্নহন্নীংবগী, মসিবু হান্না থুগাইবা মথৌ তাবগী ইঙ্গিৎ অদু অইবনা নুপীশিংদা পীনিংলি, পীনবা হোৎনরি।

আনন্দ ঃ সনাতোম্বী নপুন্সি অদু ইহাং হাংদরনে ?

সনাতোম্বী ঃ হাংই করিদৌনা হাংদনি কৈদৌঙৈদগু মসি ফুঙ্গরোই অহাংবসিগা লোইনবা পুন্সিসি শিত্রিফাওবা লেনগনি ঐ চৎলে। — মথক্কীসি, লা: ৬৯

থম্মোয়গী অহাঙবা, নুংগী চৈনা পুদুনা চৎখ্রিবী সনাতোম্বীদা য়াওরিবা লিংজেল, থৌনা অসি মতমগী নুপীশিংদা হাপ্পা পাম্বনি। মখোয়গী নুংপাল তুনা ময়োল চোংলবা অনৌবা পুন্সি অমা ফংনবগীদমক নুংগী চৈনা খাঙলবসু মপানগী শাফুশিংগা হান্না মায়োক্কদুনা মদুসু মরুফুক্কা মাঙহনবগী মথৌ তায় হায়বসি অইবনা হাপ্লীংলিবা ব্রাখল্লোননি। ব্রাখল্লোন অসিনা সমাজগী মনুংদা পুন্না হিংমিন্নরিবা নুপা অমসুং নুপী অনীগী মরক্তা অনৌবা লৈই অমা চিংলকই। লৈই অসি অচম্বা নত্তে, লক্ষ্মন রেখাগী শক্তি চেল্লিবা লৈইনি। অশেংবা শকখঙবীবা মীৎয়েং অমদি হাংদোক্কবা থম্মোয়গী মপু ওইরবা নুপাশিংতনা লৈই অসিগী মনুংদা খোঙ থাংজিন্দুনা নুপীগী অশেংবা থম্মোয় অমদি পুন্সিবু ফংবা ঙমগনি, মদুতনা মায়কৈ অনীগী মরক্তা সন্তাইনবা ওইথোক্কনি হায়বসি উৎলি। অইবনা লক্ষ্মন রেখা চিংদুনা ঐখোয়গী নুপীশিংদা পুরিবা ব্রাকৎশিংগী অচুম্বা ব্রারোই অমা পুরক্কবগী লম্বেল উৎলি।

অইবনা শেমগৎলিবা চরিত্রশিং অসিনা মহাক্কী মীৎয়েংদা উরিবা অমদি ওইন্নীংলিবা লমদমসিগী নুপীগী শক্তম অমা মরু চঙনা শেমগৎলকই। মহাক্কী মীৎলমদা লেপলিবা নুপীগী শক্তম অসিদি ত্রেদিসনেল মণিপুরী ক্কমনহুদতা য়াওরিবা য়ুনিভর্সেল বিউটি ওইরবা, লেংদ্রবা অচুম্বা অমদি অফবা শরুকশিংনা নুংগী মচাক ওইহল্লগা অনৌবা ব্রাখল লৌশিংনা তোংশা ওইহন্দুনা শেমগৎলবা কনক্রিট ওইরবা শক্তম অমনি। নুপী ওইবীগী গুণ পূম্নমক মতীং লৈনা ফুদোকহল্লবা, অনৌবা লৌশিনবা মতমগী শিক্ষাগী মঙালনা থম্মোয় অমদি পুক্নিংবু নীংথিনা য়াকাইহন্দুনা মশা খিংলবা, মশাবু শকখঙজরকপগী মপুঙ ফারবা মীৎয়েংনা থৌনা হাপ্লবা, অকোয়ববু তেমশিংনবগী লিংজেলনা মথৌ শঙলবা শক্তিগী মশক ওইবা নুপীগী শক্তম অমনি। শক্তম অসিদা অমেংবা খোঞ্জেল, অথোৎপা থম্মোয়, নুংশিবা, কথোকপা, মমাগী থম্মোয়, দেশ প্রেম, লৌশিং জ্ঞান, অচুম-অরান খঙবা, শীংনরকপা য়াদবা গুণশিং অসি লু-তোংদা য়াওখ্রবা মগুণ ওইনা হাপলি। মসিগী মথক্তা অনৌবা শিক্ষাগী মঙালনা অশোয়বা,

অরানবা ৱাখল্লোনশিংবু নমখায়বগী, থুগাইবগী শক্তি অদু হায়মী। অনৌবা পৃথিৱীগী য়াওন্না পুরক্লিবা পুক্সি মহিং অমদি ৱাখল্লোনদা তাওথবা ঙস্বা, মশা খীংনা হিংবা ঙমগদবা মতমগা চান্নবা শক্তমনি। ওল্লক্লিবা, ওনগদৌরিবা অমদি ওনবা তারিবা সমাজগী ঈচেল অসিবু অইবনা ওইহন্নীংবা মহাক্কী ওইবা মীংয়েংগী মায়ওন অমদা চংহন্নীংবগী ইঙ্গিৎ অমা পীরম্বনি।

সমরেন্দ্রগী মীংয়েংদা ওইহন্নিংলিবা ঐখোয়গী নুপীগী শক্তমনি, মতমগী সমাজদা হিংবগী মথৌ তারকলিবা অদুম ওইনমক হিংহনবদা ৱানা থোক্কদবা শক্তমনি। জাতি অসিবু, লমদম অসিবু মতীং লৈনা মতম শাংনা পুক্সিহৌনবা অশানবা মীংয়েং অমগীদমক্তদি শোয়দনা, হিংহনবগী তঙাইফদবা লৈরিবা চরিত্রনি। মতমগী সমাজদা অনৌবা শিক্ষাগী মঙাল ফংলবী অনৌবা থৌদাং লৌরকলিবী নুপী কয়ানা মশাগী মফম অমদি হক্কীদমক খোঞ্জেল থোক্কা ৱাকং পুখৎলক্কবা মতমনি। অনৌবা য়াওন অসিদা অইবগী মীংয়েং অসিনা অকনবা ঈনোং অমা শোয়দনা হাপকনি। থোরক্লিবা খোঞ্জেল অসিবু মপাঙ্গল কনখৎহনবদা সমরেন্দ্রগী নুপীগী শক্তম অসিনা অনৌবা থৌনা শোয়দনা হাপলগনি। মীংয়েং অসিদদি অরাম্বম সমরেন্দ্র নুপীগী মফমবু ৱাংখৎহন্নবা, মখোয়গী অশেংবা নুংঙাইবা পুক্সি অমা ফংহন্নবা, নীংতম্বগী মহাও খঙহন্নবা লেপ্তুনা ৱাখল খনখিবা, ঈথিল পীরিবা, হিমাই চুমলিবা লময়ানবা অমনি। মহাক্কী নুপীগী শক্তম মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ-তোপ্পা লৈহৌরগনি।

# এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাদা পুখৎলিবা নুপীগী তোপ-তোপ্পা শক্তম

এলাংবম দীনমনি (১৯৪০) মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা মফম চাওনা কল্লিবা অইবনি। অইবগী ৱারীমচাশিং অসি মখল মখা কয়াগী খুৎয়েক্তা মীওইবা, পুন্সি অমদি সমাজগী শক্তমবু য়েক্লিবা খুৎইনি। মহাক্কী ৱারীমচা খরদা তোপ-তোপ্পা থৌদোকশিংগা লোয়ননা চরিত্রশিংবু হেন্না মনুংহুনজিন্না য়েকপা থেংনৈ। য়েক্লিবা চরিত্রশিং তোপ-তোপ্পা শক্তম অমমম পুরিবা মীওইশিংনি। চরিত্রশিং অয়াম্বদি নুপীনি, নুপা চরিত্রগী মশীং য়ামদে। মখোয়গী মনুংদা খরদি হিংলম্বা য়াবা নৎত্রগা হিংলিবা ওইনা ফাওই। অদুগা খরা অমদি হিংবদা ৱানা থোক্লবা অদুবু হিংবগী, হিংহনবগী তঙাইফদবদি লৈবা চরিত্রশিংনি। চরিত্র খরদি মখোয়গী পুন্সি অমসুং সমস্যাশিং য়েকই। অদুগা অতোপ্পা চরিত্র খরদদি নুংগী অপাম্বা অমদি ঈহুলশিংবু উৎনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মখলগী চরিত্রশিংদি ফিদমগী সমাজদা লৈরিবা চৎনবী অমদি থাজনবীগী অকনবা মাৎয়েংশিংগা মুক্করকপা নত্ত্রগা মসিগী চৈথেং ফংবা থেংনৈ। য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসিনা সমাজগী মনুংদা হিংলিবা তোঙান-তোঙানবা মীশিংগী মরুওইনা নুপীগী খেন্নবা শক্তম কয়াবু উৎলি।

‘থক্লবী’ (১৯৭০) হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা ‘থক্লবী’ অসিমক তোপ-তোপ্পা চরিত্র অমবু থারিবা ৱারীমচানি। থোৎ নৌজরবী, ইং-তপ্লবী, লমচৎ ব্যাবহার লৈরবী নুপী অমগী পুন্সিনা লাইবক নোংদম অমদি হিংবগা লাম্ভেংনবদা তপ্লা তপ্লা লৈখা তারকখিবগী ৱারীনি। ‘কোম্বীসনা’ ৱারীমচাসিগী মরুওইবা চরিত্রনি। শক্তা, গুন্দা, থোইদোক্লা নুপী ওইবীগী লীচৎতা অৱাৎপা লৈত্রবী নুপী অসি মরাইবক থীনা হৌরকই। নোংদম্বনা মপা-মমাগা নৌনা শেৎনহল্লি। মাগী মাম্মনা য়োক্লকই। মাম্মা অদুগী লমন শিংবা ওইনা মশাগী

অনীংবা অপাম্বা তুংওইনদুনা মাম্মা অদুনা থাজবা নুপা অমদা চহি নৌনা লুহোংই। জ্বার শান্নবা, য়ু থকপা, নুপীদা ওক্তবা অহুম অসিনা লাইচুরবা মপুরোইবদগী মহাক্কী অনৌবা আশা করিসু ফংখিদে। মতম খরা মহাকপু লুনা চান্না তৌরম্লবসু মহাক্কী হৈনরুবা লমচৎকী নোংলৈনা হুমখিবনা মহাকপু থাদোক্লমলে, মচা অহুমবু হন্না য়েংলদরে। মচাবু নুংশিবা খঙবগী থম্মোয় পাল্লুরবী মমা অমা ওইনা নুপী অসিনা পীক্লিবা মচাশিংবু য়োক্লবা হোৎনবদা অচৌবা লানফম অমা মায়োক্লবা হৌরকই। অকনবা লানফমনি। শিবা চঙবগী –

"ইচা অপিশক অহুম অদুগা ঐ ঙৌদুনা লৈখি। চরা হেনবনা য়াং অসি, হিংগনি হায়বা থাজদনা কংখি। ইচাশিং অদুনা ইমা চাগে, ইমা পীয়ু, ইমা লাপ্লে হায়না কপশল্লকপনা নাকোং অসি শীংজা য়ৈরে। নিদুনা থাক্লে হোৎনরুই। মঙানি তরানি থা'মুক মঙাই, কদায়দনো নিরুগদবা মতম অসিদা"

– থক্লবী (থক্লবী - ১৯৭০, লা: ১১)

মমাগী মফমদা মচাগী ব্রাকৎশিংদু অচৌবা পোৎলুম ওইরকই। হিংবা নত্ত্রগা শিবগী তানফমনি পোৎলুম অসিনা নম্থুরকপদা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেল্লকই। মতুংদা অফংবা পাম্বে থিদুনা হিংনবা হোৎনরকই। অনকপা মীওই অমগী মতেং লৌরকই। খুল অদুদা থোং শাবা লাকখিবা মীশক অমা থেংনবদগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি, মতমদুদগী য়ু য়োনবা হৌখি। নক্লবদগী ওইরকপা অনকপা মরী লৈনরকখি, মতমদুদগী মীনোক চঙবা হৌরকই। পুন্সিগী লানফমদা নুপী অসিনা অফংবা উপায় শীজিন্নদুনা মায়োক্লনরকপদা লাক্লিবা মীনোক মৈশাদা পেন্দবা ফাওরকই, ব্রাকৎ থাঙ্গৎলকই –

"অহিং নুংথিল লৈমিন্নরকপনা নক্লবদগী অকায়বা নত্ত্রগা অতোংবা অদু ঐগীসু শকক য়াওরক্লে। লৈকাই অদুনা য়ুমদা নুপা-নহা পুশন্দুনা থম্বগী ঙাঙনবা হৌরক্লে। ইচাশিংনা মবুক পায়-পায়দুনা ওন থোইনা কপখিবা মতমদুদা ঐখোয়দা জীব অমত্তনা সেগা-মাইগা তান্নবিনবা লাক্লমদে, অদুবু শেল-থুমগী মতেং খরা খরা লৈরক্লবা মতাং অদুদদি ফৈ, ফত্তে, চুম্মী, চুমদে ঙাঙবিনবা মরি-মরি লাকপনা ব্রাই শিৎনবা ঙমদ্রে।"

– থক্লবী (থক্লবী - ১৯৭০, লা: ১১-১২)

নুপী অসিদা অফবা অচুম্ববু মশক খঙবগী গুণ য়াওরি। ফীভম্মা পুরক্লিবা অহোংবদা মশাগী লীচৎপু কোমগোম থাদোক্লবী অমদি ওইদে। মীওইবগী

অশোনবা লীচৎকা ফীভমগা অনীগী থেংগাইনবদা মশাদা লাক্লিবা অহোংবা অদু নুংগী অশেংবা থম্মোয়না চুম্মী হায়না লৌজবা ঙমদে –

"ঐবু য়োকপিনি হায়না পুবিরক্লিবা নুপা অদুনসু ময়ুমদা ঐবু পুশিন্দুনা চঙবা ঙমদ্রে। শ্বাইরক্সন্দ কৈথেলগী কাচিন অমদা ভারাদা কা অমা লৌদুনা ঐবু থম্বিরে। মতাং অদু ফাওবদি ঐগী লমচত্তা অমকপা নৈহনবগী ব্রাখলদি হায়রন্নু তৌরুরিবা খরা অদুগীদমক অহিং কয়া ইথন্তা কপচন্ত্রিবনি।" – থরুবী (থরুবী, লা: ১২)

তঙাইফদবা ফীভমনা য়াদবনা মশাগী পূক্লিং অমদি লমচৎতা তপ্না অহোংবা লাকই। চহি অনী অহুমগী মতুংদা মহাক্কী অনীশুবা নুপা অদুনসু মহাকপু থাদোক্লম্লবা মতম অদুদদি মহাক্কী লমচৎতা চাউনা অহোংবা লাকখি। মচা তরুক্কী পোৎলুম্না নন্থরকপদা শেংলবা থম্মোয় মনুংদা অফা অপুন্নবা থম্লম্বা লমচৎকী থৌরি কোমগোম থাবা হৌরকই। অফবা লমচৎকী শরুক মচেৎ অমত্তা খাক্লমদনা পুম্নমক হৈদোক্তুনা মাঙহনজবদা চিংনখিদ্রে, মদুনা মশাগী অমদি মচাশিংগী হিংনবা পাম্বে ওইরকই –

"চহি অনী অহুমগী মতুংদদি ঐ ওঙ্খোকপী অমা ওইবা হৌরক্লে। ঐগী অনীশুবা নুপা অদু নিনী লাকলম তরানি লাক্তা ; মঙানি লৈবম থা-মুক লাক্ত তৌরম্লগী মাসু হান্নগী অদুগুম্না ঙসি ফাওবদা মশক উখিদরে। ইচাদি তরুক শুজিললক্লে। ইচা তরুক অদু থাকপা ঙম্নবা ঐনা তৌবা য়াবা থবক অমফাওবা খাক্তবা হৌরক্লে।"

– থরুবী (থরুবী, লা : ১২)

লাইবক নোংদম্না নৈখায়বীরবী, থাজবা মাঙলবী, মিনুংশি ফংদ্রবী নুপী অসিগী থম্মোয়দা মচাবু নুংশিবগী শেংলবা ঈচেল অমদি লেপ্তুনা চেন্থরকই। মসিনা মহাকপু লমচৎ ওইওইনহল্লি, পুম্নমক থাদোকহল্লি। অফবা, ফজবা হায়বা মরুশিংদু মশাদগী লৌথোক্তুনা লংথোকহল্লি। মসিদা নীংহন্নবা, নুংনাংবা ফাওদবী অমা ওইরকই। চাওরক্লবা মচাশিংনা মমাবু থাদোক্লগা চৎনখি, মাগী মাগী হিংনবা য়েংনখি। মসিদা মমা ওইবিগী থম্মোয়না শাওরুবা তৌদে। হেন্নদুম মসি ওইফম থোকপনি হায়না লৌরকই। অরোইবদা চীংমী অহল অমগী মনাক্তা লৈ। নিশাদা লায়চুরবী অমা ওইরকই। মতাংসিদদি মহাক লু তোংতমক ঙায়রবা, আশা, হিংবগী অর্থ, পুন্সিগী মহাও অমত্তা য়াওদ্রবী ওইনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা অমদি অপেনবদা তাওদুনা চেন্থরকই।

চরিত্র অসি অথিবা, পামদবা শরুক্লা য়োল্লবী অমনি। অদুম ওইনমক মসিনা মহৎশিল্লিবদি ফীভম অমদি লাইবক্লা নৈখায়রকপদা নুপী ওইবীগী অশোনবা পুক্সিদগী ইজ্জৎ, শন্মান অমদি ফজবা লমচংকী মশেক মঙালনা তপ্না তপ্না মাঙখিবগী শক্তম অদুনি। য়ানিংদ-য়ানিংদনা মোৎলবা লৈখোমদা লুপশিনখিবগী শক্তমনি। উনা উনা অকায়বা লীক্লি মচেৎপু নেৎতুনা শান্নরিবা খোঙদা শিন্থরকপা ঈবু নীংঙাইদনা য়েংলিবা শক্তম অমনি। মসিদা মৈচাক য়াওরি, চৈনা পুরি অদুম ওইনমক মদু মতোমতা চাকচরিবা কেগাম মৈরা ওইনা লৈ, সমাজদা অতোপ্পদা মৈশা লাংহন্দে, ব্রাকৎতি পুরি অদুবু কনাদসু থাঙ্গৎতে। চরিত্র অসিদা নুংথোইনবা নাপল অমা য়াওরি। মসি তোপ-তোপ্পা শক্তম অমনি।

'পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা' (১৯৮১) হায়বা ব্রারী মচাগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'প্রয়াগকী অহিং অমা', 'পিস্তোল অমা কুন্দল্লে অমা', 'লৈচিলদা পল্লবা থাজ' হায়বা ব্রারীমচাশিং অসিদসু তোঙান-তোঙানবা চরিত্রশিংবু মরুওইনা য়েক্লি। 'প্রয়াগকী অহিং অমা' দা য়েক্লিবা নুপী অসি চুমদবা, ফত্তবা তৌবদা থোইদোক হেন্দোক্লবী অমনি। অচৌবা সহরগী হুরানবা, গুন্দা, হৈথোই-শিংথোইবা, অপঙ-অশিং শুনা তীল্লবা মফমদা অঙম-অঙম্বা পাম্বৈনা মশা হিংনবা হোৎনরিবা মরক্তা নুপী ওইবীগী অশোনবা, অথোৎপা কয়াবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা চাওনা নমথাক তৌরিবী অমগী শক্তমনি। সমাজগী মনুংদা য়ুমলিং খুলিংদুনা লৈরিবী নুপীশিংগী পুক্সিদগী তোপ-তোপ্না তারবা শক্তম অমনি। পাঙ্গল শোনবদা, লৌশিং থেনবদা হায়নরিবী নুপী অমনা অঙকপা মরৌশিং শীজিন্নদুনা নুপা অমবু ইরায় লায়না অপংবা তাহল্লম্বগী, নমথাক তৌদুনা করিগুম্বা খরা ফংখিবা থৌদোক অসিদা য়েক্লিবা নুপী অসি অঙকপা শক্তিগী মশক্লি। অদুবু তমথিবগী শক্তমদি পুদে, লৈগা চাংদম্নবী ওইনা য়েংবদা তিংখং পানবা, থোৎন-উইবা লৈপাল অমগী মশক্লি।

'পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা' হায়বা ব্রারীমচা অসিদা নুপা নুপীগী ওইবা মরীনা মপুঙ ওইনা উৎলবসু চৎনবী থাজনবীনা নুপী-নুপাগী থম্মোয় লীচংকী মরমদা হংলিবা ব্রাহংশিংদা মনোবিজ্ঞানগী মীৎয়েংদগী থৌনা লৈনা পাউখুম খুন্নকলিবী নুপী অমা উৎলি। থম্মোয়গী ব্রাকৎ পুবা নুপী অসিগী শক্তম শাফু

লৈনা উৎলকই। মহাক্কী ব্রাকৎ, থম্মোয়গী মপাউ, অসি অনৌবনি। তশেংনা পুমনৌ-নৌনা শেম্বদি নত্তে। মীওইবগী মশাদা চুদুনা লৈবা লীচৎ অমদি ঈহুলদা নৈনদুনা নৌনা অচুম-অরানগী ফল অমা থিরকপনি, পাউখুম অমা পীনবা হোৎনবনি। নুপানা খুল্লিংদুনা পানবা সমাজদা যুম্বাল খুল্লিংদুনা লৈমিন্নরিবা নুপা নুপীগী মরীদা নুপানা নুপীবু মশাগী মরনগুম থনবা, নুপীবু মহাক্কী ঈহুলগা চান্নরা চৎহন্নবা হোৎনবগী শরৈগা লোয়ননা হিংলিবা নুপীগী থম্মোয়গী অশেংবা ব্রাফম খরা উৎলকই ; সমস্যা অমা পুখৎলকই। থম্মোয় ঈহুলগী মশাজৎকা মরী লৈননা থোরকপা থাজনদবগী ব্রাফম্না সমস্যাগী হৌরকফমনি। সমস্যা অসি অনৌবা নত্তে। যুম্বানমিন্নদুনা লৈরিবা নুপা-নুপী কয়াগী মরক্তা তোয়না থেংনবা ব্রাফমনি। নৌরিবদি নুপীগী থম্মোয়দগী খুন্নকলিবা পাউখুম অসিনি। যুম্বানমিন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা অমনা নত্তগা অমনা থাজদবগী ব্রাফম থাঙ্গলৎলকপা য়াই। অয়াম্বা মতমদা ব্রাথোক ওইরক্লিবদি নুপানা মহাক্কী নুপীগী থম্মোয়বু থাজরক্তবা অসিনি। নুপীনা নুপাদা থাজদবা ফাওরকপা য়াই অদুবু মদুনা নুপাশিংদা শোকহনবা ঙমদে মরমদি নুপানা দোমিনেট তৌবা সমাজ ওইবনা মখোয়গী মায়োক্তা ব্রাকৎকী মফম লৈতে। নুপানা নুপীবু থাজরক্তবা [illegible] তশেংনমক অরুবা সমস্যা অমা ওইরকই, নুপী অদুগী পুক্নিদা খ্বাইদগী [illegible] চৈথেং ফংহল্লি। অদুনা অসিগুম্বা অরুবা সমস্যা অমদা অনৌবা মতমগী [illegible] মঙাল ফংলবী নুপী অমগী মায়কৈদগী মহাক্তা ফংলুবা গ্যানগী যুমফমদা [illegible] পাউখুম অমা থৌনা ফনা পীরক্লি। অনৌবা খোঙথাংনি। চাংয়েংনি, [illegible] অমসুনি। মহাক্কী পাউখুম্না সমাজগী মীওইশিংবু পেলহনবা অমদি য়াহনবা কদায় [illegible]ওবা ঙম্নবগে হায়বা অদু তোপ্না থম্লগা তশেংনমক থাজদনা য়েংলিবা মীংয়েং অদুবু অমুকহন্না খন্থবগী তঙাইফদবা লৈ হায়বদুদি নৌনা ফাওহল্লক্লিবা বাখল্লোননি। মসি ইঙ্গিৎ অমনি, ব্রাখল খলহন্নবগী, হঙ্গৎনা য়েংনবগী তাঞ্জা অমা পীবনি। মহৌশাগী ওইবা চপ মান্নবা পূক্লিং ঈহুলশিং য়াওনা পোক্লকলিবা নুপা অমদি নুপী অসি সমাজদা লৈরিবা মখোয়গী পোজিসন খেন্নবনা মরম ওইরগা করিগুম্বা মতমদা যুম্বানমিন্নরিবা নুপা-নুপীশিংগী মরক্তা নুপীগী মী অমা ওইবগী অনীংবা, অপাম্বা, ঈহুলশিংবু নুপানা দোমিনেট তৌদুনা থম্বা থোক্তবা নত্তে। নুপা অমনা মাগী নুপীবু মহাক্কী খুবাম মনুংদা থম্বা পাম্মী, নুপী

অদুগী হৌখ্রবা পুন্সি মদুগা লোয়ননা শক্তম খুদিংমক মুখৎপা পাম্মী, মহাক্কী পুন্সিগী ঈচেলদা অমত্তা খাক্তনা তিলহনবা পাম্মী –

"খাম্না ঙমহৌদে, ওয়গী খূৎনম্ননি, য়েৎকী মখজাইদা মতিং-মতিং, মরি-মরি লৈ। মরু লুকথদুনা মমীৎ-মনা চেজেৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। মমীৎ নোইনা নোইনা মখূৎনা মশম তপ্না হাইগৎলগা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকখি, তপ্না হৌগৎখি, মিংশেন অচৌবদুদা য়েংলগা মচীনবানগী ঈ অদু মফি মতেক্তুনা তপ্না তপ্না তৈথোকই। মঙোন্দা খূৎচাউগী খূৎনম্না কন্না কন্না, – 'মদুবু য়াবরো ? নুংশিববু মাসু ঐসু জগৎ লোয়না নুংশিবা হৌনব্রো ?'

– পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা (পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, লা: ৯)

সমাজগী মনুংদা লৈরিবা চৎনবী অমদি থাজনবীগী য়ুমফমদা লেপলিবা নুপা অমগী অকনবা দাবীনি। দাবী অসিগী পাউখুম অনৌবা মতমগী শিক্ষাগী মীৎয়েংদগী পীনবা হোৎনরকই --

"নহাক্না ঐবু কোলেজদা সাইকোলোজী তম্বীরক্লমদ্রবা, ঐনসু ফিলোসোফিগী ছাত্রী অমা ওইনা হৌবক্লমদ্রবদি নহাক্কী ব্রাহং অদুগী পাউখুম য়াম্না শাংনা পীনীংলমদনা য়াই। নহাক্কী লমচৎ মফম খঙদ্রবী লৌনম্বী নুপী অমা ওইনা নত্রবস মনোবিজ্ঞানদা থরাই য়াওবী, নহাক্কী অদুঙৈগী নৌরিবী মরুপ অমা ওইনা তাবিয়ু।"

– পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা (পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, লা: ১০)

চৎনবী লীক্লমবু অফ-ফত্তগী মীৎয়েংদগী থরা থৈদোক্লগা মীওইবগী হৌনশা লীচৎকী ওইবা অচুম্বা মশক অদুগী মীৎয়েংদগী য়েংনবা হোৎনর্বনি। চৎনবীনা মীওইবগী থম্মোয় অমদি পূক্লিং ঈহুলবু মতম পুম্বদা নমশিনবা ঙমদে অমদি মদু মতমপুম্বগী ওইনা অচুম্বা ওইবসু নত্তে হায়বা মীৎয়েং পুখৎলিবা থৌদোক অমনি। নুপী অমনা লুহোংদুনা মহাক্কী মপুরোইবগা য়ুম্বানমিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা কনাগুম্বা নুপা অমবু নুংশিরুবা অসি থোক্তবা নত্তে, অদুগা মদু চুমদবসু নত্তে। নুংশিখিবা, নুংশিরুবা অদু ফীভম মতম্না নমশিনখি। করিগুম্বা মতমদা নুংশিবা অদু ঈহৌরকপা, অমুক হন্না য়াকাইরকপা য়াই। ঈহুল অদুনা থম্মোয়দা হিংদুনা লৈরবসু য়ুম্বানমিন্নরিবা মপুরোইবগী মফমদা থমফম থোকপা, চৎফম থোকপা পূম্নমক কায়দনা চৎলবদি মদুদা পাপ লৈতে হায়বনি। হৌখিবগী মরী অদু মতুংদসু লেঙদনা লৈগনি হায়বা লৈতে, ফীভম মতমগী মতুংইন্না থম্মোয়গী

মরীসু শক্লোন হোংই হায়বনি। ৱাফমশিং অসিদা মীওই লীচৎকী ওইনা অচুম্বা য়াওরি। অদুনা মীৎয়েং অসি অনৌবা মতমগী সমস্যাগা চুননা থোকই।

'লৈচিলদা পল্লবা থাজ' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং পুবা নুপী অমগী শক্তম য়েকই। চরিত্র অসিসু ফিদমগী লৈই অমদি থম্মোয় ঈহুলগী মনীংতম্বা শাজৎ অনীগী ময়ায়দা লেপলিবা নুপী অমগী শক্তমনি। ফিদমগী নিংথাদা চাওরকপী অমদি ফিদমগী শম্বল মনুংদা হিংলিবী অমা ওইনা নুপীগী ফিদমদা থাজবগা লোয়ননা মদুবু ঙাক্লবা হোৎনরুই। অদুবু নুংদা থম্মোয়গী অকনবা ঈহুলসু হিংদুনা লৈবা উৎলি। ফিদমগী সমাজদা লুহোংলবী নুপীবু অকক্লবা মীশক মীওই অমত্তদা নুংশিগদবনি হায়বগী ৱায়েল অসিনা পুনবা ঙমদবা নুংগী মরী অমা উৎলি। মরী অসিনা নুপী অমগী তোপ-তোপ্পা থম্মোয়গী মশক অমবু শক্তোক্লবা হোৎনরি। নুপী অমনা মহাক্লা হিংলিবা সমাজগী মনুংদা শেমদুনা থমলিবা ফিদমগী লম্বেল অসিবু মতীক চানা ইকায়খুমনৈ লোয়ননা অয়াম্বা মতমদা ঙাক্লবসু হোৎনৈ। নম-হাদুনা নত্তবা মশানা পামজবা মওংদা নুপীশিংনা মশাবু ফিদমগী লীকলমদা চিংশিনজৈ। মপুরোইববু ঈশ্বর ওইনা লৌবা, মহাক অদুগী ধর্ম্মগী তুংইনবনা অথোইবনি হায়না লৌরীবা ৱাখল্লোন অসি নুপীশিংনা ঙাক্লা চৎলি। ৱারীমচা অসিদা উৎলিবদি অসিগুম্বা শেংলবা ফিদমগী পুক্নিদা হিংলিবা নুপী অমগী থম্মোয়দা মপুরোইবা নত্তবা অতোপ্পা মীশক অমবু নুংশিবগী শেংলবা ঈহুল অমা ফুমদুনা পুরিবা অদুনি। ঈহুল অসি মকা ফোংদবা অমদি ফোংবা য়াদবা অমনি। অদুবু নুংশিবগী মশক অসি পাপনা শোকপা ঙমদবা মফমদা থাঙ্গৎতুনা থম্লী। মরমদি ঈহুল অসিনা মহাক্কী সতী ওইবগী ফিদমগী লীচৎ অদুদা অকাইবা থোকহনদে। অতোপ্পবু নুংশিবগী ঈহুল নুপী অসিগী থম্মোয়দা লৈরবসু মপুরোইববু ইকায়খুম্নবগী লোয়ননা মহাক্কী ধর্ম্মগী খোঙলোয় ওইবগী লম্বেলদদি অকায়বা পীদে। অদুনা মীৎয়েংদা য়াম্না ওন্ন-তৈননা থোক্লবা লীচৎ অনী চৎলিবা নুপীসিদা ফিদা অমা পীনবা হোৎনৈ। নুপী অমনা নুপা অমগী ধর্ম্মগী খোঙলোয় ওইবা অমদি মহাক্লা থম্মোয়শেংনা নুংশিজবা কনাগুম্বা অমগী নুংশিববুসু নুংদা হিংহন্দুনা থম্বা অনী অসিদা অচুম-অরানগী মীৎয়েং অমনা য়েংনবা হোৎনৈ অমসুং অনী অসি থোং মান্ননা লৈমিন্নবা, চৎমিন্নবা য়াবা লীপুন ওইনা লৈবদা অকায়বা ওইদে হায়বা মীৎয়েং

অমা পী। মীৎয়েং অসি অনৌবনি। মীওইবগী লীচৎ অমদি পূক্লিং ঈহৌলগী মশাজৎতগী থোরকপা থম্মোয় মরীগী ওইবা সমস্যানা ৱাহং খরা পুখৎলকপনি। মদুদা পাউখুমগী লম্বেল অমা থিরকপনি। পাউখুমদি মীওইবগী নুংগী থম্মোয়দা খুমহল্লি, চৎনবী থাজনবীগী ওইবা মীৎয়েংদদি মসি হৌজিকসু অদুমক লান্না থোকলি। চৎনবীগী মীৎয়েংদা লাল্লবা ফাওবদা করিগুম্বা ফিভম খরদদি মীওইবগী মশাদা লীচৎ অসি পক্কুনা লৈবা মরমনা পুখৎলিবা ৱাফম অসি মীওই লীচৎকা চান্নবা অনৌবা খোঞ্জেল অমনি। ফুমদুনা লৈরম্বা পোৎশক অমগী মায়খুম হাংবনি। ৱারীমচাসিগী সীমা অসি ফিদমগী লীক্লম অমসুং মশাগী নুংগী অপাম-নুংশি অনীমক পুদুনা হিংলিবী নুপী অমনি। হায়ন-শিংনদুনা লুহোংলবা মপুরোইববু ইরাৎতুনা ফিদমগী পুন্সি অমদা হিংলকই। মপুরোইবগী অৱা-নুংঙাই অমদি ধর্ম্মনা মহাক মশাগী পুন্সি ওইরকই।

> "অমনা অমদা হায়জবা মহৌশানি। ঐনা হায়জবা নঙনা য়াবা ; নঙগী ৱান। ঐনা য়াবা চৎনদবা নত্তে সীমা। লাইথোক্লা খনগনু। ৱানোম-খোৎনোমগী, শেন-থুমগী ৱা যুগ অসিদা খরা মহৈজনবা কান্নদবা নত্তে। নথন্তা নত্তেদা ! য়ুম লৈবি নচা নশু হৌরক্লি। ফম, তলপ, ইজ্জৎকী ৱা লৈদা ! হায়জবা পঙহৈ হৈতবীসু নওে নঙ, ঐ খঙখি।
>
> — হৈরম্মবসু কাউখ্রে, হৈনদ্রে, মহাক্লা য়াদবা হৈনদবদগী। মানা অহৈবা মী অমা ওইরম্মবদি ঙসিগী ফীভম অসিদা লৈরম্মোই খল্লি। অদুবু হৈশিংদনসিদা মহাক পেঞ্জে, ঐসু য়াম্না হেন্না পেঞ্জে। মসিনা মমল ওইবা তারবদি, ঐনা লৈগদবা পোৎ সুকলৈ লৈত্রে।" — লৈচিলদা পল্লবা থাজ (পিস্তোল অমা কুন্দাইল্লে অমা, লা : ৯২)

মতম অমদা মহাক্কী পুম্নমক ওইগনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা নুংশিখিবা মীশক অমদগী মহাক্কী মপুরোইবগী য়াইফনবগীদমক হায়জবা লাকই। অদুবু হায়জবা অদু মপুরোইবগী অপাম্বা অমদি ধর্ম্মগী পনখৈদগী হেনজিল্লুদে। মপুরোইবগী মরুম থুপলিবী, মহাক্কী য়াইফনবা খনবী অমা ওইনা হায়জফম থোকপা ৱাফম অদুতমক হায়জবা লাকপনি। মতম অমগী মহাক্কী খ্বাইদগী নক্লবা মীশক ওইরম্বা মহাক অসিনা মহাক্কী অশোনবগী খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনবা অমদি চৎনবীগী পলবু নমদুনা থুগাইনবা হোৎনরকপা মতাংদা মশাগী চপ চাবা মতিং ফুদোক্কুনা মায়োক্লনবা হোৎনৈ, য়ানিংদবা ফোঙদোকই। ফিদম অমদি চৎনবীবু চেৎনা ঙাক্লবা শেম-শারকই —

"ঙাঙলিঙৈ অসিদা ফাসিগী সগাই মথক্তগী ঐগী অরোইবা পামজবা অমত্তং ওইনা হায়জবা তারবদা -- কা অসিদা ঐ থরাইগা হকচাংগা য়াওনা চঙলকখিবনি ; অদুগা থোকখিবা মতমদদি কুদা থোকখিগনি। কু অদু মমায় অমত্তা ফাত্তোকপিগনু য়োৎপী চেৎনা থাজিনবীয়ু। কনা অমত্তসু ঐবু হাংদোক্লুনা য়েংহন্নবীগনু। ইপুরোইবদসু শিন্নবীগনু ; ইমুংদসু পাউ তাকপিগনু। লাপ্পা পুরগা লোক্তা লংথবিয়ু। য়ারবদি শাহীং চাবা শাশিং ফাওবনা উখিদনবা ফংখিদনবা লাক্লবিয়ু। মখোয়সু য়ামদ্রবদা জীবনি। আত্মা য়াওরম্মবদি মঙ্গল ওইখিরোই। মসিখক্তংদদি মন্ত্রীজীনা ৱাবিয়ু, ৱাবিবগী ৱাবিবা। চীংগী লমদমসিদি নোং থুনা ঙাল্লি লেঙশিনবিরকউ।"

-- লৈচিন্দা পল্লবা থাজ (পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, লা : ৯৪)

ফিদমগী চৎনবী অমদি সতীগী ৱাফমবু চেৎনা ঙাকপা পাম্বা, মদুবু ইকাই খুম্নবগী খুদমনি। অদুমওইনমক নুংদা থম্মোয়গী চেৎলবা লীপুন অমদি পুদুনা চেম্থুরি। থম্মোয় শেংনা নুংশিবা, অচেৎপা লীপুন য়াওবা নুংগী মরীবু লুনা চেৎনা লৌবী অমা ওইনা মতম অমগী মহাক্কী নুংশিজবা মীশক অমবু লৎনবা ঙমদে। পূক্লিং ঈহুল কয়াগী তুংফম ওইরিবা অহিংবা মীওইবগী থম্মোয় অমদি চৎনবী থাজনবীগী অৱাংবা মীৎয়েংনা য়োল্লবা ফিদমগী ফম্বাল অনীগী মরক্তা অহিংবা নুপী অসিগী শক্তম থিনগৎলকই। চৎনবীবুসু ইকাইখুম্নরিবা, পূক্লিং ঈহুলবুসু নুংদা হিংহল্লিবা মীশক অমগী পুন্সিদা লুরবা চাংয়েং অমা মায়োক্লে। চাংয়েং অসি অচম্বা নত্তে, লুরবা খোঙফমনি। অহিংবা লোনচৎকী মায়কৈ অমদি চৎন-থাজনবীগী মায়কৈ অনীগী মরক্তা অনৌবা খোঙফম অমা ফংনবা লাক্লবনি, থম্বসু থমখি। শেমলিবা খোঙফম অসিমক অনৌবনি, লুরবা খোঙফমনি মীৎয়েং খজিক্তং চেকশিলহৌদবদা কাখৎপা ঙমদবা মফমদা তাগদৌরিবনি, মায়কৈ কয়াদগী শাফু ফংনিংঙাই ওইবা মফমনি। অদুবু ফিরেপ অমদি খোঙফম অসিমক্তি মীকুপসিগী ওইনা অমদি অহিংবা অমগী ওইনা শেংলবা নুংশিবগী মশক য়াওরি।

শক্তম য়েকই শক্তম অসি 'ইদু নিংথৌ ইপাম মৈচুরো' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু তোপ-তোপ্পা নুপী অমগী শক্তম য়েকই। শক্তম অসি তশেংনমক হিংদুনা লৈবা অমদি নত্তে অদুবু হিংবগী তঙাইফদবদি লৈবা শক্তম অমনি। অইবগী ৱাখলনা হিংহন্নীংলিবা চরিত্র অমনি। হীরম খুদিংমক্তা অচুম্বা অশেংবা মাঙগ্রবা সমাজদা অচুম্ববু য়োকখৎনবা হোৎনবা, হিংহন্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা

খুদোংচাদবশিং উৎপগা লোয়ননা ফীভম কয়াদসু ফিরেপ হোংদনা লেপলিবা চরিত্র অমবু য়েক্লকই। খুৎই অসিদা উরিবা তোপ তোপ্পা মশক অমদি মরা তাখ্রবা ফত্তবা থবকশিং অদুবু মরু ফুকতোক্লবা চোংথোকহল্লিবা চরিত্র অসি নুপী ওইহল্লিবা অসিনি। হীরম কয়াদা সমাজদা শোথনা লৈহৌরিবা অমদি লৈহল্লিবা নুপী অমদা মথৌ হাপলিবা অসিদা অইবগী তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং উবা ফংই। ৱারীমচা অসিদা য়াওরিবা চরিত্র সনাতোম্বী নৌরিঙৈ মতমদগী অচুম্বা তৌবা মীবু থৱায় হাকচাং য়াওনা পামজবা হৌরকই –

> "ওফিসার পামজদে, মপান্দদি শোয়দবা মনুংদা, নামদ নত্তে পোৎমা শোয়রবা মীওইনা ঐবু শক তাকপিবা পামজদে। ওজাগী সোই পামজে। (মা ওজা কৌনু হায়বা অদুম য়াখিদরে) শেনজাও পায়বা, প্রজাবু ওৎপা মীওইদি মান্ননা নত্তে হম্বুনা ফাওবা য়েংজনীংদে। ওজা হোয়গুম্বা ওজা পামজে।"
>
> – ইদুনিংথৌ, ইপাম মৈ চুরো (ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ, লা : ৩৮)

মহাক্কী মতৌ, শাজৎ কয়াদা ইংনা উরবসু নুংদা থৌনা অমগা লোয়ননা অরানববু মুৎথৎপা পাম্বা ৱাখল অমা ফুক্কৎলকই। শেঙ্গা-থুমজাগী, ৱাচৎ-ৱানোমগী অমোৎপা কয়াবু মরু ফুকপা পামই। অসিগুম্বা অরানবা পাম্বৈদগী মশাবু লাপ্পা লৈনবা হোৎনৈ। অদুগা পামলিবা নীংলিবা অদু শোয়দনা ঙমগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবদা চঙশিনখি। মহৈগী লমদা মীকোক থোংবী অমা ওইরবসু ৱাচৎ-ৱানোমগী সমাজ অসিদা মহাক থবক ফংদ্রে। মতম অসিদদি তশেংনা মশামক চোংথোক্নুনা করপসনগী মায়োক্তা চঙশিল্লকই। অফবা অনৌবা মীরোল অমগীদমক অশোয়বা কয়াশিংবু শেমদোক্লবা লম য়াৎপা হৌরকই।

> "ইতিহাসনা সাক্ষীনি ওজাবু, মীচম প্রজাবু ওৎলবা লৈঙাক-শক্তি প্রজানা মুনবনি। নমদুনা মুন্দ্রবদি শক্তিবু হরাও হরাও পীথোরকখিবা কনাসু লৈখিদে। মুনবা তাবনি। লৈবাক্কী লৈঙাকলোন্দা ওৎপা নৈবগী অয়োৌবী থাক অমা হৌজিক হৌজিকমক মায়োক্লরিবনি। মৈ ফংদ্রে, লমসিদা হোঙথ্রবা ঈশিং পীদ্রে, পৈশাগী মমল নোংমা নোংমগী হম্বুরক্লে, পোৎচৈগী মমলনা অতিয়া খেৎলে। মতীক চাবা মীনা মহৈ তমজগে হায়রুবদা মিং চনবগীদমক্তা লীশিংনা খুজিং ওইনা ফোংনা হেক্তা লৌরে। মহৈ লৈনরে, ফম য়োন্নরে, পরীখাগী নম্বর পৈশা মশীংদা য়ুম্ফম ওইনরে।"
>
> – ইদুনিংথৌ ইপাম মৈচুরো (ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ, লা: ৪২-৪৩)

চরিত্র অসিদা সোসিয়েল কন্সসনেস হাপ্পি, লোয়ননা ইচঙ থৌই। অনৌবা কাঙলুপ অমা শেমগৎতুনা অনৌবা মীরেপ অমা থাগৎলি। মদুগীদমক ভোৎ খোম্বা হৌই। ভোটতা মখোয়গী অনৌবা মীরেপতু মায় পাকখি। মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্কুনা মীয়ামগী ওইনা ফগদবা অচুম্বা থবক তৌনবা ৱারেপ লৌনৈ। অদুবু কুইদে, মখোয়গী খূৎপুদা য়াওরম্বা মীওইশিং ৱারেপ তুংওইনদুনা মশা মশাগী থবক অমমম ফংনবা ৱানোমশেল পীজদুনা থবক ফংনখ্রে, শেঙ্গা থুমজাদা মখোয়সু য়াওশিনখ্রে, দলগী মমিংদা, শক্তিগী মরুম থুপতুনা মীচমবু ওৎপদা য়াওখ্রে। মখোয়গী মায়োক্তা লেপলুবগীদমক মহাকপু তানথোরকলে। উনা উনা খণ্ডনা খণ্ডনা অশোয়বা অরানবা থিংবা ঙমহৌদবগী নীংঙমদবা ফাওখি, মশা মতোমতা শিজনীংবা পোকখি। অচুম্বগী মফম কদায়দসু লৈরমদবদা নীংঙমদবা ফাওরকই। অদুবু মহাক্না মী পূম্নমক্না অচুম্ববু মশক খঙই হায়না চেৎনা থাজৈ। খঙলবসু মশীং য়াম্লবা খূৎ কল্লবা অরানবগী মায়কৈগা মায়োক্নবা কিবদগী নাথৈখিবনি হায়না লৌই অদুনা নোংমা নত্তগা নোংমা মখোয় অদুদা থৌনা লাকখিগনি হায়বগী থাজবদা মশাগী খোঙফম চেৎনা লেপলকই। চরিত্র অসিদা হনবা নাইদ্রবা থৌনা অমনা মচু লোকলি। নাক-য়েৎকী শাফু কল্লবা ইরৈদা মচী লেপ্তদনা লেপলিবা চরিত্র অসি তোপ-তোপ্পা শক্তম অমনি। মহাক্কী থৌনা অসি হিংদুনা লৈবদা ৱানা থোক্লবা অমদি ওইরি। অদুনা চরিত্র অসি মতমগী সমাজদা থোকলিবা সমস্যানা মরম ওইরগা মীশিংগী থম্মোয়না ঈথৌলাংলিবা স্পিরিত অমনি। অইবনা ৱাংলবা থৌনা অসিমক নুপীশিংদা লৈহনবা পামলি। মখোয়গী উইরবা লীংজেলনা সমস্যা অসিবু কোকহনবগী পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নবা পামলি; মীৎয়েং অমনি।

'তিংখংলৈ' (১৯৭৭) হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা 'তিংখংলৈ', 'চহিসিগী মনা' অমদি 'মৈতৈ নুপী' দা তোঙান-তোঙানবা নুপীগী শক্তমশিং য়েকই। 'তিংখংলৈ' দা মতমগী সমাজদা থেংনরিবা মোৎলবা করপসনগী শক্তম অমা থাই। করপসনগী তমথিরবা লায়নানা মতু-শোল্লবা মীওই কয়াগী পুক্সিবু শোকহল্লি। অচৌ-অশাং, ফম্নাইবা, রাজনীতি ৱালাশিংগী য়াকাবুঙ ওইরবা মতমগী সমাজগী মোৎলবা শক্তম অমা য়েকপগা লোয়ননা করপসন্দা লায়চুরবা লমচৎ য়াওদ্রবা কয়াগী লীচৎনা শোকহল্লবা নুপী অমগী শক্তম থারকই। মহৈ-

মশিং হৈবী, ইচম চমজবী প্রতিমা থবক্কী লাম্ছেংনবদা হন্না হন্না মায়থীবা নংই। হিংনবা উপায় থিবদা অরোইবদা মায়পাক্লবা পাম্বে থিরকই। নুপীবু শান্নপোৎ ওইনা লৌরিবা, শেলবু উনা ৱানাগুম উরবা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অমদা চঙজৈ, ফম পীরকই। মদুগীদমক মশাগী ইজ্জৎনা লমন শিংখি। যৌদোক অসিদা প্রতিমাগী নৌরিবা থম্মোয়দা অমদি মহাক্কী চল্লবা পুন্সিদা চৈনা অমদি ফংহল্লি অদুবু হিংনবগীদমক, মায়পাক্লবগীদমক মহাক চৈনা খাঙবা তাখি, খাঙখি।

> 'ফনা কুইনা ৱারী পীরম্মী। মঙোন্দা য়েংলুবা ইঙম ঙমদে। নমদুনা য়েংলুবা খুদিংদা মাগী মায়থোঙ মকা লাল্লম্বদু হম্থরক্লিদ্রা। মা থোকশ্রবা মতুং ঙাইহাক মালঙ অমদা য়েংদুনা লৈখি। ইচানুপী অপীখক অদুনা চা পীরে, তশ্লে --বাবা য়েংঙো, ইচে প্রতিমানা রৌ, সুক চাউবা অমা পীরম্মী। ইমানা শেমহৌরি। থবক তৌবৈনেয়ে। অস য়াম' চাউই। অদৈনে বাবা, নঙগী তিংখংলৈদো তামোচানা ইম্থুরিবা ; ইচে প্রতিমাগী মখুত্তা যুরিবা...."
> — তিংখংলৈ (তিংখংলৈ, লা : ১৫)

প্রতিমা অসি চৈনা অমা লোত্তুনা মায়-পাক্লা হিংলিবী চরিত্র অমনি। অচুম-অরানগী ৱাফম, ফিদমগী ৱাখল কয়াগী খল ওল্লুদে, সুপ্নগী হিংবগী দরকার অদুনা হেন্না লুম্না লৌরকই। মহাক তমথিনা তায়ওন্নখ্রবা, লমচৎপু পুমথা-থাদোক্লবী অমা ওইবদি নত্তে। ফীভম তাঞ্জানা, অকোয়বনা পীরকপা চৈথেংদা ঙাকথোকপা ঙমদবী ওইবতনি। অদুগা মদুগী চৈনাদি থম্মোয়দা ফাওদবা নত্তে। লোত্তুনা হিংলিবী অমনি।

'চহিসিগী মনা' হায়বা ৱারীমচাদা য়াওরিবা রাধারানীসু তোপ-তোপ্পা চরিত্র অমনি। কলাবু পামজবী, জগোয়দা থৱায় লুপচবী ওইনা হৌরকই। মশক মতৌদা লময়ৌবী অমনি। অদুমকপু মহাক্লা পামজরিবা লম অদুদা থোইদোক-হেন্দোকপা পীথোরকপা গুনদি য়াওদে। মসিমকনা মহাক্লা ফনমক পামজদুনসু হীরম অসিদা অৱাংবা থাক্কী মনা মথুম ফংবদি ঙমদে। মতমগী সমাজদা মীশিংনা পোৎশকশিং অমদি কলাগী মগুনবু মনা মথুম নত্রগা সার্তিফিকেৎনা লেপ্পরকপা মীৎয়েং অসিদা রাধারানীসু ককঙাওনবা হৌরকই। মনা ফংনবা হোৎনবনা পামজরিবা কলাবু থাঙ্গৎনবা হোৎনবদগী হেন্না মরুওইনা লৌরকই। মসিনা মহাকপু ফত্তবা লম্বেল অমদা চিংশিনখি। ইজ্জৎ য়োল্লগা অথোইবা মনা ফংনবা পাম্বে ওইরকই। মদুদা মহাক্কী মায়পাকপগী চাউথোকচবা অমা ফংলবসু নুংদদি অকনবা চৈনা ফাওহৌরি। মহাক্কী চাওথোকচনীংঙাই ওইরবা মনা য়েম্থোকপগী

থৌরমদা মায়পাক্লবী অসিগী মায়থোংদি মীয়াম মমাঙদা নোক্কুনা মকা লাম্না লেপচবদি ঙমখিদ্রে। নাকল অমদা মায় পাক্লবসু নাকল অমদদি মায়থিবা ফংলি। চরিত্র অসি সমাজদা হোংলকলিবা মমলগী মীৎয়েংদা লম্মুক্লহল্লবী অমনি। অদুবু অরানবা লম্বেলদা চঙশিল্লুরবসু মায়থীবনি হায়না খনবা ঙমলিবা অমদি ফাওরিবা অসিদি অফবা খোঙথাংনি। পৃক্লিংগী মীকপ থোকপনি।

"অপুনবগী খূবাক্লা তরাম্না ওকখি। রাধারানীগী মীৎলু অনীদা অরোনবা ঈরা চেনখি। মনাগী মতুংদা কলাগী শাথেক কমদৌরগবা।"

— চহিসিগী মনা (তিংখংলৈ, লা : ৪১)

করপসন অমদি মরন্নাইগী ওইবা কান্নবা থিবশিংগী খূত্তা তারবা কলাগী মরায়বক্কী মরমদা রাহং হংলি। ঈথৈখ্রবা ঈচেল অসিবু মমায় চুমথোক্লবগী ইঙ্গিৎ পীরি। মসি তোপ-তোপ্পা খোঞ্জেল অমনি ।

'মৈতৈ নুপী' হায়বা রারীমচাদা লমদমসিগী নুপীশিংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা উৎলকই। নুপীশিংবু পাঙ্গল শোনবী, থোৎচবী-নৌজবী, অকে-অমৌ পামজবী ওইনা উরিবা শক্তম অদুদগী হাইদোক্কুনা থোংলবা লমচংশিংগী মনুংদা ফুমলিবা থৌনাগী উইরবা শক্তম অমা থারকই। কৈথেল, পোৎফম, হৱাগাড়ী অমদি থবক শুফমশিংদা মখোয়গী অশেংবা লিংজেল ফুদোকলিবী নুপীশিংগী শক্তম রারী অসিনা উৎলি। মী চিল্লবা নুমিদাংৱাইরমগী বস অমদা অপিকপা মচাগা লোয়ননা লল্লোন-ঈতিক তৌবা চৎলিবী নুপী অমগী শক্তমদা উরিবা থৌনাগী মশক অদু থারকই। মী চিল্লবা বস অদুদা মশা ইৎনবা হোৎনবদা অতোপ্পগী মীচৈ অমদি অখাবা মীৎয়েং থৌশাদনা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনরিবা মতৌ অদুদা তোপ-তোপ্পা মৈতৈ নুপীগী শক্তম অমা চোংথোরকই।

"ময়ামদু খজিক খজিক নোকই। মাসু হাইফেৎ অদুম নোকলম্মী। মপোৎ-মচৈ খোম্মগা অদুম কুমহৌরে। চিথহৌবা নুপামচা অদু শত্তুনা লাম্বুখ্রগা হুইশেল কাম্মি। অমুক থারে। খরা থৌরকপগী অদুদা রানা লৈথোক্কুনা য়েংলুই। তিন অদুগী মথক্তা কৌতা অদু থাঙ্গত্তুনা মকোক্তা থোঙ্গৎলগা মনঙ্গন্দা অপীখক অমা, মাঙদা খজিক চাউবদুমগা লমখাই অমদা হাইজিলহৌই। বিন্দু ওনখ্রবা কান্দা লৈশীল্লক্কুনা য়েংববু মাগী ঙসাইগী মফম অদুদা চন্দোনজৈ অমা ফাওবা থম্না য়াগনি হায়বা থাজদে।"

— মৈতৈ নুপী (তিংখংলৈ, লা : ৪৯)

শক্তম অসিদা উরিবদি থোৎ-মেঙলবা, ইকায়থিবনা য়োল্লবা নুপীগী মশক অদু নত্তে। ফীজেৎ লৈতেংগী মিহৌবা থাদোক্লবা, ইকায়বা তুংওইনরবা, অকিবা লৈত্রবা নুপী অমগী শক্তমনি। পীক্লিবা মচাশিংবু য়োক্লবা হোৎনবদা, হিংবগা লাম্ফেংনবগী চৈথেং কয়ানা হন্না হন্না য়েবদগী মশা উইরবা উরীগী শক্তমনি। মসিদা লমদমসিগী নুপীগী তোপ-তোপ্পা থৌনা অমদি লিংজেলগী মশক অমা উবা ফংলি।

'লাইরেল মরীম্বোং' (১৯৯১) হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা 'কলকত্তাগী সীতা' দা লমচৎ ওইওইনরবী নুপী অমগী মীৎয়েংদা উরিবা মী অমসুং সমাজগী মশক, মহাক্কা লৌরিবা থৌদাংগী ৱাহন্থোক, মহাক্কা হল্লিবা হিংবগী অর্থ অমদি পীনিংলিবা পাউজেল অদু উৎনবা হোৎনৈ। কলকত্তা সহরগী অরোনবা মফম অমদা লমচৎ য়োন্দুনা শেল তাল্লিবী নুপী অমগী মীৎয়েংদা মশানা চৎলিবা লম্বী অদুবু অফবনি অচুম্বনি হায়না লৌই। মহাক্কী হিংনবগী [illegible] ওইরিবা সমাজনদি য়াদ্রিবা শিনফম অদুনা সমাজদা অমদি মীশিংদা [illegible] খরা পাঙলিবনি হায়না খল্লি। মদুদা মখোয়গী পেঞ্জবা অমদি চাওথোকচ[illegible] [illegible]

"— নঙ নঙনা তৌরিবা থবক অসি ফরবনি হায়না খনব্রা ?

— খনবা খন্দবগীনা ৱাফম অমনি। অদুগা ঐনা হায়জবদি ঙসি আসদা ঐ নত্রুগা ঐগুম্বী অমা মফম আসদা লৈরমদ্রবদা অদোম ঙাইহাক্তঃ ওইরবসু পোথাদা ফংলমগদ্রা ? চুম্বা খঙদে লানবা খঙদে ঙাইহ ক্তংদা ওইরবসু পেনাবিরিবদু ঐখোয়গী লমথুং অমনি হায়না খনবিরো। য়ামদ্রবদা কা অসিদা চঙলক্লিবা খুদিংমকপু পেলহনগে হায়দুনা লৈজরিবী অমনি।

— য়ারে সীতা। অদুদি অরোইবদা অমত্তংগা

— অরোইবা নত্তবসু মঙা তরা য়ারি হায়বীয়ু।

— চঙলকপা খুদিংমক পেল্লগা থোকখি হায়না খনব্রা ?

— খনজে।" — কলকত্তাগী সীতা (লাইরেল মরীম্বোং, লা : ৪)

সমাজনা য়ারবা মীওইবগী অফবা অচুম্বা লম্বেলদগী নাথৈদুনা মশাগী ওইবা তোঙানবা ৱাহন্থোক অমগী মনুংদা হিংলিবা নুপী অমগী খোঞ্জেলনি, মহাক্কী ৱাহন্থোক্কি, মহাক্কী পুন্সিগী পান্দমনি। মীৎয়েং অসিনা, ৱাখল্লোন অসিনা মহাকপু হন্থবা থবক তৌবদা থৌনা পোকহল্লি, নীংহন্নবা লৈহন্দে। অপাকপা

অমদি মীয়াম্না য়ারবা মীৎয়েং অমদা হনবা তারবদি মহাক্কী ব্রাহম্লোক অসিগী চন্নফম লৈতবা য়াই। সংসারদা হিংলিবা মীওইশিংগী মরক্তা নীংবা কায়রবা, আশা লৈত্রবা অমদি অপাম্বা ফংদ্রবা কয়া কয়া লৈরি। মখোয়গী মশাগী অনীংবা থুংনবা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজৈ, কয়া কয়া নীজৈ অদুবু ঈশ্বরনা নীরবা খুদিংমক পীবা অমদি থুংহনবদি ওইথোকপা নত্তে। ঈশ্বর ফাওবনা পেলহনবা ঙমদবা মীওইববু পেলহনবা ঙমগনি হায়না লেপলিবী অঙানবা লম্বেলদগী নাথৈরবী নুপী অমদা হংলিবা ব্রাহংসিনা মখোয়গুম্বী কয়াবু খজিক্তং ওইরবসু ব্রাখল খন্থহন্নীংবা উৎলি।

"ঙসি নুমিদাং মখাবোমদা লৈবা অচৌবা মগুণ লৈবা লাইশঙ য়ৌরুনবা খোঙশানগদবনি। চিন্না চিন্না চঙলুগনি, চিন্না থোক্লকনি। শেল-থুম, হৈ-রা কৎলমগনি। হকথেংননা খুরুমদুনা হায়জকগনি। মতাংদুদা ঐনা হংনীংলকপশিং থোকও অসিদা লাকপা খুদিংমক পেনহনবা ঙম্মিদ্রা ?

হংগে হায়বসু য়াবক্লোই নীংই। হংলুরগসু কনানা খুম্বীগনি ঈশ্বর মাদি নোক্ত মনোকই মোমোন্দা মতৌই।" – কলকত্তগী সীতা (লাইরেল মরীম্বোং, লা : ৪)

ঈশ্বর ফাওবনা পেলহনবা ঙমদবা মীওইববু পেলহনবা ঙমগনি হায়বগী থাজবদা লেপলিবা সীতাগী ব্রাখল্লোন্দা ব্রাহং হংলি। মশাগী থাজবদা লুপলিবা মীশিংনা পাঙথোকলিবা থবকশিংবু হন্থনা খন্থনবগী ইঙ্গিৎ পী।

'মোরাম্বী অঙাওবী' (১৯৭৪) দা য়াওরিবী 'ইতৈমা' দা ত্রেদিসনগী মুমফমদা, সতীগী খোঙফমদা চেৎনা লেপলিবী নুপী অমগী থৌনা অমদি মায়পাকপা উৎলি। চরিত্র অসিগী ফজরিবদি ইরৈ কল্লবা পূক্লিংগী ঈহুল, নুংশিবা অমদি অপাম্বা নমহৎলগা ফিদমগী খোঙফম অমবু খুৎপাই চেৎনা পায়রিবা অসিনি। মহাক্কী পূক্লিংদা কোকপা ঙমদ্রবা নুংশিবদি লৈ অদুবু মদু ফীভম মতমগী য়েংদুনা নমথদুনা থম্মী ; ফিদমগী খোঙফমদা লেপলি। মশামক্কী থম্মোয় অমদি নাক-য়েৎকা লাম্থেংনরকই। ঈংনা ফুক্কৎলকই, অরোইবদা মায় পাকই। পূক্লিংগী ঈহুলনা চৎনবীদা চঙজরকই, ফিদম্না মায়পাকপা উৎলি।

"ঐ লেপ্পা ঙমশিল্লক্তরে, থম্মোয় নিক্লক্লে, হকচাং নিক্লক্লে, চুম্না ঙম্মক্তদুনা থোঙবাদা ঙাথরপ লেপ্লে। শিম্থুরকপা ঐগী পিরাং উবদা মা ঙকখিদে, খৃৎ পায়দুনা চিংশিনগে তিংথোরকপা মখৃৎ অদু য়েৎকা ওইগনা তপ্পা পায়রগা লাইবক্তা চেৎনা

কৎলগা হিক্লা হিক্লা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা নত্তনা করিসু উপায় লৈখিদে। চেপথরপ লুকথরপ ঐগী খজাইদা পিগী ইরিক অনী মরী তারকখি। মাগী ফিজিদা মায় খুমজিল্লগা কপখি ঐ। ঙাইহাক কপলুরগা মমায়দা য়েংখৎলগা ফুঙ্গৎলবা চরমদগী হৌরকপা খোনফমদা তপ্না কৌরুই -- ইতৈমা।" —ইতৈমা (মোরাম্বী অঙাওবী, লা: ৮০)

চৎনবী অমদি ফিদমগী মনুংদা মশাবু চেৎনা লাকশিন্দুনা থম্বা ঙল্লবী অমগী থম্মোয়গী মশক উবা ফংই। থম্মোয়গী অচেৎপা মরী লৈনখিবা মীশক অমবু চৎনবীনা খারিবা পলগী ব্রাংমদা থম্বা ঙম্মী। মসিদা থৌনা অমদি মতিং লৈবা চঙই। থম্মোয় ঈহুল অমদি ফিদমগী লম্বেলবু নীংথিনা ঈখায় পীবা ঙম্লীবা অসিদা লীংজেলগী মফম চাওনা লৈ। চরিত্র অসি তোপ-তোপ্পা শক্তম পুই।

'মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র' (১৯৮৬) দা য়াওরিবা 'কুফেৎ কাফেৎপা বন্ধ' তা নুপীগী অৱাবা উপায় লৈতবা, ব্রাকৎ কয়া শোক্লবা থম্মোয় অমদগী ফোঙদোরকই। অদুবু খোঞ্জেলদি হৌদে। মদু সুপ্নগী অপীকপা কা মনুংদা নৈশিন্দুনা লৈখি, লৈরি। ব্রাকৎ অসিবু লুনা অমদি হক্লা লৌবীদে। অদুগা থম্মোয় অসিদি চৈনা পুদুনা অদুমক চৎখি। নুপী অমনা নুপী মশাগী নুংগী অপাম্বা অমসুং মদুবু মনীংতৌনা শীজিন্নবা ফংজনবগী হক তাল্লকই। মসি অচৌবা দাবীনি অদুবু শাফুদি কনবা ঙমদে মরমদি তাল্লিবা দাবী অসি ত্রেদিসন্না অয়াবা পীদে। অদুনা খোঞ্জেল অদু শোন্থখি, নমশিন্দুনা থমখি, কুফেৎ কাফেৎপা বন্ধকী মতৌগুম মমি শামিখি। ব্রারীমচা অসিদা য়াওরিবা প্রতিমাগী চরিত্রনা উৎলিবসি নুপীগী ওইবা নুংগী খোঞ্জেল অমনি। নুপীসু মী অমা ওইনা থম্মোয় পাল্লি, মহাক্কী অপাম-পামদ, য়ানিংবা য়ানিংদবা লৈ। হক অসি মতাং, মতম অমদি ফীভমগী মতুংইন্না শীজিন্নবা পাম্মী অদুবু অয়াম্বা মতমদা ঙমদে। মরমদি নুপীশিংগী মথক্তা করিগুম্বা শাফু অমনা তত্তনা চৈথেং পীরি। নমজা নমথেক্লবা, নমদুনা খুদুম চনশিনবা তত্তনা থোক্লী। অশোনবগী খুদোংচাবা লৌরিবশিংগী মথক্তা ব্রাকৎপা ঙমদে, ব্রাকৎপসু চৎনদে মরমদি নুপী হায়বসি য়াম্না কায়গনবা পোৎশক অমা ওইনা লৌনৈ। কনাগুম্বগী মখূৎ চল্লুরবী অমগী মমল অসি অসুক্কী মতিক হোংই নত্রগা হন্থে। মমলগী মীৎয়েং অসিনা নুপীগী ব্রাকৎপু নমথৈ, খোঞ্জেল থোকহন্দে। য়ানিংবা, য়ানিংদবা থিদনা হিংবা তাই, পেন্থোকপা তাই। অদুবু নুংদা চৈনাদি ফংলি, ব্রাকৎ পুরি। মসি থোক্তবা নত্তে। ব্রারীসিদা প্রতিমানা মহাক্কী নুংগী অশেংবা

অমদি অপাম্বা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। অদুবু মদুদা থাজবীদে অদুগা অচুম্বনি হায়নসু লৌবীদে। অদুনা মহাক্কী থম্মোয়না পেন্দবা ফাওই, ব্রাকৎ থাঙ্গৎলি, মশাবু অমুক্তং শকখঙবীনবা দাবী তৌরি, নুপা সমাজদনি -

"করি হায়বা ঙম্মীবা। ঙম্মোই নহাক্তি নুপানি, নুপী ঐগী থম্মোয় খঙবা ঙম্মোই। নখোয় নুপা হায়বা জাৎ সি চপ মান্নবা জাৎনি।"

– কুফেৎ কাফেৎপা বন্ধ (মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র,লা : ৫৫)

প্রতিমা দাবী তৌনা তৌনা চৎখি। মহাক্কী খোঞ্জেল হৌনা লাওরকপা ঙমদে অদুগা মখা তাবসু ঙমদে। অদুবু মহাক পেল্লগদি চৎখিদে। ব্রাকৎ অমদি চৈনা অদুমক পুদুনা চৎখি।

লৌখৎলিবা ব্রারীমচাশিং অসিদা সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা অমদি থোকপা য়াবা থৌদোক কয়াগা লোয়ননা তোঙান-তোঙানবা চরিত্র খরবু য়েক্লি। চরিত্র খুদিংমক ব্রাকৎ অমমম নত্ত্রগা পান্দম অমমম লোয়নৈ। অয়াম্বা ব্রাকৎশিংদি মকা ফোংবা ঙমদ্রবা নুংগী খোঞ্জেলনা অয়াম্বনি। মপানগী থৌদোকশিংদগী উরিবা মীওইবগী শক্তম অদু নত্তবা নুংদা ফুমলিবা, মকা ফোংদনা থোকলিবা সমস্যাশিংনি। নুংগী ব্রাকৎ পুদুনা লেপলিবা চরিত্রশিং অসি অপাবশিংদা তোপ-তোপ্পা অমা ওইনা ফাওহল্লি।

ব্রারীমচাশিং অসিদা মীওইবগী নুংগী ওইবা অপাম্বা অমদি লীচৎ ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা সাইকোলোজিকেল এপ্রোচ অমা য়াওই। নুপীশিংগী নুংগী ওইবা ব্রাফমশিংবু ফোঙদোকপদা শাফু পী। নুপানা খুলিংবা, নুপানা দোমিনেন্ট তৌবা সমাজ অমগী মনুংদা হিংলিবা নুপীশিংগী নুংদা ফাওরম্বা য়াবা নত্ত্রগা ফাওই হায়না লৌবা ব্রাফম খরা চিংথোক্কনা উৎনবা হোৎনৈ। অইবগী মীৎয়েংনা উবা নত্ত্রগা হকথেংনবা এক্সপরিয়েন্সনা পীরম্বা য়াবা ব্রাফম খরসি সমাজ অসিগী ফীভমদা চান্নৈ। অদুনা এপ্রোচ অসি মপুঙ ফাবা অমা ওইনা থোকই। মসি খুৎই অসিগী মায়পাকপা অমনি।

---

## এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাদা ফাগী অমদি করেম্নবা

মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা সাহিত্যগী অচৌবা দান তৌরবা অইবা এলাংবম দীনমনিগী (১৯৪০) ৱারীমচাশিং তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবা ওল্লবা খুৎইশিংনি। ফাগী অমদি করেম্নবগী খুৎই অসিনা অইবগী খ্বাইদগী পাম্মা শীজিন্নবা খুৎলাম্লোকনি। মখল অসিগী খুৎইবু য়াম্নমক পামজনা অমদি হক্লা লৌবা অইবা অমনি। অইবা অসিগী মীৎয়েংদা ফাগীগী মফম য়াম্না ৱাংনা থম্বা থেংনৈ। হিংলিবা পুন্সি অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী অচৌবা মফম লৈ হায়বসিদা চেৎনা থাজবা অইবনি। অইবগী পুন্সিদসু ফাগীগী অচৌবা মফম অমা খাক্লুনা থম্বা থেংনৈ। ৱাহৈদা, ৱাঙাংদা তাবদা নুংঙাইবা ফাগী মতেক-মতেক য়ানদুনা শীজিন্নবা অইবনি। মসিদগী হেন্না লুশিন্না সাহিত্যদদি য়াম্না সেরিয়স ওইবা ৱাফম কয়াবু ফাগীগী মতেংনা লায়না ফোঙদোক্লুনা অচুম-অরানগী ৱাখল খলহনবগী পান্দমদা য়ুংনা চঙশিল্লকপা উবা ফংই। ফাগীবু য়াম্নমক মতীক চারবা খুৎলাই অমা ওইনা ইবদা শীজিন্নবা য়াই হায়বসিদা চেৎনা থাজবা থম্মী –

> "ফাগী ঙাইহাক নোক্লবা পোখানবা অয়াংবা মচল ওইবতা নত্তে অচুম্বা অমদি অশেংবা ফোঙদোক্লবা হক্লবা খুৎলাই অমসুনি। ফাগী তাবা, তাথোকপা, ফাগী-ফারাং, ফাগী-জুগাই অসিদি ফাগী মখল ওইরবসু মখোয় অসিদি অয়াংবনি নত্রগা মখোয়সিগী ফল অসি য়াম্না হেন্না কান্নরবা লুম-লুম লাউরবা হায়বদু ওইদে। অদুনা সাহিত্যদা মখোয়গী মফমসু পঙচাউ চাউদে। অদুগা অশেংবা, অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যদা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা করেম্নবা অমদি লক্লবা ঈরোয়নরবা ফাগীদি চাউরবা অখন্নরবা পাম্বৈ, হায়বদি শৈলী অমনি ; অচম্বা নত্তে ময়াক লৈত্রবা শৈলীনি।"[১]

১। 'মণিপুরী অমদি মণিপুরী ৱাখল মতেক মতেক', এলাংবম দীনমনি, বোৱী পাব্লিকেশন্স, ইম্ফাল, ১৯৯৬, লা : ১

মসিদগী অইবনা ফাগীদা য়েংলিবা মীৎয়েং অদু খঙবা ঙম্মী। নুংঙাইনবা নত্তুগা নোক্লবা পান্দমদা শীজিন্নবদা নত্তনা য়াম্না সেরিয়স ওইবা মতাংদসু মসিগী চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বসি অইবগী অকনবা মোৎনি, ব্রাফম অসিমক মহাক্কী ব্রারীমচাশিংদা চাংয়েং ওইনা চঙশিল্লকই, তশেংনা মায়পাক্লবা খোঙফম অমসু ফংই।

অইবগী ব্রারীমচা অয়াম্বা মী অমসুং সমাজগী অশোয়বদা মপুঙওইনা মায়ওনশিল্লি। থৌদোকশিং নত্তুগা চরিত্রশিংবু য়েকপদা অশোয়বা শরুকশিংবু মরুওইনা উৎনবা হোৎনৈ। অশোয়বা অরানবশিংবু ফোঙদোকপদা অইবনা পাম্না অমদি হৈননা শীজিন্নরিবা স্টাইল অমসুং টেক্নিকতি ফাগী অমসুং করেম্নবা মওংগী খূৎলাম্থোক অসিনি। সমাজগী অশোয়বা অমদি মীশিংগী অশোনববু য়াম্না সেরিয়স ওইনা হায়বা নত্তুগা ফোঙদোকপগী মহুত্তা নোক্লিংবা মওংদা ফাগী ওইনা হায়নবা হোৎনৈ। তথি-তথি তনা-তনা চৈবগী মহুত্তা য়াম্না ঈংনা নাকোয়ননা মচেক্লা য়ৈরগা হায়বসি অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নবা লোন্দানি। অইবগী ব্রারীমচাশিংদা শীজিন্নরিবা ফাগীগী মওংদি ইচম চম্বা ফাগীগী মওং অদু নত্তে। করিগুম্বা মতাং মতমগী চান্নবা য়েংদুনা অচম্বা ফাগীগী ব্রাঙাং শীজিন্নরবসু মপুঙদা শীজিন্নরিবদি মগুন লৈবা, নাকোয়ননা নুংদা চৈফু অমা পীবা ঙম্বা সেরিয়স ওইবা মখলগী ফীগীনি। মহাক্কী খূৎইদা খ্বাইদগী ব্রাংনা অমদি চাং য়াম্না উবা ফংলিবদি রিট অমদি সেন্স ওফ হ্যুমর অসিনি। অচৌবা অরুবা ব্রাফমশিং অমদি সমস্যাশিংবু করেম্নবা মওংগী ফাগী শীজিন্নদুনা ফোঙদোরকপদা য়াম্না সার্কসটিক ওইবা মশক অমা থোকহল্লি। মসিনা ব্রারীমচাশিংদা উৎলিবা হীরম অমদি থৌদোকশিংবু চম্না, লায়না লৌবা ঙমহন্দে। লোন্দা পুদা অমদি ব্রাঙাংগী ফাগীনা নুংঙাইরবা ইনোৎ অমা পীরকপদা করেম্নরিবনি হায়বা য়ৌনা কাউথোক্তুনা থব্রায় তানা নোকথোকনিংবা, নোকথোক্তবা ঙমদবা মতাং কয়া য়াওরি। নোকপা হন্থরকপদা অরুবা সমস্যাশিংনা মাঙদা তাদুনা লৈরম্বদা অপাবশিংবু ব্রাখল খলহল্লি, খন্থহল্লি। অইবগী ব্রারীমচাশিংদা উরিবা ফাগীগী মশক অসি অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই (১) ব্রাহে-ব্রাতা অমদি খুৎলাম্থোক্তা হেন্না শাফু পীদুনা নোকপা অমসুং

নোকহনবদা মরুওইবা পান্দম ওইবা (২) হীরম অমদি মফোঙদোক অনীমক্তা শাফু পীরিবা ফাগীগী মশক অমসুং (৩) হীরমদা অমদি ব্রাঙাংদা শাফু পীবগা ঈরোয়ননা করেম্নবা য়াওবা ফাগীগী মশক অসিনি ।

অহানবা মখলগী খুৎই অসিগী মনুংচনবা ব্রারীমচাশিংদা হীরম, থৌদোক নৎত্রগা মীশক থাবদা ব্রাহে-ব্রাতা, ব্রাঙাং অমদি মফোঙদোক্লা নোকপা অমদি নোক্লীংহনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌই । নোক্লিংবা থৌদোক, ফাগী তাবা ব্রাঙাং নৎত্রগা শক্তম অমদি মথোং হুক্তবা দৃশ্যশিং থারকপদা ব্রাঙাং-ব্রাতাগী তোপ-তোপ্পা নুংঙাইবা, মফোঙদোক্তা য়ৌনা নৎত্রগা হেঞ্জিন্না হায়বা কয়া অসিনা অপাবগী পুক্লিংদু হুমদুনা পুই; অচুম-অরান, থোকপা য়াবা য়াদবা, অওইবা নৎত্রগা ওইদবা কয়াগী অচার-বিচার তৌরুদনা অপাবশিংদু নোকহল্লি । অদুমওইনমক মখল অসিগী ফাগীগী মশক অসি নোকপনা মরুওইবা পান্দম ওইরবসু পুময়াং য়াংনা চৎখিবা মওংগী ফাগীদি ওইদে । কদায়দনো অমদা করিগুম্বা পাউজেল অমা নৎত্রগা পাউতাক অমা হাপ্পবা হোৎনৈ । অদুনা ব্রারীশিং অমদি খুৎই মখল অসিগী মমল হাপ্পি । মসিদা অইবগী মীৎয়েংদা উরিবা ফাগীগী কান্নবা অমদি থৌদাং অদু শীজিন্নরি —

> 'ফাগীগীদমক্তা তৌবা ফাগী অসি পুক্নিদা শোয়দনা চঙলবসু সাহিত্যদদি মসিমক্তি খরা য়াংনা থোকই; পুমশেং হেক শেংলবা সনাসি থোৎমনবনা লৈতেং পোৎ শাবা য়াদবগুম অয়াংবা ফাগীগীদমক্তা শীজিন্নবা ফাগীসু সাহিত্যদা থোৎমল্লি । এলোই ওইনা শেম্বা তাই । কান্নবা অচুম্বা খরা ফুমদুনা হাপ্পা তাই । কবি সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিং জি.সি. তোংব্রাগী লীলাশিং মণিপুরী সাহিত্যগী ফজরবা লৈতেং ঙাক্তনি ।' *

অইবনা পাউজেল নৎত্রগা কান্নবা পীদবা ফাগীবু অনেম্বা থাক্কী ফাগীনি হায়না লৌই অমসুং সাহিত্যগী ফাগীদি কান্নবা খরা শোয়দনমক য়াওহনগদবনি হায়বসিদা চেৎনা থাজে ।

অনীশুবা মখলগী ফাগী অসিদি হীরম অমসুং মফোঙদোক অনীমক্তা শাফু পীবা মখলগীনি । মসিদদি মীশক, থৌদোক অমদি হীরম খনবদা খরা হেন্না মায়ওনশিল্লি । মীশিংগী অশোয়বা অমদি অশোনবা শরুকশিংবু থারকপদা ব্রাহে-ব্রাতা অমদি মফোঙদোক্কী মতেঙ লৌরকই । অশোয়বশিংবু থিনা চৈবা নৎত্রগা হুন্দুনা ঙাঙবগী

* মণিপুরী অমদি মণিপুরী : রাখল মতেক মতেক, এলাংবম দীনমনি, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল ১৯৯৬, লা : ৫

মহত্তা ফাগী ওইনা হায়রকই, অশোয়বা থৌদোক অমসুং অথীবা লমচৎ-শাজৎপু নোক্লীংবা মওংদা পাউদম্লকপনা মীশিংদা মশাগী অশোয়বা উহন্নবগী, খঙহন্নবগী তাঞ্জা অমা পী। মসি মখল অসিগী খুৎইদা অইবনা থমলিবা পান্দম অদুনি।

"অপাননা চৈবা-লক্লবদি মীওইবসি শাউই। করেম্নবদি অমুক্কা হেন্না চাক্কা শাউনৈ। অদুবু ফাগী ওইনা তৌরবদি লোয়ননা থরুম তৌদনা পুকচেল শেংনা ফোঙনা তৌরবদি মীওইবা শাউদে। হায়বা হৌনদবা ৱা ফাওবা হায়দুনা নাকোয়ননা অপাম্বা থবক পাঙবসু ঙম্মী।"*

খুৎই অসিগী মরুওইবা পান্দমদি নোকহনবা নত্তে। ফাগী তৌদুনা মীশিংবু মশাগী অশোয়বা উহন্নবা হোৎনবনি। শেমদোক্লবগী তাঞ্জা পীবনি। মসিদদি কান্নবা পীবদা মপুঙ ফানা মায়ওনশিল্লি।

অহুমশুবা মখলগী খুৎই অসিদি সেরিয়স ওইবা মওংগী খুৎইনি। চুম্না ফাগী তৌদুনা ৱাঙাং ৱাতাগী নুংঙাইবা পীদুনা মরক্তা পাউজেল অমদি কান্নবা হাপ্পবা হোৎনবা অদুদগী হেন্দোক্না করেম্নবগী সুর য়াওরকই। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীমচাশিংদদি হীরম অমদি থৌদোকশিং থোইদোক্না অখন্নবা ওইরকই। লৈবাক্কী ওইবা অরুবা ৱাফম, কিনিংঙাই ওইবা থৌওং, সমস্যাশিং অমদি মকোকথোংবা মীশিংগী অশোয়ববু উৎথোকপদা ব্রিট অমদি সটায়ার শীজিন্নদুনা শাফু হাপ্পি। খুৎই অসিদদি নোকপা অমদি নোকহনবগী চাংদগী ৱাখল খলহনবগী চাংনা হেল্লকই। নোকপা হন্থরকপদা সমস্যাশিংবু অপাবগী মাঙদা তাদুনা লৈহল্লি। মসিনা মীশিংদু ৱাখল খলহল্লি, অশোয়বা চুমথোকহন্নবা তাঞ্জা অমা পী। খুৎই অসিমক্তি তশেংনা কলমগী অকনবা, অফোংবা লালহৌ অমনি। শোয়রিবশিং অমদি শোয়হল্লিবশিংদা শীংনবা অমনি, মখোয়দা তম্বীবা পারা অমসুনি। খুৎই মওং অসিদনা খ্বাইদগী কনবা শাফু চেল্লি। হীরম খনবদা ৱাহৈ-ৱাতাদা অমদি মফোঙদোক্তা হেন্না শাফু কনখৎলকই; মফোঙদোক নৎত্রগা পাউদমদা করেম্নবগী সুর অমা ঈরোয়নরকই। অদুনা খুৎই অসিগী পান্দম অসি অৱাংবা থাক্কীনি। খুৎই অসিগী শাফু কনখৎলকলিবসু মতাং অশ্বাইদনি।

* মণিপুরী অমদি মণিপুরী : ৱাখল মতেক মতেক, এলাংবম দীনমনি, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল ১৯৯৬, লা : ৩

লাঞ্জং অসিগী মায়পাকপগী মঙাল ফাওরক্লিবনা নোক্লুবা হন্থরকপদা লুরবা ফীভম অমা পুক্লিংদা খঙফাও ফাওহল্লকপা মতাং অসিদনি ।

"ফাগী অসি হীরমদা তৌবসু য়াই লোন্দাদা নৎত্রগা পাউদমদা তন্নসু য়াই অদুগা অনীমক্তা পুন্না তৌরবদি তৌরিবা, ইরিবা মহাকসু তারিবা পারিবা মাসু ময়ামসু ইপেন-পেল্লি, শাউনদে শাউরবসু নোকপা ঙম্মী । অনীংবা কয়া ইফোং-ফোংনা ফোঙদোকপসু য়াই । ওমদুনা থন্না মৈসি শাথীগল্লি । অশাউবা, হৈনদবা, পামদবা কয়া ফাগীনা করেম্নবগী মতেংনা মী মপুক্লিং নাহন্দনা ইতিং তিংনা ফোঙদোকপা য়াই, ফোঙদোকপসু তাবনি নৎত্রগদি, ঈথৈ পীহৌদ্রগদি মৌখৎপা য়াই, মৌখৎপা ঈশিংনা কায়রক্লবদি শেম্মিবা শারিবা দাম কয়া নমখায়রকপা য়াই ; লালমক নৎত্রবসু নাইতোম অনী মুক্লরকপা য়াই । অশাউবসু কোক্লগে, অচুম্বা অশেংবসু হায়দোক্কে, অপাম পামদসু তমগে, চৈগে ৱারক্কে অদুগা লোয়ননা মীগী তীংসু শোকহল্লোই হায়বা তারবদি ফাগীনা খ্বায়দগী ফরবা পাম্বেনি ।"*

সমাজবু শেমদোক্লবা, অশোয়বা চুমথোক্লবা অশানবা মীৎয়েং অমা ঈরোয়নৈ । য়াম্না পোজিটিব ওইবা খোংথাং অমদা অওনবা অমগী খোল্লাও পুরি । মসিদদি ফাগীবু ফাগী ওইনা লৌবগী মহুত্তা অকনবা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা পান্দমদা খুৎথারকই ।

অইবগী ৱারীমচাশিংগী মনুংদা ফাগীনা মপুঙওইবা, নোকহন্দুনা ঙাইহাক নুংঙাইবা পীবনা মরুওইবা পান্দম ওইবা ৱারীমচা খরদি – 'খ্বাইদগী চাউবা' 'কবি চঙবা', 'পিকনিক', 'নোংমা', 'মপা-মচা','মহা লেখক্লা থাবা কৌবী', 'ইতাওনা শাবীবা ফৌশুখোং', 'শম্বল', 'মন্ত্রি ওবীরি-ও-বীরি', 'ঐখোয় খুরাতোনগী ফেনাৎকা ৱাশক্কা' অমসুং 'পকৌরা গিলাস' অসিনচিংবা পনবা য়াই । ৱারীমচাশিং অসিগী হীরমদা মীশিংগী অশোয়বা, অশোনবা খরা হাপ্লুনা ইরবসু মপুঙ ওইনা মায়ওনশিল্লিবদি, থৌদোক, শক্তম অমদি দৃশ্যাশিংবু থাবদনি মখোয় অসিবু থারকপদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাঙাং অমদি মফোঙদোক্লা অপাবশিংদা নোক্লীংবা ফাওহল্লি । নোকহনবা অমসুং নুংঙাইবা পীবনা ৱারীমচাশিং অসিগী মরুওইবা পান্দমনি । অপাবশিংবু ৱাখল খলহনবগী মথৌ থোইনা চঙদে । পাবা মতমদা ৱাহৈ অমদি ৱাঙাংশিংনা শেমগৎলিবা নোক্লিংবা শক্তম অদুনা অপাবগী থম্মোয়দা থিন্দনা পাল্লি অমদি নোকহল্লি ।

* মণিপুরী অমদি মণিপুরী : ৱাখল মতেক মতেক, এলাংবম দীনমনি, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল ১৯৯৬, লা : ৪-৫

অদুমওইনমক ৱারীশিং অসিদা পাউজেল নৎত্রগা পাউতাক অমমমদি শোয়দমক হাপ্পা থেংনৈ । মসিনা ৱারীশিং অসি ফাগীনা মপুঙ ওইবা অয়াংবা মখলগী ৱারী ওইবগী মহুত্তা কান্নবা পীবা ৱারী ওইহল্লি। 'খ্বাইদগী চাউবা' হায়বা ৱারীমচাসি মহাভারতকী ৱারীদা য়াওবা অপীকপা ৱারী অমবু অইবগী মশাগী ওইবা খুৎলম্থোক অমদা লাম্থোরকপনি । হান্নগী ৱারী মনুংগী মচাক কায়হন্দনা থম্লগা হৌজিক্কী ফীভমগা চান্নবা খরা হাপচিন্দুনা অইবগী মফোঙদোক অমদি ৱাহৈ-ৱাতানা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা থোকহল্লি, অনৌবা মথেল অমা ওইনা পুথোরকই । মরুওইবা ৱারীদি মহাভারতকী মনুংদা ভৃগুনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, লাই অহুম্ব করম্বনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবগে হায়বগী চাংয়েং তৌরকপা মতাং অদুনি । নুংঙাইনা থোক্লিবদি পাউদম অসিনি । ভৃগুগী মওং মতৌ, থৌওংশিং অমদি থৌদোক থারকপদা ফাগীগী মহাও অমা চপ চানা পীবা ঙম্মী ।

> 'মহা পাপী নৈরম্মু' - হায়দুনা ফুক হৌগৎলগা মনাক্তা যুংলিবা ত্রিসুল কা পায়বা নংদে, দুন্দুভীনে করিনে, চরিকনে-চরাংনে ত্রোং-ত্রোং, ত্রোং-ত্রোং, চ্রিক-চ্রাক, চ্রিক-চ্রাক তান্নরক্লে । ভৃগুসু মথা লোংলদুনা চেল্লি খর তান্নরম্লগা হুমাং অনপ্নি ?েথোক তৈথোক্তুনা মহাদেব মচিন্দ মুরুম মুরুম শোল্লদুনা হলহৌরে ।
>
> — খ্বাইদগী চাউবা (থরুবী, লাঃ ২১)

ফীভম, থৌদোক অমদি মীশক থাবদা মপা চাবা ৱাহৈ শীজিন্নৈ, ফাওঙ্নীংলিবা উহন্নীংলিবা, দৃশ্য অদু অপাবদা চপ-চানা ফাওহনবা ঙম্মী । নোকহনবনা মরুওইবা পান্দম ওইরবসু পাউজেল অমা অরোইবদা পীরক্লিবা অসিনা পুময়াং য়াংনা তৌবা ফাগী ওইহন্দে । কান্নববু লায়না লৌশিনহন্নবা পান্নে ওইনা শীজিন্নরি । ঙাকপিহৈবনা অথোইবা গুণনি হায়বা পাউজেল পুবা ৱারীমচানি।

'কবি চঙবা' হায়বা ৱারীমচা অসিসু নোকহনবা, নুংঙাইহনবনা মরুওইবা পান্দম ওইবা ৱারীমচানি । নৌনা লিংখৎলকপা কবি অমনা কল্পনাদা হেঞ্জিন্না ঙাওরিবা মতৌবু থাবদা নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমগুম অপাবদা ফাওহল্লি । য়াওরিবা চরিত্রশিংবু থাবদা মখোয়গী ৱাঙাং-ৱাতা, মওং-মতৌ, ফীভম অমদি থৌওংশিংনা অপাবশিংদা থিংবা ঙমদ্রবা নোক্লিংবগী ঈনোৎশিং লেপ্তুনা কারকহল্লি । শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা শৈথারিবা মীশক-মীওং, ফীভম

অমদি দৃশ্যশিংবু অপাবগী মীৎমাওদা তরং-তরংনা থোরকপগুম ফাওহনবা ঙম্মী, মসিনা অপাবশিংবু নোকহনবতা নত্তনা নুংঙাইবসু পী । মফোঙদোক অমদি পাউদম্না অপাবশিংদু চিংদুনা পুই, লেপ্তুনা পাথনিংবা, মখা খণ্ডনিংবগী লাংতক্লবা অমা পোকহল্লি।

"অসুম্না লাউরম্লগা মাঙ্গোল মথৌবুঙদা অরুম্বা খোঙফম অনী মরি কিৎ, কিৎ নেৎলম্লগা দোলাই মথক্তগী ফন চোংথদুনা য়েক্লবা তম্না গু-রুণ্ড । থাঙগী জগোই নোকপা খাঙনা য়েংনরম্বা ভাবোক পুম্নমক লীলা য়াওবা তারকপগী ফীভম উবদা শমজী খাইনদুনা য়া চেল্লি। মাঙদা তুলসিবোঙ ময়াদা লৈতানা ফমদুনা য়েংলম্বা কাঙবু খরদি চেলহৌবা হেক নংহৌদদুনা লেংলক্ত অইংপা নাচে অদুনা শেৎ শেৎ হাইথখিবদু মমিৎ অদুদা তন্দল পাই । ওনশিন্দুনা লাম্বা পাবা য়াবা মতাংদি নত্তবনিনা মহা রথী কবিগী মমাঙদা খাঙবা য়ারক্তদুনা পুরুগী লাম্মী কায়দুনা চেল্লে ।

— কবি চঙবা (থক্লবী, লা:৩৩)

পাউদম অমদি ব্রাহে-ব্রাতানা দৃশ্যশিংবু অপাবদা ময়েক শেংনা ফাওহনবা মতাং অমনি । অসিগুম্বা ব্রাহে-ব্রাতা অমদি পাউদমশিং মতাং চানা চানা শীজিন্নরি। ব্রারীমচাসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মহাওদি মফোঙদোক অমদি পাউদমদা লৈ। হেঞ্জিনবা থৌওংনা মশাগী মগুণবু ব্রাংখৎহনবগী মহুত্তা ফাগী তাহনবগী অশোয়বা অমবু পাউজেল ওইনা হাপ্পি ।

'পিকনিক' হায়বা ব্রারীমচাদা পিকনিক পার্টি অমগী অশোয়বা এক্সপরিয়েন্সপু পাউদমই । হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা থৌদোক অমগা লোয়ননা দৃশ্যশিংবু থারকপদা অপাবশিংদা নোক্লিংবা মহাও অমা পীরকই । ওইবা য়ারোইদবা শক্তম খরবু থাবদা ব্রাহৈগী শক্তিংনা অপাবশিংবু থব্রায় তানা নোকহল্লি ।

'চক্ষু কায়রবা অদুদদি কাক হেক্তা ইল্লি, হরাওনবদি উদে । তৌদর্বাদ য়াদর্বনিনা ইতৌ হেক তৌনিংদনা পেহৌ পেহৌ ময়াম চঙদুনা খুনমিন্নরে। অমদি মাগী নুপী কাদা য়েংপদু মঙাই শাউরিব্বা । মনাতোন অদু ঐখোয় মঙা খব্রাংনা গাড়ী থৌজিনবা চনগদবত নত্তে, ডিজল মাল গাড়ী অমসু থৈনবা, ড্রাইভর অদুনা হৈরবদি খুৎয়াং হোংহন্দনা থৈনবা য়াগনি ।'

— পিকনিক (থক্লবী, লা:৪৩-৪৪)

পাউদমদা অমদি ব্রাহে ব্রাতাদা শাফু চেল্লি, ব্রারী খুৎলিদা নুংঙাইরবা মহাও অমা পীবা ঙম্মী । নহাশিংগী অশোয়বা, খুজিন-থৌরাং হৈতবা লোয়ননা

নুংঙাইবা থিবদা মহাদা পাঙ্গল থৌনা হৈদোক্লিবা থৌওংদা য়াওরিবা অশোয়বশিংবু পাউজেল ওইনা হাপ্লি ।

'নোংমা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাঙাং অমদি পাউদম্বগী মওং অসি ফাগীগী অকনবা শাফু চেনবা থেংনৈ । মরুওইবা চরিত্র অমবু য়েক্লকপদা অমদি থৌদোকশিংগা লোয়ননা দৃশ্যশিংবু থাবদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অমদি খুফোঙদোক অসি মপুঙ ফানা থোকই, পীনিংলিবা ইঙ্গিৎ অমদি ঈহুলশিং অপাবগী থম্মোয়দা শাফু কন্না য়ৌহনবা ঙম্মী ।

'নুংথিল অদু তৃম্নমখৈ তুমলুরগা, লৈবাক্কী থৌবম পুনদা হিগৎলম্বা ফাওবা ফংজদ্রবা তলব অচৌবা কাঙবুশিংনা নুমিদাংৱাই নুংশিং অশেংবা চাবা থোক্লকপগুম ঐ' দো য়াম্না লেম্মদুনা হাইদোকলুই । চৎথোক্লমদায় খুদংগী মিংশেল অদু মাঙদা থাবগা য়েংল-শেন্নে, চঙশিল্লা যেংলা শেল্লা তৌদুনা ঐনা' তকপা নুঙতেক্লোৎ অসি ঐনা খঞ্জবদা সিলভবগী তেঙ্গোংমুক লংলে । হাইগংখিনা চিবাইদা লংলপ পকপা থাওবেক অদু ফদিনা তক্ল তক্লগা তকথোকপনা, মদুদা হেরমদায় নুমিৎকী মঙালনা য়েবাদ যৌবনগী ঈপাঙ্গো পাবেং হোল্লকপগী জহাজ শানৌশিংগী লাইট-হাউস অমা চংপাসমঙাই ।'
— নোংমা (থক্লবী, লা:৫৬)

ৱাঙাংদা অমদি পাউদমদা শাফু পীবা অসিনা ওইথোক্লবা শক্তম খরা শাখলদা শাগৎপা ঙমতল্লি । অইবগী ৱাহৈগী পুক্কে মকাঙ কায় ; অয়ুক নুমিদাংদা শীজিন্নবা ৱাহৈ, ৱাঙাং অমদি প্রমান কয়া হাপ্লুনা মফম চানা শীজিন্নবনা ৱারী, থৌদোক নত্রগা চরিত্রশিং অসি ওইবা য়াবা য়াদনা থিকদনা অপাবগী পুক্লিংনা লৌশিনবদা লায়না থোকই.

'করিবু হাপ্পনো মহা লাংবাইবীশিং'সিনো ! নুঙ ঙাঙা হাপ্পনা জাৎলা, লুমখবেদকো! চাউনা চাউবিবা '! পুঙয়েবা ওজা অদুবু হাপ্লবা কৈনো, থাজরক্লদুনা 'পুঙয়েবা ওঝা, ওঝা, হো ওঝা-' কৌদুনা য়েংই । য়াওদ্রে পুবগে । নোংসু য়ৌরক্কে । নুপামচানবু হে-রা ! হায়দুনা ঐগী মচিং অদু হৌরক্লনা নাকল নাম থোক থাঙ্গৎলি । ময়ুংদা থোক য়ুংখৎলগা লৱাইদা হাপকে হায়দুনা লুকথদুনা কোক্লা ঙারগা উপু মচি অনী অদু 'খুৎ নাম নামনা পায়রগা মুকপবু ইমাই ! হৌগৎপা ঙমদে । লেঙবান্না পৈথরগা চেপ্লপ হন্না হন্না মুকপবু হামেংনা খোংনাং লায়ওইরবা অমা ৱাইথেক্কে তৌবসিমঙাইখ্রে । নোংসু কনশিল্লক্কে করমনো । ঐ ঙসি চোপ্লেদো ! চোপ্লে ! ”
— নোংমা (থক্লবী, লা:৬৩-৬৪)

নুপী মমাঙদা পান্নোম তিংলুবা নুপা অমগী দশা উৎপনি। চরিত্র, ফীভম, থৌদোক য়েকপদা শীজিন্নরিবা ৱাঙাং, ৱাতা, অমদি মফোঙদোক্লা অপাববু নোকহল্লি, নুংঙাইহল্লি। নোকপা অমসুং নুংঙাইবগী ঈনোৎ মরক্তা অপঙ-থৌনানা চোপ্লা ইকায়বা নংহল্লিবা, অৱাবা তাহল্লিবা অদু অপাবদা পাউজেল ওইনা পীরকই।

'মপা-মচা' হায়বা ৱারীমচাদা য়াম্না পঙজবা, চমজবা মপা-মচা অমগী শক্তম থারকই। ওখাক্লা কিগনবা মপা-মচাগী ফীভম মুর্ত্তি শাবান, লোনচৎ শাজৎ, মফিং-মরাক, মশাওগন্নচিংবা তোপ-তোপ্পা গুণশিং থারকপদা ফাগী-গী ৱাঙাং-ৱাতা অমদি নোক্লিংবা ফীভমদা পাউদম্লকপনা অপাবদা নুংঙাইবা পী, নোক্লীংবা পোকহল্লি।

"ওঝা অমুশাংগী মনাইনুবী অহল অদুগী গর্ভদগী হেক উদয় ওইবা হৈক্রু কৌবা অমখক্তা ঙায়জরবা মচানুপা অমা লৈ। মপাগী হেক মচানি হৈক্রুদো কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে মপামক্লি শাবান্দো। মনাতোন খংনম, নাখাং খংতেক। নুমিৎ অদু ঙাক্রা, মপাদা মপা সিমঙাই। তৌবতবু মমাগী খুঙদা লৈবিঙে থা তবেং ফাগৎলকপগী অদুদা মপানা মাইশা অচৌবনিনা, মশা মশা মশকনি, লৌশিং শিংলক্রবানি কুইনা পুক্সিনবনি হায়দুনা মমা অদুদা পীজবিনা ভিলাক, শোনখ্রিবা মন্ত্র : হৈক্রু অদু লৈতানা হেক লৈবা ঙমদ্রদুনা নুমিৎ থা থাবানকা য়েংলমদবে অদুম থোকলক্রে। জন্মসু ফৌশুখোঙদা, মাইশা মাইবীকা অমত্তা দরকার লৈতল্লমদরে হৈক্রুদো। তৌবতবু মা হেক পোকপদা মমা অদু হিদাক ঙাঙ্গক অনীরোমাদ জ্ঞান মাঙদুনা পঙথে। থা খবা শুরমদবগী তৌবানি মপাগুম লাংলম শাংলমগদবনি : অদুবু মতা অমা চাখিদবদগী চাহ কুনগী অদুৱাই ফাওবদা মাগী অতেনবা লম অদুমুঙা ৱাংলগা তোক্লে।"

— মপা মচা (থক্লবী, লা: ৮৬)

ৱাহৈ-ৱাতা অমদি মফোঙদোক্লা নোক্লীংহনবা, মরুওইনা নুংঙাইনা পীরবসু অমম্বদা থাজবগী কান্নদবা থৌওংশিংবু উৎতুনা অপাবদা পাউজেল অমদি পীরি। থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাংলবা মপা অমুশাংনা মচানুপাবু ৱাংহন্নীংবদগী মাইবগা তান্নদুনা থৌ-লাং কয়া তৌরিবা অপংবা মতৌবু উত্তুনা মীশিংদা পারা ওইনা তম্বীরকই।

'ইতাওনা শাবিবা ফৌশুখোঙ' হায়বা ৱারীমচা অসিসু পাউদম, মফোঙদোক অমদি ৱাহৈ-ৱাতানা মপুঙওইনা নুংঙাইবা পীরিবা ৱারীমচা

অমনি। মরুওইনা পাউদমদা হেন্না শাফু পী। মসিনা অপাবশিংদা নুংঙাইবা পী। লেপ্তুনা পানীংবা ফাওহল্লি; মফোঙদোক্লা অইবশিংগী ৱাখলবু চেন্দুনা পুথৈ, মতাও মতাঙদা নোকহন্দুনা পোথাহল্লি –

'খন্দবদি নত্তে খল্লকো। নুংঙাইতবসু ফাওরিবনি নুংশিজব্রবী পামজব্রবী মাগী অৱাবা খুদোঙচাদবা উবদা ঐসু নুংঙাইত্রিব্বনি।

মাঙ্গোলদা শুরিঙৈ ফরম্মী, চাকশঙ অদুদা শুজিল্লকপ'দু ফাওবা খাঙলম্মী; মানা মথৌনা ফরিবসু ঐখোয়গী কাদা ঐগী মেজ ময়াদা শুম্বল অশাংবা অদু থাংজিল্লগা জাৎ-জাৎ তৌশিল্লকই। ঙাঙলুবসু য়াদ, থিংলুবসু কিতক চা যমলোন কৈবোন্নবগী মাঙদা চাং খরদি থমনিং, মনিংলোমদা ফাওরগা শম্বল চোংদুনা থোক্লকপা অনী অহুম্লক শুরে।'' – ইতাওনা শাবিবা ফৌশুখোঙ (থক্লবী', লা: ১০০-১০১)

পাউদম্মা অপাবশিংবু নুংঙাইবগী ঈচেল অমদা পুদুনা চেন্থখিননা অৱা-অনা কাওথোক্লুনা ঙাইহাক্তি খন্তদনা নোকহল্লি; চরিত্রশিংগী নুংঙাইবদা, অপেনবদা অপাবসু য়াওনা পাংশিল্লুই, হেক হন্তরকপদা হাথু হাথুনা তৌবা, লৌরাং যাওদবা থবক্কী অশোয়বনা মাঙদা তাদনা লৈরমই, নোকপা লেপহন্দুনা চঙক্লহল্লি। পাউতাক য়াওবা পাউজেল অমনি।

''পেন্নবা অমদি পেনবা চাবে। শঙ্গাবা হায়বা অদুমক তৌবে। লৈতানা ফম্লদুনা চাবসি ফজনা চাবে। হৈনজিন্না চাবে। মমৈথংদা পুখম হেক উবদা খোইদৌ মথক - মখা ওল্লকপগী মতাং অদুৱাইদা হরিনাম্না সিংহনাদ লাউবদুনা, ঐনা খুজাউ, মানা চাইশেল পায়দুনা মনীংথোঙলোমদদি থোক্লদুনা মমাঙলোমদা চেন তেংবা পোকলক্লে। যেনখা ডারীদা খৱাং লেপ্লগা ঐখোয় অনী চপ মান্নানা প্লুক প্লুক-ফ্লু।

হেক কাপ্নদা ফৌশুশঙ অদু যেং ওইনা হায়রপ লৈরম্লগা, অক্রুরনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মচিন-মনাও কাংদা হাপ্লগা মথুরা তম্না থৌখিবমক্তা ইবেন্মা বালিকানা মশম ও মনা ও লৈমায়দা হাইথবকপগুম সোরো-রোৎ সর-ধম। ঐখোয় অনী মুন্না যেংনৈ। মঙোন্দা যেংথোকখিবদা মানা মোমোন তৌরগা মিৎচী থাক-থাক খৎলকখি।''

– ইতাওনা শাবিবা ফৌশুখোঙ (থক্লবী, লা: ১০৮-১০৯)

পাউতাক অমদি পাউজেল অসিনা ফাগীগী মগুণ হাপ্লি, অনেম্বা থাক্কী ফাগী ওইহন্দে, মগুণ লৈবা অর্থ পুবা নুংঙাইরবা ফাগী ওইহল্লি।

'শম্বল' হায়বা ৱারীমচাদা মীশিংগী অশোয়বা লীচৎ খরবু ফাগীগী মওংদা উৎথোক্লবা হোৎনৈ। অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলিবা মীওইবগী মরক্তা অনেম্বা

লমচৎ চৎপা, ব্রাখল থেনবা কয়া য়াওদবা নত্তে । মখোয়গী অপীকপা ব্রাখল অমদি হন্থবা লমচৎনা মীগী শক্তমবু হন্থনা উহল্লি । অশোয়বা অসি অইবনা ব্রারীমচাসিগী মনুংদা নোক্লিংবা মওংদা ফাগী ওইনা উৎথোরকই ।

> "খুদোম্বীগা খুদোম্বীগা য়াম্না কুইনা লাউরম্মি হায় । ঐনা থুংলুবা মতমদুদদি লীলা ফনা য়াম্না হাইজিল্লম্মে। খুদোম্বী অনীদু 'সুম নকশিন 'সুম নকশিন, কক হেক থেংনরকপগী অদুদা তিল তেক তেক লাওবিদৌনা ফ্রুং হেক কাপথোক্লরক্লুনা হাইজিন্দুনা পাম্বোম মরু তাপ তাপ । খা-ব্রাং গ্রি-গ্রি। চোংশিন্নদুনা শেৎ-শেৎ । মদগী লাম্নরকপনা মশম মশম হেক পায়নখিবদগীদি উন ব্রাইমুক চিক্লা মকোক মকোক্লা য়ৈশিন্নরগা মমীৎ মনা উইশিন্নদুনা চিংনরম্বদগী খরা হেক্তিনখিদুনা ফৈদুদা দোম হাইথমিন্নরগা মশম পায়নদবা মখুৎ অনীদুনা নকখোৎ নকখোৎ খোৎনরম্না মতাং য়ৌরম্মে ।"
>
> — শম্বল (মোরাম্বী অঙাওবী, লা:৫৫)

নুপীশিংগী অথোইবা গুণ কয়া থোৎপা লৌবা, লেমজবা, ঈং-তপ্পা, পুকচেল ফাবা ঙম্বা, লীরি- খোইরিবা, ইকাই থীবা অসিনচিংবা তমজনফম অমসুং কল্লক্লফম ওইরবা শক্তম কয়া অসিগী ব্রাংমদা উরিবা নুপী থরগী অশোয়না লমচৎ অমসুং পামদবা শরুক অদুবু অইবনা ফত্তে, পামদে অমসুং চুমদবনি হায়বসি থীনা চৈবগী মহুত্তা নোক্ল-নোক্লা ফাগী ওইনা হায়রকপনি । মসিনা অপাবশিংদা অশোয়বা ফত্তবা শরুকশিংদু খঙহল্লি, উহল্লি । মসিমক অইবনা পান্দম অমনি । অপান্ননা চৈবা, হুন্দুনা ঙাঙবা নৎত্রগা অশোয়বা পুথোকপ[illegible] মীশিং অদুগী পুক্লিং নাহনবতা নত্তনা পাউতাক নৎত্রগা পাউজেল অদ[illegible] নাকোয়নখিবা য়াবগী ওইথোকপা অদুদগী পোজিটিব ওইবা লম্বেল অম[illegible] থাংজিল্লক্লবা উপায় অমা থিবনি । অশোয়বশিংবু ফাগী ওইনা পাউদম্ব[illegible] লোয়ননা অসিগুম্বা মথলগী লমচৎ অসি অচুম-অরান খঙবা নত্রগা ফত্তবা লোনচৎকী মফম লৈত্রবা মীশিং নৎত্রগা অঙাংশিংগী মফমদদি অরেম্বনি হায়বা উৎলি । তমথিবা লীচৎনা শেম্বা মপাম্বোংগী অপনবা অথিংবা (শম্বল) শিং অসিনা অশেংবা থম্মোয়শিংদা শোকহনবা ঙমদে হায়বা পাউজেল অসিসু শাফু লৈনা হাপলকই –

" - ইতা, শরেংসি কয়া পীগে ?
যোল্লিবী শমদেনবী অদুনা মমীৎ-মনা লংখত্নুনা লোন্না তহা তহা খুম্মী - হাই !
লোন্না ঙাঙউ ঐখোয়'মা তানি ।

- তার' কৈদৌগে ?
- নঙগা শান্নমিন্নরদি কোক থুগাইগনি হায়য়ে ।
ঐখোয় পাজিদি চখোকখ্রে ।
য়োনবা লৈবগী ৱা ঙাইহাক তোক্লগা অমনা নোকনীংনা হায়রকই -
- ঙরাংগীদো নুংঙাইত্রা ?
- নুংঙাই । মশম ফোয়নবদো, কো !
- অঙ, নহোইমানা ময়ানা চীকপদো ।
- অঙ । ঐখোয় বাজি মমীত্তো, শুকচাউ পোম্বা । হি-হি ।
- হি হি, .... ঐখোয়'সু হি ...... ই ...... ।"

— শম্বল (মোরাম্বী অঙাওবী, লা:৫৯)

ৱারীমচা অসিদা উর্রিবা ফাগীগী মশক অসিদি অচম্বা ফাগীগী মহাও নত্তে, করেম্নবা য়াওবা ফাগীনি । অদুমওইনমক হীরম অমদি থৌদোকশিং অসি অচৌবা, অরুবা ৱাফম ওইদবা মরম্না য়াম্না সেরিয়স ওইবা হীরমগী মনুংসু চনবা ঙমদে । মগুণ লৈবা, পাউতাক য়াওবা পাউজেল পুবা ফাগীগী মনুংদা অৱাংবা ফাগীনি ।

'মন্ত্রি ওবীরি ও-বীরি' হায়বা ৱারিমচাসি মরুদা ফাগীনা মপুঙওই, নোকহনবনা মরুওইবা পান্দমনি । ফীভম, দৃশ্য অমদি ৱাঙাংশিংদু উৎলকপদা ফগা পুবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং শীজিন্নরকপনা অপাবশিংবু নোকহল্লি। মরুওইবা থৌদোক য়াওদে অদুবু পাউদম্না মপুঙফাহল্লি। চরিত্রশিংগী অশোয়বা ফীভম অমদি মওং-মতৌ থারকপনা মরুওইবা শক্তমনি । ওইথোকপা য়াদবা নৎত্রগা ওইথোকপা য়ারোই হায়না খনবা ৱারীগী মতাং অমদি দৃশ্য কয়া য়াওরবসু মফোঙদোক অমদি পাউদমগী নুংঙাইবনা ৱারীবু পুদুনা চৈথে, অপাবসু ইন্নদুনা চংমিন্নে ।

"শৈহৌ ঈশৈ হেক লোইবগা, কৌশিল্লকপদা, ঐখোয়গী হেড মাষ্টরনা তরাম্না ওকপগী ভাষন পীনবা চঙশিল্লকই । হেক কাম্ব্রোরকপগী অদুদা মাইক্রোফোনগী তিংলিবা তরা অদুদা লৌশিন্দুনা খংতু তুশিনববু দা-ম ! ঈরোয়ননা তুথরকপা মাইক্রোফোন অদুনা ওঝাহনগী শম পারপ তৌরবা লৱাই লেম্ফু অদুদা-দোপ! অৱাংবদা থেৎলিবা মাইক অনীদুদা কয়া হেক হৌনা তারে। মাঙগী শরেংদা ফম্মিবা বার্তোন ফংদুনা লেঙঙকপা খরদু নত্তনা অঙাং ময়ামদু চপ মান্ননা-ৱা !

তুমিন লৈখিদে। ওঝা অহন্না কৈসু তৌদবা শারদুনা হৌগৎলগা মাইক্রোফোন তম্না চঙশিল্লকপদু চফু থুগাইবীদা ফৈনা হাইদোরকপদু ঙাই।"

— মন্ত্রী ওবীরি ও-বীরি (লাইরেল মরীশ্নোং, লা:৬-৭)

নোক্নীংহনবা, নোকহনবা অমদি নুংঙাইহনবদা মপুঙওইনা মায়ওনশিল্লবসু ৱারী মনুংদা অতোপ্পা শক্তম অমা ফুমদুনা পুই। সমাজগী মনুংদা উবা, থেংনবা অরোনবা থৌদোক অমবু নাকোয়ননা উৎনবা হোৎনৈ।

"ঙমদ্রগা অদুম পোত্থারো।" সেক্রেটরী অদুনা অরোনবা অধিকার অমা কোকগোম্না পায়রগা হায়খিবগুম তৌই। ঐনা চিংনরপ য়েংথোকাখবদা মন্ত্রীনা মথা চীক্লপ মমীৎ কুপখিগুম তৌই। ঐনা উত্রে হায়বসি মা খঙখিগুম তৌই হায়বসি মানা ফুক হৌখৎখ্রগা "ওজা লেঙখ্রো ঐখোয় হয়েং মতমচানা লাক্নে।" হায়বম্মগা খংচ চঙখিবগী অদুদা খল্লকক্কুম তৌই। থোরকপদা একাগাড়ী শো গাংনা হাংনা খনখি -

- অধিকারসিবু পীবা ওইরিদ্রা লৌবা ওইবিদ্রা!"

-- মন্ত্রী ওবীরি ও-বীরি (লাইরেল মরীশ্নোং, লা: ৩)

অরোনবা শক্তম অমবু ইঙ্গিং ওইনা উৎপগা লোয়ননা অসি চম্না অরোনবা লমচৎ চৎলিবা মীওইশিংদা মীশিংনা য়েংলিবা থাজদবগী মীৎয়েং অমদি ফাওরিবা ৱাখল অদু উৎলি। ইনৎ-নত্তবা, ওঠবা য়াদবা, পংনা থোকলোইদবা থৌদোক অমা শাগৎতুনা মদুদা ওইথোকপা যাবা, থোকপ য়াবা থৌওং অমবু উৎলিবসি অইবগী পান্দর্মান। পাউজেল অমবু হাপ্লবা হোৎনবনি, অশোয়বশিংদা লংনবা, করেম্নবা মীশিংদা থাজবা মাঙবগী, থৌচং চিংনবগী য়াবগী ৱাফম অমা উৎলি। হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা থৌওং অমদগী কন্না হন্দোকলিবী মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবী মন্ত্রী নুপী অমদা ওন্না-তৈনবা ৱাখল অমদা চিংনবা উৎলিবসিনা মীয়ামগী থৌরবা মীৎয়েংগী খুদোংথীববু তাকলি। অরোনবা তৌরিবশিংদা পারা অমনি, ইঙ্গিং অমসুনি।

'ঐখোয় খুরাতোনগী ফেনাৎকা ৱাশক্কা' হায়বা ৱারীমচা অসিসু মীশিংগী ফত্তবা লমচৎ, হৈনবী অমবু ফাগীগী মওংদা পাউদমদুনা অপাবদা নুংঙাইবা পীবগা লোয়ননা অশোনবা লমচৎপু চিংথোক্কুনা উৎলি। মীওইবনা মশাগী কান্নবা থিবদা নত্তবা পাম্বে তৌদুনা অতোপ্পগী মপোৎ-মরলদা মিতাবা অমদি তাঞ্জা ফংবদা লৌনবা হোৎনবা অসি থাদোকপা ঙমদবা অমা ওইরি হায়বা

উৎনবা হোৎনৈ । ঈশ্বরগী মফমদা লাক্লিবা মীশিং ফাওবা তাঞ্জা ফংবদা মীগী মপোৎ-মচৈ লৌনবা হোৎনরিবা উৎলি । গোবিন্দগী মন্দিরদা লাই খুরুম্বা লাক্লিবা মীশিংনা খোঙউপ, শেন্দল মাঙবগী অৱাবা তত্তনা থেংনরিবদু ৱারীসিদা নোক্লিংবা মওংদা পাউদম্নকই । থৌদোকশিং অমদি পাউদম্না অপাবদা নুংঙাইনা থোকহল্লি, নোকহল্লি অদুবু নুংদা পাউজেল অমদি পুরি । মীওইবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা অশোয়বা লীচৎ অমবু উৎলিবসি পাউজেল অমনি, মীশিংদা খঙহনবনি, উত্থনবনি, নীংশিংদুনা মশাবু চেকশিনহন্নবা ইঙ্গিৎ পীবনি, অসিগুম্বা লীচৎশিংদগী লাপথোকহনবা পাম্বনি ।

" প্রসাদীরো ? হোবেল নুংদাং থোংদবা য়ারদ্রা ? ইচানুপানা নোকফেৎ তৌদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই । মমানা য়েন্দাই অদু হৈদোবকই । ফেনাৎ অমনবা তরামুক ব্রোপ ব্রোপ তারকই । শউম হাইবপ ফংদুনা য়েংথোকখিবদা খুরাতোন অদু থোঙ্গাল্লোমদগী হুমাং মরক অদুদা মঙক নোম্ম-নোম্মদুনা চীং লেম্না হাইজিল্লকই । মখুত্তা লৈচাপ য়েন্দাই অহনবা অমা পায়বকই । খুরাতোনগী মায়থোঙদা অপেনবগী মঙাল অমা ফাওবক্কুম তৌই । ঐ বেবী অমা লৌখত্নুনা চম্মী ।"

– ঐখোয় খুবাবোনগী ফেনাৎকা বাশক্কা (মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র, লা:৬০)

অনীশুবা মখলগী খুৎই হায়বদি সমাজগী সমস্যাশিং, মরুওইবা হীরম, থৌদোক অমদি মীশিংগী অশোয়বনচিংববু ৱারীমচাগী মরুওইবা হীরম ওইনা লৌখৎলগা অশোয়বশিং অমদি ফত্তবশিংদু ফাগীগী মওংদা ফোঙদোকপা মখল অসিগী মনুংদা থম্ব য়াবা ৱারীমচাশিংদি -- 'নুঙজাও', 'শিগ্রবা', 'তিঙ্গাকোক', 'লুংশ চিঠি পরেং', 'ঐগী রেডিও', 'লুহোংবগী অহিং', 'নোংথক খোংনাং', 'পেনাসন', 'চুমথাঙ মখোঙ', 'গোবিন্দনে সনানে নুপীনে', 'হুইনাও হুইজাও অদুগা তরপোন', 'হৌদোং মচা অহুম', 'কমিশনগী কমিশন্দা কমিশন্না', 'মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র অসিনচিংবা পনবা য়াই । ৱারীমচাশিং অসিদা হীরম, থৌদোক অমদি চরিত্রশিংদা শাফু পীরকপা থেংনৈ । অচম্বা থৌদোকশিং লৌখৎপগী মহুত্তা মতমগী সমাজদা থেংনরিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অমদি সমস্যাশিং লৌখৎলকই, মীশিংগী চরিত্রশিং য়েকপদা মীওইবগী, মরুওইনা মতমগী মীশিংগী অশোয়বা, ফত্তবা লমচৎশিংবু পুথোক্নুনা য়েক্লকই । ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাঙাং অমদি পাউদম্না অপাবশিংদু নোকহন্দুনা নুংঙাইবা ফাওহল্লবসু ৱারীগী মনুংদা অর্থ

মখল মখা কয়া অমসু ফুমদুনা হাপ্লকই। মসিনা ৱারীমচাশিংগী পান্দমদা নুংঙাইবা পীবদগী কান্নবা পীবদা হেন্না মায় ওনশিল্লকই। মপানগী ওইবা শক্তম অসিগী মরুমদা নুংগী ওইবা অতোপ্পা অর্থ কয়াসু পীরকই অমরোমদসু মফোঙদোক্লা অপাবশিংদা নুংঙাইবা পীরি।

'নুঙজাও' হায়বা ৱারীমচাসি নুংদা অর্থ ফুম্বা ফাগী অমদি নুংঙাইনবা মওংদা ইবা ৱারীমচা অমনি। ৱারীগী মীংথোল অসিমক সিম্বোলনি। অইবনা পীনিংলিবা অতোপ্পা অর্থ অমদা ৱারীগী পরীংনা নুংদা ফোঙদোক্লি। লমদমসিদা লৈরিবা মতমগী মীশিংগী তোঙান-তোঙানবা মীওই মখলশিংগী অশোয়বা নৎত্রগা অশোনবা শক্তমশিংবু উৎনবা হোৎনৈ। লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা অকনা সমস্যা অমা মাঙদা তাদুনা লৈরবদা মদুবু মতম চানা কোকওন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা অমগা অমগা মোৎ মান্নদবা থোরকপদগী ৱারোই অমা পুরকপা ঙমদ..., খন্ন-নৈনবদা মায়ওনশিন্দুনা লৈথোকপদগী সমস্যা অদুনা হেন্না লূবা সমস্যা ওইরকপা অসিগুম্বা অরুবা ফীভম অমবু ৱারীমচাসিগী নুংদা ফুমদুনা উৎলি। রাজনীতিৱালাশিংগী অশোয়বা, সমাজ সংস্কার তৌরিবশিংগী অশো..., লাইরিক লাইশু-হৈরবা ইন্টেলেকচুএলশিংগী নামত য়েংবা মীৎয়েং, ... শাস্ত্র খঙ-হৈরবা পণ্ডিতশিংগী অখুবা মীৎয়েং অমদি মীচম প্রজাশিংগী ...ঙনা হৈবা ৱাৎপা, মশাগী দায়িত্ব থৌশাদবা কয়াশিংনা থোকহল্লিবা অচৌবা অশোয়বশিং অসি ফাগীদা মওংদা নুংঙাইবা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নদুনা ইরিবা ৱারীমচা অসিগী মনুংদা ফুমদুনা হাপ্লা। অরুবা সমস্যানি; অচৌবা ৱাফমনি। সমাজগী মনুংদা লৈরিবা মীওই মখল কয়াদা থিন্দুনা অশোয়বা কয়া হায়রি, নাকোয়নবা ৱাহৈনা হায়রকপনা মরম ওইদুনা অপান্ননা হুনবা, চৈবা ওইনা উহন্দে, মসি অইবগী পান্দমনি। নাকোয়ননা হায়রবসু পান্দম ওইরিবা মফম অদুদদি চাওনা চৈফু পীররি, মসিনা খুৎই অসিগী মায়পাকপনি।

"নাক য়েৎকী লম্পাক কয়াদা ফিবাল মখল মখলগী মখাদা মিটিং মনম মনম তৌরকই। অদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী লমদম অসিগী মশাগী ওইবা লম্লেন্জদা পুক্নিগী ময়ি ওইরিবা সোরোক অসিদা অসিগুম্বা অপনবা অচৌবা অমা লাকপসিদি য়ানীংদে ... । য়ানীংদবগী মরম মথং মথং পীরকখি; অমাঙ-অতা কয়াগী হৌজিক হকথেংনরিবা অমদি হকথেংনরকপা য়াবা শক্তম মথং মথংসু পল্লকখি। অপুনবা

খুবাক পরীং অমনা ভাষন অদু ৱাখৈখি । মপান অমদি মনুং কাঙজৈবুঙগুম্বদা য়াম্না তোয়না মিটিং তৌখি, তৌরি । ভাষন অয়াম্বা বন্দে মাতরম্না হৌরগা জয় হিন্দনা লোইনখি । ৱারেপ কয়া লৌখি; মিটিংগী অরোইবদা পাথোক্লখি । মরুওইবা থৌঙাক লোয়শঙগী মমাঙদা সভা-যাত্রা চৎনসি হায়বা অমদি তাহৌই । মথংগী নুমিত্তা ফিরাল অমদি অইবা চে কয়ানা মাঙজিন থাবা সভা-যাত্রা চৎখি ; য়াম্না শাংই হায়না ঙাঙনখি ।"                                                    — নুঙজাও (তিংখংলৈ, লা: ৬৩)

সিম্বোলীক ওইবা ৱাহৈ ময়াম শীজিন্নদুনা নুংগী অর্থ অমদি মীওই মখলশিংদু ফুমদুনা থম্মী । ৱাহৈ খরতনা অর্থ য়াম্না ফোঙদোকই । মফোঙদোক অমদি ৱাহৈ-ৱাতানা অপাবদা নুংঙাইবা পী, পানীংহল্লি।

'শিখ্রবা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা মতমগী মীশিংগী মীৎয়েং অমদি ৱাখল্লোন্দা লৈরিবা অশোয়বশিংবু উৎপগা লোয়ননা অফবা অমম্লং অচুম্বগী মফম মাঙশিল্লকপা উৎলি । হৌজিক্কী মীশিংনা লৌনরিবা অথোইবা মী হায়বগী ৱাম্বোক অসি মপাম্বোংগী ওইবা লমজৈনা ওল্লগা লেপ্পা মগুণ অদুদা চৎনখ্রে; অশেংবা অফবগী মশক্তি কনানসু খণ্ডনদ্রে হায়বা ৱাফমসি পুখৎলি । ওইরক্লিবা গোংলক্লিবা য়াওল অসিদা নুংনাঙবা পোকলি । মীয়াম্না অচৌবনি, অথোইবনি হায়না ব্যবহার উৎলিবসি মীয়ামদা দান য়াম্না তৌবা ঙম্বা মীওইশিংবুনি । মীশিংনা মখোয় অদুগী লন-থুম করম্না তানখিবনো, অচুম্বা লম্বীদা তানখিবরা, নৎত্রগা অরানবদা তানখিবরা হায়বদু খন্থরুদে, দান তৌবা ঙল্লবদি অথোইবনি হায়না অয়াম্বনা খন্নরকপগুম তৌই । অমরোমদা মীয়ামদা দান তৌবা ঙমদবা অচুম্বা চৎপা মীশিংনা মায়খুনা লৈ। মখোয় হিংলিঙৈ মতমদসু মীশিংগী থাগৎ ৱাহৈ তাবা ফংদে, শিরবা মতুংদসু ফংদে । ফীভম অসিবু পামদবা অমদি য়ানিংদবা মীৎয়েংশিং ৱারী অসিগী খুৎলাম্বোক্তা অসিগুম্বা মখলগী খোঞ্জেল থোকহন্দনা নাকোয়ননা ফোঙদোরকই। পাউদমদা ৱারীগী খুৎলিদা নুংঙাইনবা মওংদা লীরকপনা কন্থা-করেংননা থোক্লবা অরুবা সমস্যা কয়াবু অপাবদা নুংঙাইনা থোকহল্লি, ৱারী অসিদদি ৱাহৈদগী হীরম অমদি পাউদমদা হেন্না শাফু পীখি –

" জজ - হরিশ্চন্দ্র বাবু হৌজিক করি হায়নীংলিবা ?

হায়গদবগী হায়গদবা ঙাক্তা; অদুবু মফম চারিব্রা ! মক লুকথদে । অকোয়বদা অমুক্তং লৈদুনা য়েংলকখি, ঙাইহাক্তং উন-ৱাইমুক চীকখি । শোক প্রকাশ ওইরম্বসু

কনানা খঙবা। নাগরিক অমগী ইজ্জৎ মাঙহল্লে হায়বগী অনৌবা ব্রাকৎ অমনা অচিকপা থুগাইহ্রকখি। থবক তোকহনবা অমদি তোকপা তাখি। জেল অমদি জরিমনাদি কোকপীখি হায়না তায়।" —শিগ্রবা (তিংখংলৈ, লা:৭৯)

অচৌবা ব্রাকৎ অমবু পাউদমগী মতেঙনা অনৌবা শক্লোন অমদা ওম্লোরকই। খঙহৌদনা হৌরকপা নোংহৌগা শাগোন্নরকপা অহৌবা অখাক-অরাওগী খোঞ্জেল নত্তে, কুম পুবা নোংহৌনা পুরকপা নীন্দুনা লৈবা থনুংগী খোঞ্জেল অমা ফুক্কৎলকপনি। মসি মফোঙদোক অমদি পাউদম্না পীবা ফলনি। শাওরবা ফাওবদা শাওদবা মান্না ফোঙদোরকই, লুরবসু লুই হায়দনা নাকোয়ননা খঙহল্লি। পাউদম অসিদা নুংঙাইবা মহাও চেল্লি, তোপ-তোপ্পা খুৎলাম্লোক অমনি।

'তিঙ্গাকোক' হায়বা ব্রারীমচাদা মীওইবগী করাম্বা, লন-থুমদা মীহৌবা অসিনচিংবা অশোনবা শক্তম অমা উৎনবা হোৎনৈ। লন-থুম মিহৌনবদা অপোকপা মপাগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংনা খাঙেনফমদা তাদুনা লৈরিবঁদো মচাশিংনা উংখৎনবগী শক্তম থারকপদা সেরিয়স ওইনা পাউদম্বগী মহুত্তা ব্রাহে অমদি পাউদমদা হেন্না শাফু পীদুনা দৃশ্যশিংবু মিত্তা শং-শং উহনবা মওংগী পাউদমদা অপাববু নুংঙাইহল্লি, লোনচৎশিং অমদি পুকচেলশিংদু অপান্নবা চৈবগী মহুত্তা নোক্লিংবা মওংদা পাউদম্লকই।

'য়াইমদু পীং লাউখ্রমাল্লে' 'নঙনা পীদবদি ঙমগদ্রা' হায়রম্মগা ফন চোংশিনখি। তাপ-তাপ কোন্নৈ। মশা মউ হাইরপ মান্নে। অহানবদা মুন্নবগী মওং ওইনা তৌরম্বদগী মখুৎ চান্ননা হেক্তা থোক্লরে। য়াইমনা কৈফাবু লোংনা নমশিল্লগা খোঙজিন্দা মকোক অদু মশমদা পায়রগা ময়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা ঙং ঙংদুনা শুখি। মচীনবান্দা ইখেঙ চেম্বুরকপা উনবদা ময়াম্বা মনাও পুল্লপ হোৎচিন্দুনা শেক্তোক-ফাক্তোক তৌনৈ। ময়াম মরক্তগী ফৈকা শৎ নাম্লোক লিখোক্তুনা ইমুংদা হোৎচিনখি; ময়াম খোইনা খঙনহৌরমদবা য়াই; খুগ্রী লংত্রিক লংবা অমা পায়রগা লাউ খোংদনা অমুক চেম্বুরকই। মচীন-মনাওশিং শমজী খাইদুনা চেম্লোক্লে।"—তিঙ্গাকোক (তিংখংলৈ, লা:১০৩)

মীওইবদা য়াওবা তমথীবা লীচৎকী শরুক খরবু উৎলি। উৎলিবসিদা অশোয়ববু নোক্লবগী, করেম্নবগী খোল্লে অমা য়াওরবসু মপুঙওইনা হীরম, থৌদোক উৎপদা মায় ওনশিনখি।

'ঐগী রেডিও' হায়বা ৱারীমচাদা রেডিও থোরকপা কুইদ্রিঙৈ মতমদা অহনবা রেডিও অমগী মপু ওইরবা নুপা অমনা মহাক্কী রেডিও অদুদা ঙাওজবা, মীশিংদা মদুবু লেন্ননীংবগী মতৌবু নোক্নীংবা মওংদা পাউদমদুনা অপাববু নুংঙাইহল্লি লোয়নননা মতমগী সমাজদা লৈরিবা মীশিংগী থাজনীংঙাই লৈতবা থৌওংবুসু ৱারী অসিদা উংথোক্লবা হোৎনৈ। পাউ-চেগী খুৎথাংদা এডভর্টিজমেন্ট তৌরকপা অনৌবা রেডিওগী কম্পনী অমদগী থৱায় তানা লৈরুবা রেডিওনা থাজবা মাঙহনবীবতা নত্তনা মীশিংগী মমাঙদা চোপ্লা ইকায়বা নংহনবগী থৌদোক অমা উৎলি। মসিনা মীশিংগী এডভর্টিজমেন্টতা ঙাওবা, থাজগনবা লোয়নননা ইন্দষ্ট্রি তৌরিবশিংনা পোৎকী মগুন য়ৌদবা পোৎ কয়া কারবার তৌনবা হোৎনবদা মীয়ামদা হেন্না থাজহন্নবা মওং কয়াগী এডভর্টিজমেন্ট তৌদুনা অহেনবা শেন্দোং তান্নবা হোৎনবগী থৌওংশিং উৎলি। পাউদম্বগী মওং অমদি শাজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতানা অশোয়ববু হকথেংননা হায়বগী মহুত্তা নাকোয়ননা ফোঙদোরকই। ৱারীগী মপুঙ ফাগৎলকপগা লোয়ননা অইবনা উৎনীংলিবা ৱাফমশিংসু তপ্না তপ্না আপাবশিংদা ভাব তাহল্লকই।

'নুংশি চিঠি পরেং' হায়বা ৱারীমচাদা অইবনা পামজবা মীওইবগী মরী অমদি শকখঙনবগী মশক অমা হাপ্লবা হোৎনৈ। মপানগী ৱারী, ৱাহৈ, ৱাঙাং অমদি পাউদমদা মপুঙওইনা নোকপা অমদি নোকহনবদা মায়ওনশিল্লবসু নুংগী ফজরবা শক্তম অমদি ফুমদুনা অরোইবদা অপাবগী খুত্তা খুৎশিন্নবা হোৎনৈ। মতমগী মীশিংনা মপানথোংগী ওইবা অরং-অরাক, শক-চু-ফীজেৎ-লৈতেং, মপান্থোংদা মতৌ মালহলবা, ফত্তবা কয়া ফুমজিল্লগা অফবা মান্নবা হোৎনরিবা অমদি অদুগুম্বা মপানগী মশকশিংদা মিৎ-না থকউবদগী নুপা নুপী কয়াগী য়ুম্বানবগী পুন্সিদা নীংঙমদবা পোক্লরকপা অসি থোক্তনবগীদমক অমনা অমদা পুকচেল শেংদোকপা, শেংহনবা মথৌ তায় হায়বা ৱাফম অমা ফোঙদোকলি। মসিনা নুপা-নুপীগী য়ুম্বান পুন্সিগী মরী শেমগৎপদা হেন্না মপুঙ ফাবা ওইগনি হায়না ফোঙদোক্লি। অসিগুম্বা মরী অসিদা তঙাইফদনা চঙবা থাজনবগী মশকপু হেন্না ময়েক শেংহনগনি হায়বসি অইবগী পাউজেলনি।

'লুহোংবগী অহিং' হায়বা ৱারীমচা অসিসু ফাগীগী মওংদা নোকহন্নবা অমদি নুংঙাইহন্নবা মওংদা পাউদম্বা মখলগী ৱারীমচানি। ৱারীমচা অসিদা

পুখৎলিবা সমস্যাদি লমদমসিগী নাক-য়েৎতা হিংলিবা মীশিংগী ৱাখল্লোনগা মরী লৈনৈ । লমদমসিগী অরিবা থাজনবীদা মচানিঙোলশিংবু লুহোংবগী অপাম-পামদগী হক অসি মপা-মমা ওইবশিংনা পায়শিন্দুনা থম্বদগী মচাশিংগী মফমদা নীংবা কায়হনবদা নত্তনা মসিগী মায়োক্তা লেপলকপদগী ৱাথোক কয়া থোরকপা অদু উৎলকই । পাউদম অমদি ৱাহৈ ৱাতাদা নুংঙাইবা পীবা অমদি নোকহনবা ওইরবসু চৎনবী নৎত্রগা ৱাখল্লোন অসিদা ৱাহং হংলিবা, করিগুম্বা ইঙ্গিৎ খরা পীরিবা খুৎই অমনি ।

"-ফরে ! অদুদি অথেঙবসিদা নুংঙাইরোই । থিনবিগে থাওমৈ অমা লৌরুখিগে, নঙ তুমিন্না লেপ্পম্মু ।

- য়ারনি করি কান্নবা ৱারনি পোত্থাবিহৌরো ।

হায়বন্নগা তোম্বী লৈরক মতা য়েংলগা চরাম্নরবা নোংশানা থাদোকপিরক্লবী শজি অমোমগুম মশাবু মশানা থাজবা য়ৌনা কাউরদুনা থোকখরে । চমগে লৌথোকপা চুরুট অদুদা, অমম্বা মরক অদুদা, মুন্না য়েংলগা ফৈজাও, তোম্বীনা চৎখিবা মায়কৈদা তপ্লা লৈদুনা য়েংলকখি । ঙাইহাক য়েংলুরগা মমিৎ খজিক উইথরগা মথন্তা য়াম্না থোয়না মোমোন তৌখি । ফৈজাওগী মতাং অসিদা তৌখিবা মোমোনগী অর্থ শুক্রা মল্লবা অহিং অদুতনা খঙখিসনু ।" — লুহোংবগী অহিং (থক্লবী, লা: ১১৮)

অহল লমন্না হায়না শিংনদুনা লুহোংবগী কন্যা অমনা লুহোংবগী অহিং... বরগী ময়ুমদগী মহাক্কী নুংশিজবা মীশক অমগী মনাক্তা লোন্না চেনখিবগী ৱারী... বর অদুনা থেংনদুনা থেমই । নুপী অদুগী ফীরেপ খঙলবা তুংদা বর অদু... কৈন্যা অদু থাদোকখি । মতাং অসিনা পীরিবা পাউজেল অচম্বা নত্তে, সমাজ... মথক থোংবা মীওইশিংগী পুক্লিং ৱাখলদা চুদুনা লৈখ্রবা অচৌবা মীৎয়েং অমা মায়োক্তা অচৌবা রায় অমা পীরকপনি । য়ুম্বানবা অমদি লুহোংবদা লুহোংগদৌরিবশিংগী মশাগী হক শীজিন্নজনবগী নীংতম্বা অদু খুৎশিন্নবনি । মরুওইনা নুপীওইবীশিংদা মদুগী হক অদু শীজিন্ননবগী থৌনা হাপলকই, মীকপ থোক্লবা ইঙ্গিৎ অমনি । অচৌবা পাউজেলনি ।

'নোংথক খোংনাং' হায়বা ৱারীমচাদা লমদমসিদা তোয়না থোকপা, থেংনবা তোকঙাগী মশক, করিসু লৈতবা ৱাফম অমবু চীম্থাং পাউদা অচৌবা ৱাফম অমা ওম্হোক্লুনা লৈবাক লাঙহনবা, অয়ুক-নুমিদাংগী পুন্সিদা অকায়বা থোকহনবগী থৌওংশিংবু নাকোয়ননা উৎনবা হোংনৈ । লোয়ননা লৈবাক্কী

অঙম-অথৌশিংনা পান্নবদি করিসু লৈতবা অপীকপা ৱাফমশিংদু লৈবাক্কী ৱাথোক ওইহন্নবা হোৎনবা মেন্টেলিটি অদুবুসু নাকোয়ননা উৎপগা লোয়ননা মথকথোংবশিংগী অশোয়ববু খুৎ হল্লক্লোইদবা মখা থাবশিংদা থংজিনবগী থৌওংবু য়ানিংদবা উৎলি । পাউদম অমদি ৱাহৈ-ৱাতাদা ফাগী পুরবসু নাক-য়েৎকী সমস্যা কয়াবু উৎলিবা ৱারীমচা অমনি । 'পেনসন' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু অইবগী পাউদম্না নোক্লীংবা অমসুং নুংঙাইবা পীরবসু মতমসিগী অফিসৱালাশিংগী চুমদবা থৌওংশিংদু নাকচেৎনা য়ৈরগা চৈরকই । ওফিসশিংদা ফমলিবা কর্ম্মচারীশিংনা মথৌ নীংথিনা তৌদবা, ওফিসতা লাক্লিবা মীশিংবু মতেং পাংবগী মহুত্তা হেন্না অৱাবা মায়োক্লহনবা, শেল য়াওদ্রবদি ফাইল প্রোসেস তৌবীদবা অসিনচিংবা অশোয়বা কয়াসু ৱারীসিনা উৎলি ।

"- ইবুংঙোখোয় নহোয়সে, ইপানা লাল্লক্কবা শেংলবদি নকো ।

- খুবাবু ?

- খুরা শাপ অমা হঙ্গৎলমগে ।

- এ ! করি ৱানো খুবা নচাশিংদবো !

- খুরানা লাঞ্জবক্কবা শেংলবদি, নহোয়সে পেনসন লোইনা ফংবফাওবদদি থবক তৌবা অদুগা মতুংদা কুইনা তেক্কে কায়দনা হিংবা ওইয়ুকো ।

খুরাবু খুরাবু । ওইজগে ।" -- পেনসন (ইমৈস্নি তৌরসুনি হঙ হঙ, লা:৫৬)

পেনসন ফংলবা, থবক্কগী পোথারবা অহল অমগী ৱাহৈসিদা মতমসিগী কর্ম্মচারীশিংবু থম্মোয়শোক্লা চৈবগী খোঞ্জেল অমবু করেম্নবা ৱাঙাং অমদি ফাগীগী ৱাহৈশিংগী মনুংদা ফুমদুদা হাপলি, নাকোয়ননা চৈবনি, মচেক্লা য়ৈবা ৱাঙাংনি। 'চুমথাং মখোঙ' হায়বা ৱারীমচাদা অইবনা লমদমসিদা চৎনরিবা দেব কর্ম্মদা খুৎচাও থাদুনা পাঙথোক্লরিবা থৌরমশিংবু উৎনবা হোৎনৈ । ঈশ্বরগী মিংদা অরেম্বদা, অর্থ থোক্কবা মওংদা কা-হেন্না কৎপা, অহেনবা চৎনবী কয়া হাপচিনবা, পোৎয়েং পোৎপাং পীনবদা অরৈবী খুৎথাবা, পালাদা শেল থাবগী চৎনবী, অচা-অথক্তা খুৎচাও থাবগী চৎনবী কয়া অসি ফত্তে, চুমদে, মসিগী কান্নবা লৈতে হায়বদু উৎপদা, শেমগৎলিবা ৱারী অসিবু অইবনা নুংঙাইবা মওংদা লেংশিল্লকই, নোক্লীংবা ৱাহৈ ৱাতা অমদি পাউদম্না ফাগী

মহাও চেলহল্লি অদুবু মরুওইরিবদি নৈবাক্কী ওইবা তুংদা অকায়বা কয়া ওইরকপা য়াবা চৎনবী অসিবু হন্থনা খন্নবা, নৈন্নবা পুখৎলকপনি ।

মথক্কী ৱারীমচাশিং অসিদা সমাজ মনুংগী নাক-য়েত্তা থোকপা থেংনবা থৌদোক-ৱাথোকশিংদু লৌখৎতুনা উৎলকপদা ফত্তে, চুমদে হায়বগী মীৎয়েংশিংদু হাপ্পী । ৱাহৈ-ৱাতাদা তাবা নুংঙাইবা, নোক্নীংবা কয়া হাপ্তুনা ইবনা ফাগী পুবা ৱারী মচা ওইহল্লবসু হীরমশিং অমদি মফোঙদোক্লা সমাজদা অমদি মীশিংদা মতমগী সমাজগী ঈহুল খঙহন্নবা হোৎনৈ । অশোয়বশিং খঙমিন্ননবা খোঙথাং অমনি ।

অহুমশুবা মখলগী ৱারীমচাশিং হায়বদি সমাজগী অরুবা সমস্যাশিং, অচৌবা থৌদোক-ৱাথোকশিংদু হীরম ওইনা লৌখত্তুনা ফাগী অমসুং করেম্নবগী মওংদা ফোঙদোকপা মখলগী খুৎইশিং অসিদি তশেংনমক লাঞ্জং অমনি, অনৌবা মায়ওন অমগীদমক ইঙ্গিৎ পীবনি, রিভোলুসনগী খোঙথাং অমনি । ৱারীমচাশিং অসিদদি মমাঙগী খুৎইশিংদা সমাজগী সমস্যাশিং লৌখত্তুনা মদুগী অশোয়বা ফত্তবশিং উৎপা অদুগী মথক্তা হেন্না সেরিয়স ওইবা মফোঙদোক্তা হেন্না কনশিনবা পান্দম অমদা চঙশিল্লকই । ৱারীমচাশিং অসিদদি হীরম অমদি থৌদোকশিং য়েকপদা ৱিট শীজিন্নদুনা হেন্না মনুংহনজিন্না, হেন্না সেরিয়স ওইনা উৎলকই । সমস্যাশিংতবু উৎপগী মহুত্তা অনৌবা লম্বেল কয়াগী ইঙ্গিৎসু উৎলকই । ৱারীমচাশিং অসিগী তোপ তোপ্পা মশক্তি ফাগীগী মথক্তা করেম্নবগী স্বর অমা ঈরোয়ননা য়াওরিবা অসিনি । থীনা হায়বগী মহুত্তা ফাগী ওইনা হায়নবা হোৎনৈ । অচৌবা অশোয়বশিংবু চৈনীংবদা করেম্নবনা মহুৎশিন্নবা হোৎনৈ । 'য়োংচাক পান্থী', 'থ্রু প্রোপর চেনেল', 'তোলেন কমিশন, শ্রীসিংহগী বিদায় সভা, ' ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ', 'থিঙেল দাম, নাশিখোং অমদি', ' গাড়ী কসিদেন্ট', 'লাইরেল মরীম্নোং', 'মন্ত্রিনাউ লুহোংবা', 'কমিশনগী কমিশন্দা কমিশন্না', 'লাইকিলি'অমদি 'উচি অপুম্বা' হায়বা ৱারীমচাশিংদা মওং অসিগী খুৎই, ৱাহৈ-ৱাতা অমদি মফোঙদোক উবা ফংই ।

'য়োংচাক পান্থী' হায়বা ৱারীমচাদা লমদমসিগী ৱায়েলশঙগী অশোয়ববু করেম্নদুনা ইরকই । করিসু নৈতবা অপীকপা কেশ মচা অমা ফাওবা লোইশিনবা

ঙমদে । মীরোল অমা চঙনা কেশ শোক্লবদা মায়কৈ অনীগী ৱাকৎ থাঙ্গৎলিবা মীশক অনীমক্কী পুন্সিনা অচুম্বা অশেংবা রায় ফংগনি হায়বগী থাজবা মাঙলকই, মসি থোকপসু থোকলিবনি, অসিগুম্বা অশোনবা শরুক অমবু অইবনা থৌদোক-মচা খরগী মনুংদা হাপ্লবা হোৎনৈ । য়োংচাক পাম্বী অমগী ৱাহৌদগী য়ুমলোন্নবা মচীন-মনাও অনীগী রায় ফংদ্রবা কেশ অমা শুরোল ফংলবা ফাওবা শোক্লবা উৎলি ।

'থ্রু প্রোপর চেনেল' হায়বা ৱারীমচাদা লমদমসিগী লৈঙাকলোয়শিংগী দায়িত্ব য়াওদবা থৌওংবু করেম্নদুনা ইরি । প্রজাগী ৱাকৎ তাবীনবা মী লৈতে, মরম অমা নৎত্রগা অমা হায়জিন্দুনা দায়িত্বদগী লৈথোক্লবা হোৎনৈ । অসিগুম্বা মীওইশিংবু অপান্ননা চৈবগী মহুত্তা নাকোয়ননা করেম্নরকই -

> "মরি লৈন নৈনবা মিনিষ্ট্রিদা তোঙান তোঙান্না থাগদবনি অমদা পুনশিনবা য়াদে ।
>
> মখাদা তৌরম্মিবা সোইদি মশক খঙদে । চেনা অদু হাংদোক্লুনা য়েংউবদা মাগী চে অদু, সোই মযাম্না খজিক্ত ফাওবা হাঙবা লৈতনা, তগৎ তগৎ তেক্লা তেক্লা লৈরম্মে । থোক খুমজিল্লগা কোইকক কোইকক য়েংঙমগুম তৌই । অদুগা চেথী-চেকুম থাদনবা থুমোক অদুদা শংত্রিক য়েংখি ।'
>
> – থ্রু প্রোপর চেনেল (তিংখংলৈ, লা: ১০৯)

ৱাকৎ তাবীনবা লৈত্রবা লমদমসিদা পেন্দবা কয়া ফুমদুনা লৈরিবা প্রজাশিংগী নুংদা চৈরিবা মীচৈ অমা মতাংসিনা ফোঙদোকই । দায়িত্ব লৈত্রবা ৱাকৎ কয়া তাদুনা লৈরিবা, মসিনা সমস্যা কয়া থোকহল্লিবা অদু নুংদা ফুমদুনা হাপ্পি ।

'তোলেন কমিশন' দা লমদমসিদা লৈরিবা মীওইশিং লৈঙাকলিবা লুচিংবা অঙম-অথৌদগী হৌরগা সমাজ সেবা তৌরিবশিং, লাইনীং লাইশোলদা কংথোক্লবশিং, নাৎ য়োকখৎতুনা মরৈবাক সেবা তৌরিবশিংগী মোরেল উৎনবা হোৎনৈ । মরুওইনা মরৈবাক নীংবগী নামাদা লৈবাক ঙাকপগী ফম পায়রিবা রাজনীতিৱালাশিংগী মোরেলবু শাথিনা করেম্নবা মওংদা উৎলি । মশাগী মরন্নাইগী পুন্সিবুনা লুনা লৌবা, লৈবাক্কী অরুবা সমস্যাশিংবু করিসু নাচুংদনা লৈথোকলিবা থৌওংশিংদু ফোঙদোকপদা করেম্নবগী অকনবা খোঞ্জেল

ঈরোয়নরকই, অপান্নবা চৈদ্রবসু অদুগুম্বা হঙ্খবা মোরেল চেনবা, মরৈবাক নুংশিবা শাবা ফম পায়বশিংবু মীমাঙদা চিংথোক্লুনা করেম্নরি –

‘তোলেন সাহেব । মসি সুমদৌবা, অসি মানা করিনাইবু, তোলেন সা’বনা হেন্না খঙবিরিবদুনি, ইমাগা পাজিগা অহল ওইবাইদুবু ঙসি হয়েং খঙদ্রবা জাৎনি । ইচা নিপাল অসিনা অপীকপসু খায়বোক অমা । ইচননুপী অহুম ঐনা লুহোংবিবা তাবনি. ইথৌদাং অসি পাঙথোকপা হৌ’ফাও হৌদ্রি হায়জরিবা । অদু ঐদি রাজনীতি য়াওরকপসু কুইজদ্রি ; হন্দক্তসু কাজবনি, হায়দি ইথকথোংবা নেতা ওপার অমা লৈরি ; মসি মনুংনি হায়দনা হঙ্গোইদবগী হায়বা রানিকো । অতৈদসু ‘সুমদৌনা ঐগীদা চঙঙুই হায়বসিসু, হায়দি সীবী হাই ! বহাদুর কৈনোদো, অমা খাইগী মহাক থংবা রেক্তদগীদো হৈরকউ ।” – তোলেন কমিশন (তিংখংলৈ, লা: ১২৩)

রাজনীতি তৌবা, ভোট লেপ্পবু মশাগী মরন্নাই নুংঙাইনবা ওইনা খনবা, মশাগী ইমুঙ মনুং, মরী মতা শেম্বদা মরুওইনা লৌবা, লৈবাক্কী অরুবা ব্রাফমপু নাথৈদুনা থম্বা রাজনীতি ব্রালাশিং অমদি ফম্নাইবশিংদা অকনবা ইঙ্গিৎ অমা পীরকই । মখোয়গী অশোয়বা অমদি থৌশাদবনা লমদম অসিবু ফুক্রুৎ ওন্নরোইদবা মওংদা শোকচিন্নকলিবা ফীভম অসিবু পুন্নমক্কী মাঙদা চিংথোক্লুনা থম্মী ।

“ কায়রে কায়রে ...। লোইনা শিরে ! ঐগী রিপোর্টতা ? তোলেনগী রিপোর্ট ? .... চুম্মী ! ঐ চৎলগে ...। ইচা, ঐগী নুপী

শ্যামা, ইবেম্মা । ঐনা ........ !

নোংমতদা লৈবাক্কী তুরেল মরীমক তোঙান তোঙানবা

মফম মঙাখক্তা কায়রে । নোংনা লেপ্পা লৈত্রি ।

- হা ! তোলেন কৈদৌরবা ?

- কৈনো’মা তৌখ্রে !” – তোলেন কমিশন (তিংখংলৈ, লা: ১৩০)

মরৈবাক মরমদমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা, মরৈবাক য়াইফনবা খনবা মীওই অমত্তা লৈত্রবনা লমদমসিগী হীরম পুন্নমক্তা অরুবা সমস্যা কয়া লাক্লিবা কাং-খোং চাইহল্লিবা ফীভম অসিবু য়াম্না সিম্বোলীক ওইবা ব্রাহৈ অমদি ব্রাঙাংশিংনা সেরিয়স ওইনা ফোঙদোরকই । মসি ব্রিটনি ।

'শ্রী সিংহগী বীদায় সভা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা সমাজদা মরুওইরিবা থৌদাং য়ারিবা মীশক অমগী চরিত্র য়েক্কুনা লমদমসিগী মকোকথোংবশিংগী নুংদা ফুমলিবা অতোপ্পা মায়থোঙ অমগী মায়খুম হাংদোক্লবা হোৎনৈ । ঙসি লুচিংবা ওইনা অচৌবা ফম পায়দুনা লৈরিবা শক্লাইরবা মীওইশিংগী মনুংদা লৈবাক মীয়ামগী অমদি সমাজগী য়েক্লবা কয়াসু য়াওরি । মখোয়না পায়রিবা শক্তিগী মতেংনা মশাগী ফত্তবা, অশোয়বা কয়াদু কুপশিন্দুনা থম্লগা মপান্দা অফবা শাদুনা লৈরি । মসি মীশিংনা খঙদবা নত্তে অদুবু মখোয়দু কিবদগী নৎত্রগা মীশিংগী মশাগী অশোনবনা মরম ওইরগা ফোঙদোকপা ঙমদে, খঙশিন্নদে । অসিগুম্বা মীওই মখলশিংগী মায়খুম হাংদোক্লবা হোৎনৈ । মিত্র কৌবা অফিসার অমগী থবক্তগী পোত্থাবগী থৌরমগা মরী লৈননা মহাক্কী মাঙগী অরোনবা লীচৎশিংবু অইবনা ফিজং মরুমদা লোন্না ফোঙদোরকই । শেঞ্জা-থুমজা তৌদুনা থবক হাপ্পা, শেল লৌরগা নিয়ম লান্না প্রমোসন পীবা, নুপীবু মমল য়াওদনা খনবা, মন্তিক্লবা অসিগুম্বা মীওই অমবু মীশিংনা থোইদোক্লা ঈকায় খুম্নবা পীদুনা থম্লি, মহাক্কী অশোয়বা, অরানবশিংদু হায়বগী মহুত্তা অশেম্বা থাগৎ ৱাহৈ পীদুনা ঈকায়খুম্নরি । মসিদা উরিবা নাকল অনীমক্কী অশোয়বশিংদু করেম্নদুনা ইরি । 'মিত্র' অসি মীওই অমখক্কী মহুৎশিনবা নত্তে, মায়খুম উপলিবা অচৌবা শক্তি পায়বা মতমসিগী মীওই কাঙবু অমগী মহুৎশিনবনি অদুগা মিত্রগী অশোয়ববু খঙন-খঙনা ফুমজিল্লগা ওইদবা গুণ পরেং অমা থাগৎ ৱাহৈ ওইনা মীমাঙদা হায়রিবা ওফিসকী কর্ম্মচারিশিং অসিনা লমদমসিগী মচিন মেনবিখ্রবা মীচম প্রজাশিংগী মহুৎশিনবনি । অচৌবা ৱাফম, অরুবা সমস্যা অমবু ৱিট শীজিন্নদুনা ফুমদুনা পুথৈ, নোক্লীংবা ৱারী ওইনা পাউদমই । মসিনা অপাবশিংদা পন্দনা চঙহল্লি, মসি অইবগী পান্দমনি ।

'ইমৈসুনি, তৌরাসুনি হঙ হঙ !' হায়বা ৱারীমচাদা লমদমসিগী ফম্নাইবা মন্ত্রী অফিসকী থবক তৌবদগীনা থবক লৌরিবা থিকাদারশিংগী অঙকপা থৌওং কয়াবু উৎলি । লৈবাক্কী লম্বী থোং শেমগৎনবা, শেমজিন্নবা কায়থবা শেনফমশিং অচৌ-মচা শক্তি পায়বশিং মান্নরগা হাইহৎপদগী লৈবাক্কী ফীভম্না নোংমা নোংমগী শোকচিল্লকলিবা অদু উৎলি । থবক তৌবগী মহুত্তা শেল লৌথোক্লগা চেদা রিপোর্ট ফজহনবগী চৎনবী অমদি অচৌ-অশাংশিংনা মসিবু কুপশিন্দুনা

থম্মলিবা অসিগুম্বা অচৌবা অশোয়বা অমদি নমথাক্কী থৌওংশিংদু ফোঙদোরকপদা অইবনা ফাগীগী ৱাঙাং-ৱাতা অমদি পাউদম্না নোক্লীংবা পোকহল্লবসু থৌওংশিং অসিদা চেন্নবা মীওইশিংদু করেম্নবগা লোয়ননা নাকোয়ননা চৈরি, অশোয়বশিংদু থিন্দুনা তাকলি —

'ঐনা খুমখি মাগী পোইরৈ য়েংদুনা অদুগা ঐগী ওইনা খনবদদি ইতিহাসকী বিভাগকুম্বা, জিওলোজীগুম্বগী শরুকসু মানগুম তৌই । তৌবগীদি মীয়াম তিনবগী হায়রববদি কলা অমদি সংস্কৃতিগী লোয়শঙগা তংন-থানবা য়াদ্রবা মরী অমা লৈরমগদ্রা হায়বসি খল্লদবা ঙমদে -ইপানাৎ ইপুনাৎকী ৱাফম অসিমসু লায়থোকপা ইয়ামক য়াদ্রি । মন্ত্রীজী অদুনা করম্বা লোয়শঙদবু থারমগবা ! মাগী দরখাস্ত অদুদা কোর্ট ফী-মক নপত্রবসু এম্যুজমেন্ত টেক্সকী টিকেৎ অনী মরীদংদি নপ্পনা চুম্মিদ্রা !

—ইমৈসুনি তৌরাম্বনি হঙ হঙ (ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ,লা:৬৪)

লম্বী থোং শেম্নবা শেনফম লান্না শীজিন্নথোক্লিবা মন্ত্রী, অঙম অথৌ, ইঞ্জিনিয়ারশিংগী থৌওংশিংবু করেম্নবগা লোয়ননা নাকোয়ননা চৈবা ৱাঙাংশিংনি ।

'থিঙেল দাম, নাশিখোং অমদি' হায়বা ৱারীমচা অসিসু মতমগী সমাজদা উরিবা অচৌবা অশোয়বশিং অমদি অচৌবা সমস্যাশিংবু ফাগীগী মওংদা পাউদম্বনি । শাবা লোইবদা ঙায়রিবা শঙ্গাদ্রিবা দাম নীংখায়বগী ৱাথোক অমবু ৱারীগী মচাক ওইনা লৌখৎলি । লমদমসিদা তত্তনা থেংনরিবা থবক তৌবদা, শেমগৎ-শাগৎপদা ক্বালিটি য়ৌদবদগী থোকপা অশোয়বা থৌদোকশিংদু পুথোক্তুনা উৎনবা হোৎনৈ । লৈবাক্কী ওইবা লন-থুম কয়া লান্ন-শীজিন্নথোকখিবদগী লায়রবা মীচম প্রজাশিংগী ফংফম থোকপা চাকথুং ফীথুং ফংহন্দনা লৈরিবা অমরোমদা অরানবা পাম্বেনা হাইহৎলিবা শেলশিংনা মথক থোংবশিংগী ফুরিখাও চোনখিবা অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা লৈবাক্কী সমস্যাশিংবু ৱারীসিদা উৎলি । দায়তা লৈরিবশিংদা অপান্ননা চৈবগী মহুত্তা মচেক্লা য়ৈরগা নাকোয়ননা করেম্নরকই -' - বড় মন্ত্রীনা হায়বিরিবদুবু নাশিখোং হায়বরা থিঙেল দাম হায়বা ওইবিরবরা ?

- হোয়নে থিঙেল দাম হায়বনিনে ।

- হোয় ! নাশিখোংদি লৈতবা। লৈতবা দাম অমা নীংখায়....

- নীংখায়ববু লৈতবা নীংখায়গদ্রা ! হা ! অরৈবদু নীংখায়রে ।

ঐনা হায়বদি নীংখায়নবা লৈহল্লিব্রাইবা ! লুপা ক্রোর ক্রোর অসিবু

ফাগীরো ! পায়খৎকদবা থৌরম কয়া থম্মগা অদোমগী মায়কৈনি হায়দনা য়াখিবা নৎত্রা ! হৌজিক করি শারে শেনসু মাঙগে থবকসু ওইদ্রে প্রজাসু মমা উরে। ঠিকা পীবদা মুন্না য়েংলগা পীবা য়াদ্রা । করি শারে । নে নে তৌবা থোক হৈবা কাঙবুদা মীৎ উইশিন্নগা শিন্নবিরুরৈনি ।

— থিঙেলদাম নাশিখোং অমদি (ইমৈসুনি, তৌরাসুনি হঙ, হঙ, লা:৯৬)

'গাড়ী একসিদেন্ত' হায়বা ব্রারীমচাদা লমদমসিদা চৎনরিবা গনতন্ত্রগী লৈঙাক পথাপ অসিগী অশোয়ববু করেম্লরকই । মীয়াম্না খনবা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকপা গনতন্ত্রবু লৈবাকসিগী অমদি পৃথিবীগী অতৈ লৈবাক কয়ানা আশা কয়াগা লোয়ননা লাঙতক্লনা ঙাইনরুরগা শাসন তৌরিবশিংগী অশোয়বা অমদি অশোনবা কয়ানা মরম ওইরগা পুন্নমক্কী নীংবা কায়নীংঙাই ওইরক্লিবা অসিবু অইবনা নুংনাংবা ফোঙদোকই । গনতন্ত্রগী নুংগী ব্রাখল্লোন্দা ফজবা কয়া লৈরবসু শীজিন্নরিবা কাঙবুনা হৈতবনা অমদি লান্না মমায় চুমখিবনা অশোয়বা কয়া থোরক্লিবনি হায়বসি ব্রারীমচা অসিদা উৎনবা হোৎনৈ । ব্রাহৈ-ব্রাতা অমদি পাউদমদা ফাগী পুরবসু মরুওইবা পান্দমদি রাজনীতিগী লুরবা সমস্যা অসিবু উৎনবা হোৎনর্বনি ।

"অহানবদা ঙংঙকই হৌনা; নোংমদোন খোঙচৎকী খোঙহৌদা মীরৈবাক ইরৈবাক্কী স্পেস সেন্তর্রশিংদা কমদৌনরম্বা য়াবা হায়বগী মমি তারমগনি । গাড়ী অদুনা খজিক্ত লেঙবা হৌরকপগী অদুদা মহোয় হুমফু অদুনা লৈনরকপা কক্লরকপা স্তারিং অসি মহানি । খজিক খক্তা নত্তে মথরাই খুবাক্তা হাপ্লুনা মুক্লরকই । মপা-মপাদা লৈবা থোঙনা ওদসু মখুৎ-মখুৎ অদু থিন্দুনা মহোয় মহোয়না চৎকদবা মায়কৈ তমদুনা সাইন-তৌনরকই খুদোম্পীনা খুবীনা খুৎয়াইনা, কনা কনাগুম্বগা খুবাক খুতুম খুনম্না তৌনবসু য়াওই । গ্যারগীনা করি ওইরিবা হায়বদুদি, খন্নরুবা শঙদে অদুগা মখোনদি অসুম অসুম হৌগৎলকই । অয়েংবশিং মনা মেনশিন্নরকই, মমীৎ উইশিন্নবসু য়াওরকই । অহল খরদি অঙাংমচাদৌনা মমীৎ-মনা লংখৎলকই । ঙাইহাক লৈরগা গাড়ী, অদু খপচোং খপচোং চোংলকই । ময়াম শমজী খাইদুনা কায়নৈ । গাড়ী খপ্লি ।

— গাড়ী একসিদেন্ত (ইমৈসুনি, তৌরাসুনি হঙ হঙ, লা:১০২)

অফোংবা ব্রাহৈ শীজিন্নবগী মহুত্তা সিম্বোলীক ওইবা ব্রাহৈশিং শীজিন্নদুনা পাউদমলিবা মওংনা অপাববু নোক্লিংহল্লি, নুংঙাইহল্লি । নুংদা ফুমলিবা শক্তমদি

লমদমসিগী লৈঙাকলোন্দা লাক্লিবা অশোয়বশিং ১দি হৌরকফম মরু অদু উৎপনি, অচৌবা ৱাফমনি।

'লাইরেল মরীম্বোং' হায়বা ৱারীমচা অসিসু মতমগী সমাজদা থেংনরিবা মরুওইবা সমস্যা কয়াবু উৎপগা লোয়ননা সমস্যাশিং অদুবু কোকহন্নবা অনৌবা লম্বেল কয়াগী ইঙ্গিৎ পীরিবা খুৎইনি। ৱাহৈ-ৱাতা অমদি মফোঙদোক্পা ফাগীগী মহাও পীদুনা অপাববু নুংঙাইহল্লবসু মপুঙদা সেরিয়স ওইবা ৱাফম কয়াবু পুখৎনবা হোৎনরিবা ৱিট য়াওবা ৱারীমচা অমনি। ৱারীমচা অসিদা অর্থ লৈবা ৱাঙাং ৱাতা কয়া শীজিন্নদুনা অপাবশিংদা অরুবা সমস্যা কয়াবু উহল্লি, খঙহল্লি। মরুওইবা সমস্যাদি লৈঙাকলোনগা মরী লৈনবা অশোয়বশিংনি। লুচিংবশিংগী অশোয়বশিং, মীচম প্রজাগী ফত্তবশিং, মদুদগী থোরকপা সমস্যাশিংবু থিন্দুনা তাকপগা লোয়ননা অনৌবা অফবা মীরোল অমগীদমক অনৌবা অওনবা সাসন অমগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বসি ইঙ্গিৎ তৌদুনা উৎলি। অদুবু অওনবা পুরকপসু অরায়বা নত্তে হায়বসু উৎলি। শোয়রিবা লাল্লিবশিং অসি চুমথোক্কে হোৎনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে, মরাল লৈরবসু লৈঙাকপশিং অসিনা শক্তিগী চুপ্পী পায়রিবা মরম্না অওনবগীদমক হোৎনরুবা মীশিংদু মরাল কয়া পীরকপা য়াই হায়বসি ইঙ্গিৎ তৌরি। ৱারী অসিদা সমাজগী ওইরিবা ফীভমবু মুন্না খঙলবা নৈনবনা অহল অহুম্না চঙশিনবা শান্তিগী খোঙজংবু অঙাওবগী চোয়রোল ওইনা লৌদুনা অহল অহুমবু ৱাখলগী লায়েংফমদা থমজিনখিবা অসিনা মতমগী মীশিংদা অচৌবা ইঙ্গিৎ পীরি। 'লাইকিশি' হায়বা ৱারীমচাদা মতমসিগী রাজনীতিৱালাশিংগী অশোয়বা অমদি লৈঙাকলোনগী মশক উৎনবা হোৎনৈ। ৱিট, হ্যুমর অমদি সতয়ার পুন্না য়াওরবা ৱারীমচা অমনি। ৱাহৈ-ৱাতা অমদি মফোঙদোক্পা ফাগীগী মহাও অমা পীরবসু মপুঙ ওইবা পান্দমদি সমাজগী মরুওইরবা সমস্যা অমবু উৎনবা হোৎনবনি। ৱারীগী মনুংদা অতোপ্পা অর্থ কয়া অমা ফুমদুনা অপাবশিংবু ৱাখল খলহনবা, লৈবাক্কী ওইরিবা ফীভমবু খঙহনবগা লোয়ননা লুচিংবশিংগী অশোয়ববু চিংথোক্নুনা উৎনবগী পান্দমদা চঙশিল্লকই। পাউদমদা অশোয়বশিংবু করেম্নবগী সুর অমা ঈরোয়নৈ দায়িত্ব লৈরিবশিংদা মশাগী মরাল খঙহন্নবগী ইঙ্গিৎ পী।

"খরগী মতম লৈরগ; শরীক খীংলকই ; খুন্দিন্নবগী পাউ ফংনৈ । শেমজীনবা নংহৌদ্রবা মান্দোপ্তা লোইনা চঙনরকই । অনৌবা ফিজোল অনৌবা ফীওং অনৌবা মচুনি । কুদামসু অনৌবা ! মীওই হান্ন হান্নগী মাল্লী । অমনা কাব্রংনা য়োম্বা ময়োম অচৌবা অমা থোক্লগা লাউরক্কনি সনাদ সনানি । অমনা খুম্মক্কনি নুঙদা নুঙনি পুঙনুঙ নুঙনি । ফৌ-পরেং লেংবা লংলাদা লাইকিশি তাই ।"

— লাইকিশি (লাইকিশি, লা: ১৬)

মতমগী রাজনীতিৱালাশিংগী মোরেল, ঙাইহাক লৈতনা দল হোংদোক হোংজিন তৌবা ; অনৌবা দল, অনৌবা মেনিফেষ্টো শেন্নগা মীশিংগী ৱাখল মীৎয়েংদি হোংদবা রাজনীতি তৌবা মীশিংগী অঙকপা মোরেলবু করেম্নদুনা, শিংনদুনা ইবা মতাংনি ।

'উচী অপুম্বা' হায়বা অসিসু ফাগীগী মওংদা ইবা, অপাবশিংবু নোকহনবা, নুংঙাইহনবা পীবা মখলগী ৱারী মচানি । ৱারীমচা অসিগী মপানগী মহাওগা নুংগী অর্থগা মান্নদে । ৱারীগী মনুংদা অতোপ্পা অর্থ অমা পীবগা লোয়ননা করেম্নবগী মহাও অমা পী । মমা মপা অমদি মচাশিং (মচানুপা-মচানুপী) পুন্না লৈবা ইমুঙ অমগী য়েনখা, থোঙনাও মপাদা উচি অপুম্বা অমা লৈবা কুইরে। মদুগী নমথিবা মনম্না মখোয় পুম্নমকপু লৈবা ঙমহন্দরে, নে-না তানা মথৌ তৌবা য়াহন্দরে ; উচি অপুম্বা অমা লৈরে হায়বদু পুম্নমক্লা খঙই, মদু লৌথোক্লগা হুন্দোকখ্রবদি নুংঙাইত্রিবদু শোয়দনা ফগনি হায়বসু খুদিংমক্লা খঙই অদুবু অমগা অমগা থঙজিন্নদুনা লৈ, নোংমগী মথৌ মথৌদা মায় ওনশিন্নৈ; হল্লকপা মতমদদি ৱাফম অসিগীদমক মিটিং তৌগনি, খন্ন-নৈনগনি, থবক্তি ওম্লোক্তে । মসিদা ৱারী লোয়শিল্লি । মপানগী ৱারী অসিগী নুংদা ফুমলিবা অর্থদি লমদমসিদা অচৌবা সমস্যা কয়া থোরকপা মতমদা লমদমসিগী প্রজাশিংনা মশাগী দায়িত্ব অমত্তা লৌবা ঙমদে, লৌদে । মরন্নাই পুন্সিনা হেন্না মরুওইনা লৌখিবদগী লৈবাক্কী ওইবা সমাস্যাশিংনা অচৌবা চৈথেং পীরকপা অদু উৎপগা লোয়ননা দায়িত্ব য়াওদবা লমদমসিগী প্রজাশিংগী ৱাখল্লোনবু করেম্নরকই, অশোয়বা ফত্তবা কয়া খঙলবসু, উরবসু খঙশিন-উশিন্নদনা লৈথোকলিবা মীশিংগী থৌওং চুমদবনি হায়না থিন্দুনা তাকপই, লোয়ননা লমদমসিগী অফবা চাওখৎপা ওইহনবা অমদি শেমদোক শাদোকপা হায়বসি প্রজা ঐখোয়গী

থৌদাংনি হায়বদু থিন্দুনা তাকলি । ৱারীসিদা য়াওরিবা সেক্স ওফ হ্যুমর অসি ৱাংই ।

অইবগী ৱারীমচাশিংদা ৱারী, থৌদোক অমদি চরিত্রশিং য়েকপদা ফাগী পুবা ৱাহে ৱাতানা নোক্লিংবা অমদি নুংঙাইবা পী । নোকহনবদা মফোঙদোক অমদি পাউদম্না মপুঙওইবা থৌদাং লৌই । থৌদোকশিং অমদি দৃশ্যশিংবু অপাবগী মীৎতা হেক উবগুম ফাওহনবা ঙম্মী, ৱাহৈগী শক্তি কল্লি। ৱারীমচা অয়াম্বদা সমাজগী সমস্যাশিংবু উৎনবা হোৎনৈ ; চুম্না উৎপদা নত্তনা মদুবু মীশিংদা খঙহন্নবগী লোয়ননা চুমথোক্লবগী ইঙ্গিৎ পী । অসিগুম্বা মতাঙদদি ৱিট অমদি হ্যুমর শীজিন্নদুনা হায়নীংলিবা খঙহন্নীংলিবা ৱাফমশিংবু অপাবগী নুংদা ফাওহন্নবা হোৎনৈ, মচেক্তা য়ৈরগা হায়বা ৱাঙাংনা অর্থ কয়া পীরি, অপান্ননা হায়দ্রবসু নাকোয়নবা ৱাহৈশিংনা দায়িত্ব লৈরিবশিংবু ফোংনা চিংথোরকই, থিন্দুনা তাক্লকই । মসি ৱাহৈগী শক্তি অমদি মফোঙদোক্কী ফলনি । মসিমক খুৎই অসিদা থমলিবা অইবগী পান্দমনি । ৱারী খুদিংমক্তা পাউজেল, অমমম নৎত্রগা পান্দম অমমম য়াওই । পাউজেল নৎত্রগা পান্দমশিং অসি নাকোয়ননা লৈদুনা ফুক্কৎলকই। নাকোয়নবা ৱাঙাং, নায়োকনবা পাউদম অসিমক অইবগী ফোঙদোক্লবা পাম্বৈনি, নাকোয়নবা মহাও অমা পীরক্লিবসি অইবগী খুৎইগী লমথুংনি ।

---

## অরাম্বম বীরেনগী উপন্যাসতা
## মুক্নবগী মশক

মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকার অমা ওইনা মশাগী ফমফম অমা কঞ্জবা ঙমলবা অরাম্বম বীরেন সিংহগী (১৯৪৭) কলমদগী মতমগী পুন্সিগী মমি তারবা উপন্যাস কয়া পুথোকখ্রে। মহাক্কী উপন্যাসশিং ৱারীগী খৃৎলি, লমচৎ য়েকপা অমদি মরুওইবা পান্দম কয়াসি মণিপুরী সাহিত্যদা মশাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা পুদুনা লেপ্পা ঙমই। উপন্যাসশিংদা মরুওইবা পান্দম অদু য়ৌনবা ফুক্কৎপদা শাগৎলকলিবা মুক্নবগী মশকশিং অসিনা উপন্যাসকী মরুওইবা ৱারীবু পুদুনা লেপ্লি। অদুনা মহাক্কী উপন্যাসশিংদা মুক্নবগী মশক অসিসু মরুওইবা শরুক অমনি।

মহাক্কী 'পদ্মিনী' (১৯৮১) হায়বা উপন্যাস অসিদগী হৌদুনা ৱাখল্লোন [illegible] মুক্নবগী মশকময়েক শেংবা হৌরকই। উপন্যাস অসিগী মরুওইবা ৱারীগী [illegible] অসি মতমগী সমাজদগী লৌখৎপনি। উপন্যাসসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইরিবী পা[illegible]নাগী পুন্সিনা ৱারীগী মরুওইবা মফম কল্লি। অদুগা পদ্মিনীগী পুন্সি ৱারীবু চিংদুনা পুথরিবনা আনন্দগী থম্মোয়গী মশক অসিনি। ফিদমগী শক্তমদা শাগৎলিবা আনন্দগী থম্মোয়দা মশাগী ওইবা ফিদমগী অচেৎপা ৱাখল্লোন অমা শাগৎপা হৌরকপা মতাংদগী মুক্নবগী মশক থোকপা হৌরকই। মুক্নবা অসি মপাম্বোংগী নত্তে নুংগী ওইবা মশক্নি । আনন্দনা মশাগী ওইবা মীৎয়েং অমা শাগৎপা হৌরকপা মতম অসিমক্তদগী অতোপ্পা মীৎয়েং অমবু পামদবা অমদি য়ানিংদবা হৌখ্রবনি, মহাক্কী নুংদা মুক্নবগী মশক অমা লৈখ্রবনি।

"তাইবঙ মীওইবনা মানা মানা লেল্লিবা পুন্সি মরেল, থাজবা, সমাজগা মরী লৈনবা, মওং অদু য়াম্না মরনাইগী ওইবা পথাপ অমনা ওঞ্জদুনা হেক্তা অচুম্বনি হায়না

খঙবদু মহাক্না য়ানিংদে। অচুম্বা হায়বসি মতম চুপ্পদা ময়াম্না য়ানরবা ধর্ম্মগী পাউতাকশিংগা মরী লৈনবা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈশ্বরগী ওইবা মঙাল অমনি হায়না মহাক্না লৌই। মহাক্না মশানা মশাবু নমথাক তৌজবা মওঙদা অচুম্বা চৎশিন্নবা পামদে, সমাজনা চৎনরিবা মপালথোংগী অচুম্বনি হায়না লৌনবা অদুগা থম্মোয়নুংগী মথন্তা ফাওরকপা অচুম্বগী মঙাল অদুগা করিগুম্বদা য়াম্না খৈন্নে; মরম অদুনা করিগুম্বদা সমাজগী চৎনবী কয়াবু মহাক্না কন্না শীংননীংবা য়াওরকই, অদুগা অমুকসু মপূক্লিংদা মীওইবা সমাজবু কন্না পেন্দবা পোক্লকই।" — পদ্মিনী(লা : ৪১-৪২)

আনন্দগী নুংদা ফুমলিবা মুক্লবগী মশক অসিনা ৱারী পরীং শাগৎপদা অমদি প্লোট শেম্বদা মপাঙ্গল হাপ্লকই। মরুওইবা চরিত ওইরিবী পদ্মিনীদি ফিদমগী ৱাফম থৌশাদবী অমনি। মীওইবগী অফবা হায়বা অসিবু মপানথোংগী মগুন্না ওনবগী মীৎয়েং পুরিবীনি। থম্মোয়গী মরী, নুংশিবগী ৱাহম্ভোক মাগী মফমদদি য়াম্না চমই। মদু মপাম্ভোংগী ওইবা অপেনবা অমদি নাপলগা মরী লৈনৈ। মতমগী হোংলিবা ফীভমগা চান্ননা হিংনবা হোৎনবদা উপায় অমা নত্ত্রগা অমনা লীৎখৎনবা হোৎনৈ। অদুগা মহাক্তি ৱাখল খল্লিবা চরিত্রসু নত্তে। মতমগী য়াওন্দা চেম্ভরিবা কাওশিংনি। অসিগুম্বা কাওশিং ওইরবা চরিত্র অসি আনন্দগী নুংগী মুক্লবা মশক্না চেম্ভদুনা পুনবা হোৎনৈ। অগানবদা আনন্দ অসি পদ্মিনীগী শক্তী ময়াইদা ঙাওবা হৌই। মদু মহাক্কী ৱাখল লুশিন্না খন্থদ্রিবা অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক্তনি। মতম খরা মহাক্কী মীৎলমদা শক্তী ইখৌ লাংহল্লম্লগা মতম কুইনা থেংনখিদ্রে। পুন্সিগী, তোরৈ অমদা নোংমা খঙহৌদনা থেংনরকখি। আনন্দনা ওঝা ওইরিবা স্কুলদা পদ্মিনীসু ওজা ওইনবা চঙলকপা নুমিত্তুদগী মহাক্কী থম্মোয়দা তুমলম্বা নুংশিবগী ঈহুল অমুক নৌনা য়াকাইরকই। অদুবু মতমসিদদি শক্তী ইখৌ লাংবা অদু নত্তে, মসিদদি য়াম্না ৱাখল তানা পাদ্মনীগী নুপী অমা ওইবগী শুমহৎপা মতৌ, ৱাঙাংগী তানিংবা, মতৌগী নুংশিবা পূম্নমক্না অকনবা লীপুন অমা ওইনা চিংশিনবা হৌরকই।

"নুমিৎ অদুদা আনন্দসি মদ্মিনীগী মগুনগী কল্লবা লীপুন অমনা অমুক হেন্না চেৎশিন্না পুনখ্রে।" — (লা : ৪৮)

আনন্দগী নুংশিবসি ইচম-চম্না থম্মোয় ঈহুলগা ঈরোয়ননা পোক্লকপা নুংশিবা অদু ওইরক্লে। পূক্লিং লৈতানা, মশাগী ৱাখলদা লৈরিবা মীওইবগী

অফ-ফত্তগী মীৎয়েংদগী মমুৎ তানা নৈনরবা বীচারগী মশক অমগা লোয়ননা শাগৎলকই —

"মহাক্না নুপীবু নুংশিবদা আত্মাগী ওইবা অপেনবা, ঈশ্বরগী ওইবা নুংঙাইবা, থোইদোক্লা ইন্দ্রিয়গী ওইবা নুংঙাইবদগী লাপ্না লৈবা অরেপ্পা লৈতবা মওঙ অমদা পুমপেন পেম্বোক্লগুম তৌই।" নুংশিবদা ঈশ্বরগী ওইবা নুংঙাইবা লৈত্রবা অমদি অমনা অমগীদমক্তা মীত্তগী পি মরিক অমা শিঙ্কবা ঙমদ্রবদি মদু অশেংবা নুংশিবা নত্তে ; মহাক্কী য়াম্না চন্না থাজবা ব্রাখলনি। অসুম্না মহাক্না পদ্মিনীবু নুংশিবদা মহাক্কী থাজবা ব্রাখল কয়াশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা নুংশিখি।" —(লা: ৪৩)

মীওইবদা লৈরিবা অচুম-অরানগী মীৎয়েং অমদি নুংশিবগী অশেংবা মশক্কী মরমদা শাগৎলিবা ব্রাখল্লোনশিংগা মসিগী ওন্ন-তৈনবা মীৎয়েংগা মুক্তবগী মশক অসি অহানবদা মহাক্কী নুংদা চত্থরকই। মশাগী ব্রাখল্লোন অদুনা মহাক্কী পূক্লিংদা মপাল মরা তারকই। পদ্মিনীবু অমুক হন্না অনৌবা মায়থোংগা লোয়ননা থেংনবা মতমদুদগী ব্রাখল্লোনগী মুক্তবা অসি মপান থোক্লকই। আনন্দগী নুংশিবগী পান্দমফম ওইরিবী পদ্মিনীনা মহাক্কী মায়োক্তা অকনবা খূৎলাই পায়দুনা লাম্বাগীদমক লেপখৎলকই। থম্মোয়গী মরীবু শকখঙদবী অমা ওইনা চাওখৎলকই—

হন্দক্তি পদ্মিনী ঈল্লিবা ফিগী মনা অদু উরু উরু লৈরগা কযা খোয়জঙদনা মপূক্লিংগী ব্রা অদু হায়দোরকই, "শান্তি, ওঝা আনন্দ অসি নুপা মাদে মঙোন্দা তুংগী আশা লৈতে। শেংনা হায়রবদা পুম্পি চুপ্পা হায় ম্বূলগী ওঝা ওইদুনা লেল্লগদবা মী অমদা ঐগী আশা থম্মীংদে।" — (লা : ৯৩)

মসিদগী নুংশিবদা লৈরিবা খেন্নবা মীৎয়েং অনীগী মুক্তবা ময়েক শেংলকই। মশানা মশাবু থাজবা আনন্দনা মহাক্কী নুংগী ব্রাখল্লোন্দা শাদোং ওইদুনা পদ্মিনীগী মফমদা হায়জ-নোঞ্জরকই। মহাক্না নোঞ্জরিবগী মতীক পদ্মিনীগী থম্মোয় কনশিনখি, মহাক্কী মীৎয়েং হোংবা লৈতে। পদ্মিনীগী অচেৎপা ফীরেপ্তা আনন্দগী থম্মোয় নীংবা কায়বগী পনখৈ য়ৌখি।

"আনন্দ নুমিৎ অদুমুক নীংবা কায়বা, থব্রায় নুংঙাইতবা মপুন্সিদা য়াওখিদ্রি। মহাক্না চন্না থাজরকই, "ঐখোয়না নুংশিজবা মীশক অদুনা ঐখোয়গী পূক্লিংবু খঙবীদুনা খরদা ওইরবসু মিনুংশি পোকপিবা য়াই।" অদুবু ব্রাখল অদু পুমচুম চুম্না ওইরমদ্রে হায়বা হৌজিক খঙলে ; মদু মাগী পুন্সিদা অচৌবা পারা অমনি।" —(লা: ৯০)

আনন্দগী পূক্লিংদা অকনবা চৈথেং ফংহনখি। অরেপ্পা ব্রাখল্লোন অমগা লোয়ননা থৌনা লৈনা লেপ্পুবা খোঙফমদা অচৌবা শাফু পীরকই।

> "মহাক্কী থম্মোয়দা মতম কুইনা য়োক্লকপা নুংশিবগী চার অদু কনাগুম্বা অমনা ফুক্কুনা লংশেকখিবগুম, মাগী হাকচাংদা অনৌবা ঈ অমা চেল্লবগুম, মতম শাংনা মঙলানগী জগত্তা লৈরম্বা মনি অদু মঙফাওনরকপদা খৃত্তা লৈরমদবগুম, থৌদোক কয়াগা মরী লৈননা শাগৎলুবা আশা কয়া খুদক্তা মরু ফংনা মাঙখিবগুম মাগী মপূক্লিংদা ফাওবা হৌরকই।" – (লা: ৯১)

পানগী মুক্রবদা আনন্দ পাদ্মনীগী মফমদা মায়থিরে, নীংবা কায়রে। অদুবু মুক্রবা অসি মতাং অসিদা লোয়শিন্দে। মঙলানগী জগৎ অমদা তুমলম্বা আনন্দগী পূক্লিং মীকপ খংথোক থোক্লকই। মশা খিংলকই। থৌনা ফনা লেপখৎলকই।

> "মহাক্লা খঙহৌদনা স্বরমগী হোন্দুনা খল্লকই, "মীগা মীমান্নবা ওম্লবা অনৌবা পুন্সি অমা চাং য়েংলগনি।" "অনৌবা পুন্সি অদুদি করিনো ? লাইরিক তমথব্রা ? অনৌবা থবক থিব্রা ? নৎত্রগা লনাইগী কারবার তৌব্রা ?" মথক্তা অমুক হংজরকই। অদুবু মদু মহাক খঙবা ওমদে। পূম্নমক অদুগী মনুংদা অমা হেক্তা ওইবা য়াই, "নুংগী খোঞ্জেল অমনা খুম্লকই, "লেপ্পবা ঈচেলগুম্লবা পুন্সি অসিদগীদি নাম্ভোরকপা তাই।" – (লা : ৯৬)

অনৌবা ফীরেপকা লোয়ননা আনন্দ স্কুল তোকপগী চে থাখ্রে, লৈত-লায়রনা থল্লবা মশাগী ফীভমদুদগী অঙম্বা পাম্বে থিদুনা অনৌবা শিংনবা অমগীদমক খোঙফম শেমখ্রে, কলকতাদা এম.এ. তম্বা চৎখ্রে।

সোমদা আনন্দগী থম্মোয়বু মায়থিবা পীখ্রবা মতুং পদ্মিনীগী থম্মোয়দি অহোংবা অমত্তা লৈতনা লেপলি। মতম খরদি মায় পাকপগী - পজেং ফীরাল মখৃত্তা পায়দুনা তুংগী অফবা, পামজবা আশাগা লোয়ননা হিংলকই। মহাক্কী পামজবা আশাদু থিন্থদনা ফংখি। চীং-লেন্নবা, ইনাক-কৈরাক খুল্লবা ড: মদনদা অহল-লমন্না হায়না শিংদুনা থাজখি। আনন্দনা পদ্মিনীগী মফমদগী মায়থিবা নংখ্রবসু মহাকপু নীংবদি লেপ্পা লৈতে। মহাক্কী মপূক্লিংদা পদ্মিনীবু কি-তুক্কচবা, ব্রারৌবা, নুংঙাইতবা পোক্লবসু মহাক্কী থম্মোয়নদি থাদোকপা ওমদে। মদু মাগী থম্মোয়দা চীক্লা কোনশিন্দুনা থল্লকই। পদ্মিনীগী লমচৎ অমদি ব্রাঙাংদগী

ককওাওননা চৎলুরবা তুং নোংমা ছুটি থোরকপদা আনন্দনা পদ্মিনীবু উন্ননিংবা ফাওরক্কুনা মহাক্কী স্কুলগী লম্বীদা মফম খওদনা লেপ্লুরে। নুমিৎ অদুদা শান্তিগা থেংনদুনা পদ্মিনীবু ডা: মদনদা থাজখিবগী পাউ খওলে। মহাক্কী নীংজবগী আশা নীংখায়রে, অনৌবা আশা অমুক উরক্লে। মতমসিদা মহাক্কী থম্মোয় খোঙফম হন্দোরকই। থম্মোয়না অপাম্বগী মায়কৈ অমদা লেপ্তুনা চেনশিন্নবা হোৎনবা, নুংগা পানগা মুক্কবা মায়কৈ অমদা চঙশিল্লন্বা আনন্দগী থম্মোয়গী খোঙচৎ মতাং অসিব্রাইদা লেপ্লগুম তৌরম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা কখোকপা, থাদোকপদা মায় ওনখি। পদ্মিনীগী য়াইফবগী পাউদা নুংঙাইবা শরুক য়ানবা শেম-শারকই। মতাং অসিদদি মায়থিদুনা মায় লৈগদবগী তৌরম্বা আনন্দগী থম্মোয় অনৌবা খোঙফম অমা ফংখি, নুংশিবগী অনৌবা থাক অমদা কাখৎখি।

চহি অনীগী মতুংদা নাপলনা মঙক হাইগৎলম্বী পদ্মিনী মশাগী খোঙফম শোয়বা হৌরকলে। থম্মোয়গী লীপুন য়াওদ্রবা মহাক্কী যুম্বাল পুক্সি মখোং নোম্বা হৌরক্লে। অনৌবা পক্সি অদুদা মপাম্ভোংগী নুংঙাইবা ফংলবসু নুংগী ওইবা নুংঙাইবদি ফংবা ঙমদ্রে। মহাক্কী মপুরোইবা মদন্না মাগা থবক তৌমিন্নবী ডা: কমলাগা মরী লৈনরক্লে। থম্মোয়গী মরী য়াওদনা চৎনবীগী লীপুনতনা পুল্লিবা মরী অদু কোমগোম তারক্লে। মপুরোইবগী পুক্লিংবু ফাবা ঙমদ্রে। মতমসিদদি মহাক্লা থম্মোয়গী অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদুনা অথোইবনি হায়বা ব্রাখলসি খন্থরক্লে। মহাক্কী পুক্লিংদা লৈরম্বা, ব্রাখল, মীৎয়েংগী অশোয়বা তপ্পা তপ্পা খঙজরক্লে।

> "মহাক হৌজিক্তি তাইবঙপাল অসিমক মায়ানি হায়বদু থাজরক্লে। ফজবা মচু মমেনগী, লন-থুমগী, মিংচৎকী, অচৌবা ফমগী, নুংঙাই য়াইফনা পানবগী আশা কয়াগী লমজিংনা মঙোন্দা পীরম্বা নুংঙাইবগী পান্দম অদু মহাক্লা পুল্লিদা হকথেংননা ফংবা ঙমদ্রে, করিগুম্বা অমদি ইব্রাৎ ব্রাৎলি। মদু আত্মাগী ওইবা পোৎনি। মহাক্লা হৌজিক্তি খঙবগুম তৌরক্লে, অশেংবা নুংঙাইবা হায়বসি থম্মোয়গী ওইবা ব্রাফম্নি, লন-থুম অমদি অচাউরমগা মরী লৈনবা ঙাক্তদসু নুংঙাইবা লৈতে।"
>
> —(লা: ১২০-১২১)

থম্মোয়গী নীংঙাই শঙদান্নবদা মায়পাকপগী পজেং ফিরাল ফংহৌরবী পদ্মিনী তপ্পা তপ্পা মায়থিরকই। মপুরোইবগা লৈনবা মরী ফৎলক্লে। ডা: মদনগী

থম্মোয় ডা: কমলাগী নুংশিবনা পুনশিনখ্রে, মহাক্কী মফম মচেৎ অমত্তসু খাকলমদ্রে। পদ্মিনী মপুরোইবগা মুক্লবা ঙমদনা মায় লৈদুনা চেল্লক্রে। মপামদা হল্লক্লুনা লৈররে। লাইরিক তম্বা লোইদুনা সরকারগী অচৌবা ফম পায়রবা আনন্দসু পদ্মিনী য়াইফখরে হায়বগী ব্রাখলদা লৈতানা লৈথোকখ্রে। নোংমা খঙহৌদনা থেংনবা অমদা ওঝা ওইমিন্নরম্বা বসন্তনা পাদ্মনীগী ব্রারী তম্লকই। পদ্মিনীগী মরায়বক থীবগী পাউ তাবদা আনন্দগী তুমলুরবা নুংশিবা অমুক হৌগৎলকই। অশেংবা নুংশিবদী থম্মোয়নুংদগী মাঙবা নাইদে হায়বদু উৎলকই। মহাকপু মায়থীবা পীরম্বী অমগী মায়থীবদা কল্লকপেন্না নোকপা মীশক অদু আনন্দদি ওইদে। থোইদোক্লা খম্বল মৈরীনা চাক্লকই।

> "আনন্দ নোক্লা নোক্লা ব্রারী শারম্বদগী খঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিনখি। মহাক্কী মচনগুম্না খনখিবা পদ্মিনীবু থীনা তৌবীরে হায়বসি তশেংনমক মঙোন্দা খাঙঙমদবা অমনি। মহাক্লা চৎলিবা মীয়ামগী সমুদ্র অদু খঙহৌদনা অহাঙবা লৈকংলা ওইনা উরকই।" --(লা: ১৩৩)

অতোপ্পগী ওইখ্রবা পদ্মিনীবু লায়না তৌবীরে তাবদা উৎলিবা আনন্দগী মতৌদা নুংশিবগী অকনবা ঈহুল য়াওরি। ফংলরোই হায়বা খঙলবদা নমথরুরবা নুংশিবনা শাফু কন্না হৌগৎলকই। মরায়বক থীরবী পদ্মিনীগী মনাক্তা লাক্লুনা ঐ লৈরি হায়না লেপ্লরে, মহাক্কী মপৃক্লিং থৌগৎলরে। পদ্মিনীগী নুংশিবদা লৈরম্বা মীৎয়েং অদু মপুরোইবগী মফমদা মায়থীরকখ্রবনি, মাঙোন্দা অশেংবা নুংশিবা থম্বীরম্বা আনন্দগী মমাঙদা ইকায়-নুংশি য়ান্নরে। আনন্দগী মমাঙদা মমায় হাইগত্তুনা লেপ্লা ঙমদ্রে, হৌখ্রবগী নাপল খিবিক লেন্না নুংশাদা তুম্বগুম মাঙখ্রে। অদুম ওইনমক আনন্দগী মায়কৈদা থৌনা লৈনা চঙশিনবদি ঙমদে, সমাজগী মীনোক অমদি মীশিংগী মীৎয়েংগী পল অমনা থৎখ্রে। অদুবু আনন্দদি খোঙফম হন্দনা লেপ্পি, সমাজগী মীনোক মৈশা নাথেনবা ফীরেপ লৌরকই। মতাং অসিদদি আনন্দগী মুক্লবা সমাজদা, মীশিংদা লৈশিল্লকই। অশেংবা নুংশিববু তানবদা লৈরিবা অথিংবশিংদা ব্রাহং হংবা পাল্লকই, অথিংবা পীনিংলকই। থম্মোয়না লমজিংলগা আনন্দনা পদ্মিনীবু লেপ্তুনা তানশিল্লি, পদ্মিনী সমাজগী মীৎয়েংবু কীদবা ঙমদে, মৌ ওইরবী মহাক্লা আনন্দদা লৈবা অসি অচৌবা পাপ অমনি হায়বা ব্রাখলসি কোকপা ঙমদে। অদুম ওইনমক আনন্দগী নুংশিবগী লীচিংদগী

পদ্মিনীগী থম্মোয় নানথোকপদি ঙমদ্রে। পূক্লিংনা য়ানিংদ্রবসু থম্মোয়না লমজিংদুনা আনন্দগী থম্মোয় তম্না চেন্থখ্রে। মতাং অসিদগী মখোয়গী মরী সমাজগী মায়োক্তা লাক্লে। মীৱা-মৈশা লাংলে। মীশিংনা পদ্মিনীবু পাওথোকপা হৌরক্লে। মীশিংনা মঙোন্দগী লাপথোক্লরে। তশেংবদি সমাজগা মায়োক্লনা লেপ্লিবা মরীসিদা পদ্মিনীগী খোঙথাংদি তুংদা পুথহৌরি, আনন্দনা খুমাঙ চাওশিন্না চঙশিল্লি। আনন্দবুসু ইমুঙ মনুংনা অথিংবা পী, সমাজগী মীনোক মাসু উই অদুবু থৌশাদনা চুম্না চঙশিল্লকই। পদ্মিনীদি পূক্লিং হঞ্জান্নরক্লে। অদুবু থম্মোয়না থাদোকপসু ঙমদে। অদুনা মহাক লম্মুক্লরকই, ৱাখলনা হকচাংদা চৈথেং পীরকই। অরোইবদা সংসার থাদোক্লমলে। সমাজগা মায়োক্লবা ঙমখিদ্রে অদুবু নুংশিবদি পুদুনা চৎখ্রে।

শাগৎলিবা মুক্লবগী মশক অসিদা নুংগী ওইবা মুক্লবা, নুংগা পানগা মুক্লবা মশকশিং উবা ফংই। উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা মুক্লবগী মশক অসিদা লৈরিবা তোপ-তোপ্পা মশক অমদি আনন্দ অমসুং পদ্মিনীগী মুক্লবগী মশক অসিনা। উপন্যাস অয়াম্বদা মরুওইবা চরিত্র ওইরিবা নায়ক নায়িকানা পূক্লিং ৱাখল তীন্নরা চেন্থমিন্নবা, পন্থুংদা অপনবা পীরকপা নাক-য়েৎকা মুক্লবা মশক অদু থাদোক্তুনা উপন্যাস অসিদদি নায়ক নায়িকা অনীগী মুক্লবদগী হৌনা উপন্যাসকী প্লোট শাগৎলকই। ৱাখল্লোন অনীগী চিংনবা, থেংগাইনবদা মুক্লগী ক্লাইমেক্স য়ৌরকই। ক্লাইমেক্সকী মতুংদা তপ্পা তপ্পা শকখঙনরকই। [illegible]গৎ অসি মণিপুরী উপন্যাসশিংগী মরক্তা তোপ-তোপ্পা অমনি।

অইবা অসিগী "পুন্সিগী অরুদ্যান" (১৯৯২) হায়বা উপন্যাস অসিগী মুক্লবগী মশক্তি প্রোটাগোনিষ্ট ওইরিবা মহেন্দ্র অমদি মতমগী সমাজদা লৈরিবা অরাংবা থাক্কী মীশিংগী মরক্তা শাগৎলকই। মহেন্দ্র ইম্ফালদগীনি, থবক ফংদ্রিবা লাইরিক হৈরবা নহা অমনি, ইমুং মনুংগী লৈত-লায়রগী চৈথেং অমদি মতমগী সমাজদা ওইরিবা ফীভম অনীনা মহেন্দ্রগী পুন্সিদা চৈথেং পীরকই। মহাক লায়রজরবসু মী অমগী ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা সমাজদা হিংবা পামজবা মীশক্নি। শেল তান্নবগীদমক বাজারদা লৈবা দুকান অমদা একাউন্টেন্ট ওইনা থবক য়াওই। শেল পায়বা, অচৌবা কারবারগী মপু ওইরিবা বলদেবগী ইমুংগী মীশিংনা মখোয়গুম্বা হন্থবা মীওইশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং, শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি

মখোয়গী লোনচৎ-শাজৎ কয়াসি য়েংলুরগা হৈনরক্তে, মফমদুদা লৈনীংলক্তে। মসিদগী মহাক থবক অদু থাদোক্লমই। মহেন্দ্রগী পূক্লিংদা ফাওরিবা য়ানিংদবা, পামদবা অদু মতাং অসিদা উবা ফংই। মহেন্দ্রগা মহাক্কী নাক-য়েৎতা লৈরিবা মীশিংগী মায়োক্তা মুক্লবগী মশক মতাং অসিদা ময়েক শেংনা উংথোরকই। অদুম ওইনমক মহেন্দ্রগী পাঙ্গল অদুক হাক্লা থোক্লুবা ওমদে মরমদি মহাক অকুৎপা খোঙফমদা লেপলি। হিংনবা পাশ্বে থিবদা সমস্যা কয়া মায়োক্লবনা মহাক্কী হিংনবা লম্বী পীরিবা মীওইশিংগা মায়পুননা শীঙনবা ওমদে। ফীভম্না মহাকপু শোন্থহল্লি। অদুনা নোংমা মহাক অমুক হন্না হায়জদুনা বলদেবগী দুকান্দা থবক য়াওবা হৌই। অদুবু মহাক্কী পূক্লিংদি লৈতাদে। মফমদুদা মহাক্লা উরিবা পুন্সি মহিং, থেংনরিবা মীওইশিং, মখোয়গী ব্রাখল্লোন পূম্নমক অদুনা মপূক্লিংদা চৈনা অমা ফাওহল্লি। মহাক্কী পামজবদি অচম্বা পুন্সি মরেল, অমগা অমগা চান্ন-চিন্নবা, শকখঙনবা, মমল লৈনা লৌনবা অদুনি। মফম অদুগী ওইরিবা হব্রা-নুংশিৎ, নুংদা চেল্লিবা উংখৎনবগী ঈচেল অদুনা মহেন্দ্রগী পূক্লিংবু শাগৎহল্লি। মহাক্কী অপাম্বগী ওন্ন-তৈনবা শক্তমশিং অদুনা অৱাবা পীরকই। মফমদু থাদোক্লুনা অইংবা অমবু ফংনীংবগী অপাম্বা লেপ্তুনা ফাওরকই। ব্রাখল্লোন অসিনা মহেন্দ্রগী নুংদা মুক্লবগী মশক অমা শাগৎলকই।

> "মহেন্দ্র নুমিৎ চুপ্পা লাঙবা, কারবাবগী ঈচেন্দা তাউদুনা খুৎশেমগী ওইপা পুন্সিগী মবক অদুদা লেনবদু নুংঙাইফম খঙদে। মখোয় খুদিংমক করিগুম্বা য়ুখল অমনা খনজিন্দুনা লৈবগুম তৌই। পুন্সিগী নাকল অমদি পুরা উদ্রবগুম তৌই। মফম অদুদা অফবা মীগী মরী অমতা লৈতে, অমগা অমগা হেজিন্নবা য়াদ্রবা মওঙদা লৈনে, মেন তাদ্রবা চরাঙনরবা নুংশিৎ অমা শীৎলি, স্বর হোনবদা অশাবা নুংশিৎ হোনজিনবগুম তৌই। মহাক্লা করিগুম্বদা খল্লকপা য়াওরকই অদুগুম্বা বজারগী চরাঙনবা পুন্সিদুগী মরক্তা কয়া কুইনা লৈখিগদগে হায়না ; অদুবু ব্রাখল অদু ফল তাদ্রবা অমনি, মহাক্কীদি পূম্নমক অসি খাঙবা তাই। মফম অদুদগী চেন্নীংঙাই অতোপ্পা মফম অমা লৈতে।"
>
> —পুন্সিগী মরুদ্যান, লা: ১৮/১৯

মহেন্দ্রগী পুন্সি নুংগী মুক্লবা অমা পুদুনা চৎপগী মথক্তা অকোয়বগী খুদোংচাবা লৌবশিংনা মশাগী অনীংবা পাংথোক্লবা হোৎনবদা মাবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা হোৎনরিবা অদুগসু লানথেংনবা হৌই। মতম খরা বলদেবগী দুকান্দা থবক পুরিঙৈদা ফত্তবা তৌবা, তোলেন্না লুচিংদুনা নত্তবা লমচৎ চখনবা

হোৎনবদা ইচম চমজবা মহেন্দ্রবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরকই। তোলেন অরাংবা থাক্কী শক্তি লৈবা মীওই নত্তে অদুবু মহাক লৌনমগী চাওরবা মহু চেনবা মীওইনি। মহাক্না মহেন্দ্রবু অপংবা শীদুনা মখোয়গী ফত্তবা থবক্তা চেন্নহল্লে। ঘতনা অসিগা মরী লৈননা বলদেবনা মহেন্দ্রবু থবক্তগী তাম্ভোকলে। মহেন্দ্রনা মশাগী মরাল লৈতববু ফোঙদোক্তুনা থবক্তগী লৌথোকপীদনবা হায়জবদা তাবীদ্রে। মহাক ঙাওচৎননা দুকান্দগী খোঙ থাংদোরক্নে। খোঙহামপাত্তা লৈবা নিমাইগী ময়ুমদা লাক্নে। মফম অদুদা থা খরা লৈরে। মদুগী মতুংদা ময়ুমদা অমুক হল্লকই ; মপা লৈখিদ্রে। মমা অতোম্বী মালতী অমসুং মনাওনিপাশিং মতেং পাংনীংবগী ৱাখল অমুক লাক্নে। হিংনবা অনৌবা লম্বী অমুক থিরকই। মতাং অসিদা মহেন্দ্রনা হরিগা থেংনৈ, মহাক বলদেবগী দুকান্দা থবক তৌমিন্নরমবা মীশক্নি। বলদেবগী ইমুং মনুংনা মহেন্দ্রগী মরাল লৈতবদু খঙলকপগা লোয়ননা মহাকপু মখোয়গী দুকান্দা অমুক হন্না য়াওহন্নিংলে হায়বসি মহেন্দ্রনা হরিগী মফমদগী তারে। অদুবু মহেন্দ্রগী মপূক্নিংদা অকনবা ৱারেপ লৌখ্রে, মহাক মফমদুদা অমুক হন্না চঙদুনা থবক তৌররোই হায়না চপ-য়ুংনা লেপখ্রে। মহাক্কী হিংনবা লম্বী অমা য়াম্নমক তঙাইফদ্রবসু মহাক্না মফমদুদদি তশেংনা হঙ্গোইবা ফাওরে। মসিনা মহেন্দ্রগী পূক্নিংদা ফুমলিবা মুক্লবগী মশক অদু হেন্না মশক থোরকই।

> "মহেন্দ্র মাগী মরাল লৈতবা মতৌদু মখোয়না কোন্না খঙলক্নে তাবদা নুংঙাই, অদুম ওইনমক মহাক মখোয়গী দুকান্দা অমুক হন্না চঙদুনা য়াওবগী ৱাখল অদুদি থাপ্না থমখ্রে ; অদুক য়াম্না ইকাই খঙদবা থবক অদু মহাক কৈদৌঙৈদসু তৌবা ঙম্লোই, অদুগা মখোয়গী অমোৎপা, চরাঙনবা, মীবু হন্থনা য়েংবা জগৎ অদুদা মহাক অমুক চঙবসু পামদ্রে। বলদেব অমদি মচানুপা বিনোদতা নত্তনা মশক মতৌ ফজরবী থোৎ-নৌনা উরবী অঞ্জলি ফাওবনা মঙোন্দা হন্থনা হেক হেক ঙাঙখিবা অদু মহাক হৌজিক নীংশিংলি।"
>
> — পুন্সিগী মরুদ্যান (লা : ৪১-৪২)

মতম অসিদদি মহেন্দ্র সমাজগী শক্তমদা নীংবা কায়বা হঞ্জান্নবা কয়া তত্তনা ফাওরকই। মীশিংগী মরক্তা লৈনবা মরীদা ইকোক-কোকপগুম্না উরকই। অমগা অমগা নুংশিনবগী ঈচেল খকখ্রবগুম ফাওরকই। অদুনা মহাক্না মীশিংদা, সমাজদা থাজবা ঙমলক্তে। মীগা মীগগী মরীদা অশোয়বা, অশোনবা কয়া

উরকই। মদুদা পামদবা য়ানিংদবা য়াওরকই। মসিদদি মহাক্কী মুক্কবগী মশক অসি অকনবা লানবাগুম চোংশিনবা অদু নত্তে। নীংবা কায়না, হঞ্জান্নবগা লোয়ননা হন্দোক্তুনা য়েংদুনা লৈ। মদুদা মশামক য়াওশিল্লুবসু পামদে, প্রোপগন্দাসু তৌনীংদে, মথম্মোয়দা অয়ৌবা থাক্কী পামদবা অমগা লোয়ননা শিংনদুনা লেপ্লতনি। অদুনা হিংনবা লম্বী ফংগনি হায়রবা ফাওবদা মদুদগী লাপ্পা হন্দোরকই।

মহেন্দ্রনা ফিদমগী য়ুমফম অমদা লেপ্পা পাম্মী হায়বসি মতুংগী থৌদোকশিংদা হেন্না ময়েক শেংলকই। মশাগী ওইজবা থিবদা সমাজগী, মীয়ামগী ওইবা অমাঙবা তৌবদা থৌনা ফরিবশিংবু মহাক্লা হঙ্গোইবা ফাওই। মখোয় অদুবু থিংলুবা, চুমথোকলুবা ঙমদ্রবসু মশামক্তি অদুগুম্বা রাখল্লোন অমদি থৌওং অদুদগী লাপ্পা হন্দোকপা পাম্মী। নোংমা মহেন্দ্রনা মহৌশা মাগা খঙনখিবা প্রবীন কৌবা মীশক অমগা থেংনৈ। প্রবীন্না মহেন্দ্রদা শেল তান্নবা লম্বী অমদা চঙশিন্নবা রাফম হৌদোক্লকই। ফিদমগী রাখল খল্লিবা মহেন্দ্রগী রাখল্লোনবু নমথদুনা প্রবীন্না হিংনবা পাম্বে থিবদা অচুম-অরানগী মীৎয়েংবু য়ানিংদবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মহাক্কী কারবারদা মহেন্দ্রবু য়াওনবা রাফম হৌদোক্লকই। মহেন্দ্রগী পুক্লিংনা মশাগী ফিরেপ্পু চেৎনা পায়রুরবসু মহাক্কী মপা তীন্নবা মনাওশিংনা থেংনরিবা শেৎপা চাবা ফংদবগী অৱাবা অদু উরুবগা খোঙফম হন্দোরক্তুনা প্রবীনগী মনাক্তা লাকই। প্রবীনগী কারবার অদুদা চৎথোক-চৎশিন তৌবদা মতেং পাংনবা শেম শাখ্রে। মনিবাবু কৌবা প্রবীনগী মনাওনীপা অমগা লোয়ননা কলকতাদা চৎলি। মফমদু য়ৌরবা মতমদা মহেন্দ্রনা খঙলকই মখোয়গী করবার অদু মপানগী অফোংবা পোৎ-চৈগী থবক অদুতা নত্তনা মনুংদা অরোনবা কারবার অমসু চথরমই। মদু আইন্না য়াদবা ফত্তবা নীশা হেরোইন পাউদর অমদি অতাঙবা মখলগী ডাইমগুশিং পুদুনা মফমদুদা থাদোক্লম্বগী থবক্তি। অরোনবা অসি খঙলকপদা মহেন্দ্র হৈনীংবা পোক্রে, মহাক্লা মফমদুদা লাক্লম্বগীদমক নীংঙমদবা ফাওরক্রে। ইম্ফালদা হল্লক্লগা প্রবীনগী মনাক্তা চত্তুনা রাফম অদুগী মরমদা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লরে। প্রবীন্না মহাক্কী পুক্লিংগী ইঙ্গিং অদুবু থৌশাদনা থবক অদু চৎমিন্নরুবগীদমক অৱামল ওইনা শেল পীরকপদা মহেন্দ্রগী অশাওবা ফাথবা ঙমদ্রে। মহাক মশা খঙহন্দনা ফত্তবা থবক অদুদা

য়াওহনবা অদুনা মশাবু ফংহন্দবতা নত্তুনা সমাজগী ওইনসু অচৌবা অমাঙবা অমা ওইহল্লগনি হায়বা ৱাখলসিদা মহাক্না প্রবীনবু ৱাখল খরা খলহনবা পাম্মী অমসুং অদু খণ্ডহন্নবা হোৎনরকই। অদুমওইনমক প্রবীন্না করিসু থৌশাদে মদুগী মহুত্তা ৱাখল্লোন অদুবু করেম্নবা উৎলকই। মখোয় অনী ৱাহৈগী লান চত্থরম্বদগী খুৎ য়াওনরে, প্রবীনগী কোক অদু টেবলদা শুজিন্দুনা কায়রে। মহেন্দ্র মতাঙ অসিদদি থৌনা লৈনা পামদবা য়ানিংদবা ফোঙদোরকই। নুংদা মুক্লরম্বদগী মপান থোরক্লুনা পামদবা মায়কৈ অদুগা শিংনরকপগী মশক উরকই।

প্রবীনগা খুৎ থোক্লবদগী মহেন্দ্র মফমদু থাদোক্লমলে। পুলিসনা মহাকপু ফারবা য়াই খনবদগী খোঙহামপাৎতা চত্তুনা লোৎনবা হোৎনরুরে অদুবু মফমদুদা মহাক্কী চঙজফম ফংদ্রদুনা হল্লক্লে, পুলিসতা চঙজখ্রে। প্রবীন থীনা শোক্লবসু শিবদি শিদ্রে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহেন্দ্র জেলদগী থোরকই। ময়ুমদা মতম খবা চথোক্তনা লৈরে। মহাক তশেংনা অকোয়বগী ফীভম অমদি মীশিংগী লীচত্তা অকিবা পোকলে। অদুনা মশাগী থৌনা মাঙশিল্লক্লে। মুক্লরুবদা মায়পাকপগী আশা উরক্লে। অদুনা মশা মতোমতবু কঞ্জনবা ঈশ্বরবু নীংশিংদুনা পূক্লিংগী পাঙ্গল শাগৎনবা হোৎনরক্লে।

> "মতম্নসিগী মীওইশিংগী তর্মাথিরবা পুকচেল, লীচৎ শাজৎশিংগী মরমদা শল্লুবদা মহাক অকি তুজুংবা পোক্লকই, মশাগী মমল, তৌবা গুম্বগী শক্তি পুন্নমক অদু মখোয়গী মকক্তা মাঙখ্রে। মীওইবা অমনা খনবা ঙমগদবা, খনফম থোকপা ৱাখল কয়া ফাওবা মঙোন্দগী লোইনা মাঙখিবগুম তৌরে। মহাক চুন্নগী কোলুনা চপখায়রবা মহী-মচুম য়াওদ্রবা পোৎশক অমগা চপ মান্নরে। মহাক মমীৎ উইশিন্দুনা ইশ্বরবু শীংনিংলকই, ঙমখৈ লৈতনা ৱারবা, নীংবা কায়রবা মতমদা মহৌশাসু অসুম্না ইশ্বরবু হেক হেক নীংশিংলবতদা মাগী পূক্লিংগী পোখাফম ফংই। ঙসিসু মহাক্না ইশ্বরবু নীংশিংদুনা পুঙম থাংঙমদ্রবা অৱাবা ৱাখল অদুদগী কোক্লবা হোৎনরকই।"
>
> — পুন্সি মরুদ্যান (লা: ৯৫ - ৯৬)

মহাক সমাজগী ফত্তবা তৌরিবশিংদা অমদি মখোয়গী ৱাখল্লোন্দা ফোংনা য়ানিংদবা ফোঙদোকলুদ্রে অদুম ওইনমক মহাক্কী পূক্লিংদা সংসারগী চৎনবী, মীওইবগী লীচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখল্লোনশিংগী মরমদা পেন্দবা নুংনাংবদি থম্মোয়নুংদা থন্না লৈরি, শিঙনরি, মুক্লরি। মহেন্দ্রগী মুক্লবগী মশক মতাং অসিদা

লোয়রে। থাক অসিদা লেপলে। মতুংদি মহাক্কী মায়পাকপনি। লাম্বেংনদুনা ফংবা মায়পাকপদু নত্তে। মহাক্কী অফবা নীতি, শাজৎ অদুবু পামজবা প্রিয়ানা মাগী মায়কৈ তম্না চেনশিল্লকপা, অদুগা পুন্সিনা পারা তম্বীরক্লবা অঞ্জলীনা মহেন্দ্রবু শকখঙলক্কুনা মতেংগীদমক হায়রকপা অসিদগী মহাক্কী মায়পাকপগী মঙাল ফাওরকই। খুঙ্গংগী ইচম চমজবী প্রিয়াগী শেংলবা থম্মোয়না মহেন্দ্রগী শেংলবা পুন্সিবু শকখঙবা ঙমখি। অদুনা মহাক্কী পুক্রিংদা মহেন্দ্রবু ইকায়খুম্নখি। অৱা-অনানা থল্লবা মহেন্দ্রগী পুন্সি তম্না প্রিয়াগী পুন্সিনা চেনশিল্লকই। ৱাখল্লোন মান্নবা, মীৎয়েং তীন্নবা মীশক অনী অসিগী নুংসু ফাওনবনা ঈচেল অমত্তদা তীনখি। অমরোমদা অচাওরম পাম্বী, মতমগী ঈথক ইরাংদা তাউবী, মেটরিয়েল ৱার্দদা মখোঙ পুথবা হৌরুরবী অঞ্জলী থম্মোয়গী অপেনবা থিবদা লৈখা তারকলে। লমচৎ অমদি মশা পুন্না মাঙলে। অমরোমদা মহাক অফবা অচুম্ববু মশক খঙলক্লে। মতমসিদদি মহাক্কী কনাসু লৈত্রে। পুম্নমক্না হঙ্গোইনা মঙোন্দগী হন্দোকখ্রে। নীংবা কায়রকলে, লম্বী মাঙখ্রে অনৌবা আশা উদ্রে। মতমসিদা ঈরাক্লরবা মীনা ইকা লাম্বগুম খুরবা মহাক্কী সংসার অদুদগী য়েংথোরকপদা উরিবা মহেন্দ্রগী মায়কৈদা খূৎ তিংথোরকলে। মহাক্কী হোংলকলিবা মীৎয়েংগী মৈরা চুরম্বা মীশক্তি মহেন্দ্রনি, মসি চিরবা মতমসিদা ফাওরকলে অদুনা লেমহৌরিবা পুন্সিদা মহেন্দ্রগী ৱাখল মীৎয়েংগা তীন্নদুনা চৎমিন্নবা পাম্নক্লে, মতম অমদা য়াম্না হন্থনা উখিবা মীশক অদু ঙসিদি মহাক্কী লম্বীদা ঙাল্লিবা অমত্তা ঙায়রবা মঙাল ওইনা উরক্লে। মসি মহেন্দ্রগী মায়পাকপনি, মহাক্কী ফিদমগী মায়পাকপনি। অদুবু মহেন্দ্রনা অঞ্জলিবুদি কি-হঙ্গোইনা লোয়নৈ। মতম পুম্নমক্তা লাপ্না লৈবা পাম্নকই। মহাক্কী মীৎয়েং লৈখারোমদা ওন্থদুনা অমাং অতা অমত্তনা শোকলোইদবা, পীক্লবা অদুম ওইনমক শেংলবা সংসার অমদা হিংনবা হোৎনদুনতা লৈ। অঞ্জলীনা মদুদা ৱারৌবা শাওবা ঙমদে। থোইদোক্না মহাক্কী মফমদগী ফংহৌরিবা অনৌবা মঙাল অদুনা মৈরা ওইরগা অনৌবা খোঙথাং অমা থাংবা হৌরকই ; সমাজ সেবাগী মায়কৈদা চঙশিল্লকই। উপন্যাসকী লোইরকপা মতাংদদি মহেন্দ্রনা পুদুনা চেল্লকখিবা ফিদমগী মৈরা অদু অঞ্জলিগী খূত্তা শিন্নথোকখিবগুম তৌরে। মহেন্দ্রনা লনাই ওইবা পুন্সি অমদা মায় ওনশিনখ্রে অদুগা অঞ্জলিনা কখোকপগী মায়কৈদা চঙশিনখ্রে। অদুবু

অঞ্জলীগুম্বা মাঙলুরবা লৈখা তারুরবা অমনা থাক অসি য়ৌনা কাখৎলক্লবা হোৎনবদা ঈথিল পীখিবদি মহেন্দ্রনি অদুনা মসিদা মহেন্দ্রগী মায়পাকপগী শরুক য়াওরি।

উপন্যাস অসিদা উরিবা মুক্লবগী মশক অসিসু পানগী মুক্লবদগী নুংগী মুক্লবনা হেন্না মপুঙ ওই। মতমগী সমাজদা হোংলকলিবা ৱাখল্লোনগা মীওইবনা মতম কুইনদগী শাগৎলকলিবা ফিদমগী মীৎয়েং অনীগী মুক্লবা অদুনি। থৌনা লৈনা নৎত্রগা মায়পুন্ননা লেপ্তুনা থেংনবা লান নত্তে। ফীভমগী মতুংইন্না অচুম্বনা খাঙবা ঙমদনা লুপথবা, মায়থীবা নংবগী মশকসু য়াওরি। মশানা য়ানিংদ্রবসু মহেন্দ্রনা মহাক্কী অকোয়বগী তঙাইফদবা ফীভমশিংদা চাশিন্নদুনা তুমিন্না হিংনবা হোৎনরিবা উবা ফংই তৌবতবু ফিদম অদুবুদি খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা মশাগী খোঙফমদা অমুক হঞ্জিল্লকই।

'মাঙত্রবা লম্বী' (১৯৯৫) হায়বা উপন্যাস অসিদা শাগৎলিবা মুক্লবগী মশক্তি থম্মোয়গী ওইবা মুক্লবগী মশক্লি। নৌনা লুখ্রা ওইরবী চিত্রাবু সত্যব্রতনা নুংশিরুই। পাখং ওইরিবা সত্যব্রতনা চিত্রাবু উরুবদা মিনুংশি ফাওখি। মহাক্কী পুন্সিগীদমক ৱাবা ফাওরুই। অদুনা মচানুপা অমা লৈরবী চিত্রাবু মহাক্না লৌখি। মহাক্না খনখি চিত্রাবু নুংশিবদা, মহাক্কী পুন্সিবু চিংখৎপিবদা অফবা, অচুম্বা লোয়নবা পুকচেল চাউবগী শরুক য়াওরি। অদুনা মসি অচৌবা ধর্ম্ম লৈবগী থবক অমনি হায়না খনখি। চিত্রাসু মশাগী ওইবা ফিরেপ অমদা লেপলম্বদগী সত্যব্রতনা কন্না তকশিল্লক্লবদা পূক্লিং শোন্থখ্রে। চিত্রা লৌরুরবা মতুংদা সত্যব্রতগী পূক্লিংদা ৱাহং অমা লাক্লে। চিত্রানা মহাকপু থম্মোয়শেংনা নুংশিবা ঙমদে হায়বসিদা মহাক্কী পূক্লিংদা অকনবা চৈনা পীরকই। অমরোমদা চিত্রাসু মচাবু নুংশিবগী ৱাখলনা সত্যব্রতদা পূক্লিং লুপ্পা ঙমদে। মসিদগী মখোয় অনীগী মরক্তা মুক্লবগী মশক শাগৎলকই। মুক্লবা অসি অচৌবা ৱাখল্লোন্দা মুক্লরকপা, চিংখাইনরকপা অদু নত্তে। থম্মোয়গী ওইবা মরৈনা থেংগাইনরকপনি। অদুম ওইনমক মরৈগী যুমফমদি সমাজগী চৎনবী অমদি ধর্ম্মগী থাজবীদা ওই। সত্যব্রতনা সমাজগী মীনোক মৈশা মায়োক্লদুনা থাংজিল্লুবা খোঙথাং, অনৌবা পুন্সি অদুদা থম্মোয়গী ওইবা অপেনবা অমা চিত্রাগী মফমদগী পাল্লকই। মদু মহাক্না অশেংবা নুংশিবা অমদি কখোকপগা লোয়নবা সেবাদগী ফংগদবনি

হায়না খনখি। মচাবু লাইনিং ওইরিবা চিত্রাগী শাজৎ উরুবগা মহাক্না মপুরোইবা অমা ওইবগী অৱাংবা ভক্তিগা লোয়ননা থম্মোয়শেংনা মহাকপু নুংশিরমগনি হায়বসি থাজবা ঙম্লক্তে। মচাবু লেপ্তুনা নুংশিরিবা অদুম্না মহাক্কী হান্নগী মপুরোইবা অদুবু নুংশিদুনা লৈরমগনি অদুনা মহাক্কী সেবা তৌবদা চুম্নগী মপাঙ্গোংগী ওইবা মতৌ অদু নত্তনা থম্মোয় য়াওনা তৌবা নত্তে হায়বসিদা মহাক্কী পুক্নিং লেপলকই।

> "মাগী থম্মোয়নুংদা মথন্তা ফাথবা ঙমদনা লাকপা ৱাবল অমা লৈ মদুদি মাগী নুপী চিত্রানা মঙোন্দা তৌরিবা সেবা, মাবু নুংশিবা পুম্নমক অদু তৌশিন্নবা ঙাক্তনি, মানা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক খুদিংমকপু করিসু কাউরম্লোই হায়বা অসিনি। অদুদগী মাগী খ্বাইদগী নুংঙাইতবা অমনা চিত্রানা মাগী মপামদা হন্দোক্লস্বা মচা অদুগী মরমদা মতম চুপ্পদা খন্দুনা লৈবা, মচা কায়নবগী নুংঙাইতবা চৈনা অমা মাগী থম্মোয়গী কাচিন্দা ফোঙদোকপদি ঙমদনা লোত্তুনা লৈবা অদুনি।"— মাঙব্রবা লম্বী, লা. ১-২

চিত্রাসু সত্যব্রতনা হায়বদা য়াবা ঙমদে। মরমদি মহাক মচাবু নুংশি, মপুরোইবনা মহাকপু নুংশিবা অদু অশেংবা নুংশিবনি হায়না লৌবা ঙমদে, মহাক্কী শক্তী লাংদা চুম্না পংথজবা ওইনা ফাওরকই। মহাক্না মচাদা থমলিবা নুংশিবা অদু য়ৌনা সত্যব্রতদা নুংশিবা ঙমদে। অদুনা মচাবু লোন্না লোন্না উন্নে। সত্যব্রতগী অথিংবা থৌশাদে।

> "মচাগীদমক্তদী মহাক মমীত্তা মপি তাবা ঙম্মী, অদুবু সত্যব্রতগীদমক্তদি মহাক করিগুম্বা নীংশিংলুবা থৌদোক অমতগা মরী লৈননা মমীত্তা মপি তাবা ঙমদে। মপুরোইবা অদুদগী মহাক কান্নবা কয়া ফংগ্রে। শেল-থুম, পোৎ-চৈ, সনা লুপা কয়া, অদুবু মঙোন্দগী নুংশিবদি মপুংফানা ফংবা ঙমখিদে। মহাক্না খল্লি মাগী অনীশুবা মপুরোইবা অদুনা মাগী শক্তি ঈরাংদা চুম্না ঙাওখিবতনি। মহাক্সু মপুরোইবা অদুবু থম্মোয় শেংনা পুক্নীংদা অখাকপা অমতা লৈতনা নুংশিবা ঙমখিদে।"
>
> — মাঙব্রবা লম্বী, লা: ৮

মসিদগী সত্যব্রত অমদি চিত্রা অনীগী মরক্তা অকনবা মুক্নবা থোরক্লে। সত্যব্রতনা চিত্রাবু মচাগা উন্নদনবা অকনবা ৱাফম হায়রকই। মচা উদনা লৈবা ঙমদ্রবদি মপামদা লৈরুনবা ৱাফম ফাওবা য়ৌনা অথিংবা পীরে। চিত্রাসু অথিংবা লৈনা-লৈনা মচাগা উন্নবা লেপত্রে। সত্যব্রতনা চিত্রাবু মপামদা হনখিনবা য়াথং তৌরকই। নুমিৎ অদুমদি মহাক খাংবা ঙমদ্রদুনা মপামদা হনগ্রে। অকনবা

মুক্তবা অমগী মতুংদা চিত্রাদু নোংমা মপামদা চৎখ্রে। মহাক্না ময়ুমদা লৈদুনা মচাগী ব্রাখলদা মতম লেপ্লক্রে। অদুমওইনমক মচাগী মফমদা নুংশিবা পীবদা অপনবা লৈত্রবসু মচা অমদগী ফংবা আশা অদুনা মপুরোইবা অমদগী দরকার ওইবা পুম্নমক অদু মেনখৎপা ঙম্লব্রা হায়বসিদা চমম্লবা পোকলকই। অমরোমদা সত্যব্রতসু চিত্রানা মপামদা চৎপ্রবদা নুপী অমদগী ফংবা সেবা পুম্নমক হাংলে, মসিনা মহাক্কী মপুক্লিংদা করিগুম্বা অমা ইব্রাৎ ব্রাৎপগুম ফাওরকই। চিত্রা অমসুং সত্যব্রত মরোমদোম হিংনরকই। হৌখিবা, ওইরক্লিবা অমদি লাক্কদবা পুন্সিগীদমক মুন্না খল্লুরগা মখোয় অনীমক্না লৌরিবা ফিরেপ অসিনা খ্বাইদগী অচুম্বনি হায়না লৌনরকই। চিত্রানা সত্যব্রতগী মফমদা পেন্দবা কয়া ফুমদুনা লৈরকই। মহাক নুপী অমা ওইরবসু, সত্যব্রতগী লোয়নবী ওইনা লৈরবসু মশাগী মরন্নাই ওইবা অপাম্বা, অনীংবা কয়াবু মপুরোইবগী খুত্তা পায়শিন্দুনা থম্বা অদু পামদে। সুপ্নগী মপুরোইবগী অনীংবা অপাম্বনা নুপীশিংগীসু ওইগদবনি হায়বদু মহাক্না য়াবা ঙমদে। মপুরোইবগী পেন্নবা হোৎনবদা মশাগী ওইবা লম্বী পুম্নমক থাদোকপদু য়ানিংদে। অদুনা সত্যব্রতগা খায়নদুনা ময়ুমদা লৈরবা মতুংদা নোংমা রজনীগী যুমদা সত্যব্রতগা উন্নবদা চিত্রানা হায়খি –

> "চিত্রানা খুম্লকই, 'উম, অশেংবমক্তি ঐ হৌজিক পুরা নীংতম্বা পাম্মী- কন্নাগীসু মীখা থাদনা হিংবা। ঐ পুন্সি অসিমগী অদোমগী নাক্তা লাক্লরোই, করিগুম্বা ফীবম অমতদসু অদোমগী মতেং নিবক্লোই। ঐবু মীতোপ অমনি হায়না লৌবীরো। নহাক্না ঐবু থব্রায় পান্দবা মওংদা নহাক্না অপাম্বা মতুংইন্না থবক খুদিংমক তৌহনবা পাম্মী, নঙগী নুংঙাইনবগীদমক চুম্নগী হংনা শাবা মীগুম শীজিন্নরগা হঙ্গৎনা ব্রা অমতা ঙাঙহনবা পামদে। মদু অরেম্বা নশাগীতা য়েংবা ব্রাখল য়াওদবা মওং অমনি'।"
>
> – মাঙপ্রবা লম্বী, লা. ১১

সত্যব্রতসু চিত্রাগা মহাক্না লৈনরিবা মরী, মরক্তা লাক্লিবা চুংশিন্নবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী মরী কয়া অসি খল্লুরগা যুম্বানমিন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী মরীদা ব্রাখল কয়া খম্থরকই।অদুগা মশাগী ওইবা ব্রারেপ কয়া লৌরকই।

> "মহাক্না খঙলকই নুপা অমনা নুপী অমগী মফমদা লৈবা অধিকার অসি য়াম্না ঙমখৈ নাইবা, মফম মতমগী মখা য়াম্না পোনবা পোৎ অমনি। মহাক্না খল্লকই, "ঐনা নমথদুনা থম্মীরে হায়না খল্লিবা মাগী অপাম্বা, অনীংবা পুম্নমক্তু ঐ খঙই। মহাক্কী মচা অদু নীংতম্না হকথেংননা য়েংশিনবদা ঐনা করিসু হায়দবা, থোইনদুম ঐনা অঙাংদুবু

লুনা তৌবা অসিনি। মদুদি ওইথোক্তে, ঐ ৱাফম অদু খনবদা তুক্কচৈ। ফরে, মহাক মচাগীদমক্তা পুন্সি চুপ্পা কথোক্লসনু, ঐ মাবু কৈদৌঙৈদসু য়ুম অসিদা অমুক পুশিল্লরোই।" — মাঙম্রবা লম্বী, লা. ১২

শাগৎলকলিবা মুক্রবগী মশক অসিদা য়ুম্বানমিন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা লাকপা ৱাখল্লোন খেন্নবগী সমস্যা উবা ফংই। চিত্রাগী ৱাখল ফোঙদোকপদা নুপী অমনা মপুরোইবা অমদা তৌবা আশা খরা উৎলি। মসিমক্তি অনৌবা মীৎয়েং অমনি। মতম অমগী নুপীশিংনা মশাগী অনীংবা, অপাম্বা, আইদেনটিটি পুম্নমক শিন্নথোক্তুনা নুপাগী অপাম্বগী মখাদা হিংবদা ৱাকৎ অমত্তা থাঙ্গৎতনা লেনবা নুপী অদু ওইদে। ৱারী অসিদা চিত্রা ময়ুম পাল্লুরবী অমনি হায়বা ৱাফম অসি তোপ্পা থল্লগা চিত্রানা মপুরোইবা অদুদগীসু নুংশিবা ফংনিংই। মপুরোইবগী মনাক্তা লৈরবা মতুংদা মপুরোইবনা মহাকপু মশাগী অনীংবা অপাম্বখক্তগী মখাদা থম্নবা হোৎনরকপদগী মহাক্কী পুক্নিংদা মপুরোইবনা মহাকপু থম্মোয়শেংনা নুংশিবা নত্তে, চুম্নতা মহাক্কী শক্কী ময়াইদা ঙাওবনি হায়বা ৱাফম অসি খল্লকই। নুপীসু মশাগী ওইবা পামজবা কয়া য়ুমপাল্লবা মতুংদা ফংবা পাম্মী হায়বসি চিত্রাগী মীৎয়েংদা উবা ফংই। অমরোমদা সত্যব্রতসু চিত্রাবু লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরম্বা কথোকপা অমদি মিনুংশিগী ৱাখল অদু হোংখ্রে। মহাক পাখং ওইরবসু ময়ুম পাল্লবী মচা অমা লৈরবী চিত্রানা মপুরোইবা লৈখিদবগী অৱাবা কয়া মায়োক্নরিবা অদুদা মিনুংশি পোকখি। মহাক্কী পুন্সিদা নুংশিবা পীবা অসি অচৌবা, থম্মোয় পানবগী মতৌনি হায়না খনখি। অদুনা চিত্রানা য়াদ্রবসু মহাক্না কন্না তর্কশিনখি, সমাজগী মীনোক থৌশাদনা চিত্রাবু লৌখি। অদুবু মতুংদদি মহাক্কী মীৎয়েংশিং হোংলকখি। চিত্রাগী অনীংবা অপাম্বা থৌশারক্ত্রে, মহাক মশাগী অপাম্বদা চিত্রাবু লুপহনবা পাম্লকই। ফংলক্তবা মতমদা পেন্দবা কয়া ফাওরকই। মহাক্না চিত্রাবু থেংনবা মতমদা মচা লৈ হায়বা খঙখি, মচা অদুবুসু নুংশিখি। অদুবু চিত্রানা মনাক্তা লৈরবা মতমদদি মচা অদুনা মথোয় অনীগী মরক্তা থৎলিবা পল ওইনা উরকই। চিত্রানা মচাবু নীংবা, মচাবু নুংশিবা অদু উরগা মহাক্কী হান্নগী মপুরোইবা অদুগী মফম হৌজিকসু মহাক্কী থম্মোয়দা লৈরম্বা য়াই হায়না খল্লকই। মসিনা মহাকপু পোত্থাবা ঙমহন্দে। চিত্রানা নুংশিবা পুম্নমক থম্মোয় শেংনা পীবা ঙম্লমলোই হায়বসিদা মহাক তশেংনা পেন্দে।

তশেংনা হায়রবদা সত্যব্রতনা চিত্রানা তাল্লিবা মশাগী নীংতম্বা অমদি নুংশিবা অদু পীবা পামদে। অহোয়নদুম চিত্রানা মহাক্কী অপাম্ববু খঙবীবা, মদুদা লুপ্পা পাম্মী। সত্যব্রতদা লৈরিবা ব্রাখল্লোন অসিদি অনৌবা নত্তে। নুপাশিংনা মশাগী মীংয়েংদা হেন্না শাফু পীবা, নুপীশিংদা য়াম্না পোসেসিব ওইবা লীচৎ চৎপা অসিদি মমাঙঙৌদগী হৌনা লৈ, হৌজিকসু মসি হোংবা লৈত্রি। অদুনা লাক্লিবা মুক্তবা অসি চিত্রাদা লাক্লিবা অনৌবা মীৎয়েং অসিননি। মশাগী অপাম্বগী নীংতম্বা তাল্লকপা অসিনা সমস্যা অসিগী মরুনি। মহাক্না হৌখিবা মহাক্কী পুন্সিবু কাওথোক্তুনা সত্যব্রতগী পুন্সিদা তিনশিনবা ঙম্লম্লবদি সমস্যা অসি থোক্লমদবা য়াই। অদুনা মুক্তরিবা মশক অমদি মরুওইবা সমস্যা অসি অনৌবা অমনি। অনৌবা নুপীগী অনৌবা মীৎয়েং অমনা পীরকপা শাফুনি।

মুক্তরিবা মশক অসি চাংয়েংগী থাক্তা চংশিল্লকই। মায়কৈ অনীগী মীৎয়েংশিং কদায়ফাওবা চুমলিবা, করিনা হেন্না অচুম্বা ওইরিবা হায়বসি চরিত্রশিংগী পুন্সিদা এক্সপরিমেন্ট তৌরকই।

চিত্রানা মচাগী নুংশিবদা লুপখি অদুনা সত্যব্রতবু মীরায়খি। মহাক্না মচাগা উন্নবদা সত্যব্রতনা থিংলিবদু মহাক্কী অধিকার অমদি মনীংতম্বদা খুৎ থিংজিনবনি হায়না লৌখি। মহাক্না য়ুম পানমিন্নরিবা নুপানা নুপীগী অনীংবা, অপাম্বশিং থিংজিনবসি য়ানিংদে। মসিবু মহাক্না নুংশিবা রাৎপদগীনি হায়না লৌখি। সত্যব্রতগী মনাক্তগী লাপথোরক্লবা মতুংদা মহাক্কী পুন্সিদা অহোবা কয়া লৈরকই। মচানা মাবু মীরায়রকই, ফত্তবা নীশাদা লুপ্লকই। মসিগী দায়িত্বসু মহাক মশাগী লমচৎনী হায়বা খঙলকই। মহাক্না অনীরকশুবা ওইনা  ময়ুমপাল্লুবনা মচানা মাবু হঙ্গোইবা ফাওরকই। মানা হায়বদা তাদবা  হৌরকই। মসিনা মাগী পুন্সি নীংঙমদবগী মৈনা চাক্লকই। পুক্নিং হকচাং অনীমক কেল্লকই। মহাক্না খনখি অসুম্না নুপীনা অনীশুবা ওইনা য়ুম পানবা অসি অচৌবা পাপনি। মসিনা মশাবু নরক্তা তাহঞ্জরে হায়না তত্তনা নীংঙমদবা ফাওরকই। অদুমওইনমক মতম অমদা মহাক্না সত্যব্রতবু মহাক্কী মফমদা নমথাক তৌই হায়না নীন্দা তৌরম্দু তোকখ্রে। মহাক্কী পুক্নিংদা সত্যব্রতবু মী অমা ওইনা নুংশিবগী ইথিল ফাওরকই। মসিদদি পেন্দবা, ব্রাকৎ, অশাওবা পুম্নমক্তু মাঙখ্রে। মখোয়না থেংনখিবা লম্মাংনরবা পুন্সি মতেক অদু মশাগী  মরালনা থেংনবনি হায়বসিদা মশানা য়াজরে।

অমরোমদা সত্যব্রতসু মহাক্কী পুন্সিগী থেঙখাং কয়াদা ব্রাখল খন্দুনা চত্থরকই। চিত্রানা চৎখ্রবদা ওইহৌরিবা মহাক্কী পুন্সিগী অহাঙবা অদু মেনশিন্নবা করিগুম্বদা খল্লকই অদুবু মদু ঈথক ঈরাং নৎত্রগা পুক্লীং ঈহুলগা মরী লৈননা নত্তে। মহাক্কী পুন্সিদা মদুগী মফম লৈত্রে। মহাক্না খল্লকই চিত্রানা মহাক্কী মফমদা অখাকপা লৈতনা নুংশিবা ঙমখিদবদু মহাক্কী ওইরিবা ফীভম অদুদা অচুম্বনি। তশেংনা লাল্লিবদি মহাক মশানি হায়না ফাওরকই। মহাক্না চিত্রাবু লৌরুবদু ধর্ম্মগী মীৎয়েংদতা নত্তনা থম্মোয় লীচৎকী মীৎয়েংদসু লাল্লবনি হায়না ফাওরকই। অশেংবা নুপা নুপীগী মরীদি থম্মোয় তিন্ননা শেমগৎপা অহানবা লুহোংবগী মরী অদুদা লৈ হায়না লৌরকই। মহাক্না চিত্রাবু অহানবা উবা মতমদা ফাওখিবা মিনুংশি অমদি কৎথোকপগী ওইবা ব্রাখল অদুদগী হেনজিন্না চিত্রাগী শক্কী ময়াইদা ঙাওরুবা অমদি মহাকপু মাগী পুন্সিদা চিংশিন্নবা হোৎনরুবা অদুমক লাল্লবনি হায়না ফাওরকই। অদুনা চিত্রানা নাদুনা লৈরে হায়বগী পাউ তাবদা মহাক হোস্পিতালদা লাকই। চিত্রাগী শোক্লবা ফীভম উরুরগা নুংশিবা ফাওরকই। মহাক্না চিত্রাগী মফমদা ফাওখিবা পেন্দবা, নুংঙাইতবা কয়া অদু কোকখ্রে। মদুগী মহুত্তা অহানবা উবা মতমদা ফাওখিবা মিনুংশি অমসুং কথোকপগী ব্রাখল অদু অমুক হন্না ফাওগৎলকলে। অসুম্না মুক্লরম্বা মায়কৈ অনীমক্না মশা মশাগী অনীংবা, অপাম্বা অমদি মীৎয়েংশিং অদু পুন্সিগী হকথেংনরকপা ফিভমদগী তপ্না-তপ্না কোমথোক্লরকই। অরোইবদা মখোয়গী পুক্কিংসু ফিদমগী মায়কৈদা চঙশিল্লকই। মখোয়গী থম্মোয়গী মুক্লরিবা অসিদা ধর্ম্ম অমদি ত্রেদিসনগী মীৎয়েংনা ব্রারেপ লৌবদা তেংবাংলকই। নুপা-নুপীগী মরী অসি শেংলবা থম্মোয়গী মরী অমনা পুল্লবতদা অশেংবা স্বগগী মশক ওইবা নুংঙাইবা অদু ফংবনি। মসিগী ব্রাংমদা লৈরিবা মরীদি অফবা অচুম্বা নত্তে হায়বা ব্রাখলসিদা মায়কৈ অনীমক্না সন্ধি তৌনৈ। অদুনা মশা-মশামক লাল্লে হায়বসিদা য়াজরকই। শাগৎলক্লিবা মুক্লবগী মশক অমদি চত্থরক্লিবা ব্রারী অসিদা লমদমসিগী ধর্ম্ম অমদি ত্রেদিসনবু অচুম্বনি, অফবনি হায়বা মীৎয়েং উৎলি।

মথক্কী উপন্যাসশিং অসিদা উরিবা মুক্লবগী মশক অসিদগী খঙবা ঙম্বদি অরাম্বম বীরেনগী উপন্যাসশিং অসি অয়াম্বনা অচৌবা ব্রাখল্লোন অনীগী মুক্লবদা য়ুমফম ওইদুনা শাগৎলি। ব্রাখল্লোনশিং অদুদি ফিদম অমসুং মসিগী

ওন্ন-তৈনবা মায়কৈ অনীগী মুক্রবা অমদি চীংখায়নবগী মশক্কি। ফিদম অমদি অফবা ব্রাখল্লোনদা হেন্না শাফু পী। অরোইবদা ফিদম অমদি অফবনা মায় পাকহল্লি। মহাক্কী মুক্রবগী মশকশিং অয়াম্বনা নুংগী মুক্রবনা হেল্লি। শাফু লৈনা চোংথোক্কুনা লাম্বা তৌনবা নত্তে। পুক্সিগী অওইবা এক্সপরিয়েন্সনা অরোইবা ফলশিং তপ্না-তপ্না উৎলকই। মরোমদোম তাজরকপা ফলনা অশেংবা বিচার তৌরকই। মসিদা মীওইবগী অফবা, অচুম্বা শরুকপু পুথোকপা পাম্বা, মদুবু হেন্না অফবনি হায়না উৎনবা হোৎনবা মীৎয়েংশিং লোয়নরি। অদুমওইনমক খুৎশেমনা শাগৎপা, ওইহন্নীংবা মওংদা পুথরিবা মশক্তি নত্তে। ফীভম তাঞ্জানা পোক্লকপা ব্রাখল্লোনশিংনা থেংগাইনরকপনি। অরোইবদসু এক্সপরিয়েন্সনা অমদি লমদমসিগী সমাজগী চৎনবী, থাজনবী অমদি ধর্ম্মগী মীৎয়েংনা রায়েন্দুনা লৈখায় অমা পীরকই। মসি অইবগী উপন্যাসতা থেংনবা তোপ তোপ্পা শক্তম অমনি।

## হিজম অঙাংহলগী

## শিঙেঙন ইন্দুদা রসকী মশক

রস হায়বগী অর্থদি মহাও হায়বনি। সাহিত্যদা রস হায়রগা কাব্যগী মহাও লৌববু খঙনৈ। করিগুম্বা পোৎ অমা চাবা মতমদা ফংলিবা মহাও অদুগুম্না কাব্য পাবা নত্তগা তাবা মতমদা ফংলিবা নুংঙাইবা অদুবু কাব্যগী রস কৌই। সাহিত্যগী রস অসিদি লৈনা তংবগী মওং অদুগা খেন্নৈ, মসিদি নুংদা ফংগদবা আত্মাগা হকথেংনবা অন্নাংবা থাক্কী নুংঙাইবা অমনি। ঐখোয় মীওইবগী নুংদা মখল মওং কয়াগী ওইবা ঈহলশিং তুঙদুনা লৈ। ঈহলশিং অসি অচুম্বগী মওংদা লৈরম্বদগী মপানগী চান্নবা ইথিল ফংলবা মতমদা য়াকাইরকই। কাব্য পাবা নত্তগা তাবা মতমদা মদুনা পুরিবা ভাব অদুগা চান্নবা ঈহলশিং অদু মীশিংগী থম্মোয়দা ঈহৌরকই। ঈহল অসি মখল মওং কয়াগী ওইবা য়াই, মদুনা মপুঙফানা অয়ৌবী থাক্তা কাখৎলকপা মতম অদুদা খোয়থুম্নরবা নুংঙাইবগী ইনোৎ অমা অপাবা, অতাবা নত্তগা অয়েংবগী নুংদা কারকই। মসিদা ফংলিবা নুংঙাইবা অসি আত্মাগী ওইবা শকথেংনবা য়াওরবা মনুংঙাইনি হায়না পণ্ডিতশিংনা শীংথারমই। মসিগী নুংঙাইবা অসিবুনি কাব্যগী 'রস' হায়না খঙনরিবসি।

রস করম্না থোকই হায়বসিগী মতাংদা খ্বাইদগী মরুওইবা অচৌবা ব্রাফম লাউথোক্লম্বদি ভারত মুনিনি। মহাক্কী রসসূত্র হায়না খঙনরবা শ্লোক - বিভাব নুভাবব্যভিচারিসংযোগাদ্রসনিষ পত্তিঃ হায়দুনা মহাক্কী নাট্যাশাস্ত্রদা পল্লমলিবা অসিদা কাব্যদগী করম্না রস ফংগদৌরিবনো অমদি ফংলিবনো হায়বসিগী মতাংদা য়াম্না মচঙ ওইবা ব্রাফম অদু তাক্লমই। বিভাব হায়বদি রস থোক্নবগী মরমশিং খুদম ওইনা নায়ক, নায়িকা অমদি তেংবাংলিবা অকোয়বগী ফীভমশিং, মী, পোৎ, জীব; অনুভাব হায়বদি স্থায়িভাবশিংবু ফোঙদোক্নবা তৌরিবা নায়ক-

নায়িকাগী অভিনয় (acting) অমদি ব্যাভিচারিভাব হায়বদি স্থায়িভারশিংগা লোয়নদুনা লাকপা অমদি মদুদা হেন্না মথৌ হাপলিবা ভাবশিং অহুম অসিনা পুল্লগা রস থোকই হায়বসিনি। মহাক্লা মখাতানা - বিভাবনুভাবব্যভিচারিণঃ স্থায়িভাবানুপাশ্রিতা ভবন্তি হায়না পল্লমলিবা অসিনা হায়রিবা মথক্কী ভাব অহুম অসিনা স্থায়িভাব হায়বদি মীপুম খুদিংগী নুংদা য়াওবা, পোকপদগী লোয়নজরক্লবা লেঙদবা অমদি অতুম্বগী ফীভমদা লৈরিবা ঈহুল অসিদা তাংজদুনা লৈ হায়বসিনি। অদুনা মহাক্কী মত অসিগী মতুংইন্না বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারিভাব অমদি স্থায়িভাব মরী অসিনা পুল্লগা রস থোকই হায়বসিনি।

রসসূত্র অসিবু নৈন-মীওই কয়ানা ব্যাখা তৌদুনা মাগী মাগী ওইবা মীৎয়েংদা অর্থ হন্নরকই। সংযোগ অমদি নিষপত্তিবু হল্লিবা অর্থ অসিনা মখোয়গী খেন্নবা মীৎয়েং লৈহল্লি। ভট্টলোল্লটকী ব্রাপুদি বিভাবনা রস থোক্লবগী মরমনি, রস অসি অভিনয় তৌরিবা নায়ক নায়িকাগী থম্মোয়দা পোকই হায়বসিনি। পণ্ডিত শংকুক্লা হায়রিবনা বিভাবনা মতৌ তমলিবা বিষয় অদুদা লৈখিবা রসকী খাক অদু বিভাব অদুদসু লৈরে হায়না লৌবা মতমদা অয়েংবা নক্লগা অতাবগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওই হায়বসিনি। ভট্ট নায়ককী ওইবা মোৎতি রস অসি ভাবক্কী পূক্লিংদা পোকচবনি হায়বসিনি। কাব্যবু পারবা নক্লগা তারবা অমদি অর্থ লৌশিল্লবা মতুংদা মদুদা শীংথারিবা বিভাবশিং অসিবু হান্নগী অশেংবা বিষয় অদু নত্তবা অচম্বা ময়ামগী ওইবা থাক অমদা লৌরক্লবা মতম অদুদা ভাবক্কী পুক্লিংদা রস অদুগা হকথেংনৈ হায়বসিনি। খুদম ওইনা নুংশিবা নক্লগা অৱাবগী অভিনয় তৌরিবা কাব্যগী পাত্র অদু লীলাগী পাত্র ওইনা উবগী মহত্তা ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওরিবা অশেংবা মী ওইনা লৌরক্লবা মতম অদুদা অৱাবগী নক্লগা নুংশিবগী রস অদু অপাবা অদুগী থম্মোয়গা হকথেংনরকই হায়বসিনি। রস পোকপা নক্লগা রস থোরকপগী মতাংদা অভিনবগুপ্তগী ওইবা ৱাহস্থোক্তি মীশিংগী পূক্লিংগী ঈহুল (স্থায়িভাব) অসি অতুম্বগী ফীভমদা লৈ। কাব্য পাবা নক্লগা তাবদা বিভাব অমদি অতৈ ভাবশিংগী মতেংদগী স্থায়িভাবশিং অসি হৌগৎলকই। ফীভম অসি কলাগী ওইবা পোৎলমশিংবু মশাগী নক্লগা লন্নাই ওইবা নত্তবা ময়ামগী ওইবা ফীভম (সধারনীকরন)দা ফাওরক্লবা মতমদুদা ওইরকপনি হায়বসিনি।

রস থোকপগী থৌওংদা তোঙান-তোঙানবা পণ্ডিতশিং অসিগী মীৎয়েংবু নৈনকরগা অয়াম্বা মীওইশিংনা য়ানদুনা পুখৎলিবা ৱাফমদি স্থায়িভাব হায়বা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা তুঙদুনা লৈবা পুক্নিংগী ঈহুলশিং অসিবু বিভাবনচিংবা ভাবশিংনা হৌদোরকই। কাব্য পাবা, তাবা নত্ত্রগা য়েংবদা পুক্নিং লুপশিনবদগী বিভাবশিংবু সাধারনীক রনগী থাক্তা লৌরকপদগী ভাবক্কী পুক্নিংদা রস অসি পোক্লকই হায়বসিনি। হায়বদি বিভাবশিংনা উৎলিবা নুংশিবা, অৱাবা, থৌনা নত্ত্রগা অশাওবা অদুবু পাত্র অদুগী নত্ত্রগা অপাবা মশাগী মরম্নাইগা মরী লৈনবা ওইনা লৌবগী মহুত্তা ময়ামগী ওইবা মশক অমদা উরকপা মতমদা অৱাবা নত্ত্রগা নুংশিবা নত্ত্রগা নোক্নীংবগী মহাও অদু ভাবক্কী পুক্নিংদা হকথেংনরকই হায়বসিনি। মসি বিভাব অদুনা মরম ওইরগা তুমদুনা লৈরম্বা ভাবক্কী পুক্নিংদা লৈরিবা স্থায়িভাব অদু হৌগৎলকপদগীনি হায়বসিনি। অদুনা ভারতমুনিগী রস সুত্রনা পল্লিবা বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচারিভাব অহুম অসিনা পুল্লগা রস থোকই হায়বসি অয়াম্বা মীওইশিংনা য়ানরি।

ভরতমুনিনা (১বা/২বা চহিচা) রসকী মখল নীপাল (৮) নি হায়না মহাক্কী নাট্যশাস্ত্রদা পল্লম্মী। মখোয় অদুদি শৃঙ্গার, হাস্য, করুন, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস অমদি অদভুতনি। মসিগী মথক্তা উদভটনা (৮বা/৯বা চহিচা) না 'শান্ত' হায়বা রস অসি হাপচিল্লমই। মসিগী মতুংদা ১৪ শুবা চহিচাদা বিশ্বনাথ কবিরাজনা বাৎসলা রস হাপচিল্লকই। ১৫-১৬শুবা চহিচাদা ভক্ত পণ্ডিত রূপ গোস্বামীনা ভক্তিরস হাপচিন্দুনা হৌজিক্তি ময়াম্না য়ানদুনা চৎনরিবা রসকী মশীং অসি তরামাথোই (১১) শুরে।

রসশিংগী মশক য়াম্না শম্না মখাদা পল্লি -

১/ শৃঙ্গার রসঃ রস অসিগী স্থায়িভাবতি রতিনি। কাব্যদা রস অসিনা খঙনরিবা অর্থদি নুপা-নুপীগী ওইবা নুংশিনবগী ওইবা নুংঙাইবা/মহাও অদুনি। সমাজগী ওইবা মীৎয়েংদগী অমকপা য়াওদবা নুপা-নুপীগী মরীদা রস অসি লৈ হায়না লৌই। অলম্বন বিভাব ওইরিবা নায়ক নায়িকা অমদি উদ্দীপন বিভাব ওইরিবা নাক-য়েৎ অমদি অকোয়বগী দৃশ্য অদুদা মখোয়গী মীৎয়েং-নায়েং, ৱাহৈ, মওং-মতৌ (অনুভাব) অদুনা মতেংপাংদুনা অমদি ঈহুলশিংগা

লোয়নরকপা থৌওংশিং (সঞ্চারিভাব)শিংনা হেন্না ময়েক শেংহন্দুনা রস অসি উৎথোরকই। শৃঙ্গার রসকী মখল অনীনি। (১) সমভোগ (উন্নবা) অমদি (২) বিপ্রলম্ভ (কায়নবা) বিপ্রলম্ভবু অমুক মখল অহুমথোক্লা খায়দোকই। মদুদি (১) পুবরাগ (২) মান অমদি (৩) প্রবাস হায়বসিনি।

২/ হাস্য রসঃ নোকপা, নোকহনবগী মহাও অদুনি। রস অসিগী স্থায়িভাবতি হাসনি। কাব্যদা নোকহন্নবা মরম ওইরিবা পাত্র, পোৎশক নত্ত্রগা জীব অদুনা বিভাবনি। মখোয়গী ফিজেৎ, ম্রাঙাং নত্ত্রগা থৌওং (এক্তিং) অদুনা অনুভাবনি। মদুদা মতেং পাংলিবা ইঙ্গিৎ নত্ত্রগা ঈহুল অদুনা সঞ্চারিভাবনি। কাব্যগা হকথেংনবদা ফংলিবা নোক্লীংবগী মহাও অদু হাস্যরসনি।

৩/ করুণ রসঃ ৱাবা, হঞ্জান্নবা, অমদি তন্থবা পূক্লিংগী ফীভমদগী ফংলিবা মহাও অদুনি। রস অসিগী স্থায়িভাবতি শোকনি। বিভাব ওইরিবা পাত্র অদুগী ফীভম, ম্রাঙাং, মওং মতৌ অমদি নাক-য়েৎকী শক্তম অদুনা অৱাবগী মহাও অমা কাব্য হকথেংনরিবশিংদা ফাওহল্লকপা অদুনি।

৪/ রৌদ্র রসঃ অশাওবনি। মসিগী স্থায়িভাবনা ক্রোধনি। কাব্যদা বিভাবনা অনুভাব অমদি ব্যাভিচাবিভাবনচিংবগী মতেংনা অশাওবগী ফীভম উৎলকপদা অপাবা, অতাবা নত্ত্রগা অয়েংবগী নুংদা লৈরিবা অশাওবগী স্থায়িভাব অদু য়াকাইরকই। ফীভম অসিগা হকথেংনবদা কাব্য হকথেংনরিবশিংদা রৌদ্র, রসকী মহাও অসি ফংহল্লি।

৫/ বীর রসঃ অকন-অথৌগী ওইবা রস হায়বনি। মসিগী স্থায়িভাবনা উৎসাহ (থৌনা/লিংজেন)নি। বিভাবনা য়েক্লবগা লাম্বা পাবগী দৃশ্য, ফীভম নত্ত্রগা শক্তমশিং উৎলকপদা রস অসি থোকই। মখোয়গী অকল-অথৌগী ওইবা ম্রাঙাং ম্রাতা, শাজৎ, থৌওং চোং-ফনবচিংবসিনা অনুভাব ওইদুনা অমদি নীংশিংবা, চাউথোকপা অকল-অরীং শীংবা, অমদি লাংতক্লবগী মওংশিং অসিনা ব্যভিচারি ওইনা মতেং পাংদুনা অয়েংবা, অপাবা নত্ত্রগা অতাবগী নুংদা শাফু কন্না য়ৈরবা মতম অদুদা বীর রসকী মহাও অসি ফংই।

৬/ ভয়ানরক রসঃ পূক্লিংদা ফাওবা অকিবগী ফীভম অদুনি। মসিগী স্থায়িভাবনা ভয় (অকিবা) হায়বসিনি। কনাগুম্বা মী অমবু উবদা, করিগুম্বা

পোৎ নত্ত্রগা জীব উবদা অকিবা ফাওরকপা, মরাল লঙজরুরবা মীশক অমনা দণ্ডিগী ব্রাখলদা থুক্কৎপা ফাওরকপা, অচৌবা য়েক্লবা নত্ত্রগা শাথিবা ফীভমগা মায়োক্লগদৌবগী ফীভমদা পূক্লিংদা ফাওরকপা অকিবা ফীভম অদুবু শীংথারকপদা রস অসি হকথেংনৈ। কিদুনা লাওবা, নীকপা, পাখৎনা চেনবা অসিনচিংবা অলম্বন বিভাবনা উৎলিবা অভিনয় অদুনা রস অসিবু উৎথোরকই। ব্রান্থবা, চিংনবা, চিন্তা তৌবনচিংবা ব্যভিচারি ভাবশিংনা হেন্না মশক থোকহন্দুনা কাব্য পারিবশিং, তারিবশিং নত্ত্রগা য়েংলিবশিংগী পূক্লিংদা ভয়ানকী রস অসি হকথেংনহল্লি।

৭/ ভীবৎস রসঃ হঙ্গোইবা, তুকৎচবা ফীভম থারকপদা নত্ত্রগা উৎলকপদা রস অসি ফংই। জগুপসা (তুকৎচবা) হায়বসিনা মসিগী স্থায়িভাবনি। তুকৎচনীংঙাই ওইবা পোৎ, মী নত্ত্রগা শা অসিনচিংবনা অলম্বন বিভাবনি। মনম নমথিবা, হন চঙবা, হয়িং ইনবা অসিনচিংবা উদ্দীপন বিভাবনি। নাতোন সুগৎপা, তিন শিৎপা, মীৎ উইশিন্দুনা শুগৎতুনা খাঙবা অসিনচিংবনা অনুভাবনি। থুক লাউবা পোকপা, হৈনীংদবা, থুক্কৎপা, লায়না পোকপা অসিনচিংবনা সঞ্চারিভাবনি। ফীভমশিং অসিনা পুল্লগা ভীবৎস রস অসি অপাবগী নুংদা হকথেংনহল্লি।

৮/ অদভুদঃ পূক্লিংদা ফাওরকপা অঙকপগী মশক ওইবা নুংঙাইবগী মহাও অদুনি। মসিগী স্থায়িভাবনা বিস্ময় (অঙকপা) হায়বসিনি। মহৌশাগী ওইবা মওং নত্ত্রগা মশাজৎতগী তোপ-তোপ তাবনা মরম ওইরগা মী, পোৎ, নত্ত্রগা করিগুম্বা ফীভম অমবু হকথেংনবদা পূক্লিংদা ঙকপা ফাওরকপা অদুনি। অঙকপা অসিনা থাক ব্রাংনা ফুক্কৎলকপদা ফংলিবা নুংঙাইবগী মহাও অদুবুনি অদভুদ হায়রিবসি। অঙকপা দৃশ্য, পোৎলম নত্ত্রগা মীশক্লা অলম্বন বিভাবনি। মানা তৌথোরকপা মওং-মতৌ অদুনা উদ্দিপন বিভাবনি। মীৎ শুক্তোকপা তু চুংবা, হুমাং তাবা অসিনচিংবনা অনুভাবনি। অদুগা হরাওবা, তথকপা, থুক্কৎপা, লাংতক্লবনচিংবা অসিনা সঞ্চারিভাবনি। ময়াম অসিনা পুল্লগা কাব্য হকথেংনরিবশিংগী নুংদা অঙকপা পোকহন্দুনা মদুগী নুংঙাইবা পীরকপদা রস অসি হকথেংনহল্লি।

৯ / শান্ত রসঃ নির্বেদ হায়বসিনা মসিগী স্থায়িভাবনি। ময়াক য়াওদবা, হঞ্জান্নবা ফীভমনি। সংসারগী ভোগ চাদুনা হিংলিবা মীশিং (মুনি ঋষি নত্তবা) না করিগুম্বা মরম নত্তগা ফীভম খরদগী সংসারগী ওইবা পোৎলম অমদি থৌওংশিংদা পুক্নিং চঙলক্তবা, অপাম-মিহৌবা লৈরক্তবা, তম্বরকপা, হঞ্জান্নরকপা পুক্নিংগী ফীভমশিং অসি মনুং হুনজিন্না শীংথারকপদা রস অসি থোকই।

১০/ বাৎসল্য রাসঃ মচা নুংশিবগী ভাব (বাৎসল) না স্থায়িভাবনি। অশেংবা মপা-মমাগা মচাগা লৈনরিবা মরী অদুদা নত্তনা পোকতবা ওইরবসু লৈনরিবা মরী অদুনা মমা মপাগা মচাগা লৈনবা মরীগী ওইবা মওংগী নুংশিবা অদু উৎলকপদা বাৎসল্য রস অসি থোকহল্লি। মরী অসি মীগা মীগতা লৈনগনি হায়বগী অকক্নবসু লৈতে। মীগা পোৎকা, মীগা অতৈ জীবগা ওইরবসু লৈনরিবা মরী, ফাওরিবা নুংশিবা অদুনা মমা-মপাগা মচাগগী ওইবা মরীগী ফীভমদা লাক্লবা মতম অদুদা বাৎসল্য রসকী মশক অসি থোক্লকই।

১১/ ভক্তি রসঃ ভক্ত অমনা মহাক্না থাজবা ইশ্বর অমগী মফমদা থমজবা ভক্তিগী ওইবা ঈহুল অদুনা পীবা মহাও নত্তগা নুংঙাইবা অদুনি। মসিগী স্থায়িভাবনা ঈশ্বর প্রেম হায়বসিনি। কল্লকপা, মিহৌবা, অপাম্বা য়াওদনা অমদি অমাঙ-অতোং থিদনা কথোকপা, চঙজবগা লোয়ননা ঈশ্বর অদুদা নকশিন্নীংবা, তীঞ্জনীংবগী থাক্তা নুংশিজবদুনি। ঈশ্বরগী ওইবা মতীক মগুণ চেল্লিবা, ঈরাৎলিবা শক্তম অদুনা অলম্বন বিভাবনি। ঈশ্বরগী মতীক মগুণ শকচ-শোঞ্জবা, লাৎপা অসিনচিংবনা উদ্দীপন বিভাবনি। হায়জবা, চঙজবা, লাউজবা, শীংথাজবা অসিনচিংবনা অনুভাবনি। নুংঙাইবা, হরাওবা, পিরাং শিন্থবা, তু চুংবা, নোকপা, থাগৎপা, চাউথোকপা অসিনচিংবনা ব্যভিচারীভাবনি।

মহাকবি অঙাংহলগী 'শিঙেল ইন্দু' (১৯৩৬) শৃঙ্গার অমদি করুন রসনা মপুঙওইবা কাব্যনি। বাৎসল্য, ভক্তি, শান্ত, হাস্য, রৌদ্র, বীর অমদি অদভুদনচিংবা রসশিংসু কাব্য অসিদা য়াওরি। অদুমওইনমক মখোয় অসিদি চাং য়াম্না অদুগা থাক ৱাংনা পুখৎপা থেংনদে। মরুওইনা অমদি থাক ৱাংনা পুখৎলকলিবা রসতি শৃঙ্গার রস অমসুং করুনরস অসিনি। মসিগী মথক্তা বাৎসল্য রসকী মশকসু খরদং মশক থোক্না য়াওবা থেংনৈ।

কাব্য অসিগী ব্রারী খোঙফম অসি মরুওইবা নায়ক অমা ওইরিবা যাত্রাগী পুন্সিদা থোকখিবা কায়নবনা পোলোই ওইবা নুংশিবা অমগীদমক ব্রাহৌবা ফীভম থাবদগী হৌই। শিলচরগী মালু কৌবা খুলদা পোকপা যাত্রানা মহাক্কী ইনখৎলকপা মতমদা খুল অসিদা লৈবী, হৌমিন কামিন্নরকপী কৈনা কৌবী অমগা থম্মোয়গী মরী লৈনখি, লৈপুন ওইসি ব্রারেপ্পখি। অদুবু নোংদম্বগী খুজিন্না কৈনা তাইবঙপান থাদোকখ্রে, লৈপুন শেম্বা ফংহৌদ্রে। কৈনাগা শেৎন-খায়নবগী মৈচাক্লা যাত্রা অঙাওবা ওইহৌরে, ইকায়-ইকি খঙদনা মহাক্কী থম্মোয়গী অব্রাবা মীমাং থোক্লা উৎথোরকলে। খঙলমদবা কয়াসু, অহল লমনশিংসু লোয়না তান-খঙনরকলে। মাগী ওইরিবা ফীভম অদুদা কুপ্পা খন্নরবা তুংদা মৈতৈ নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা যাত্রাবু মৈতৈ লৈবাক্তা পুখ্রে। চহি কুম্থাগী মতুংদা যাত্রানা মালু খুলদা লাকই। খুলগী মীওইশিং যাত্রাগা হৌমিন কামিন্নরকপা মরুপ-মপাং, অহল-লমন পুম্নমক্লা মহাকপু হরাও তয়াম্না ওক্তুনা কুইনা উন্নরুদবগী মপাউ হংনৈ, খুমনৈ। মরুপ-মপাংশিং অদুগা উন্নরুবগা মশাগী চহি ১৭ শুবা ফাওবা অব্রা-নুঙাই কয়াগা ঈরোয়ননা লৈরম্বা মাগী পোক্লফমগী খুল্লক-লৈরক, হৈপাল-লৈপাল, উ-ব্রা খিবিক উরুবগা পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা কুইনা নমশিন্দুনা থমলুরবা যাত্রাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী অব্রাবা থৌদোক অদু অমুক নৌনা নীংশিংলক্তুনা মাগী থম্মোয়নুংদা অব্রা-মৈরি হৌরক্তুনা লাউ-খোংনা চাকখৎলকই, মদুদা যাত্রাগী ওইরিবা নুং-পানগী ফীভমবু কাব্য অসিগী অহৌবদা মরীক চুম্না শীংথারকই। যাত্রাগী থম্মোয়গী অব্রাবা মশক অসিবু মহাক্কী নাক-য়েৎকী ফীভম, প্রকৃতিগী শক্তম, হৌখ্রবগী ব্রারী থৌদোকশিংগা লোয়ননা মরীক চুম্না শীংথারকপদা থাক ব্রাংলবা করুন রসকী মহাও অমা পীরকই। মতাং অসিদা পীরিবা করুন রসকী মহাও অসিবু অব্রাংবা থাক্তা পুখৎলকপদা কাব্যকারনা শীংথারিবা নাক-য়েৎকী ফীভম, প্রকৃতিগী শক্তম হায়বদি উদ্দীপন বিভাবশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌরি। ইনখৎলকপা মতমদা থোকখিবা অব্রাবা থৌদোক অমনা মরম ওইরগা অঙাওবগা পাংখক ওইরবা যাত্রানা কায়ন-মৈচাক কাওবা ঙম্নবা মালু খুল থাদোক্তুনা চৎলুরবা চহি কুম্থাগী তুংদা অমুক হন্না খুল অসিবু উবদা হৌখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংলিবা অসিদা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগী, অচৌবা থৌশিল য়াওরি। অব্রা-মৈচাক পুরিবা যাত্রা (অলম্বন বিভাব)গী

থম্মোয়দা মহাক্কী পোক্লফম মালুখুল, মহাক্কী মরুপ মপাংশিংবু নীংশিংবা অদু ফুমদুনা লৈ। মতম কুইরবগী তুংদা মালু খুলদা লাক্কুনা পুম্নমক অদুগা অমুকহন্না উন্নরবা, থেংনরবা অদুদগী মহাক্কী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈরম্বা নীংশিংবা অদু য়াকাইরকই। য়াকাইরকলিবা নীংশিংবা অসিনা মরম ওইরগা মহাক্কী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈরম্বা কায়নবগী অব্বাবা মৈচাক অদু শাফু কন্না চাকখৎলক্কুনা নুং-পানদা অকনবা শাফু পীরকই। শাফু অদু যাত্রাগী মওং মতৌদা ময়েক-শেংনা উৎথোরকই। নায়ক অসিগী থম্মোয়দা ফাওরিবা মৈচাক অদু মহাক্কী মওং মতৌ শাজৎ (অনুভাব) অদুনা মরম ওইরগা অপাবশিংগী থাম্মোয়দা শোক হায়বা স্থায়িভাব অসিবু হৌগৎহল্লি। অলম্বন বিভাব ওইরিবা যাত্রানা হৌখিবগী অব্বাবা ব্বারীশিংবু নীংশিংলুবদা মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা অব্বাবগী ঈথক ঈপোমশিং অদু মহাক্কী মওং মতৌশিংনা নীংথিনা উৎলকপসিনা অপাবগী নুংদসু যাত্রাদা ফাওরিবা অব্বাবগী ঈহুল অসি ফাওহল্লি, মসিদা শোক হায়বা স্থায়িভাবসি হৌগৎহন্দুনা অপাবগী থম্মোয়দা করুনরস ফংহল্লি। কাব্যকারনা নায়ক অসিগী থম্মোয়দা লৈরিবা নীংশিংবগী মতৌ অদুবু শীংথারি।

> "বোন্দা পোকপা চেক্লানা বোনগী মাইকৈ য়েংবগুম
> সনায় পোন্দা লৈনসু চেক্লা খোইদৌ তাদগুম,
> লমদম সোমদা ওল্লগা মতম খুদিং খল্লকই,
> মাইকৈসিবু য়েংবদা মিৎতা পিবু তারকই।" — শিঙেঙল ইন্দু, লা:৩

মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরবা যাত্রানা পোক্লফম মালু খুলবু নীংশিংবগী মশক অদুনি। ব্বারী-থৌদোক কয়াগা ঈরোয়ননা চেন্থখিবা অঙনবা পুন্সি তাঙ্কক অমগা শাগোন্নরিবা পোক্লফম লমদমবু নুংশিবগী অকনবা ঈহুল য়াওবা নীংশিংবগী মশক অমা নায়ক অসিগী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈরকই। চহি ৩০গী মতুংদা মহাক্কী পোক্লফম খুলদা লাকপা মতমদা কুইনা উরুদ্রবা মরুপ মপাংশিং, প্রকৃতিগী পোৎলমশিং অমমমতা ওইনা উরকই। মরুপ-মপাং, বরাক তুরেলগী তোবর্বান, হিদেন তাফম, তোবর্বানগী খোংনাং পাম্বী, লৈরক-খুল্লক পুম্নমক অসিনা উদ্দীপন বিভাব ওইদুনা যাত্রাগী থম্মোয়দা লৈরম্বা নীংশিংবা অদু য়াকাইহল্লি।

> "মতম কুইনা কংব্রবা থমোই লাইজ তুখুন্দো,
> পাক-চাওরবা লকাদি লমদম লৈত্রুক চৎপদো,

কুমগী- ঈহৌরক্তুনা লাইজ শুমথুম থুমখরে,
তোবর্বান চাংদোন পাথরে লমদম মাইকে খাংদরে।" — লা: ৫

যাত্রাগী থম্মোয়দা ঈহৌরকলিবা নীংশিংবা অমদি মদুনা পীরক্লিবা অৱা-মৈচাক অদুবু মথক্কী পরেং খরা অসিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোকলি। প্রকৃতিগী পোৎলমশিং (উদ্দীপন বিভাব) শিংনা হৌগ্রবা থৌদোক নীংশিংবদা অকনবা ঈনোৎ পীহল্লি। উপাল-ৱাপাল, হৈপাল লৈপাল শিংবু নুংদা মরোল থোকহন্দুনা নায়ক অসিগী নুংগা ৱারী শান্নহল্লি ; মরুওইবা থৌদোক কয়াগা শাগোন্নখিবা বারাক তুরেল মপান্দা হৌবা তরুং খোংনাং অমবু নুংগী মরোল থোকহল্লি, যাত্রাগী থম্মোয়গা লোন ফাওনহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা নীংশিংবা হায়বা ব্যভিচারিভাব অসি শাফু কন্না হৌগৎহন্দুনা নায়ক অসিগী নুংদা য়েহল্লি। মসিনা মরম ওইরগা অৱাবা (শোক) অসি নায়ক অসিগী থম্মোয়দা ফুক্কৎলকই

"নুংদাং থাবন অঙৌবা লাইজ ইপাক ওইখরে
ইকং-কংবা সোরোক থক, যাত্রা চৎপা ঙমদরে।
খোঙকাপ অনি মরি থাং যাত্রা চপ চপ লেপ্লক্লে,
মমিৎতগী মপীনা থবাক ফীরোন চোৎলক্লে।
মমাই নোংচুপ ওনবদা খোংনাং অমা হৌরকই।
খোংনাংদুনা কৌরক্লে যাত্রা চিংনা য়েংঙকই।
মরুপশিংনা ঙাংবদা যাত্রা নাকোং চংদরে
হংবা হায়বা অনিদা খুম্বা কৌবা লৈতরে।" — লা: ৫

মহাক্কী নুংদা ফাওরক্লিবা অৱাবা অদুবু মপান থোক্লা উৎথোরক্লে। মহাক্কী মওং-মতৌশিং কপ্পা, পি তাবা, খোঙথাংনীংদবা, থাংবা ঙম্লক্তবা, অকোয়বগী মী-পোৎ উরক-তারক্তবা, কৌবা ঙাংবা খুম্লক্তবশিং অসি শোকক্কী অনুভাবশিংনি। মসিবু উরুরগা অপাবশিংগী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈবা স্থায়িভাব 'শোক'পু য়াকাইহল্লি, নায়ক অসিদা লৈরিবা মৈচাক্কী ঈহুল অসিগী মহাও অপাবগী পুক্লিংদা পান্দুনা করুনরসকী মহাও অমা পীরকই।

কাব্য অসিগী ৱারী পরীংদা করুনরস অসি মতাং কয়ামুক্তা ফুক্কৎলকই। যাত্রানা মালু খুলদা তোনশিজনা পোকপী ইন্দু মচিন মৌপ্পাবু উরুবদগী অমদি মখোয়গী ওইরিবা ফীভমবু খঙবদগী মৈতৈ লৈবাক্তা পুরগে হায়না থনখ্রে।

ৱাফম অদু খুলগী মীওই কয়াগা তান্নদুনা অঙাং অনীবু পুবা তারবদা ইন্দু কৌবী নুপীমচা অদুনা মপা-মমানা থল্লম্বা য়ুম ইংখোল অদুবু থাদোক্লমগনি খল্লুবদা অমদি মাবু য়োকপি শেনবিরকপা লৈকায় মমা-মপা অমদি কৈরোই লৈকায়গী মরুপ মপীজাশিংবু শেংনগনি খনবদা মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওরকলিবা অৱাবগী ঈহুল অদু উৎলকপা মতাংদসু করুন রসকী মহাও পী।

ইন্দু মচিন মৌপ্পানা যাত্রাগা লোয়ননা মৈতে লৈবাক্তা চৎলমদাইগী মতমদা কৈরোই লৈকাইগী মী অয়াম্বা তিল্লে, মতমসিদা লৈকায় মমা তম্পাক অমদি কেশ নোঙ্গাথ্রবা ইন্দুগী মপা-মমা অনীবু নীংশিংদুনা লোন্না কপলে, য়ুমগী লাই সনামহি লৈমরেল খুরুমহল্লগা থোরক্লুনা বৃন্দা দেবী খুরুম্লবা হায়নরকপা মতাং অসিদা ইন্দুনা মপা-মমা লৈরিঙৈ মতাশিংগা লোয়ননা চেন-চোংদুনা শান্নখিবা কয়াবু নীংশিংলকই –

"উবক্লেনে ইন্দুনা বৃন্দা লমদম অদুদা,
পম্বৌ মপা লৈরিঙৈ মতাশিংগা শান্নবা,
লৈরাং মাবু হেকপদা হেকউনুদি চৈরম্বা
লৈবাং জাতি পাম্বীনা শিংঙেন ইন্দু কৌরক্লে,
কায়নবগী মালংবা লৈনা-লৈনা শিংলক্লে।" – লা:৩২

প্রকৃতিগী পোৎলমশিংনা ইন্দুগী থম্মোয়দা নীংশিংবগী মথৌ শংলকপা অসিনা ইন্দুগী থম্মোয়দা অৱাবগী ঈহুল শাফু কন্না য়াকাইহল্লে, হৌখ্রবা মতমবু খল্লুবনা লৈখিদ্রবা মমা মপা অনীবুসু হেন্না হেন্না নীংশিংহল্লি। নীংশিংবা অদুদা লুপখিবনা মাগী ৱাখলদা মমাবু শংশং উরক্লে –

"পলেম মমায় কাদগী ইন্দু পোকপী মমানা,
নুরা মাবু কৌবসু তারক্লেদো ইন্দুনা,
'ইমায়বেম্মা কৈদনো ইমা লৈত্রে হায়দুনা
পোইরে মৈতে তম্নবু চৎলগেরা নহাক্লা ?
পলেম পম্বৌ কাসিদি নুরা হাংহৌগদৌরে।
চৎখিনুবা ইবেম্মা পলেম খুবম কাইরনি
পম্বৌ নপা অদুগী কোলোয় মিংথোল মুৎথ্রনি।' – লা:৩৩

হৌখ্রবগী থৌদোকশিংদা ইন্দুগী পুক্নিং লুপখিবনা (নীংশিংবা-ব্যভিচারিভাব) মহাক্কী থম্মোয়দা অৱাবগী ঈহুল (শোক) অদু শাফু কন্না ফুক্কৎলকই। ফুক্কৎলক্লিবা অৱাবা অদু মহাকবিনা অসুম্না শীংথারকই —

মমায় খোনফম তাবদা ইন্দু খাংবা য়াদরে;
দারি খোংকাপ নামা-থা, ইমুংলোমদা ওনসিল্লে
"হা-মা ইমা" হায়দুনা খংহৌদনা ইন্দুনা,
কপথোরক্লে ইবেম্মা কোরৌ নোংনা খোংবগুম্না — লা:৩৩

নায়িকা অসিগী অনুভাব অসিনা অপাবগী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈরম্বা শোক অদু য়াকাইহন্দুনা করুনারসকী মহাও অসি ফংহল্লি। ইন্দুগী থম্মোয়গী অৱাবা অসিবু উৎপদা কাব্যকারনা নাক-য়েৎ অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিংদা তারিবা অৱাবগী শক্তম অমদি মমি অদুবু নীংথিনা শৈথাদুনা উৎলকপনা করুনরস পোকহনবদা মতেং পাংই —

স্বর্গ পুমকুপ কুপখিবা কোরৌ নোংনা তৌগুম্না
উপব্রে মীয়াম মালুগী শিঙেঙল মাগী প্রেমদুনা।
উনা উরি ফাওব-দৈ হৈপান পামেন লৈপাক্নসু
ইন্দু য়েংনা কপখরে পোম্বী চেক্লা ফাওবসু।
মীয়াম লৈরি পুম্বদো কপ্পরমদে অসাইদি,
'লৈরাং মখোই নৌখিনি' খন্নদুনা হান্নদি।
থিঙেন ইনমখাইবগুম কপ্পরক্লে ময়ামদো,
চিংজুম লাইজ ইফুৎ-থোক খাম্বা য়ানরক্লেদো।
ইঙা ইঙেন নোংগুম্না তানরক্লে পিদুনা,
মালু খুংগং অদুমা থুমলে ইন্দুই প্রেম-দুনা। — লা:৩৪

উদ্দীপন বীভাবশিংবু নীংথিনা শীংথাবা ঙম্বা, নুং ফাওনা উৎপা ঙম্বা অঙাংহলগী লোন অমদি খুৎয়েক অসিনা বিভাব ওইরিবা ইন্দুদা ফাওরিবা কায়নবগী অৱা-মৈচাক অসিবু ময়েক শেংনা অমদি শাফু লৈনা ফোঙদোকপদা তেংবাংদুনা অপাবশিংদা করুনারসকী মহাও নীংথিনা পীবা ঙম্মী। মসি কাব্যকার অসিগী খুৎইগী মায়পাকপনি।

কাব্য অসিগী তরুকশুবা পন্দুপ অসিদসু করুনারসকী মশক শাফু লৈনা হাপ্লকই। যাত্রাগী নুপী লৈপাক্লেনা মচাগী ফনবা খন্দুনা ইন্দুবু লাপথোকখিনবা

শিল্লুবা থৌরাং পুম্বা অরেম্বা তারক্লবা অমদি মচাবু মতম কুইনা উবা ফংলক্তবগী মৈনা চাকখিবনা অনাবা লোয়নরক্লবা ফীভম অদুবু পন্দুপ অসিদা উৎলকই। লৈপাক্লেগী থম্মোয়নুং মচা কায়ন মৈচাক্লা নোংম-নোংমগী চাকশিল্লকপনা মখোক লোয়রবা লৈরাংগা পাংখক ওইরক্লে। মচাগী ৱাখল খনবনা অহিং নুংথিল নাইরক্লে, ফননবা তৌবদা ফত্তনবগুম থোকখ্রবদা নীংঙমদবনসু লাকহৎলে। যাত্রানা অখং-অহে কয়া থিদুনা য়েংহনবদা লৈপাক্লেগী অনাবা ফহনবা ঙমখিদ্রে। মচাবু উবা ফংদনা পুন্সি পিখম্লখ্রে। মমাগী থৱায়না হকচাং থাদোক্লুনা চৎখিবগা মচানুপা গোপাল শিলচরদগী থুংলরে। মতম কুইনা উনরুদ্রবী মমানা ওইরমলিবা ফীভম অদু উরুবদগী গোপানগী থম্মোয়দা ফাওখিবা অৱাবা, নুংঙাইতবা অদুবু কাব্যকারনা শীংথারকই ঃ

তিন্ন চিকপা পাম্বীগুম পামেন খুইরুম চল্লক্লে,
সুম্না চাবা য়ুম্বীগুম মদোম পাঙ্গন হল্লক্লে,
নুজা মতম নৎতনা মোম্ন লাইবক থিরক্লে
লৈপাক্লেদি মমাদো অয়ো মনুং চল্লক্লে।
তৌরাং ফক্তা ওল্লক্লে খোংগাং শাংবা য়াতারে,
মঙ-জোই হাজোইনরক্লে খোংনাং মনা নিক্লক্লে।
"ইমাইবুংঙো" হায়বনা নুজা সংগ ওইরক্লে,
মোম্ন মতৌ য়েংবদা মী অপুম্ব ৱানরে। — লা:২৬০

লৈপাক্লেগী শোকচিল্লবা ফীভমবু শিংথাবদগী হৌদুনা অপাবগী থম্মোয়দা অৱাবগী ঈহুল অদুবু য়াকাইহল্লকপনা মথং মথং হোংলক্লিবা শোকচিল্লকলিবা ফীভমশিং শিংথাদুনা অপাবগী থম্মোয়বু অৱাবগী ঈরৈমনুংদা শাফু কন্না লৈশিল্লকই —

অহিং নুংথিল নাইরক্লে প্রলয় মৈদি হৌরক্লে,
প্রলয় নুংশিৎতুনসু তৎতনদি শিংলক্লে।
লৈপাক্লেদি কৌবিদো অতৈ অমা হংখিদে
ইচা থুংঙবরবা সিদা তৎপা লৈখিদে।
ঙাংখিদরে মতুংদি সোর মতেক হোনখরে,
গুরু ফাংখোং লেংখরে য়াথং ঙাইনা লৈনরে। — লা:২৬৫

মচা-কায়না মৈচাক্লা ওন্না-থোইনা খাঙলম্লগা লৈপাক্লেনা সংসার থাদোক্লুনা হেক চৎখিবগা মচা গোপাল থুংলরে। মতমকুইনা উনরুদ্রবী মমাবু উন্নরগনি খনবদা হরাওনা লাকচবা মচা গোপাল মমাগী ওইরম্লিবা মতৌদুদা ফাওরক্লিবা মহাক্কী থম্মোয়নুংগী অৱাবদু খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্তবনা গোপাল তেংথা নাওইরক্লে –

ইমা ইচা কায়নবা কৌরৌ য়াম্লে হায়দুনা,
ইমায় শকপু উরগা ৱাবা কোক্লে নিংদুনা,
ইমাই নাক্ত লাকপদি ইমাইবেম্মা অসিরা,
নচা লাকএ হায়ববু ইমা তাদরবরা,
নাশোন খিৎত-তাবদা খংবিবদি ইমানি,
কম্না খংবা হায়দুনা নচা ঐনা ঙকপনি।
ঙসি কৌবা নুমিত্তা কবি ওইশ্রবননো,
নচা ঐনা কৌববু করি খুমখিদ্রবনো।
অতৈ ৱাহৈ ঙাংবিনু "পারি লাক্লবরনে"
ৱাহৈসিগী মখৈতা নচা ঐবু কৌখোনে। — লা:২৬৬

গোপালগী থম্মোয়দা ফাওরিবা মমা-শেৎনবগী মৈচাক অদু মতাং অসিদা শৈথারক্লে, মসিনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা শেৎন-খায়নবগী অৱাবা ঈহুল অদু হৌগৎহল্লে, গোপালগী তেংথা-নাওইবা, ফাথবা ঙমদ্রবা থৌওংনা অপাবগী থম্মোয়বু অৱাবগী ঈরৈনুংদা লুপহল্লে –

পম্পৌ ! ইমা খুমদরে ঐনা কৌবা তাদরে,
পম্পৌ 'মুক্তা কৌবিয়ু ঐবু 'মানা ইম্পোক্লে !
"ইতাও লালা লৈতরা ঐনা কৌবা খুমখিদ্রে.
নংনা 'মুক্তা কৌবিয়ু, ইমা 'ঐবু নুংশিদ্রে
নং অমুক্ত ঙাংনরো" ৱারম সুম্না লাওদুনা
গোপাল চোংথোরকপদি, হাবু বিধি নোংদম্বা,
খোয়ুম থৌজাল কৌসিরা 'পায়মা -খাইবু হায়নবা;
ফৈসু কম্না হায়সিবা ফত্তে করম শোক্লিবা !!
পম্পৌ যাত্রায় মাংদুদা পলেম হুন্দোক্লমদুনা
তাখরেনে গোপান্দো খাম্বী তাঙ্গোই ওইদুনা ! — লা:২৬৯

গোপালগী নুংদা ফাওরিবা শেংনবগী অৱাবা অদুনা মপান থোক্না ফোঙদোরকপনি। নায়ক অসিগী অনুভাব অসিনা মমা-মপা ওইবশিংগা শেংন-খায়নবদা ওইরিবা মচাগী থম্মোয়গী অৱাবা অদু অপাবশিংগী থম্মোয়দসু য়াকাইরক্কুনা শোক হায়বা অৱাবগী ঈহুল অদুবু য়াকাইহল্লি, মসিনা করুনারস পোকহন্দুনা অপাবগী থম্মোয়দা কায়ন-মৈচাকপু মহাও তংবগী নুংঙাইবা (করুনারস) অদু পোকহল্লি।

কাব্য অসিগী য়াম্নমক মরুওইরিবা অতোপ্পা রস অমদি শৃঙ্গারনি। কাব্য অসিগী মরুওইবা নায়ক ওইরিবা গোপাল অমদি মরুওইবা নায়িকা ওইরিবী ইন্দু অনীগী নুংশিবগী মরী উৎলকপদা শৃঙ্গার রসকী মহাও অপাবশিংদা পীরি। কাব্য অসিদা য়াওরিবা শৃঙ্গার রসকী মশক অসিদি পুর্বরাগ বিপ্রলম্ব শৃঙ্গারদগী হৌরগা প্রভাস বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারনা মপুঙওইবা শক্তম লাংলকই। পোলোইদি সমভোগ শৃঙ্গার হায়বদি উন্নবা নত্তুগা থুংনবদা লোইশিল্লি।

যাত্রানা ইন্দু মচিন মৌপ্পাবু মৈতে লৈবাক্তা পুদুনা লাকপদগী অঙম্বা অসিগী মশাইগোন্দা ইন্দুবু মচানিঙোল শক্না য়োক্লকই। যাত্রাগী মচা গোপানগা মচিন মৌপ্পা ওইনা হৌমিন-কামিন্নরকই। হরাও-কুম্মৈ কয়াদা মমান্নবা মরিক তীনবদা অনী অসি থানদে। গোপালনা ইন্দু য়াওদ্রবদি অদুগা ইন্দুনসু গোপাল য়াওদ্রবদি হরাও-কুম্মৈ চৎতে। লোয়নরিবা মতৌ অসিদা অউবশিংনদি মচিন মৌপ্পা ওইবগী নক্না-চান্নবা ওইনা উরবসু মবুং গোপালগী থম্মোয়দদি ইন্দুবু অপাম নুংশিবগী ঈহুলনা লোন্না থুপ্না চেন্থরকখি।

ঐবু পোকপা পম্বৌনা লৈরাং মাবু পুরকঔঙে,  
ঐগী মাঙ্গোল য়ৌবদা ইহান হানবা উরকঔঙে  
লৈরাং মাগী মচুনা থম্মোয় লকা চুরমই,  
নুবা মিংথৈ উরিনা থম্মোই পামেন য়েৎলমই।  
মথং হৌমিন কামিন্নৈ নুমিৎ পুংজা নাইরক্লে।  
তোরোৎ খদা-নরকই, থান-কৌবা লৈরক্তে।  
অপাম নুংশি লৈরাংনা শিঙেঙন মরী চৎলকই,  
নাক্ত হৌবা পামেন্দা নুংশি মৰী কারকই। — লা:১১০

লোন্না নীংনবগী মরী অসি মকা ফোংদনা চথরকই। মসিদা ফোঙদোক্লদনা অমনা অমবু নীংনবা, লৈপুন ওইনিংবগী অপাম্বা ঈচেল অদু চেম্থরকলে। পূবরাগগী মশক্তি।

শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদো শজিবুগী কাংলেনসু,
জন্ম কর্ম্ম অমদা মফম মফম খুদিংসু,
মবুং গোপাল য়াওদনা চৎপা লৈতে মহাক্লা
চাংজৌগুম্না লাইজগী য়োকই থম্বান মবুংনা
মবুংসিনা থব্রাই-ওই নুরা মাগী পাংগন্নি
মরুপ-মপাং তিনবসু থবক খুদিং মক্তনি।
মবুংদুনা য়ারগা মাগী অদু মঙাইরে,
পলেম পম্ফৌ অনিদি লাইগী-লাইদি মওইরে।
মীনা কিনা তৌবদা গোপাল মানা মরোইরে
গোপাল মাগী হায়বসু মচনসিনা মখৈবে। — লা:৫৭

লৈপাক্লৈনা শিন্দুনা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী ময়াম্বা লৈরেনসনাগী মচানুপী থাবনসনাগা লোয়ননা গোপালগী হৈজিং খরাই পুখরে। ইখং খঙহৌদনা হৌরকপা থৌরাং অসিনা গোপালগী মফমদা অব্রাবা ওইখরে। ইন্দুবু নুংশিবগী লীপুন্না কনখিবনা পম্বুং ফংদবা তারে খনবদা গোপালগী থম্মোয়নুং অব্রাবনা কুপখ্রে —

ইন্দক লাকপা বসন্ত ব্রাকচিং থানা কৈদৌনি,
প্রলয় মৈবু হেনখরে মৈচাক মতা অমনি।
খুরাই লোইবী চিং-য়াইদা খাম্বী মৈবু হৌখরে ;
নোংদোন লিক্লা তানসু খাম্বী মুৎপা লৈতরে।
অহিং-নুংথিল নাইদনা খোংনা লাওনা চাকখরে।
খোইমু মাগী থমোইদো খাম্বী মৈতান ওইহৌরে।
গোপান খোইবু ওইবদো তরা চাবা চংদরে
খল্লু খল্লু খুদিংদা মংগুম হাগুম থোকখরে। — লা:৬৫

মতাংসিদা উৎলিবা গোপালগী অব্রাবা অসি ইন্দুবু মাগী ওইবা ফংলরোইদ্রা-হায়বা ব্রাখলদগী পোকলকপা ঈহুলনি। ইন্দুগা মখোয় অনীগী মরক্তা শাবী-শানৌ ওইবগী মরীনা পুন্দ্রবসু নুংশি লীপুন ওইনিংবগী অপাম্বদি

নুংদা ফুমদুনা চেল্লী অদুনা মতাং অসি ফাওবদি পুর্বরাগ ওইরি। মসিগী মতুংদা গোপালনা ইন্দুবু ফংদবা তারে খনবদগী লুহোংবা অদুদগী নাম্বোক্লবা মপা-মমাগী নুংশিবা অমদি ব্রারক চৈরাক তুংওইনদুনা শিলচরদা ইন্দুগী পোকফম লমদমদা চৎলগে লেপখ্রে। চৎলমদাইগী মতমদা ইন্দুগী মফমদা মহাক্কী নুংশিববু কনা খণ্ডহন্দনা ফোংদোক্লমলে –

ব্রারম অতে হায়খিদে – "থমজিল্লুকো ইবেম্মা,
মাংখি তাখিগনিকো উহনগনু অম'মা।
কদায় মদু ঐঙোন্দা পিয়ু নংসি লৌহৌরো,
নংবু য়েংগুম য়েংখিগে, সিনা ঐবু শকহৌরো।
শিঙেণ্ডন নমান্নবদা হায়দোক তমথোক উনুকো,
লৈবাং ওইবী লৈহৌরো ইন্দু ব্রারৌগনুকো !
লৈরাং মাবু পামজদে পোইরৈ লান্ন-চৎশ্রগা,
শিঙেণ্ডন ওইবী নহাক্কী নপাম লমদম য়ৌশ্রগে !! – লা:৭৪

মতাং অসিদগী শৃঙ্গারগী মশকসু হোংলকলে। কুইনা ওমথৎতুনা লৈরম্বা থম্মোয় অনীগী মরীদি হাংদোক্লরে অদুবু মাঙদা তারিবা অরুবা ফীভম্মা মকা ফোংবদি য়াদনা নুংদা ফুমদুনা অপাম নুংশিগী মৈচাক ফাওনরক্লে। গোপালনা ময়ুম থাদোক্লমদাই ইন্দুদা মহাক্কী খুদোপ পীরম্বা, ইন্দুগী খুদোপসু মাঙোন্দা পীরক্লবা হায়বা মতাং অসিদা ইন্দুগী পুক্লিংদা ফাওরিবা অরাবা, খুদোপ অদু পীনীংলবসু গোপালদি ময়ুম থাদোকখ্রনি খল্লুবদা পীশি কদায়, পীরোইসি হায়বসু ঙমদা নুংদদি হায়নিংবা ব্রাখলনা ঈহৌরকপা, চিন্দদি হায়দোকপা ঙমদবা ইন্দুগী ফীভম অসি থারকপদা মান বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারগী মশক উবা ফংই –

নুরা মীঙম দবীনি করি হায়না খুমগনি,
পিদ-সিসু কদায়নো, পিরে মৈতৈ লানশ্রানি।
হায়নিং ব্রানা ফৈয়োম-শা হায়দোকপদি ঙমখিদ্রে,
নুরা সোর ফুনখরে করি পাঙ্গল লৈখিদ্রে।
নুজা মাইথোং খুৎনা খুম হিক্লা হিক্লা কপখরে,
পাখং ব্রাখল লেপখরে ঙম্মোইদদু উরক্লে। – লা:৭৪

মতাং অসিদা ইন্দুনা অলম্বন বিভাবনি, মসিদা থারিবা মহাক্কী অরাবা মতৌ, তৌফম খণ্ডবা, ফুম্বংনরিবা, ঙাংথোকপা ঙমদবগী মওং অসিনা উদ্দীপন

বিভাবনি। গোপালবু মৈতে লৈবাক লানখ্রগনি হায়বগী নুংনাংবা অব্রাবা অমা ফুক্কৎলকলিবা অসিনা ব্যভিচারি ভাবনি অদুগা পুক্লিংদা ফাওরক্লিবা অব্রাবা অসিবু খাংবা ঙমদবদগী মপানথোক্লা উৎথোক্লিবা মওং মতৌ, ব্রা ঙাংদনা লেপ্পা, হিক্লা হিক্লা কপলিবা অসিনা অনুভাবনি। নায়ক নায়িকা অনীগী থম্মোয়দা অমনা অমবু নীংনবা অমদি নুংশিবা অদু লৈরে অদুবু ইন্দুনা ওইরিবা অমদি ওইরক্কদবা ফীভম খল্লুদুনা মহাক্কী নুংগী অশেংবা ব্রাফম হায়দোক্তুনা লৈরিবা, হঞ্জানরিবা মওং অসিদা মান বিপ্রলম্ব শৃঙ্গারগী রস পীরি। মতাং অসিদগী অমুকহন্না শৃঙ্গারগী অনৌবা মায়ওন অমদা চত্থখ্রে। গোপালনা মৈত্রবাক থাদোখিবগা ইন্দুগী ওইহৌবা কায়নবগী অব্রাবা ফীভম, গোপালনা মালুখুলদা শেৎন-খায়নবগী অব্রাবা ব্রাখলদা লুপতুনা লেনবা, নুরা ইন্দুগী পোকফম শাৎফম অদু য়েংলগা মাগী মরুপ মপাংশিংগা ব্রারী শান্নরগা মৈচাক খাঙনবা হোৎনবগী ফীভমশিং শীংথারকপদা প্রভাস বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারগী মশক্তা চেন্থখ্রে।

> যাত্তি কৌবী লৈরাংনা বৃন্দা দেবী মখোংদা,
> লাংবন নুংশা মৈরক্তা মালেম লৈমাই থক্তুদা,
> যাত্তি মানা কেনবগুম শিঙেঙল ইন্দু কেক্লৌরে,
> তিষ্থোক য়াংদৌ চোংবগুম মালেমথক্তা তুহৌরে।
> পম্থৌ লৈকোন নুংদুগী লৈরাং মখে ব্রাখরে,
> নুজা লব্রাই কোইরেন্দা লৈনা মখে হাইথরে। — লা: ৭৫

গোপালনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা ওইহৌরিবা ইন্দুগী ফীভম অসি থারকপদা ইন্দুনা অলম্বন বিভাবনি, লৈকোলগী লৈরাংশিংনা উদ্দীপন বিভাবনি, কোক ঙাওবা ব্রাম্থবা, অসিনা ব্যভিচারি বিভাবনি অদুগা চোংলিবা, হিকথরিবা ফীভম অসিনা অনুভাবনি। মসিদা ওইরিবা ফীভম অসি নায়ক্লা নায়িকাদগী লাপথোক্তুনা চৎখিবদগী ওইহৌবা ফীভমনি। অদুনা মসিদা প্রভাস বিপ্রলম্ব শৃঙ্গার লৈরে।

অসুম্না মালু খুলদা লৈরিবা গোপালগী ফীভম থারকপদসু রস অসিগী মহাও ফংই।

> খোইমু ওইবা গোপান্না কোরৌ য়াম্মে লৈরকপা
> মমাই মৈতে পাংদুনা য়েংনা লাপ্প কপ্পকপা।

থৱাই য়াওদ-হচাংগুম লেল্লি মালু খুঙ্গংদা,
চাবা থকপা চঙখিদে খনখি মতম পুম্বদা।
মচন ইন্দু কাইনবে গোপান লাইথুং ওইজরি,
চিন্তা মৈনা কাদুনা ওন্না থোইনা খাংজরি। — লা: ১০৫

মতাং অসিদা পীরিবা প্রভাস বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার রস অসিগী অলম্বন বিভাবনা গোপালনি, মালু খুলনা উদ্দীপন বিভাবনি। চাবা থকপদা পুক্লিং চংলক্তবা, শুকথবা চিন্তা তৌবা অসিনচিংবনা ব্যভিচারিভাবনি অদুগা ওন-থোইনা খাংবা, কপ্পা, অসিনচিংবনা অনুভাবনি।

কাব্য অসিগী শৃঙ্গারগী মশক অসি প্রভাসনা মপুঙ ওই। ইন্দু গোপাল অনীনা লাপ্লবগী, উন্নদবগী অৱাবা মৈচাক খাংনবগী মশক্কা রস অসিগী শাদোংনি। অরোইবদা সমভোগ (উন্নবা)দা লোইশিল্লি। মতম কুইনা শিলচরদা লৈখ্রবা গোপালবু নাদুনা লৈরিবা মমা লৈপাক্লেগা উন্নহন্নবা লৌরুদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা অমুকহন্না লৈরে। মচাগী অপাম্বা খংলবী মমা লৈপাক্লেনা যাত্রাগী মফমদা মচা অনীগী লৈপুন নীরে। যাত্রানা নিংথৌদা ৱাফম অদু হঙ্গৎলে, অথুপ্পা, ৱারোল পুম্নমক খঙনরবা তুংদা মৈতৈ নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ইন্দুবু মচা শক্কা লৌশিনখ্রে, যাত্রাগী মচা গোপান্দা নিংঙোল শক্কা থাজখ্রে। সংকীর্ত্তনগা লোয়ননা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা লুহোংবগী থৌদোকপু শীংথাবা, ইন্দু গোপাল অনীগী নীংবা থুংবা, লৈবাক মীয়ামগী থম্মোয়দা ফাওবা নুংঙাইবা শীংথাবনা কাব্যগী পোলোই ওইরি। মসিদা সমভোগ শৃঙ্গারগী রস পীরি।

কাব্য অসিদা হাস্য অমদি বীর রসতি মমিংতগী ওইনা হাপলি। ইন্দুগী ফজবা মফজ শীংথাবদা লৈকাইগী মীশিংনা শান্নবা ৱারী মতাং অমদা হাস্য রসকী মশক উবা ফংই—

সুম্না ৱারি শানৈদো কুম্মৈ মক্তা মওইনৈ,
অনি তিল্লে মঙাংনৈ অহুম তিল্লে মরিনৈ।
চিনফেল ফবা কনানা "ওম্বোকপনি মহাকসে
ফনা কুইনা মতারে বিধি কৌবা লাই অসে,
মতম কুইবৈ হায়রদি খুৎফম চোইবা য়ারক্লে,
অহল ওইবৈ হায়রসু অনোক হাপ্পা য়ারক্লে।

হন্দক মানা শেম্বদা ইন্দু কৌবী লৈরাংবু
য়াওদে অশোইব 'মত্তা শেমগ্রে কয়া হৈনবু। — লা:৫৫

ব্রা ঙাংলিবা মী অসি হাস্য রসকী অলম্বন বিভাবনি। তারিবা নাক-য়েৎকী মীওইশিংনা উদ্দীপন বিভাবনি। মহাক্কী ব্রাঙাং, ব্রাহৈ ব্রাতানা অনুভাবনি। ব্রাঙাংশিংগা লোয়নরিবা ঈহূল ফোঙদোকপা শাথেক শাওং অসিনা ব্যভিচারি ভাবনি।

অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা পাঙথোকপা দুর্গা পুজাদা পাখং লৈশাবীশিংনা পাঙথোকপা কুম্মৈগী শক্তম থাবা মতাং অমদসু হাস্য রসকী মশক উবা ফংই —

অমগীদা হেক চংই অরৈ মখৈ লৌথোকই,
"মপু তাদে নুংঙাইতে" মপু হেকতি হৌদোকই।
মপু মখোন তাবদা থোং হেক হাংদোরকপদা
নুরা ওইবী অমবু ইন্থরমই খ্বায় তুংদা
অতৈ পুম্বা লোইনবা কোম্থোং তান্না চেম্থোকই,
পাখং ওইবা অমনা খুজেং পালোই খাক্লৌই,
"ফারে-ফারে" হায়রমই মপু মশক উবদা,
নুরা ওইবী হুন্দোক্লম, চেম্থোরক্লে মহাক্তা
নুরা চেনবা নংহৌদ্রে মপু ' তাঙ্গিল্লকপদা
ইশি-শিনা নোকথোকই মপায় মনাই য়ুম্বুদা ;
"ইমায় পেমা ইবেম্মা" নুরা খুমদে। চেম্থোকখি ;
"ঐবু মশক খঙহৌরে ময়ামদমুক তম্লখি
মপু থোংগান য়ৌবদা ময়াম লোইনা চেনখরে,
"নশক খঙলে খংগনি" লাওরম্লগা হঞ্জিনখ্রে। — লা:১৬৬-১৬৭

কাব্য অসিদা বীর রসকী মশকসু য়াম্না তাংনা থেংনরি। গোপালনা মমা-মপানা হায়নবা নিংথৌ ময়াম্বগী মচা থাবন সনাগা হৈজিং খরাই পুখ্রবদা মাগী নীংজবা থুংদবা তারে খনবদগী মপোকঙৈগী য়াথং কায়রক্তবা মপা-মমা অনীগী ব্রারক চৈরাক তুংওইনরগে খল্লকপা, নিংথৌগী অখাবা মীৎয়েং য়াথং থৌশারক্তবা, অপাম-নুংশি শেংননীংদবনা পূম্নমক থাদোক্তুনা চৎলগে লেপলকপদা গোপানগী নুংদা ফাওরক্লিবা থৌনাগী মশক থারকপদা বীর রসকী মশক অসি উবা ফংই —

লৈরাং ওইবী অমবু লালা খুৎতা সিন্নরে,
লৈরাং মাগী মৈদুনা পাখং ইন্দ্রি চাকখরে।
'অকন মৈথাং লেপ্পনু' মকুপ পাওতাক পিখরে,
পলেম পঙ্খৌ অনিবু গোপাল সেৎন-তাখরে।
পাম্বা-তিন্না কামদুনা খাম্বী মৈরী হাৎলকএ।
মমৈ-লৈদা ফুদুনা কৈরেন মনা থুপখরে।
কৈরাংলমবু লান্দুনা কৈবন চোংবা তাখরে। — লা:৬৮-৬৯

নিংথৌগী ময়াম্বা লৈরেনসনাগী মচানুপা গোপালসনানা ইন্দুগীদমক থৌনা ফনা চোংথোরকপা মতাং শৈথাবদসু বীর রসকী মশক উবা ফংই —

"গোপাল-সনা কৌবনা শিগে নাগে হায়খরে
ইন্দু মাগীদমক্তা থবাই মাংবা কিদরে।"
মাগী মতৌ উবদা নিংথেম ময়ুম হৌখরে,
মনিং তৌবা নিংথৌগী ময়াম্বনা পোকপনি।
ঙমদ ফমদি খোকপরা, যাত্রা মানা কৈদৌনি,
থৌরাং পুম্বা তৌখরে নোম্মে মানা ফৈগাক্লা ;
থাবন-সনা মপাবুং লৈরেনসনা কৌবনা,
থৌরাং পুম্বা তৌখরে নোম্মে মানা ফৈগাক্লা ;
থাবন-মচা হাক্তকী নুংঙাইত্রিবা লৈরেননি
লৈপাক তঙ্খাই অমনা লৈবেন মাগী মী ঙাক্লি। — লা:১২২-১২৩

করুন অমদি শৃঙ্গার রসকী মথংদা চাং য়াম্না অমদি থবক ব্রাংনা পুখৎলক্লিবা রস অমদি বাৎসল্য রস অসিনি। কাব্য অসিগী অহানবা পন্দুপতা ইন্দু মচিন মৌপ্পাগী ফীভম খঙবদা যাত্রাগী থম্মোয়দা ফাওখিবা নুংশিবা, য়োকচবী মমা তম্পাক অমদি কেশনা অঙাং অনীদা থমলিবা নুংশিবা উৎলকপদগী হৌদুনা বাৎসল্য রসকী মশক উবা ফংই। যাত্রা অঙাং অনীবু পুদুনা লাকলবা মতমদা যাত্রা অমদি লৈপাক্লেনা অঙাং অনীদা থমলিবা নুংশিবা অদু শীংথারকপদসু বাৎসল্য রসকী মহাও অপাবশিংদা পীরি। গোপালসনাগী থৌরাংদগী ইন্দুবু ফাগদৌরে হায়বা ব্রাফম খঙলবদা লালা ইন্দু তান্নদুনা লোৎখিবা নুমিৎ, ইন্দুনা ময়ুমদা হঞ্জিন্দ্রবদা মহাক্কী অহাংবা কাবু য়েংদুনা মচা শেংনবগী ব্রারবা যাত্রাগী ফীভম থারকপা মতাং অমা য়েংবা য়াই —

অসুক চাওবা যুমসে ফুল্লি ইমোম নংদনা,
ইপায়' ব্রাবা লৈজদে ইমোম নংবু য়েংদুনা।
ইমোম উরক্তববু ফারে কোরৌ নোংমবু,
লাইবক থিবা নপাদি যাত্রা ঐগী মিত্তবু।।
মচা উখিদবদা যাত্রা পুমঙাও ঙাওখরে
মাগী মোংবা মরানয়াই লমজাও ওইনা হাংখরে।
লৈপাক ঙম্না অঙম্না অঙাংগুম্না কপখরে
নুপীগুম্না যাত্রাদো মখোন ফাওবা থোরক্লে।। — লা:২৩৮

মতাং অসিদা যাত্রানা মচানিঙোল ওইবী ইন্দুবু উবা ফংদবদা ব্রারিবা ফীভমবু ফোঙদোরকপসিদা মচা নুংশিবগী প্রেম ফোঙদোকপা বাৎসল্য রস য়াওরে। ইন্দুনা আশ্রয় অলম্বন বিভাবনি। যাত্রানা বিষয় অলম্বন বিভাবনি যাত্রাগী তেংথারোল, হাংলবা য়ুম, ইন্দুগী কা অমদি কায়নবগী ফীভম্ন চিংবনা উদ্দীপন বিভাবনি ; যাত্রাগী লৈতাদবা, ঙাওচৎনবা মতৌনা ব্যভিচারি ভাবনি অদুগা অঙাংগুম্না কপ্পা, খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা অসিনচিংবনা অনুভাবনি।

গোপালনা মৈতৈ লৈবাক থাদোক্কুনা শিলচরদা চৎখ্রবদা মমা লৈপাক্লেনা মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লকপা, নোংমা নোংমগী শোকচিল্লকলিবা মমা ওইবীগী ফীভম, মহাক্কী অব্রাবা, তেংথাবনচিংবা শৈথারকপদসু বাৎসল্য রসকী মশক উবা ফংই —

নংগীদমক ঙাওদুনা লম্বী লমজাও খুদিংদা,
চৎখ্রবমা ইমানা কথেন কথেন খুদিংদা,
পোইরৈ লৈপাক অসিনা পেল্লগনি ইমাবু
দুনা নুংঙাইজগনি নমা ওইবী ঐনসু !
পারি নংগী কাদুদা অদু মক্লু হেক থোক্তা,
হিংনা ঙৌবা লেম্লৈগুম অসা 'কম্বী থকতুদা,
হেকসি শিদি শিঙমদা থেক্লা কোন্না খাঙিঙবা,
পোইরৈ লৈবাক অসিদা নমা ঐনা ব্রারিবা,
পারি উখিদ্রবরা নমা ঐবু কাওবরা
নমা ঐনা কৌববু মনি তাখিদ্রবা !!"
মচা মাংবা শম্বীগুম অহিং নুংথিল নাইদরে,
মচাদুবু কৌদুনা কপ্পদুনা নিনখরে। — লা:২৫৩

মতাং অসিদসু গোপালনা আশ্রয় অলম্বন বিভাবনি, লৈপাক্লৈনা বিষয় অলম্বন বিভাবনি। মমাগী তেংথারোল অমদি ওইরিবা ফীভম য়েক্লিবা অসিনা উদ্দীপন বিভাবনি। মচাবু নীংশিংবা, খনবা, মসিনা অৱাবা ফুক্কৎলক্লিবা অসিনা ব্যভিচারিভাবনি অদুগা কপলিবা, তেংথারিবা অসিনা অনুভাবনি। মচা কায়নবগী অৱাবা কপ লাওরিবা লৈপাক্লৈগী মতৌ অসিনা অপাবগী থম্মোয়দসু মমা মচাগী প্রেম অদু য়াকাইহন্দুনা মচা নুংশিবগী ইহুল সন্ধান প্রেম হায়বা স্থায়িভাব অদু হৌগৎহ বাৎসল্য রসকী মহাও অদু অপাবগী পুক্লিংদা তংহল্লি।

মপুংওইবা রসশিং অসিগী মথক্তা অতৈ রসশিংসু চাং অমদি থাক্তি খরা হন্থবা মওংদা য়াওবা থেংনরি। কাব্য অসিদা মরুওইবা নায়ক অমা ওইরিবা যাত্রাগী লমচৎ য়েক্লকপদা শান্তরসকী মহাও অমা অপাবশিংদা ফংহল্লি। পুন্সিগী অঙনবা তাক্কক্তা কায়নবগী অকনবা চৈথেং ফংখ্রবা নায়ক অসিগী তুংগী পুন্সিদসু চৈনা অমা ফুমদুনা চত্থরি। মসিনা মরম ওইরগা সমাজগী মনুংদা লৈদুনা মীগী মীরক্তা তিল্লবসু কল্লক-মীহৌবা, মীবু হুল্লানবা, মীগী ফত্তনবা তৌবা, অৱাংবা অফববু লাম্নবা হোৎনবা মীওই লীচৎশিংবু তুংওইনদুনা ঈশিং ঈরেলগী মতৌ ওইনা অউবা, অতাবা কয়াগী পুক্লিংদা অইংবা, নুংঙাইবা পীরিবা যাত্রাগী লমচৎশিং অসিবু শীংথারকপদা শান্তরসকী মহাও পীবা ঙমই –

"মতম অসুক কুইববু পোইরৈ লৈদা লৈরকই,
লৈম নিংথৌ কাদুদা তৌনিংবদা তৌরকই।
মনিং তৌবা উবদা মচিন থোকপা য়াওরকই
অঙম অথৌ খরদি - মবুক নুংদা ব্রাবৌই।।
মাদুবুসু যাত্রানা করি 'মতা ব্রাবিদে,
চাওথোক খোতোকচনিংবা করি মতা লৈজদে। – লা:৪৮

যাত্রাগী পুক্লিংগী ফীভম, মহাক্কী মওং মতৌ শীংথাবনি। যাত্রানা অলম্বন বিভাবনি, কোনুংগী অঙম অথৌশিং, নাক-য়েৎ অসিনা উদ্দীপন বিভাবনি। কোনুংদা লৈদুনা লৈম-নিংথৌনা চাল্লে হায়বগীসু চাওথোক্তে, অঙম-অথৌনা তাথিবগীসু খল্লুদনা অকা-অকুম নাইদবা পুক্লিংগী অইংবা অমা লৈরিবসি ব্যভিচারিভাবনি। অদুগা মহাক্কী মওং-মতৌ অইংবা-অতপ্পা ঈরোয়নরিবা শাজৎ

অসিনা অনুভাবনি। বিভাব ওইরিবা নায়ক যাত্রাগী শাজৎ, মওং মতৌ থাবা মতাং অমগা লৌখৎপা য়াই –

অঙম্বগা ওইবনে মিংফম্নগা ফজিল্লে।
লৈকাইসিগী মনুংদা ইরেনগুম্না লৈসিল্লে,
যাত্রায় পুকচেল অদুনগা ওম্বোক্লগা ফজিল্লে,
ইমুংসিগী মনুংদা লোইনা পুমত্তিন তিনখরে,
মপুং ফাবা ঋতুদা ফজবনা পুনখরে। — লা:১৪০

যাত্রাদা চেল্লিবা পুকচেল তপ্না, তৌথোরকপদা তপ্না-ইংবা অসিনা শান্ত রসকী অনুভাব ওইরি। অপাবশিংদা চরিত্র অসিগী মতিক-মগুন, মওং মতৌনা পুক্নিংদা অতপ্না (শান্ত) গী ঈহুল অমা হৌগৎহন্দুনা শান্তরসকী মহাও পীবা ঙম্মী।

কাব্যকারনা ৱারী-পরিং শীংথারকপদা ৱারীগী য়ুমফম ওইরিবা মৈতৈ লৈবাক্কী শক্তম, মীশিংগী পুন্সি মহিং, হরাও কুম্মৈ অমসুং নাৎ অমদি সংস্কৃতিসু মরীক চুম্না শীংথারকই। মসিদা লমদমসিগী মীশিংগী পুন্সিগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা ধর্ম্ম অমদি লাইনীংগী মশকসু শীংথারকই। হিন্দু ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা লৈরিবা জাতি অসিগী মীশিংনা ঈশ্বরদা থমলিবা থাজবা অমদি নীংজবগী মশক উৎলকপদা ভক্তি রসকী মশকসু উবা ফংলি –

মনুং চনবা অথুপ্পা অচম মিৎনা উদ্রবা,
ভক্তশিংগী থম্মোয়দা চিক্লা ঙাল্লা লৈখ্রবা,
সরৎ থাজ পূর্ণিমা প্রকৃতিগী শকফমদো।
হৃদয় রাস মন্দিরগী ফজবদি লীলাদো,
উৎলে পোইরৈ মমিৎতা মুর্ত্তি পান্না -থোবক্লে,
প্রকৃতি দেবীনা খোংনা থোংনা চোংথোক্লে।
গুণ লৈবদি ভাবোকশিং হরিগুন্দা লুপ্লবা,
পুকচেল অমকপা লৈত্রবা চরৈ ফীভৌগুল্লবা,
মাগীগুণদা তাত্তরবা ঈশৈ শকপা কয়ানা,
'হংস শ্রুতা' ঙাক্তনি বৈষ্ণবশিংনা কোংগাই 'মা। — লা:১৬৪

মেরা থাদা হরিভক্তশিংনা ঈশ্বর মহাকপু শকচ-শোঞ্জবগী চৎনবী, সনা কোনুংদা রাস লীলা উৎতুনা ইবুংঙো মহাকপু নীংজরিবা শক্তমবু শীংথাবনি।

মসিদা হরিনা ভক্তিরসকী অশ্রয় অলম্বন বিভাব ওইরে ভক্তশিংনা বিষয় অলম্বন বিভাব ওইরে। ভক্তশিংনা শিন লাংলিবা, শেমশারিবা, লৈতেংলিবা সনাকোনুংগী শক্তম অসিনা উদ্দীপন বিভাব ওইরে। ভক্তশিংগী থম্মোয়দা ঈহৌরক্লিবা শ্রদ্ধ, অইংবা, অতপ্পা অপেনবা অসিনা ব্যভিচারি ভাব ওইরে অদুনা মখোয়না ঈশ্বরগী মতীক মগুন শক-শোল্লিবা, ঈশৈদা লুপলিবা, জগোইগী রাগদা তাওরিবা শক্তমশিং অসিনা অনুভাব ওইরে।

পুক্লিংদা লৈরিবা অশাওববু য়াকাইরকপগী মশক রৌদ্র রসসু কাব্য অসিগী মতাং কয়ামুক্ত য়াওবা থেংনৈ। গোপালনা ময়ুম থাদোক্লুনা চৎস্ত্রবদা যাত্রানা মপুকনিংদা ব্রারৌবা উৎলকপা মতাং অমা লৌখৎলি –

থিজিন-থিজিল্লরগা ইকাই নুংশি য়ান্নরে,<br>
পল্লৌ যাত্রা কৌবদো নোংমা নোংমা শাওরক্লে।<br>
লৈপাক পুম্বা তারক্লে নিংথৌ নাকোং য়ৌখরে,<br>
নিন্দা তৌবা তৌনবে গোপান চুমদে হায়নরে।<br>
নিংথেম ময়ুম পুম্বসি মৈ-থাবগুম হৌখরে।<br>
নুমিৎ নুমিৎ খুদিংগী ইকাইববু হেঞ্জিল্লে।<br>
গোপান মীচং লৈবক্লে পোইরৈ অসুক চাওবদা,<br>
তারে লোইনা হৌজিক্তি দোষ পুম্বা মহোয়দা।। — লা:৮৭

মতাং অসিদা রৌদ্র রস লৈরে। গোপালনা আশ্রয় অলম্বন বিভাবনি, যাত্রানা বিষয় অলম্বন বিভাবনি। লৈপাক নিংথৌ, নিংথেম ময়ুমগী মীশিংগী অশাওবা ফীভম, মীশিংনা নীন্দা তৌনবা অসিনচিংবনা উদ্দীপন বিভাবনি। যাত্রাগী ইকায়-নুংশি য়ানবা অসিনা ব্যভিচারি ভাবনি, অশাওবগী ফিভম উৎলিবা যাত্রাগী মওং মতৌনা অনুভাবনি। গোপালগী থৌওংনা মরম ওইরগা লৈবাক মীমাংদা ইকায়-নুংশি নংবদগী যাত্রাগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অশাওবা অসিনা মরম ওইরগা অপাবগী নুংদা অশাওবা (ক্রোধ) হায়বা ঈহুল অদু য়াকাইহন্দুনা রৌদ্ররসকী-মহাও তংহল্লি।

অসুম্না কাব্য অসিগী ৩ শুবা অমসুং ৪ শুবা পন্দুপকী মতাং কয়ামুক্তা যাত্রানা মচা গোপালগী থৌওংদা শাওরিবা অদুবু শীংথারকপদা রস অসিগী মশক চাং ব্রাংনা পীরকই। তাঙ্ককশিং অসিগী মনুংদা গোপালনা ময়ুম থাদোক্লুনা

শিলচরদা লৈখ্রিবা, লুহোংবদা য়াদ্রিবা অদুগী মরমদি ইন্দুনি হায়বসি খঙলকপা মতমদা লৈপাক্লেগী থম্মোয়দা ফাওখিবা অশাওবগী মশক অদু শীংথারকপা মতাংদসু রৌদ্র রসকী মশক উবা ফংই –

ঙাহাক পুংগোই ফল্লগা নিপা অসি হনখরে,
তরেৎ তরা লখা 'মা লৈপাক্লেনা খস্ট্রোরে।
খোইজি খাদা য়েকখরে প্রমান পুম্বা চারক্লে
নমদুনবু তাখরে লেংবা লাকপা য়াদরে।
হু-গুম খারে ইন্দুবু কৈ-গুম শিল্লে মমানা,
থম্মোই ফাবা য়াখিদ্রে মৈতান-থক্তা ফম-গুম্না,
"ওম্ভোকপনি ইন্দুও করি দশা লাক্লবা,
বিধি ব্রহ্মা কৌবা লাই নংলা করি তম্মিবা !!" – লা:১৪৬

মতাং অসিদসু রৌদ্র রসকী মশক থোরক্লে। লৈপাক্লেনা বিষয় অলম্বন বিভাবনি, ইন্দুনা আশ্রয় অলম্বন বিভাবনি। ব্রারী শান্নরিবা, ব্রাখল ময়াম খল্লিবা, প্রমান খুদুম কয়া অসিনা উদ্দীপন বিভাবনি। লৈপাক্লেগী থম্মোয়দা কারক্লিবা হুগুম খাবা, কৈগুম শিনবনচিংবা হৈনদবগী ইহুলশিং অসিনা ব্যভিচারিভাবনি অদুগা থম্মোয় ফাথবা ঙমদবা অশাওবগী ফীভম অসিনা অনুভাবনি।

৪শুবা অমদি ৫শুবা পন্দুপতা ইন্দুনা রাস লীলা য়াওনবা সনা কোনুংদা জগোয় তম্বা চৎপদগী সনা কোনুংগী মীশিংগা নকশিন্নদুনা গোপালসনাগা নকশিন্নখ্রে খনবদগী নোবোনা শাওবা, নুংঙাইতবা অদু শীংথারকপা, ইন্দুগী চৎথোক চৎশিন্দা গোপালসনানা খুরৌ ওইরকপদগী যাত্রানা ইন্দুবু কোনুংদা চৎপা থিংখ্রবদা মহারানীনা যাত্রাগী মফমদা কিশি থমখিবা মতাং শীংথারকপা, গোপালসনাগী থৌরাংনা কাং শান্নবা হল্লকপদা ইন্দুবু ফাগদবগী থৌরাং তৌরক্লবদা লালা ইন্দু তান্নদুনা অহিং অমা লোৎখিবা অদুগী মখা তারকপদা লৈপাক্লেনা মপা মমাগী মমায় ঙাক্তে হায়না শাওবা, যাত্রাদা, ব্রাকৎপা মতাং অসিনচিংশিংদা রৌদ্র রসকী মহাও পীরি।

'শিঙেল ইন্দু' রসকী ওইবা মীৎয়েংদা নৈনদুনা য়েংবদা রস কয়াগী মহাওনা তিল্লবা মপুঙ ফারবা কাব্য অমনি। শৃঙ্গার, করুন, বাৎসল্য, রৌদ্র, ভক্তি, শান্ত, বীর অমসুং হাস্য রসকী স্থায়িভাবশিং রতি, শোক, সন্তান প্রেম, ক্রোধ,

ঈশ্বর প্রেম, নির্বেদ, উদশাহ অমদি হাসনচিংবা ঈহুলশিংবু অপাবগী থম্মোয়দা য়াকাইহন্দুনা মখল মখাগী রস চুপ্পগী মহাও-নুংঙাইবা অদু ফংহল্লি। অদুম ওইনমক য়াম্না মপুংফানা মশক থোক্লা পুখৎলিবা মরুওইবা রসতি শৃঙ্গার অমসুং করুন রসনি। অতৈ অসিদি চাং য়াম্না হন্থনা য়াওই। বীর রস, অমদি হাস্য রসতি মমিংতগী ওইনা য়াওরি অদুগা ভক্তিরস অমদি শান্তরসসু চাং য়াম্না হন্থনা য়াওরি। রৌদ্র রস অমদি বাৎসল্য রসতি খরদং মশক থোকপা থেংনৈ, মপুঙদি শৃঙ্গার অমদি করুন রসনা ওইরি। বীভৎস রস, অদভুদ রস অমদি ভয়ানক রসনচিংবদি সুকয়াওমক য়াওদ্রে।

মহাকবি অসিগী খুৎইদা স্থায়িভাবশিংবু রসকী থাক্তা ফুক্কৎলকপদা উদ্দীপন বিভাবশিং মরুওইনা প্রকৃতিগী শক্তম অমদি নাক-যেৎকী ফীভমশিংবু শীংথাবকপদা য়াম্না মরীক চুম্বা খুৎয়েক অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌরি, করিগুম্বা মতাংদদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিংবু থব্রায় পালহন্দুনা নুংগী খোঞ্জেল থোকহল্লকপা ফাওবা য়াওরি। মসিনা স্থায়িভাবশিংবু হৌদোকপদা অকনবা ঈথিল পীদুনা কাব্যকারনা পীনিংলিবা রসকী মহাও অদু অপাবশিংদা লায়না অমদি চাং ব্রাংনা য়ৌহনবা ঙম্মী। মসি মহাকবি অঙাংহলগী অচৌবা মায়পাকপনি।

# বিব্লিওগ্রাফী


এলাংবম দীনমনি – ভারতকী কাব্যশাস্ত্র, বোবী পব্লিকেশন্স, ইম্ফাল ১বা, ১৯৯৯

এলাংবম দীনমনি – মণিপুরী অমসুং মণিপুরী ঃ ব্রাখল মতেক মতেক, বোবী পব্লিকেশন্স, ইম্ফাল, মে, ১৯৯৬

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী – মণিপুরী সাহিত্যগী ব্রারেং খরা, রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগীদমক সন্ধ্যারানী দেবী, ১বা, ১৯৯৪

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

ডা. থোকচোম ইবোহনবী সিংহ (সম্পা) – মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১বা, মে, ২০০১

নহাকপম অরুনা – নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ, চুংখাম যশরন্ত সিংহ, ১বা, ২০০১

হাওবম গৌরদাস সিংহ (সম্পা) – মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ২বা ১৯৯৪

শ্রী সুরচান্দ শর্ম্মা (হন্দো) – ভরতকী নাট্যশাস্ত্র, মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি, ইম্ফাল, ১বা, ১৯৮৫

Ch. Manihar – A history of Manipuri Literature, Sahitya Akademi, 2nd Ed. 2003.

Christopher Rollason,
Rajeshwor Mittapalli (Ed.) – Modern Criticism, Atlantic Publisher & Distributors, 2002

David Daiches – Critical Approach to Literature, Orient Longman, 2nd Ed. 2001

H. Ranbir Singh (Ed.) – Influence of Vaishnavism on the Literature of Easterns India Manipur, Sahitya Parisad, Imphal, 1993

Kh. Kunjo Singh – The fiction of Bhabani Bhatta Charya, Atlantic Publisher & Distributors, 2002.

Kh. Kunjo Singh – Humanism and Nationalism in Tagores Novel, Atlantic Pub. & Distributors, 2002

M. H. Abrams – A glossary of Literary terms, Macmillam India Ltd. 3rd, 2000

Mohit K. Roy – Studies in Literary Critism, Atlantic Pub. & Distributors, 2002.

# ইন্দেক্স

---


11373/M/m


MANIPUR UNIVERSITY
11373/MAN



রোয়বালা হৈক্রুজম (১৯৭২), অপোকপগী মিং শ্রী হৈক্রুজম লমফেল সিংহ, অপোকপী হৈক্রুজম ওংবী চন্দ্রজিনী দেবী, উচেক্কোন যুবরাজ পল্লি, ইম্ফাল

এম.এ. (মণিপুরী), বি.এদ. নি । য়ুনিভর্সিটি গ্রান্ট কমিসনগী জুনিয়র রিসার্চ ফেলোসিফ অমদি সেনিয়র রিসার্চ ফেলোসিফ ফংদুনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, মণিপুরী ডিপার্টমেন্টতা রিসার্চ তৌরকথি, ডোক্তর ওফ ফিলোসোফি ডিগ্রিগীদমক থিসিস লানখৎখ্রে । ''কানন দেবী মেমোরিএল সিনিয়র সেকেন্দরী স্কুল'' পাঙ্গে অমদি ''ইলাইট সেনিয়র সেকেন্দরী স্কুল'', শীংজমৈদা লেকচরর ওইনা তম্বীবগী থবক তৌরম্মী ।

অঙাংওইরিঙৈদগী সাহিত্যবু পামজরকই । সাহিত্যগী লাইরিকশিং পাবা অমদি ইবদা থৱায় য়াওরকই । ষ্টেট লেবেল এসে কম্পিটিসন অমদি লিটরেরী কম্পিটিসনশিংদা অহানবা অমদি অনীশুবা মনা কয়া ফংলকথি । ময়ামগী ওইবা থবক থৌরমশিংদা থৱায় য়াওরকই । কলেজ তম্লিঙৈদা ষ্টদেন্ট য়ুনিয়নগী সেক্রেটরী অমদি পিএচ.দি. তৌরিঙৈদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি লেদিজ হোষ্টেলগী এসিষ্টেন্ট ৱার্দেন ওইনা ময়ামগী ওইবা থবকশিংদা থৌদাং য়াররকই । মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল গী লাইফ মেম্বর ওইরি ।

'অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী সাহিত্যকার থরা
মীৎয়েংঅমা' হায়বসিনা অইবীগী অহানবা
ফোঙবা লাইরিকনি ।